# ꯃꯥꯂꯦꯝꯉꯥꯟꯕꯤꯒꯤ ꯃꯃꯣꯝ

# মালেমঙানবীগী মমোম

-সাইখম ব্রজকিশোর-

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : | আগষ্ট ১০, ২০০৪ |
| কপী মশীং | : | ১০০০ |
| ফোঙজবা | : | চঙম্ময়ুম শান্তিকুমার সিংহ, পিশুম নিঙোম লৈরক মচিন, ইম্ফালনা ঈরমদম খোর্জেই অপুনবা লুপ হিয়াংলম ৱাবগাইগীদমক ফোঙজবা। |
| মখুম য়েকপা | : | বসন্ত রাজ সনশম, ৱাংজিং বজার। |

(ৱারীমচাশিংসি অমা নত্রগা অমদা ৱাৎহৈ বাত্না যাওনা শিজিন্নবীগে শক্লবা অইবদগী অযাবা লৌদিয়ু)

| | | |
|---|---|---|
| মমল | : | ১২৫ (লাইব্রেরী এডিসন) |
| ফংফম | : | (ক) রাজেস বুক ষ্টোর, গভর্নর রোড, ইম্ফাল। |
| | | (খ) মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল। |
| | | (গ) অইবা মশাকগী। |

# কচ্চবা


৩১/০৩/১৯০৪
০১/১০/১৯৮১


১০/০৬/১৯৮১
২৭/০৯/২০০২

ইমা! নচানা মদোম পোকচবা নশু প্রীয়োবর্ত্ত, ইমানা তাইবঙদা লুনা চান্না তৌবীরম্বা মহে হৈররোই পাখৎচরম্বদু লাইরিক য়াম্না হৈরগা, ইমাগী নাক্তা চৎখ্রবনি। নশু নবেন্না স্বগগী লৈকোন্দা নচাগী ব্রারীমচাসি নশুবু পাহন ইমানা তা, হরাও মোমোন নোকপদু তাইবঙ মঙলানসিদা উজরগা কায়রবা নচাগী থম্মোয় ইংজবগে। লমন শিংহৌদ্রবা নচানা মীৎকী পিগা লোয়ননা ঙসি কচ্চরি নখুয়া থম্বান্দা নচাগী 'মালেমঙানবীগী মমোম'।

তোল্লবা নচা

-মাইবম নবকিশোর-

# অফোঙবগী ৱাহৈ খরদং

তশেং-তশেংব ৱারীমচা ইবা অমদি শ্রীমাইবম নবকিশোর। অতৈ-অতৈদগীদি ৱারীমচানা থোইদোক হেন্দোক্লা পামজবা অমদি খুৎ থাজবা মীওইনি। ইং-শোক ২০০৬ তা 'পাঙ্গল শোনবী ঐসে অদোমগীনি' হায়বা মহাক্কী ৱারীমচাগী লাইরিক্তা ভারতকী সাহিত্য একাদেমী মনা ফঙখিবগী হেক মতুংদা ফোঙলকপা ওইবনা হন্দক্কী 'মালেমঙানবীগী মমোম' অসি খুনাম চেত্তবা য়াদবা অমা শোযদনা ওইফম থোকই হায়না খল্লি। অইবা অসিগী মঙাশুবা ৱারীমচাগী লাইরিক অদুগা লূপ অসিগীনা অনীশুবা ফোঙজবা লাইরিক অসি হৌজিক্তি, অপারশিংগী মফমদা লাপ্তোকচরি।

চা-খোম্মে

শগোলশেন, ১৬-০৭-২০০৮ ইং।

সেক্রেটরী জেনরেল
ঈরমদম খোর্জে অপুনবা লুপ।

# অইবগী ৱাহৈ খরদং

ঐবু মীনা খণ্ডদদুনা সাহিত্য শুবনি হায়বী। মসিনা ঐনা ইবা ঙাঙবদা মীনা করি হায়খিদগে ৱাখল্লা ঐগী কলম হেক-হেক লেপহল্লি। ঙাঙনিং হায়নিংবা কোঙ্গায় হাযদোকপা ঙমদে। ঐগীসিদি পামজবগী তৌজবনি ফজৈ হাযদুনা ঈযাইগী থন্বাল লাম্বগুম্বনি; কুমথ কুমথরগা অসুম অসুম লৌবকপা, শোঞ্জ-পাঙজদবনা হেকপা ঙমদদুনা মমৈদা তোব্বান্দা ফম্বনি, মীনা হেকপা য়েংবনি — মসিনি ঐগী সাহিত্য।

মমাঙথক্তা ৱারীমচাগী লাইরিক মরি/মঙা পুথোকচখ্রে। অওইবা অমসুং ওইদবা অনীগী থাগৎ ৱাহৈনা অনৌবা থৌনা অমা অমুক হাপ্পীদুনা লাইরিক মচাশিমা অমুক পুথোকচবনি। ভাবনা শাগৎচবা প্রক্রিংদা ফাওবকপা খরা ইথোকচবতনি। মরাইবক্তি মীযামদা থমজবে। য়াওবিবা চবিত্রশিংসি অতম্মনা হিংলিবা নত্রগা লৈখিদ্রবা কনাগীগা মরি অমত্তা লৈনদে। পুম্নমক ভাবনা শাজিনবনি। মমিং মথা লৈফম প্লেটনচিংবা মান্নবা যাওরম্লবসু মদু তান চান্নকবনি খনবিয়ু।

পুথোকচরিবা ৱারীমচাশিংগী মনুংদা অহুম/মরিদি ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফাল, 'পোক্লফম' অমদি 'চুমথাংদা' ফোঙখিবা য়াওরে। নৌহৌনা লাইরিক ওইনা ফোংদোকচবদা অয়াবা পীবীবগীদমক মরি লৈনবা পুম্নমকপু হন্না হন্না থাগৎচরি।

লাইরিক্কী মীংথোলগী মতাংদা অইবশিংনা পুক্লিং থাদনৈ। অয়াম্বনা মীংথোলসি ৱারীমচাশিংদগী অমা খনগৎলগা থোনবা নত্রগা শুপচিন্না অমা থোনবা চৎনৈ। ঐগী করম্বা ৱারীমচাবু লৌখৎলগা মীংথোল ওইহনগদগে খনবদা অৱাবা অমা ওই। তঙাইফদনা মরুপ মপাং খরদগী সজেসন লৌজে। মীংথোলগীদমক মোৎ পীবীরকপা ৱরীমচাশিংদি - 'মৈচাক অমা মীনুংশি অমা' 'কৈথেল তোংবা' 'হূইদি চৎখ্রে ছাড়ি শেৎপা লোইদ্রিববা' (ৱারীমচাশিদা চন্দ্রশখি লাইশ্রম, চুমথাং সাহিত্য মনা ২০০৮ পীবিখ্রে) 'যুম্বাল তোয়বী ফজরৈ' 'মালেম ঙানবীগী মমোম' অমদি 'নুংশি পম্বুং' অসিনচিংবা অসিনি। ফোঙগদবা মতমদি নকশিল্লকলবদা ঐনা বাই লোট ওইনা তৌজবদা 'মালেমঙানবীগী মমোমদা' তাবকপদা ঐগী অপেনবা অদুম ওইখ্রে। ৱরীমচা খরসিগী মনুংদা পাবিরিবা পাবিবিরীশিংগী থম্মোয়যগা চান্নবা অমা / অনীদং য়াওরম্লবদি ইজবগী মহৈ য়াল্লে খঙ্গগনি।

লাইরিকসি ফোঙদোক্লবা অমাদ মখুমগী দায়ত্ব পুন্নমক লৌবিখিবা ঐগী ইমাক শ্রী চঙ্গম্মযুম শন্তিকুমার, পিশুম নিংঙোম লৈবক মচিন, ইখলগী সেক্রেটরি চান্দম খোমৈ - লমজাও মখা লৈকাইবু হন্না হন্না থাগৎচরি। টাইপ সেটিং অমদি প্রিন্টিংগী অৱাবা পুন্নমক লৌবিখিবা ঐগী ইশু মাইবমচা পংচন্দ্র পি: সি: ৱার্লড, তিয়াংলম ৱাবগাই বজাববুসু থাগৎলি। মেনুস্ক্রিপ ওইনবদা পাবিখিবা শ্রীলেখক অমদি লৌখদ্রবা ইনাও মোইরাংথেম লোকেন - ককচিংবুসু থাগৎচৈ। প্রুভ লৌবিখিবা মাইখোম কীর্তিচান্দ, ৱাবগাই তেবোপিশক অমদি প্রদীপ মগুং, তিয়াংলম বাইখোম লৈকাই অনীগী লমনাদি শিংদুনা লোইবা ইল্লবোই। মরোইবদা লাইরিক অসিবু মশক থোক্লবা তোংনবিখিবা সিরোই গ্রুফসেট, খোৱাইলগী প্রোপ্রাইতর অমদি স্তাপপুসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

অইবা
- মাইবম নবকিশোর
তিয়াংলম

## য়াওরিবশিংঃ

# ৱারকপা

অচিকপা অহিংনি। নোংয়াই য়ৌবক্লে। ঙানথোইবী তুমদ্রি। লোংনা হিপ্লি. থা থৌবানমিচাক মুশি-মুশি উবি। মচা অহুমদুদি ইকোয় কোযনা তুমদুনা লৈরি। থজিক্তুং লেংবদা অনীদি মিকপ থোক্তৌবি। মিকপ থোকপগা চাগে তানগান, কবি পীজনি। নোং-ঙানবা ঙাইনবা তুমহনখ্রবা অঙাংশিংনি। ফক্লাংগী অকোযবদা নুংশিৎ ঙাক্লিবা শেগায়রবা বোড়া অমদি ফনেক ফিমনশিংগী মরক্তগী লিৎথোক্লকপা নুংশিংনা য়ৈবদা থাক্লিবা পোদোন্দ নীক নীক লাউনা থাংলি। যুম্নানবগী অৱাংপনা থক খাদা য়ৈরবী ঙানথোইসু থাঙলি মচাশিংগীদমক্তা তৌফক্লা থোংঙ ওইরিবা য়ুমদুদা।

নোংমা নীনি হেক হেক কান্নবগা মপুরোইবদু য়ুমদুদা হাঙ্জিল্লকই। পৈশা পুরকপা নত্তে, ঙাওরগা লাকপনি। ওক্নোকপা নিপা হায়বদুনি, য়ুমগী করিগুম্বা অমত্তা খন্দ্র মীনি। পৈশা-নুংশা যাম্না পায়বা নিপাকা ওইরম্লবদি নহান্না থকমন্দুনা শিবনি। পৈশা পায়মন্দবদগী মপুন্সি শাংলিবনি। য়ু গিলাস অমগীদমক অযুক চুপ্পা মীগী মতুং ইনবা ৬ন্মী, মতমগী মমল খঙদে। মফি মনোলগী ৱা লৈত্তে কযাদা য়ুদা মথ্বায় য়াওখ্রবা। অদুবু ওক্তে ঙানথোইনা ৱারকপা য়ারিব্রা-- মপুরোইবনি। নুংশিদে হু পিজবা ঙম্লিব্রা ? নোংমা নোংমগী শুরগা চারা তাল্লিবী ঙানথোইনি। নোংঙানবগা মচা অহুমদু থনমগনি। অহল শাবীদুনা শেন্নহৌগনি। ঙানথোইনা খুলং কুমগনি। লৈবা নুমিত্তা চাগনি, ৱানা শুরুবা নুমিৎ

কয়া চারা তেনখিবসু কোঙ্গাইনি। মপুরোইবগী শরুক্তি তমদবা য়াদে। তমদবা নুমিত্তা লাঙ্গাও অমা, মসিনি ঙানথোইনা লেল্লিবা পুন্সি। নোংমগী নুমিদাং অথেংবদা মপুরোইবা মাধবনা - -

- ঙানথোই, ঙানথোইবী, থোঙ হাংদোকউ।

মহৌশাগা মায়দে, ঙসিদি য়াম্না মী মান্না হবাও হনাও কৌরকই।

নারে, তারে থোঙদু লোনবা নত্তে ঙাকশনলম্লনি। ইল্লগা চংবীরকউ।

- অঙাং মখে তুমখ্রব্রা ? হংই মপুরোইবনা হরাওনা। মাগী হবাওবা উরগা ঙানথোই হেন্না হরাওমনখ্রদুনা নোক্লা নোক্লা —

- কবিনো ঙসিদি হংদোক লাকথোক্তনা হংইদা। নঙবু নচাকো নৌমা নিঙশিংলকইবসিবু কবম হায়না তৌরিজাৎনো। মশিংদি কাওদেকো (নোকপা)

তেনা অনী, ইতে অহুমনি, অহুম। ঙাশিংসি থোঙ্গৎলু মবুক থন্নবা পীজৌ। নঙসু চাখিসি তল্লব্রা ? তল্লগা ঐ খোংগাইগেসে, য়েংউলাওনে ঙাসি।

- ইস! কদায়দগীনোসিদি। কবম হায়না তৌবকই'নোমি নঙবু।

- ঙাদা নত্তে পৈশা মযামসিসু য়েংঙু। (ফুরিৎখাওদগী মাব মাব চিংথোক্লকই) ঐখোয় নুংঙাইদগদবনি। সে মযোমাসমা চেকশিন্না থম্মু। মসিগী মপানানি।

- কবিনোনে, ময়োমসিবু ?

- নঙনা খঙবা পোং নত্তে কোনা হায়গেসে। চাক লাম্মো মৈ থাগৎলকওনে।

- কদায়দগীনো, অসুক থেংলবা অখিংসিদবো। চেংগা অমতা লেতেনি। হযেং ঙক্তা চারসি। অঙাংশিংসু লোইনা তুমগে।

- চেং লৈতবা, শিংদি লৈকো। চেংদ ঐ লৌকগে। (হৌগৎপা)

- নত্তে, নত্তে, হৌজিকপো চেংথিবা মীনা নোক্লরগনি। হযেং মচারসি। কৈদৌগে। নত্তে, নঙনা পুরক্লিবা অসিবো কদায়দগী কবিনো হায়বা।

- সুমদৌবনিদা। নঙনা ব্রাবদুনা ঐনা কারবার অমা পায়থৎপনিদা, অদুনানি ঐনা ছসি মাব/মঙাদি য়ুমদা হঞ্জনলক্লিবদু।

- (ময়োমদু খোক্তনা য়েংই) ইস খঙলে, খঙলে তোকপিরো। নঙনা তৌরক্লিবা থবকসি অওকপা থবক্কিদি ওইররোই। নহাক চুম্না য়ু থকপদা নত্তনা নম্বর ৪

সু চাবা/কাপ্পা তৌরম্নগনি। অসিগুম্না নিশাসি য়োনবগী করবারসু পায়খৎলবা, ঐদি মাঙলেদনা, নহানমখৈ ঐ খঙলমদে ঙসিদগী নঙ শম্ন খোৎনবা য়াবা মী ওইদ্রে। নঙনা থক্ল-চারবনিনা ঐসু নচাশিংসু মাঙবা তাবা অদুতাসু নঙনা মীবুসু মাঙহনবা। সমাজনা য়াদবা থবক্তা মায় ওনশিল্লে হায়বা ঐ খঙলে। মসি ঐনা খ্বাইদগী পামজদবা লিচৎনি। অমরোমদা মসিনা মীফা মীপুন লাক্লবদি ঐদি কনখৎপকা ঙমজরোইকো লোয়না হেক্তা হায়দোক্লদবনি। কদায়দনো পোৎশিংশি থম্বীরুচো।

এ: কয়াম চাউরদনা ঐবু কনখৎপা কাইদনা। নত্তেনে ঙসি নঙনা ঐঙোন্দা তকখৎলক্লিবা অসিবু করিনো হায়বা। নুপীদি পুশল্লক্লিবা মখৈ হরাওগদবনি নিপানা তৌবা খুদিংমক য়াগদবনি। নঙ রারে। ঐনা ঙম্বা শেন তান্নবা হোৎনরে। শেল-থুম, ঙা-চাক পুশল্লক্লে হরাওগেদি হায়দ্রদুনা শাউরিবা অসিবু করম্না নুপীনো হায়বা।

অশেংবা পাঙ্গন্না শু নোল্লগা পুশল্লকপা ওইরবদি ননাইনুবী হরাওজগদবা, অদুদি নত্তনা মী মাঙবা য়াবা, নশাসু মুৎপা য়াবা, সমাজগী মায়োক্তা তাল্লুনা শেলদি ঐদি পামজদে য়েংসু য়েংনিংদে তুক্কচৈ।

নুপী- পুশল্লক্লিবসি ইরাই লাইনা হেক্তা ফঙলকপা নত্তে। পাঙ্গল, লৌশিং কয়া শিজিন্নরগা পুশিল্লকইবনি। লৌশিংনা শামু ফাবনি। মী কয়া মসিগী মপান্দগী ফুরা দলান কয়া শাখ্রবনি। মসিদা নঙনা ঐঙোন্দা পাউতাক পীরেনে, সমাজগী য়াম্না খনবীবা জাৎলো।

ঈগী মহাও তংঙুরবা কৈনা মী খিরকই। মী হাৎলুরবা কৈ অমত্তা শিদনা তোকখিদে। কৈদি মশাদা মাঙজরগা তোকই। নিশা মহাও তংঙুরবা মীদি মশাদা মাঙজবা নত্তনা সমাজবুসু মাঙহল্লি; পুন্সি পিখম্নহল্লি, মচা মশু, মরল মথুম মরু ফঙনা মাঙহল্লি। ঙসিদগী নঙগা ঐগা থাপ্নবা তাই, নকশিন্নবা য়াবা মী ওইদ্রে নঙ। নঙনা পুশল্লকইবা ঙা-চাক লৈতে হায়দুনসু ঐদি পামজদ্রে পুথোকপিখ্রো পায়বা ফাওবা পায়জরোই।

নঙনদি পায়দবা ঙমগদ্রা ? (শাউরকই)

ঙমগনি, ঐ পায়নিংদে, পায়রোই। ফত্তবা পাপকী মশক ওইবা থবক্না তানবা

পৈশা ঐ পামদে। ঐদি ফত্তবা থবক্লা তানবা পৈশানা ইচা ইশু, ইরা ইপুরোইবদা পীজগে হায়না খনবা ফাওবা খল্লুদে। মদুদি শানা ঙানা তৌগদবা থবক্লি। ঐ পায়বদি লাইরদনা য়েংবা ফাওবা ঙমজরোই।

- অদুদি ঐ শা ওল্লে, ঐনা নঙবু ওৎকনি নৈগনি। নঙ কনানা কনবীগে য়েংসি।

অথেংবা অতিংদুদা চিন্দা পাওদানে খংনৈ মতৈ মনাও।

নুপী-নুপা খংনবদবু নুপীনা ঙম্বা লৈখ্রব্রা? ফনমক চুন্নবসু নুপীদি চৈ চাবতনা মশরুক ওইহৌজবনি। মর্সিনি ঐখোয় সমাজসিগী লূদা তাংদা চেল্লিবা ঈচেল। ফুবীবে ঙানখোই চিংথোক্তুনা মখুৎ পেন্না। মমা মপা অনীগী খংনবগী মখোল তাবদা অম্ভাং অনী মীকপ থোক্লকই। তফিং তফিং হৈগংলক্লগা মপানা ফুরিবা মমাগী নাকন্থেত্তা লেপলে। তঙক তঙক য়েংজে মপাদা, রা হায়জবা ঙমদে। মচা অহন্দু নুপীনি চহি মঙা/তরুক শুবে। মৌপাদুদি চহি অহুম/মরি শুবন্নগনি নাওবোল খুখিবনি অতোনবদুদি তুন্নি। অনীমক মফি ফুরিৎ অমতা য়াওদে, মঙকশমদা লংসুং ১/২ শি। মচেনা শেংলিবা ফনেক্তু মমাগী কোকশেৎ শেগাইবনি। খুকউ মখাদগী হেন্না চোন্দ্রে। মৌপা নুপানা শেংলিবা খোংগ্রা ওদুনা, মতোনা পীরকপিবনি, মখুনা মপা শেগায়দে ফুদাম য়াওদ্রে। সুটরি অমনা মখাংদা লাকই, মদুসু তঙ্খাই অমদি খোংগ্রা ওদা লাক্তবে, মবুক্তা লাক্লে। অদুং অনীমক মপাদ কিনা য়েংলি, মখুংনা মমাগী লেংজুমদা নৈরি। মামত্তা ঈবা চেলম্বা পিদু মনি মরি খজাইদগী চেন্থরক্তুনা মমাগী লেংজুমদা তাখ্রি। মপী তৈথোক্তে মপাদা লৈনা লৈনা য়েংবসু লেপ্প্রে!

মখুৎ চন্দ্রবা নুপীদা কন্না কুইনা ফুদুনা লৈগনি। পেল্লগা তোকপা ঙাক্লি। ফুবা মখৈ ফুমহ্নগা মাধব মাগী ফমুংদা ফৈনা য়োঙ হিপথখ্রে। ঙানখোই মপুরোইবনা ফিবিবম্বগী চৈনানা শেক্কৌ-শেক্কৌ তপ্না-তপ্না হৌগৎলগা মচাশিংদু রাচেৎকী কাংথক ফমুংদুদা তুমহনখ্রে। অকোইবদু মখল কয়াগী ফিজেৎ ফিরাংনা মবোল মরোল নাইনা কোৎলবা য়েংবদা পৃথিবীগী মোপ মাল্লবা কাংখলদুনা য়েপশিনবীবে। যুময়াইদা চাইরিবা পায়ররোই খলম্বা ময়োম কয়া পৈশা কয়াদু পুল্লপ খোর্মজিল্লগা ফৈরেলগী মখাদা মপান্দা ইন্থোকখ্রে। নাশোন পীক্লা চংশিল্লক্তুনা মচাশিংগী নাকন্দা হিপথৈ। তুমথবা য়াদে, মথন্ত শোঙ্জে-- ইমা, বাবা, ঐ ব্রারে। য়ুম্মানবা হায়বদুবু অসিরা ? কবি পাপ্লো ঐনা তৌরিবা অসিবু। নুংঙাইবা ঈরিক

অমগীদমক ইংলবা পৃথিবীসিদা অৱাৎপগী মৈ পুবা নুংশিৎনা মায়কৈ মরিমক্তা অথাক অরাওগা লোয়ননা ইশাদা য়ৈরক্লিবসি করম্না খাঙগনি। য়ুম্বানবগী পুন্সিসি পিথম্না লেম্লু তমথ্রমাম্লে ঐগী নোংদম থীবা বিধিনা। ঐসে নাখল য়াওদ্রবা ঈচেন্দা হৌবা পান্বীগুম করম্বা কান্দা ঈয়াইসিদগী লৈখৎপা ঙমগনি। চেন্থরক্লিবা ঈশং-ঈনাংনা পনশিন্দুনা পান্বীদু কুইর-কুইরগা লুপথখিবগুম, য়ুম্বানবগী অরাৎপা লায়রবগী চৈথেংনা ঐসু মালেমসিদগী অসুম-অসুম মাঙখিবা তাবনি। ইচাশিংনা কমদৌহৌবা ! কনানা থাকপিনি। শুই, নোমই ইচাশিংগী মবুক থন্না পীজবা ঙমদ্র। কাসেনগী মৈশা, বাকচিংগী উলেন, নোংজু থাগী নোংলিক, ঙাকথোকচনবা ইফি ফুবিং অমা ফাওবা লিৎপা ঙমদনা খুলং কুপ্পি পৈশা তাল্লি। মীনা হংলগা ওলৈ ওরৈ খুল্লি। কনেক ফিরোল অনী শুনা শেৎপা ঙমদ্র। শেৎলিসিনা লোইরগনা কমদৌবা... মাসিবু য়ুম্বানবা হায়বদুরনে ইমা ।

অহিংনা চিক্ক চিক্কগা লায়নবগী রাখন্না মশা মরেং ফন্দোকপা অসুম অসুম হেল্লকপা হৌনশানি। পক্লিং লৈতাদ্রবা ঙানথোইবু করম্না নিদ্রানা তুমহনবা ঙমগনি; ঙানথোই পাক তুমথবা য়াদে। অথাপ্পদা নোংমৈ মখোল অনী / মহুম্লক তারকই। অতৈ মতমদা ওইবম্লবদি য়াম্না নুংনাংলমগদবনি; ঙসিদি মপুরোইবদু ঙাওজরবসু য়ুমদা লৈবনা থোইদোক্না খল্লুবা তৌদে। ঙাইহাক লৈবগা থোংজন্দগী কৌবকপা অমা তায় --

- ইতৈমা, ইতৈমা ঙানথোই।

ঙানথোই ইপা পাখৎলি। খোঞ্জেন্দুনা চিংনবা যাম্না পোকহল্লি। লৌকুম শিংগুম্বগী ওইরবসু মতম চাদ্রে। অহিং নোংয়াই চবুক লোম্লবদবু কনানা করিগী ঐবু কৌদৌরিবা। মওন মওন খল্লি। ঙসাইগী মপুরোইবনা পুশল্লকইবশিংদুগী ওইগদবা মাল্লকই। অদুগী ওইরবদি নহারোল ওইবা তারে, হেন্না কিশল্লকই। মতমসিনা নহারোল কিদবা কনা লৈবি। অঙাং মনাক্তগী তপ্না হৌগৎলে। মপুরোইবগী ফমুং তান্না চেনশিল্লকই। ফৈনা তুম্লম্না মপুরোইবা চুমথোকই। মখোঙদগী খোঙউপ থুনা লৌথোকই কাংথোল মখাদা নমশিল্লি। কাঞ্জল থাই; অকোয়বা য়েপথোকই। মপুরোইবগী মনাক্তা হিপর্চাল্লি।

- ইতৈমা, ইতৈমা, করিনো তানা তানা খুমদ্রিবা জাৎলা ইতৈমা, ইতৈমা।

- তারে, তারে অঙাং হৌরক্কদ্রা হায়দুনা তপ্না তৌবনি। কনানো ? করি হায়বগে অথেংবা অহিংসিদা।
- থোঙ হাংদোকউনে, হাংদোল্লুগা ঙাংনসি।
- নতৈমা খোয়গীসিদি য়ুম্বাল মওং অমনি থোঙকা লোন্দেদা; ইল্লকউ, ঙাকশল্লম্বনি ।

মাধব উরোল শারোল তুমথবা হৌরুরবনি। ৱরি শান্নরকপা অমদি মনাক্তা ঙানথোইনা ঙাঙবদুদা মিকপ ফজনা থোক্লে, অদুবু চেক মোক লাওদে।

চংলকই মরি মবি। নোংমৈ মচা মশু পায়বসু য়াওই। মায়থোংদি অমত্তা লোৎতে। ঙানথোইনা খঙদবগী ৱানি। টোর্চ লাইত কাপই। কোয়য়েং য়েংই। অফোৎপা কাংখল থাগৎপনা মঙাল ফাওদবদগী ফবনি। ঙানথোই ফমুংদগী হৌগত্তে, মমায় কাংখলদগী লিংথোক্লগা হিপ্লি, মখোযনা তৌবা য়েংঙি; থম্মোয় মিহুন্দি চোংমন্দুনা মশা নিকলে।
- তা মাধব কদায়দা লৈ।
- ইবুংঙো ঙসি মরি/মঙানি শুরে য়ুমদা হল্লক্তবা। ইতৈমনদি কদায়দা থীরুনি। ইতৈমনা অয়ুক নুংথিল লৌকুম শিংগুম চৎলে। অঙাং অহলসিনা অঙাং অতৈসি শেন্নরে । অহল শাবীসি ৱামল্লমাল্লে ঙসিদি মশাসি মৈমুক শারে, লাইহৌ তৌরে। ঐসু থাদোকপা য়াদদনা লৈরিসিনি। ইবুংঙোখোয়না করিগুম্বা ইপুরোইবদু থেংনরবদি ইমুংগী মওং মতৌসি অমুক্তা তন্নম্মু। য়ুমদা হল্লক্লবা খরা হায়বীরম্মু।
- করিনো ইতৈমা। ইতৈমনা ঐখোয়দা অমুক থৌদারেনে। ঐখোয়না লাক্লিবসি মাগী খোঙ্গুল লিরকপনি। মহাক চৎতি চৎখ্রবনি মথং মথং তান্নরকপনি। মহাক সমাজগী মাঙনিংঙাই ওইবা নম্বর ফোর, গঞ্জা, কানি, য়ু লল্লোনল্লে হায়বা খঙবদগী অহকপা চৈরাক পীরগে হায়দুনা থিরকপনি। মাগা লোয়নবা মখৈসু ৱারক্লম্বনি।

অস : হৌজিক্কী নোংমৈ মখোন্দু ওইরম্লগনি। (মথন্ত শোঙ্গে)-'দুগা মখা তারকই-

- ইবুংঙো মহাক লাক্তবা তশেংবনি। ঐগী ইমুং নখোয়না উরিবসিনি ইহো হোবসিদবু কদায়দা লোৎলুনি।
- অদুদি ইতৈমা, ঐখোয় মী খরসু ব্বারকপা হৌরম্লবনিনা ঙসিদি মহাক লাক্লিবা ফাওবদি ঐখোয় ঙাইবা তারে।

মহৈ মহৈ ফমথনৈ য়ুময়াইদা থোংজিন থোঙয়াদা।

ঙাইহাক্তু ঙানথোই গ্যান মাংই। ঙানথোইনা ঙাইহাক খল্লুবগা

মখা তারকই —

- ইবুংঙো, ঙাইবা হায়বদু ফজে, অদুদা ইবুংঙো খোয়না ঐগী মায় খবসু য়েংবীবা পামজে।
- (কল্লপ্লা) করিনো মায় য়েংবা হায়রিবসিবু। শক মায় য়েংবা য়াবা মতম নত্তেনে মরাল লৈরে খঙঙে, দন্দি পীবা তাবা, মসিনা ঐখোয়গী অরোইবা ফিবেপ।
- ফিরেপ্পু ফজে। হোংদোকউসু হায়জরোই। সমাজগীনি ঐ যাজৈ। নুপী ঐখোয়সু মতেং পাংবা তারনি। ঐখোয়গী সমাজসিদা নিপানা ব্বাহনবা নুপী যাম্না লৈখ্রে। নুপীবু ব্বাহনবতা নত্তনা মশা মাঙহনবা কয়া অমসু য়াওবি। অদুনা মচা মশুসু মাঙবা তারকপনি।
- গ্যান অসুক য়াম্না তাখ্রবা ইতৈমনা মায যেংঙু হায়রিবদুনা করি। কনখৎপিগনু, কান্নরোই ইতৈমা।
- কনখৎপগী ব্বা ঙাক নত্তে। তাখোনে ইতৈমগী ব্বাসি। ঐসে মপুরোইবা লৈবীনি, অমরোমদা নহানি, লাইববীনি, মীনা উশিৎপিদ্রবী। থেংলবা অহিং নোংয়াইসিদা নিপা লৈতবা য়ুমদা নখোয় লৈশিনবা হাযবসি নখোয়গী মিংচৎ মাঙলকপা য়াই। ঐসু বদনাম ফঙলকপা য়াই অদুগী হায়জবনি।

ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ অদুগা ফুক ফুক তৌগৎনরকই।

অদুগা হাযবকই-

- ইতৈমা চুম্মী ব্বারৌবীগনু। ঐখোয়না নাকন অমদদা খল্লুরে, চৎচবগে। মাধব হঞ্জিল্লকলগা অসিমতদি হায়বীয়ু- মহাক ঙসি মঙানিগী মনুংদা পার্টিদা চংজরক্কদবনি। নত্রবদি অহৎকপা চৈরাক। ঐখোয় ইতৈমগী মায় য়েংজরগে

ঙসিগী ওইনা চৎচরে।

মরি মরি থোকখি। মাধব শ্বর মপী অমা শাংনা হোম্বে। ঙানথোইদি মশাদু পুময়াং য়াংই। অদুবু মপুরোইবনা ফুখিবা চৈনাদি কোকত্রি, তপ্না তপ্না হৌগৎলক্লগা মচাগী ফমুং মায়কৈ পাংলকখি।

------::::------

# হূইদি চৎখ্রে ছাড়ি শেৎপা লোইদ্রিব্রা

গৌ... গৌ... গৌ... ।

- গোপাল ! গোপাল ! হো গোপাল, লৈতবরা করিনো, হূইসি খাম্মুনেহে।

যাম্না ফিংনা মফি মরোল শুপ্নায় পায়শল্লগা অকিবগী শব্দ অমগা লোয়ননা মনে মালিকানা লাউরকই। হূইসু খোংলি চোংখৎ চোংখৎ, মালিকাগী মচিনসু লেপ্তে- গোপাল! গোপাল, মখাসু তারি--- করি চাগে হায়দুনা লোইরিবা হূইনোনে।

মনেগী মখোল তাবদা মাঙ্গোন্দগী লাওরকই গোপালনা —

- ইনে, চংবীরকউ ইনে, করিসু তৌরোই, ঐ লৈরিবসিদি।

গোপাল থৌ-ব্রা ইশা শাদে। হূইদু খাম্বসু তৌদে মনেনা মখোল কল্লপ-

- নঙনা কৈদৌদৌরিবা হা। হূইনা ইমাঙদা চিকফম থিরিবসি উদ্রো। হূইদি মপুদদি করিসু তৌদবনি, মমৈ হাইবনি, ঐঙোন্দদি হাইগদবা মমৈদু আদা লোৎখ্রে, ময়া খিগৎলগা চেনশিল্লক্লে, অসিদবু মপুদা করিসু তৌদে হায়দনা কিগনু হায়রিসিবু করি ব্রানো । খাম্মুনে, অসুক থৌবা হূইবু করিগী লোইরিবনো ? নঙগী হূইসে মবুক শেংদে মীৎয়েং চুমদে, ব্রা থোক্লরক্কনি য়োম্বোকহৌকো।

হন্দকমুক্তি গোপাল চেম্বোকরক্তুনা হূইদু কৌশিল্লি- মাষ্টর,

মাষ্টর। মাষ্টর মনাক্তা চংশিল্লকই। মখুৎনা মকোক্তা নানবী; কুল্লি মমৈ হাইরদুনা, অদুবু মমিত্তি খানা মনেদা য়েংবা লেপ্তে।

মনে কিবা শাউবা খরা ফখ্রে। ঙাঙবদি লেপ্তে- নহান্না লাক্কে খনবনি; অদুদা নঙগী হূইসিগী মতিক মগুন লৈকাইনা ঙাঙনবা তাবদা চঙগদবা তনবনি। আ গোপালগী হূইদুনা ষন তাল্লে, অঙাং চিক্লে কয়া অমা। হূইদি মপুদা নীংবা নত্তে, মপু নত্রবসু লুনা তৌবিরবা অথুম অহাও তোয়না পিজদুনা তিন্ন-তোৎনরবদি মমৈ হেক্তা হাইবনি মপু অনী শুবা য়াবনি। হূয়দবু থাজরবদি ইমুং রাথোক ওইবনিকো গোপাল। য়ুমসিনগা য়ুমদোমপোক ওইনা আ চিদাই অমদা শারেদো, চথোক চৎশিন্না কয়া অমদি নুংঙাইত্রিবা।

মনেনা হূইদা তাথিনা শাউবদু গোপাল থোইনা খল্লুদে। মাগী হূই থৌই হায়বদুদা হেন্নদুম হরাওই। মাষ্টরদু নাল্ল নাল্লগা —

- ইনে, নয়ানা লৈজরিবসি য়ুমদোমপোকনিদো, অদুগী মথক্তা ঐনা সিফাহ খনবনি হায়দুনা য়ুমদা ইরৈ লৈতেদো অদুদা হূইসি লৈবনা হুরানবা খরা ফগদ্র খঞ্জদুনা লোইবনিদা। অৱাংথংবগী য়ুমসিগা খবা নকশিন্না শাসি হায়বসু ইমানা মীখুলদগী লাকপনি ইপা ইচা নত্তে, খৎনরক্কনি মবুক খঙদ্রি মহায়। য়ুমসিসু মহৌশাগী য়ুমশানি মরেপ নেমই, থোং থোংনাও মতিক চাদে অমা শাসি হায়ক্কবু ইমানা য়ুমসিদা শিজনি, বাজিগী খুৎফম য়াম্না য়াওবি, ওম্ফেক্লো রানা শামিন্নখ্রবা য়ুমনি হেক্তা মহায়। লৈরঙ মতেকসি তাবদা ইমাগা বাবাগা শান্নখিবা ৱারী কয়া হেক্তা নিংশিংমাল্লে, কবিগুরুনা কান্দা লৈরঙদা ঙারগা মখুৎনা নান্দুনা মথন্ত মুকুম মুরুম শোল্লি, মীৎলু পিবাং শিন্থে, লুনা তৌজৈ, অদুনা ইনে ঐসু হোংদোকসি হায়বা ঙমদ্রে। তৌবগীসু লৈরঙসি তাবদা ইমা বাবা অনীনা অচেৎপা ৱাশক্কা লোয়ননা তাখিবনরা খঙদে য়ুমসিগী মথক থংবা শরুকসি করিসু তৌদে, লৈরঙ মতেকসিগী মায় ঙাক্কুনা লৈবা মাল্লি, পাক তেক্তে ইমা লৈরিমখৈদি তেক্কদবা মান্দ্রে, ঐসু লৈজরসনু খল্লে।
- হোয়দা, হোয়দা অদুবুদি চুম্মিদা। ইমাগী মনিং থুংনবা লৈবা হায়বইদুনি। অদুগা গোপাল, নঙগী হূইনা হুরানবা ঙাকথোকপা ঙম্মী হায়বদু খর মখৈবুদি মচুন্নম্বা য়াই, অদুবু গোপাল ইনেদিনে- মী খঙদে শা খঙদে হুরানবা হায়বা অসিনা

হুগে মনিংখ্রবদি হূইনকা চংনবা য়াবা পোং নত্তে মবুকপু শেংদ্রবদি হেক্তা হুবনিকো। হূইসু মপু হোংবা য়াবনিকো ।

গোপালগী নুপী প্রতিমা হরাও হরাও থোকরক্লুনা ফিদা থাই। মনে মহৌশাগী নুপীনি- ইচনসিদি ফিদাকা থারুনুদা ইমুংদা ইনম্মগা ৱারীদুম শাগে হায়দুনা চংশনখ্রে। গোপালদি হূইদু মখুৎনা শমজেৎ শাদুনা নাম্থবীরি। প্রতিমানা-

- হায়সু হায়বনি, মা'তামোনা হূই পামজবসি অঙকপনি, নুমিৎচুপ্পা হূইদুগদা লৈমিন্নে, পীজবগা পীথকপগা করিনো মতা অমনি। হূইনা মথ্বায় মমি লোয়না ফাখ্রবরা খঙদে। করিবু তৌবীরক্কনি হায়দনা তৌরিনো।
- করিনো প্রতিমা, হূইবু করি তৌনৈ হায়বগে- হুরানবা ফাগনি , যন-লোক তানহনগনি, নঙগী মতেং পাংহনগনি, মশক খঙদবা মী লাক্লে খোংগনি, নমিং নাকোং শিংগনি মসি মঙায়দনা । ঐনা হয়েং চখোকখ্রগা নঙগী পাঙ্গল ওইহৌনি। নুমিদাং মপান থোকপদা নঙনা কিবদু মা য়াওববদি খরদি মফরগনি। হূইদি মবুক শেংই, চিরোল হৈতে,মপু নীংবা জিবনি, মপু নত্তবদা মমৈ হাইদে। মীদনি লৌনম তৌবা,হূইদি মরোল থোক্তবগী ৱানি, পুলিসনা ফাওবা হূইগী মতুংইল্লি। মাষ্টবসি লুনা তৌবীয়ু, ঐমক্কী খল্লু। ঐনা নঙ থাদোক্লুনা চৎকদৌরিবসিসু হূইসি লৈবর্ননি। য়েংঙুদো নঙনা লৈহৌগদৌবিবসি, ইমা অশোনবীনি মপান ইপাল থোকপা ঙমদে, য়ুমসু য়ুমদোকপোক্নী, পুন্নমকসিগী মথক্তা নশা নহানি, কনানা নঙবু য়েংশিন খোৎচিনবীগনি। নোক্লা চাউবা সমার্জনি, নুপীগী লমচত্তা অমুক্তং কালি কাখিবা নৃংদা হকপা দাগকা চপ মান্নে; কোক্তে শুথাং ফাওবা। অমরোমদা নিপা হায়বসি কবাম চাউই, চাববু হায়রবদি বদনাম ফাওবা চাগে হায়বা কোঙ্গাইনি। নঙনা লেনহৌগদবসি খনবদা থম্মোযসি লৈতাবা ঙমদে।
- ইবুংঙো নঙগী থম্মোয় চাউথোকপীয়ু। কৈদৌঙৈদসু নঙগী মিংচৎ ময়েং তাগদবা থবক অমত্তা ননাইনুবীনা তৌজরোই। ইমাসি ঐগীসু ইমানি। ইমা ইচাবু নুপীনি হায়দুনা উশিং থৌওইদনা তৌবা মীদুদি ঐনা করি তৌবা ঙম্বগে হায়বদু য়েংবীয়ু, থবক্লা শাক্তিনি সৈত্যনা শাক্তি ওইসনু, উশিত্তবা মীদু হাংকনি।

প্রতিমা মপুরোইবগী মমাঙদা মিৎলু পিরাং শিম্থনা ৱাশকই। নুপীগী ৱাশক্তা পেনলোইদৌবা নিপা লৈব্রা? পেঞ্জে গোপাল প্রতিমাগী থম্মোয়গী ৱাশক্তা।

মপুরোইবা নীংজবী সতি ধর্ম্ম ঙাকচরিবী প্রতিমা মপুরোইবা মতম খরা কায়নরগনি খল্লুবদা মশাদু ইতাউ তাউই, ৱাখল লৈতাদে। ৱাখল য়াংবী নুপীদি মচা মশু লৈরবা কান্দা ইরাই লাইনা ফাথবা ঙম্মী হায়নৈ; অদুবু প্রতিমাদি চহি মরি/মঙা হায়জল্লক্লবা ফাওবা চাদা নাওদাবগী মমি উদ্রি। প্রতিমাগী ৱাখল যাংবা লুম্বগী ৱাদি কনানা খঙলুনি। মচা য়াওদবগী হৌনবা মশা মউদি তনান তনান ঙরাংতা দোলাইদগী কুমথরকপগুম ফিবম মুর্ত্তি অমত্তা কায়দ্রি। ফিবমসিদা গোপালনা মাবু থাদোক্লগা চৎকনি হায়বসি প্রতিমাগী পুকচেল থাজমনবদগী হায়বইদুনি, অতৈ অমা ওইরম্লবদি চাকখুমদা য়েনশাং শেমদুনতা লৈনিংগদবা মতম্নি।

সিফাইগী থবকপু য়ুমদা লৈবা ফংব্রা ? গোপাল প্রতিমাবু থাদোক্লগা অরাপ্পা মফমদা পোষ্টিং তাদুনা লৈখ্রে। তোয়না চিঠি ইৎকই অহল ওইরবী মমা অমদি প্রতিমাদা- অমুক্লা বিহারদগী, অমুক্লা বেঙ্গলোরদগী ভারতকী মফম শুরে। লৈরু লৈরুবা মফমদুগী চৎনবী ফিরোল, অথুম অহাও কয়া থারকই। প্রতিমা মনেম অশোনবীগী সেবাদা লুপচৈ। নুমিৎ খুদিংগী মপুরোইবগীদমক অয়ুক অমসুং নুমিদাংদা ধুপ দিপ কৎচদুনা ঈশ্বরগী মফমদা পুন্সি নুংশাংনবা নিজবা উরুরগা মনেমদু পেঞ্জে। মমৌগী মতৌদুদা লমচৎ শাজৎতা চিংনবা অমকপা অমত্তা পোক্তে।

ফজববু উরগা পামদবা কল্লক্তবা তাইবং কনা লৈরমগনি। প্রতিমাগী শকফম উরগা মথস্তা মবুক্তা ঙাওজবা মশিং লাকঙমদনা লৈরম্বা য়াই অদুবু য়াকা কনানসু ফোংবা ঙমদে, মরমদি মপুরোইবা সিফাইনি, অদুগীসু মথক্তা মাগী হূই মাষ্টর য়াম্না থৌবা হূইনি। চুম্না ইমুংদা চংলুবদি হায়রুনু থোঙ্গান্দা চেপথনা য়েংলুবা নিপা নুপী ফাওবা অমত্তা চিংথদে মাষ্টরনা তাল্লিবা, করিগুম্বদা মাষ্টরনা চিক্লুনা ৱাথোক ওইখিবা নুপা কয়া অমসু য়াওখ্রবনি। প্রতিমাগী মাষ্টরবু ইকাই খুম্নদবা মী লৈকাইদুদা অমা ফাওবা লৈরমগদবা মান্দে।

চহি অনী ফাখ্রে গোপাল য়ুম থাদোকখিবা। নোংমা চিঠি অমা

থুংগৈ- প্রতিমা লানফমসি কনশিল্লকপনা ঐ লাকপা য়াদ্রে। ইমা অমদি নঙ করম তৌরি খঙনিংই। থাগী পৈশা চাং নাইনা অদুম থারক্কনি। মাষ্টরদু থাদোক্কনু লুনা তৌবীয়ু। খুৎসিনা মাগী মশা অমোনবদু নান্দবা, মমায় মমিৎ মকোক চুপ্পবা কুইবে, য়েংনিং পম্নীংবনা ইশাসি তৌফম খঙদে। করমদি তৌনি ৱাখল্লা চিংশিল্লগা পেঞ্জবা মঙাইরে, খরসিনা পুন্নমক খঙলোকো প্রতিমা।

চিঠি পারুরগা প্রতিমা থম্মোয় খরদি ইংথজে অদুবু নুংগী মৈচাক অমা মুৎপদি কদায়দগী ঙমগবনো?

অয়ুক অমা ইথা থাজদনা গোপাল য়ুমদা থুংলে। মাষ্টর চেম্থোরক্তুনা গোপালবু কয়াদা হরাওনা ওকচৈ। নুপীনা চথোকউরগা হঞ্জিল্লকপদা মচা মশুদা নপাদি হংবা, নুপানা চথোকউরগা হঞ্জিল্লকপদনা নমাদি হংবা মহৌশানি। গোপালগীদি হংফম লৈতবনা মাষ্টরদা হংজৈ- প্রতিমা মতম কুইনা তারুদ্রবা মপুরোইবগী খোঞ্জেল তাবদা ইমুংদগী হরাও হরাও চেম্থোক্লকই। অনীমক মিৎচায়ো। পীরাংনা পাখোঙ থুন্না য়েংনৈ। কয়াদা নুংশিনখ্রবা অনীনো। গোপাল ইমুংদা চংশিল্লক্তুনা মমাবু খুরুমজৈ, পুকমেন পাওমেন্নজৈ।

মমানা তমজৈ- ইবুংঙো, ইমুংসিদা প্রতিমানা ঐঙোন্দা তৌরিবা সেবাসিদা ইমা পেঞ্জে, মপান্দাদি ইমানা চথোকপা ঙমদ্রবনিনা খঙদ্রে। করি করি নঙগী নপোৎ নচৈ মাং তাকপগে হায়বদু নশা লাক্লিঙৈদা য়েংশল্লম্মু।

প্রতিমা ঙসিদি মতম কুইনা চামিন্নরক্তুবা মপুবোইবগা হাওনা চামিন্নরগে খন্দুনা ঙা-চাক অরৈবা থিরগা থোংগৎখ্রে।

গোপাল চাক ঙাইবা ওইনা ঙাইহাক কোয়থোক্লুই। মাগী নুপী প্রতিমাগী সতি ধর্ম্ম কায়দবী, লমচৎ শাজৎ ফজব অমদি মাগী হুই মাষ্টরগী খৌবা মী চঙবা ঙমদবগী ৱারী তাবদা গোপাল হরাওবগী ঙমখৈ নাইখিদে। ৱারী তারিঙৈদা নুমিদাংৱাইরম ওইশিল্লকখি। ময়ুমদা চংলকপদা প্রতিমা চাক চারমদ্রি মপুরোইববু ঙাইরম্মী। ঈশিং অশাবা অইংবা য়াওবা বাটিল অনী য়েনখাদা পুথোক্তুনা ইরু মায়থজনবা শেম শারম্মী। গোপালনা ঈরুজরিঙৈদা প্রতিমানা মনাক্তা লৈদুনা মপুরোইবগী য়াকা য়েংদুনা লৈজৈ। গোপালসু ইরুজরিবা মশাদা য়েংদে প্রতিমাদা য়েংজদুনা হরাওনা ইরুজৈ। গোপাল লৈকাইগী ৱাদুনা অমুক্কা হেন্না প্রতিমাবু

নুংশি অদুবু কদায় ফাওবা চুন্নবগে হায়বদুদি কনাসু খঙদে।

নিপা হায়বসি নুংদি নুঙাইকো। নুপিনা খা-লাই খঙদবামখৈ খরদা ওইরবসু চাবা য়ানবা হোৎনজে। মনাক্তা লেপ্লগা অৱাৎ অপা হংজে। মচা মৱানা হরাওনা চাবা উরগা পেঞ্জে, মাগীনা অরেম-লেমদ লাইবক্তা তম্বনি খঞে। ওন্থোকপা নুপীগী মবুক্তি, নপাদবু কনা য়াওবগে? নুপাগীদি চাথোক্লগা পুখমদা খুৎ নত্রগা মপান্দা খুজাই হুন্দোকলম্বা অসিনি। গোপাল নিপাগী নিয়ম কায়দে চাক তোকপগা হৌগৎখ্রে। প্রতিমানা নুপীগী হৌনবী চাকখুম লোইশিলহৌই। গোপাল মাঙ্গোন্দা মানা লৈরকপা পোৎ চৈশিংদু মথং মথং সুট কেশ অদুদগী লৌথোরকই। মাগী মাষ্টরসু মনাক্তা কুন্দুনা লৈ। থৱাই তানা লৈরকপা সিঙ্কী ছাড়ি উরকই। প্রতিমা কৌরকই-

- প্রতিমা, প্রতিমা থোক্লকখোহে। ঐনা নঙগীদমক লৈরকপা ছাড়িসি পাম্ব্রা অমুক্তা য়েংলখো।

তনকৌ কৌই। প্রতিমানা মনুংদগী চগুম চগাইসি অমুক্তা লোইশিলমখিগে খুল্লকই। নুপানা নীংলকপা অপাম্বদা নুপীনা খামদুনা লৈবা য়াবা নত্তে, নোত্তুনা কৌশিল্লকই। প্রতিমা হরাও হরাও ফদি থিবা নংদে খুকৌদুনা, ফনেক ফিমাঙদা মখুৎ তৈথোক তৈথোক্লা - চেন্থোকলক্লগা, নোম্থরপ ফিজিদুনা মচীন-মখা নপথোক নপথোক্লা লেপতক মপুরোইবগী মমাঙদা লৈরিবা ছাড়িদুদা য়েংজে।

- ছাড়িসি পাম্ব্রা অমুক্তা শেৎলু য়েংগে। মপুরোইবনা ছাড়িদু থাঙ্গৎলকই।
- অস! ফজৈদা, পাম্মিকো( মপুরোইবদগী ছাড়ি লৌই, মশাদা নপশিল্লি, মপুরোইবদা য়েংলগা) মমল য়াম্লমগনি। লৈবা কাদি নিপানি'দে, য়াইকো। নোকই...
- শেৎচিল্লু অমুক্তা য়েংগেনে।
- এ: কদাইদগীনোদা, ফুরিৎকা অমত্তা য়াওদেদা য়াবা হৌনদে। হোরেল নুমিদাং শেৎকে। ছাড়ি শেৎপদি ইবুংঙো (মপুরোইবদা নোক্তক য়েংলগা) খোইখা শেৎকদৌরিবনি খোইখা, লেংজুমদা পিন্নকা ফুরিৎকা কোন্ননা ফাগদৌরিবনি।

- কুম্মৈ চংকদৌবসু নত্তে। মওংদু চাওরাক্লা শেংপদি য়াইদনা ফুরিৎ য়াওদ্রবসু। ঐনা য়াম্না পকচব্রা য়েংনিংবগী ৱানি। শেংলুনে।
- হৌজিকপো শেংপা ( মমিৎ লাওথোক্লকই) নোকচৈ।
- হোয়, শেংলু য়েংগেনে।

মহৌশাদগী নুপী হায়বসি মপুরোইবগী মমাঙদা কেজ্ঞ নৌর্জনিংবগী ৱাখল অমদি উৎচনিংবা খরদি মরৈবা জাৎনি প্রতিমা ইকাইবপ তৌনা তৌনা, মমায ওন্থোক্লগা তনশেং শেংলি। শেংপা লোইশিল্লকপদা, মখুৎ য়েৎনা ওইগী লেংজুমদা নান্থবক্কদবা ছাড়িদু কোমগোম পায়রগা মপুরোইবদা পকচব্রা য়েংঙু হায়দুনা লৈশল্লকপদা মাষ্টরদু থোঙ্গাললোমদা হৌদুনা চেপ্লোকখি। গোপালনা করিনো য়েংথোকখিবদা থোঙ্গান্দা মারুতি অঙৌবা অমদগী নিপা অমা কুমথরক্লগা ইমুংলোমদা চঙলকপা উই। মহৌশানা অথৌবা হূইনিনা চিকউবা তারে খন্দুনা তহা তহা গোপান্না- মাষ্টর, মাষ্টর কৌনা কৌনা শুমাঙ মচি ফাওবা চেপ্লোক্লকই।

অঙকপনি, মাষ্টরদু মমৈ হাইর হাইরগা য়াম্না হরাওনা চোংখৎ চোংখৎতুনা নিপাদুদা কোনবদু গোপাল উই। নিপাদু খোঙকাপ অনী/ অহুম থাংজল্লল্লগা গোপাল উবদা থুনা য়াঙনা মারুতিদা কাখৎখি। মাষ্টর মতুং ইন্নৈ। নিপাদুনা মাষ্টবদু ইন্থরমগদবগী হোৎনরম্বনি অদুবু য়াদদুনা য়া ওখ্রে। গাড়ি থৌখ্রে।

গোপাল পুমঙক ঙকই। চপ লেপই। গ্যান তাদে। মানাকোংদা মঙওই- হাওই মনেনা নোংমা হায়খিবদু তারকই- "গোপাল, মবুকপু শেংদ্রবদি মী খঙদে শা খঙদে... হূইসু মপু হোংবা য়াবনিকো"। অমুকসু মমানা হাযখিবা- "মপান্দদি ইমানা চথোকউবা শুমদ্রে... নশা লাক্লিঙৈদা নপোং নচৈ য়েংশল্লম্মু", ৱহৈশিংসি নিংশিংলকই। গোপাল হৌজিক্তো ভাব তারক্লে। শুমাঙ মতোন্দগী মমায় লৈশিন্দুনা ইমুংলোমদা চংশল্লকই।

প্রতিমা মাঙ্গোন্দা চপ লেপ্তুনা লৈ। চংখ্রিবা অমদি চংলকইবা অনীগী ৱাখন্না ছাড়ি শেংলি কাউই, গ্যান মাঙই। মমিৎ পাঙলি, কুপ্তু কুপ্তে। অনুতাপকী পিনা পাখোংদগী খজাইদা মরি মরি শিন্থরকই। পামজনা শেংলম্বা ছাড়ি লেংজুমদগী খ্বাংদা তপ্লা তপ্লা তারকই। গোপাল দারি কাখৎলকই। মমাঙদা মমুল ফারবা উহৈনা য়োল্লবা হৈপালনা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎপু কিজদুনা মায়থোং

লুক্না তনিক তনিক লেপগুম প্রতিমা গোপালগী মমাঙদা লেপই। গোপাল চাংলেম্না, খোঞ্জেন্দি নিকতক হায়রকই- প্র-তি-মা, হূইদি চৎখ্রে। নঙদি ছাড়ি শেংপা লোইদ্রিবরা?

- -- ---:::::- -----

# মালেমঙানবীগী মমোম

ঙসি অয়ুক্তি মালেমঙানবীদু মপুরোইবনা মচা ন্নারক্তে হায়দুনা কয়া থিনা ঙাঙবীরে। ঙাঙবমখৈ ঙাঙবীরম্লগা নোংমা কায়বা য়াদবা থৌপুবনিনা মিংকুপ অমা পল্লমদনা চৎখ্রে। নিপানা চৈরগা থল্লম্বা নুপী, করম্না লৈতানা লৈহৌগনি। মালেমঙানবী ঙাইরি মচা হঞ্জিল্লকপা, হঞ্জিল্লকপগা —

- অঙাং নঙ অমা হায়বীগে তাজৌ। নুমিৎ চুপ্পা খৎপনা কোইপাই হেক পাইরদনা, নঙ-লৈশাবী ফারক্লবনিকো। নোংমা নত্রগা নোংমদি ফরকখিনি হায়দুনা ফনা ঙাঙনিংবা কোঙ্গাই লৈরবসু ইয়া ক্রক ক্রক চীক্তুনা খাঙবনি, খরদি হেনমল্লবনি। মসিদগী অমুক্কা হেঞ্জিল্লক্কবদি নঙ মাঙবা শোইদ্রবনিকো।

মচানা য়াম্না তপ্না খুল্লকই —

- ইমানা নুমিৎচুপ্পা ঐবু মৈশা লাংহল্লে। ইমাগী মৈশাসিদা করম্বা নৌরিবা নুপীমচানা খাঙদুনা লৈবা ঙমগনি। ঐসু খাঙবা য়াবা মখৈ খাঙলম্বনি। ইমাগী ইশৌ লাংবা মতৌসিদি কালেনগী শারবা নুংশাগুম্মী, মসিদবু করম্না নুপীমচানা ননাক্তা লৈনিংগনি, অদুনা য়ুমদকা লৈতনা কোইপাই হেক পাইদুনা লৈবা তাবা।

- ফরে, ফরে! মৈশা লাংলে লৈনিংদ্রে হায়দুনবু নয়ুম থাদোক্লগা পাইবা ঙম্মীবা খৎলিবা, অদুদনিনে ঐনা শাউরিবা। ফরে কোয়রুরোনে, খৎলুরোনে ঙাইহাক লৈকাইসিদা। হঞ্জিল্লকউনে কোরৌ মৈশা লাংদ্রিঙৈ, ন্নায়াম্নগদ্রা

হায়বা? কনানা নঙোন্দা করি হায়গনি। অদুদি নত্তে, নুমিৎ চুপ্পা উরক-ৱারক, চীংয়া তময়া, পুখ্রি খোংবাল ফাও ফাওদুনা চেল্লিবা। হায়নিংদে কো নুপী নঙ-আ সমুদ্র শিনবা থুংনা কোইবী, নুমিদাংদা মখেলাংবা শাজত্তুনিনে ইমানা পামদ্রিবসি।

- নহা ওইরিঙৈ, ইশা য়াংলিঙৈ, লায়না-তিন্না চেন্দ্রিঙৈ, ইপাল ফরিঙৈদা কোয়হৌদ্রবদি করম্বা কান্দা কোয়গনি। হয়েং অহল ওইশিল্লক, ইশা লুমশিল্লক, ইমিৎ ইনা চোইরক, খৎপা-পাইবা ঙম্লক্রুবা কান্দদি থোকউ থোকউবা মফমদা হেক লৈতারগা লোইরে।
- কয়াদনোনেসে! কদায়দদি তারুগদৌরিবা নমা ঐগী ইশাইকোন্দা নত্তনা। কোইগে মখৈ কোইরুরগা, ঙাওগে মখৈ ঙাওরুরগা মমা ঐগী খয়াত্তা পোপ তাগদৌরিবনি। লৈকাইনা, লৈবাক্লা করি হায়নগনি- মচাসি শা শাবা মখৈ লিশাং থাদুনা কোয়হল্লুরগা মমাসিনা অমুক লৌশিল্লে। কুইররোই অমুক থাদোক্লক্লগনি চহি ফারোই, য়েংঙু হায়নগদৌরিবনি। মসিদবু মমা ঐগী থম্মোয় ইংগদবসি করিনো হায়বা।
- ইমা নঙসিবু করিনো। ননাক্তা লৈরে মশাওবা, কোয়রুরে মশাওবা। ঐনা কোয়রিবসি লেম্লকা কোয়বা নত্তে। নচাবু ওক্তবী ওইনা খনবীগনু। লৈবাক প্রাজানা করি হায়নরিবগে, করি পাল্লিবগে খঙনবা কোয়গে হায়দুনা কোয়রিবনি।
- এ:এ: অঙাং পণ্ডিত, চিন্থক্তা খুন্বী, মমা হনবী, অৱাই-অখুম, ওম্থোক-ওন্সিল হৈরেদা ইচাদি। পুংজা খুদিং মচু ওনবী, মীৎকুপ খুদিং মরৈ লোংবী, অরেপ্পা পুকচেল চেন্দবী, নমা ফাওবা শুম্বা ঙম্লেনে। নঙ অঙাংনি ভাব তাওকো। অঙাং ওইদ ওইরিঙৈ, নবুক শেংলিঙৈ, নথম্মোয়দু মচু শংদ্রিঙৈ, তঙৌ তঙৌরিঙৈদদি মীনসু নঙবু পাওখোল শীনিংবনি। সংসারগী ময়া চঙদ্রিবা অঙাং পল্লিংগুম্বনি। নঙদি... (মরক থৎনা মচানা)
- অদু ইমা শাওগনু হায়বা। নচানা ইবুক লেপত্রিঙৈ, থম্মোয় মচু শঙদ্রিঙৈ মীনা ঐবু নুংশিরিঙৈদা কোয়হৌগে হায়বনি ইমা।
- আঃ আঃ মীনা নঙবু ঙাংনরিবসিদি নঙ তাদ্রেনে?

- করি ঙাঙনরিবা?
- মালেম ঙানবীগী মচাসি লৈতবা নুমিত্তি নুংঙাইখ্রে। ঈংখ্রে। য়েংঙুদো মহাক্না কোইরাং লাংদবা অহিং, কয়াদা চিকখ্রবা, থা থৌৱানমিচাক ফাওবা নুংঙাইরমগদবা মাল্লি।
- ইমা মৱা লৌবিরুনু, নচাবু পংঙাং ঙাঙনবগী ৱানি। কল্লক্কুন। কনা অমনদি নচাবু নুংশিখ্রবা পোৎনি। নচাগী খুৎঙাওসিদা ঙাওজবা, নচাবু য়েংলগা পেঞ্জবা নচাবু ফাদুনা শিজিন্নবা কবি, মচা কায়নবা মমা, মশাবী কায়নবা নুপা নুপী কয়া অমগী অৱা নুংঙাই পোত্থাফম ওই ,পাওখোল্লোই ওইনৈ হায়দুনা ঐবু নুংশিবীবা কয়া অমসু লৈতবা নত্তে।
- অদুদনিনে ইমানা চাক্লিবসি। ইচাদি চাউরক্লবনিনা ঐগী ওইদ্রেনে নত্রা ? নঙনা ঙাওরগা মীনা হরাওবা, মীগী পাওখোল্লোই ওইরগা নঙনা নুঙাইবা, মদু উরগা মমা ঐগী থম্মোয় ঈংনা লৈবা ঙমগদ্রা? জগত্তা মচাবু মমাগী ওইদ্রবদা করম্না মমানা ইংথনা লৈবা ঙমগনি। নঙসে ইমাগী তম্পাক্তগী হেলহন্নিংদে। ঐনা নঙবু মাঙহন্নীংদদুনা অসি য়ৌনা কন্না ৱারক-ৱাতেল্লীবমক্তদা, নঙদি হেক্তা নাম্বোক্তুনা চেনখি, অদুগা তাল্লবা লমদমদুদা অহিং ওইরো নুংথিল ওইরো নিংঙাইদনা শান্নদুনা লেনখোকপা ঙম্মি। নঙগী শান্নফমসু অরেপ্পা মফম লৈতে নোংমনা নক্লা নোংমনা আ স্বর্গদা। ইমাগী নাক্তা সুম লৈরম্বদগী শ্বায় হেক্তা মাঙখি, কৌবা লংবা তাদে। ইমানা কোইথি থি, কোয়য়েং য়েংই। থিবা ফঙদে। অদুগা মীনা ইমাদা তম্লে-
- মালেম ঙানবী, নঙনা থিরিবা নচাদু ঐখোয়না নোংমা কৌব্রু খুরম্বা চৎলি। নচাদু চীংখোঙদা মথন্তা কোইচৎ চত্তুনা লৈরম্মী। ঐখোয়গা ৱারী শানা শানা ফনা য়াম্না শাংনা চৎমিন্নে। নঙগী অৱাবগী পাও তম্মী, মনানা তাদে, হোয় মায় হায়দে। ঐখোয়দা শাওবু শাওব্রা খঙদে, তুমিন্না মথন্তা ঐখোয়দগী হেনগৎলগা চৎখ্রে। নুমিত্তুদা নুংশিৎনা মরোল অমা শিৎলিবা, ইফি ইবোল ফাওবা মফম মরাং খঙখিদ্রে, অদুনা মাবু শেন্নবা ঙমহৌদ্রে।

মচাগী মপাও তাবদা মালেমঙানবী ইঙক ঙকই। মখা তানা মচা কৌবনিনা মীপাইনা হংজৈ —

- অদুদগী কমদৌরে ইচে নোংথাং লৈমা —
- হো অদুম থেংনদ্রেদনা, অদুগদি আ কৌব্রু মহাদেবগী লাইশং য়ৌবদদি মাদি ময়া ইহি হিগত্তুনা অঙৌবা নমথাং অমা ইল্লগা নোক খেদুনা লৈরম্বগী ৱানি। ওল্হোকপা নচানি মবুক্তি ইচম চমই, নুংশিবা অমসু ময়াওই। মাবুদা য়েংবদা পুক্লিং ইপেন পেল্লি। কুমথরসি চৎসি হায়ববু হয়েং কোন্না তঙাইফদনা চত্তবা য়াদবা ৱাকচিং থাদা লাক্কে ইমাগী নাক্তা হায়হৌই। ঙাইহাক লৈরগদি মমান্নবী খরগা চীংয়ায়দা কুমথখি, নুংশিৎকী ঈপোম মরক্তা হারাও মখে লাংদুনা অদুম চৎখ্রে।

মচাগী ৱারী তারুরগা মালেমঙানবী পোত্থাফম খঙদে। পীবুক্লুংদা খল্লি মচাবু অমুক্তং ৱারক্কে, অদুবু ঙাওগে হায়না ঙাওখ্রবা লম হেল্লগে হায়না হেনখ্রবা ওক্তবা মচাগী মমা মপা কনানা ফনা ঙাঙনবীগনি। মরম ওকপা অঙাংগী মমা মপাদনী ৱারকচেৎপা অফবা মমা মপানি হায়না থাগৎনবা। মচা হঙ্গিল্লকপা কান্দা ৱারক চেৎপী মালেম ঙানবীনা মচাবু খুবামনুংদা পায়শিল্লি, অদুবু লম হেনগে হায়না হেল্লবা মচাবু করম্না মমা মপানা ফাদুনা থম্না ঙমগনি। খুবামনুংদা পায়শিনবা মৈখুংগুম্বনি কদায়দা লিৎখিগে খঙদে হেক্তা নাম্হোক্তুনা চেনখি। উনা উনা লাপথোকখি, মিৎকুপ্তা উবা হেক্তা ফঙদে। মচা কৌবনিনা অচৎ অত্তক্তা অমুক হংবা লেপ্তে। নোংমা অয়াঙ লৈমনা তহা তহা চঙলক্তুনা পাওদমমৈ-

- ইনে মালেমঙানবী, কুমসি নিংথম মমৈ, বসন্ত মচিন হেরা ফাইরেল পঞ্চমী নুমিত্তনিনে। ঐনা লুচিংলগা ঙাওখ্রবা হায়ন-তানবা য়াখিদ্রবা য়ৈখায় থিনগাইবদা মথ্বায় য়াওজবা, মমায় নানবা মপোপ মতাং ফবী উবা য়াদবা, করি অমুক হায়গনি চংবী লরাক ফাওবা শিংকুপ শানা শেগাইরগা পেঞ্জবা ফাইরেন পাখং শঙ্খু অমগা নোংমাইজিং চীংদা চীং নিংথৌ খুরম্বা হেক চৎলুরে। চীংয়াংদা নচা নুপীদু য়াম্না নুংশুক নুংজাননা তন্দে মান্দে লৈরম্বা উই। ঐ উবদা মাবু ফাবা লাকঅমাল্লে খলমাল্লে খোঙলৈ থুনা মমায় লৈথোক্তুনা নোংচুপ পাংনা চেনখিবা উই। ঐসু চিনলাং খরাং ওইনা অপাইবীসে তাল্লু; মমানা মাবু থিবদা কপ্পুনা লেল্লে হেক হায়রুরে। অদুদগীদি পাখং মচাশিংদুনা

কোইতান তান্নে। করিনো ফঙ-লাকপা পোৎ নত্তেকো নচা নুপীদুনা জগোয়বু শাবও, নোক খেবও করিও, পাখঙশিংদুগী মমাঙ থাদুনা চেনখ্রে। আ থাংজিং চীংবু য়ৌরমগনিনে করি থোক্লমগদৌবনো খঙদে। ঐসু করি নুংগী হায়রুরবনো খল্লি। ঙাইহাক লৈরগদি য়োং তথকপীদু খারোমদগী ময়া ইহি হিগত্তুনা সমদ্রদগী ফাওগৎলকপা জীবগুম তথক তথক লাকখিবা উই। ঐসু মাগী মতৌদুদা হোয় মায় হায়বীদ্রে। খুৎঙাও অমনি ঐদি নচানুপীসি মী মরক লাইমরক মাইবীদুম চঙগদবা মাল্লে, ইনে মালেমঙানবী।

নোংমা নোংমা হৌখি। থাজ কয়া লানখি। ফাইরেল পঞ্চমী অমুক য়ৌরক্লে, বসন্ত ঋতু চংলক্লে, কুমগী নোংসু নোংদমখ্রে। শাবী শানৌ ময়াম, হরাও মথোই কানরনি। মচানুপী লৈশা কাংদোং ফাবীদি মমাগী মমিত্ত উবা কৌবা লৈখিদ্রে। মালেমঙানবী মচাগী মৈনা চাকপনা ব্রাকচীংগী উলেন লানখিবা খঙহৌদ্রে।

নোংমা মংওই হাওই লাকখি মচা নুপীদু মাগী মমান্নবী কৌনুগা সোইননা। মচাগী শকফম হোংলমলে, মচানি হায়ববু খঙলুদে। করিগীসু হোংলোই মচাগী শাজৎ অদুনা। তঙৌ তঙৌরম্বা মশাদু অমংবা নোংগুম ইমক মকশল্লে। কৌনু মচিন্দগী খঙলে মহাক কুম থা লেপখ্রে।

মচাগী ফিবম উবদা মালেমঙানবী শাওবগী পনখৈ লোমখ্রে। মচা য়েংলগা হায়রকই -

- চৎখ্রো, লমচৎ নাইদবী, ইকাই খঙদবী। কৌব্রু চীংদা নোংথেম্বী, নোংমাই চীংগী চীংদোন্দা পাখঙ শযাম থেংনবী, থাংজিং চীংখোঙ কোয়গনবী, লমচৎ মহৈ য়াল্লমদায় করি পলেম থিরকপা। ওইদ - পাদ ঙাঙলনু, ননে নোংথাং লৈমনা নঙগী শাজৎ পুম্নমক শিৎ নান্না তম্লম্লে। নঙগী ব্নারী শিংবুম্না খোঙফম অমা হাঙদরে, লৈবাক শরা শনখ্রে। হৌজিক নঙবু তম্বা কনানা তালোয় শিঙদা চন্নীংনি। নঙগী নপাবুং লাক্লিঙৈ মোংবা য়ুমসি থাদোক্লো। ওক্তবী নঙগী নপাল-মচুম চাররোইকো ইমাদি। পুন্সি চুপ্পা ইচা পোকচবগী ইকাই ফিরুক খুম্না লেলখ্রগে।
- পলেম ইমা অপোকপী, খোইখা লিনখা থাবীনু, বিধাতাগী নিয়মবু নচানা

করম থুগাইনি। বীধীনা তমখ্রবা নচাগী লাইবক্লি। হৌখ্রবা খোঙথাংনা লাক্কদবা লশ্বীদা খুরৌ থাংবদি নচা পামজদে, মদুনা অনুতাপ ওইদুনা পুন্সি লেনবসু ঙমজরোই। অফবা মরুপ্তি তাঙইদো, ওক্তবগী মরুপতি ৱাত্তবনিনে ইমা। পাক-চাউরবা জগৎনি ওক্তবা নচাবু পামজবা তাইবং কয়া লৈরম্বসু ময়াইদা...।

- (মরক থৎনা) নঙবু কনানা পামগনি। লমচৎনা শাজৎ হোংলবা, নশক নচু ওল্লবা চৎপদা নঙম শান্দ্রবা, নকুম নথা শুরক্লবা নঙবু; তায়োন্নবা ৱানি চৎখ্রো ইমাগী নাক্তগী, মিৎকুপ অমা পল্লনু, ওক্তবীগী লৈফমদি ওক্তচৎপা মফমদা লৈজরুরো পুন্সি চুপ্পা। নঙনা নপাল ফরিঙৈ ঙাওমিন্নরম্বা পাখঙশিংনা হৌজিক্তি নঙবু থাদোক্কদবগী চৈরাক চৈফু তম্লনি। নঙগী নপাও পুরম্বা অয়াংলৈমা, নোংথাংলৈম পুম্নমক নঙগী য়েংথিনবা ওইরনি। নথিক নেম্বা নপোক্লা স্বর্গগী নুংঙাইবা পাম্বদি অৱাফমদ তাজবা তাবনি।

মমাগী মীচৈ তাবদা কপ্লা কপ্লা মচানুপীদু মালেমঙানবীগী মশাইকোন্দগী থোক্লকই। লৈশারিঙৈগী শাজৎ থাদোকপদি ঙমদ, মপাঙ্গন্দি য়াওদ, পোৎলুম পুবা শাগুম তপ্লা তপ্লা অসুম অসুম লাপথোকখি, চীংয়া তময়া তল্লকখি।

অঙকপা তাইবংগী লিলানি, মালেমঙানবীগী ওক্তবী মচাদু মমানা তাথি তাওইননা তৌবীদুনা ময়ুমদগী তাম্থোকখিবা উবদা - কৌরি খুলাম তোয়না খৌরাংলবা লৌরাং শুবনা য়োৎলৈ কাংবা লেপ্পুনা। য়াঙ্গংলবা পাৎ, তুরেল, গীরী গুহা পুম্নমক্লসু কৌরি মালেমঙানবীগী মচাবু মশাইকোন্দা পোৎথারনবা।

প্রকৃতিগী শায়োন্নি মালেমঙানবীগী মচাদু মকুম মথা শুরক্লবদা অখাক অরাওগা লোইননা হল্লক্লে মালেমদা। খৌরাংনা ঙাইরম্বা তাইবং জীবা পুম্নমক মালেমঙানবীগী মমোম ***লৈচিন্দু*** নোং ওইনা তারক্লবদা হৱাও মথোই কানরে। মালেমঙানবী পৃথীসু মচাগী শায়োন উবদা অনৌবা য়েন্নীং হুন্দুনা হৱাও মোমোন নোকখরে।

------::::------

# কৈথেল হোংবা

রাধে কৈথেল চৎকদৌবগী হোবে-হোবে লাঙলি। ইমুংদা অমুক চঙ, লুখাক-চগুম হেক পুথোক, য়েনখাদগী শীং অমুক পুশল, পুখ্রিদগী ঈশিং অমুক শোক, করিনো চৎলমদাইসিদা চিল্লিবা, ঙসাই মশম হাৎকে তৌরম্বা শমজেৎতু হৌজিক ফাওবা মকোক্তা লৈরি, অমুক্তা শমদোন য়ৌনা হাৎখবা শংজদে। মফি ফনেক্লনা মরোল অমা মৌগী খুবম য়ৌনা কাজবা ফঙদ্রদুনা মখ্বাঙদা চরৈ চাউনা শেপ্লেননা ওইনরি। স্বরসি খাঙতপ্তা হোল্লি, চনীং তানা হোম্থনবা মতম ফংদে। মখোঙ-মখুৎ হাম্না হাম্না মপাং কায়নরক্লবা হৱাই সেন্দলদু চাম্লগা তৈথোকপোই-লাকপোই চঙশিল্লক্লগা ফক্লাংদা য়াল্লিবা মিংশেল অদুদা কোন্তক্লা য়েংলগা চন্দোল থিল্লি। থিল্লিবা চন্দোন্দু লেপ্তুক তৌরগা অমুক মপুরোইবদা চেপ্তুক য়েং, ফনেক ফিমাঙনা হাইগৎতুনা নারুম তৈথোক-তৈথোক্লা,

- মা'পাবুং অঙাংগী মিংজল শেলসি কমদৌসি হায়রিবনো ? লাইরিক্লা কোন্না লৈরবসু।

কুপচখ্রবা মপুরোইবা তামচাদু থোইনা তারুবা লৈতে। রাধেগী লুবাক্তুদা হৱাই, হঙ্গাম মপুলশিংদু মশিং থী থীদুনা হাপ্লি-- অমা, অনী, অহুম, ঙসাইগীদুগা অদু-নদি কুন-মঙা....।

মপুরোইবনা মখুল্লক্তুবদা রাধে মফি ফনেক্তু মরেঙজুম

ঈনখৎলপ তৌরগা ফীরৈ য়েপ্ন-য়েপ্না অমুক,

- হো পৈশা হায়বদু কমদৌসি হায়রিবনো ? তুমিন্না সুম লৈরগা য়ারগদ্রা?

লুবাক মরীদু ফানা ফানা তামচানা খুন্নকই—

- খঙদেকো, ঐনা শুরুরিবা থবক্তুসু বেন হাংদ্রিবা ফাওবদি মহাজন্না পৈশা পীবা ঙন্নরোই হায়রে। খঙদ্রে নুপী নঙনা থোকপা অমা তৌরো, ইচাগী মিং চলহৌদবদি য়াদেকো। নঙনা লল্লোনবা কৌই, লাক্কেরা-ফোয়গেরা নঙনা থোকপা তৌবদা ঐ ব্রা হায়রোইকো।
- লল্লোনবীনি হায়দুনবু মীগী নুপা-নহাদগী হেক্তা লাকউবা য়াব্রো। পোৎ শিৎলগা খরা তোংজবা শীৎত্রগা মাঙজবা লল্লোনবীনি। পৈশা পাম্মী হায়দুনা অরৈবা/অয়াওবমখৈ য়োনবা য়াব্রা ? নুপানি নঙনা থোকপা খরসু হূম-লাক্তুনা ময়েংঙু।
- নঙনা মরোল অমা ঐসে মপাল থোক্তুনা শুগদবসু ঙাওশিন্নরক্কনি স্বায়দা অদুম শু মহায়দো। অদুবু ঐসু শুরিদনা নুংতিগী। মীনা মপীরক্তুবদি তোক্লেদনা। ঐনা মীঙোন্দা পীথোকউবদি নত্তে হায়বা। নঙনা লল্লোনবা চৎলিবসিসু ঐদি তৌহন্নিংদবনি নশা নহানিনা, অদুবু চৎলে উপায় লৈতবনা। নঙনা চৎথোকখ্রে ঐনা নুপাগী নুপীগী খায়দনা য়ুম লোইশিল্লিবনি চুরুপ-বিড়ী ফাওবা নঙনা হুল্লিবনি। ঐনা শিকি পায়দুনা শীনবসু নত্তে।

নুংশিননা য়ুম্বানমিন্নরকপা রাধে তামচানি। মপুরোইবগী অকোনবগী ব্রাহৈ অমা অনীসিদা রাধে পুক্লীং খৎনুং নুংশি। শাউবা ঙমদে। মচাগী মিংজলশেন্দু থোকঅবা অমা তৌগে খল্লি। কৈথেল চৎলমদাইসিদা অমুক মচা অতোম্বদুনা মরোল অমা মমা কৈথেল চৎখিদৌরে হায়দুনা নীংঙাই তৌবা হৌরকই। অঙাংগী নীংঙাইনি য়াররোই খঙবী রাধে চৎকদৌবগী দারী কুমথরক্কবনি অদুবু লৈশীল্লক্তুনা দারী মথক্তা লৈরিবা মচাদুদা খজিক নোম্বরগা সে সে হায়দুনা অঙাং মকোক্তু ফিদুপ মচাদুনা কুপশিনখি। মীকুপ অমগী মতুংদা অঙাংদুনা হরাওদুনা মমাদগী লৈথোরক্কগা বে-বা বে-বা অচাপোৎ মখুৎ তেকথোক্তুনা তপ্লি। তাঞ্জা খঙবী রাধেনা খুদৈ মচা অমা কোমগোম মখ্যাঙদা লাকশল্লগা মপুরোইবদা হাইফেৎ

য়েংখি। পয়া শিরম্বা মপুরোইবদু ফুক হৌগত্তুনা লুবাক্তু রাধেদা থোঙ্গৎপি। রাধেনা মপুরোইববু শুপ্তুক ভাবনা খুরুম্লগা থোঙ্গাল্লোমদা মমায় লৈথোক্তুনা নোমফেৎ নোমফেৎ লুবাক কোক্তা থোংলগা চৎখিবদু মপুরোইবনা থব্রায় তানা য়েংজহৌই।রাধেগী তুংয়ানগী ফজবদু মতম কুইনা তামচাগী থম্মোয়দা কাইহৌগদবা মাল্লি।

মচাগী মমিং চনখ্রে। তামচা রাধে নে খরদি তারে। নোংমা নীনিগী মতুংদগীদি রাধে কৈথেল কাখিদ্রে। তুফক তুফাই ইচন-চন, অপু-নবা অমা ইতৌ তৌই। মপুরোইবনা হংঙি। মরম ইতাক তাক্তে, শে-মাই ইহায় হায়দে।মশা ঙমদদুনা তৌরিব্রা হায়বসু খঙদ্রে। কন্না নীংঙাই শংদানগদবসু লল্লোনবদা শেল মাঙলদুনা তৌবা ওইরিনি খন্দুনা লৈথোক্লে।

রাধে কুইনা কৈথেল মকারক্তুবদা ইমুংদুদা চাউনা অহোবা অমা লাক্লে। নোংমা হংঙি মপুরোইবা তামচানা-

- রাধে, নঙবু করি তৌরবগে, লল্লোন-ইতিকসি মতৌররোইদ্রা ? নঙনা খল্লিবসিবু করিনো ?

মপুরোইবনা মহংজল্লকপদুদা খুমদবা য়াদে মতাগুম খুল্লকই-

- কৈথেলসি হোংদুনা কাদবা য়াদ্রে। কৈথেল হোংদ্রবদি য়ুম্বানবা ঙম্মোইদৌরি।

মখা তাখিদ্রে রাধে। রাধেগী ৱাহৈদা মপুরোইবা ইঙক ঙকই। মওল-মওল খল্লি। কৈথেন্দা করি থেংনরক্লে। কৈথেল শামু অঙাওবনা মপোৎ লাক্কে তান্নবীরক্লব্রা ? নৎত্রগা অনৌবা কাও থাদোক্লকপা থেংনবা কিদুনা তৌরিব্রা, হুম মদুসু ওইথোকপা য়ারোই, মাগী মবুক ঐ চপ চানা খঙঙি; অদুদি করিগীনো হন্না-হন্না খল্লি। অরোইবা ওইনা অমুক্কা তামচানা হংলকই-

- করি মরমদগী কৈথেল হোংগদৌরিবনো রাধে ?
- হোংদবা য়াদবা মরম লৈদুনা তৌরিবনি। ঐসু হোংনীংবা নত্তে। ওম্থোক্লা হংখ্রে।

রাধেগী শাউরপ খুল্লকপা ৱাহৈদু তাবদা মপুরোইবদু আ- য়ৌনা

খষ্ট্রে। নুপাগী থৌনা উৎনীংলক্লে। নুপীনা লোৎপা মরম নুপানা খঙবা ঙমদ্রগা শাউবা মশানা তাবনি। মপুরোইবনা শুকথখিবা পিশুম খামহৌদ্রবদি মখা ফল ফররোই খন্দুনা রাধেনা মফি কোমতক তপ্পক্লা হায়রকই,

- কৈথেলসি মা'পাবুংখোয়সু খরা কাবা ময়াবনি। অসুক কুইবসি ঐনা মনা-মনিল নাইদনা ইমুংসি পুরক্লি। শিকি অমা পীদুনা ইমুংগী 'সিমা লৈরকউ হায়বিবা নত্তে। নুপাসু ঙাচেৎকী থুমচেৎকী ইমুংদা চঙলিবসি অমুক্তং য়েংবিবা ফবনিদা।

- রাধে, মখা য়াম্না তানীংলিব্রা ? (তামচাদু শাউনীংবদি লোইরবনি, অদুবু মমিংনা রাধে কৌখিবনা অতাবনা ইশাউ শাউদবগুম নীংলগনি) ঐসু নুপানি, অঙম-অঙল্বা পুনবগী ৱানি, শীংথানগুমসি। নখোয়না কৈথেল চৎপদা নামৈ শেল য়েপ্লিবা, কৈথেল হোত্তেলদা নোক-খেরিবা, চারি-থক্লিবা পুম্নমক উবা জাৎনি। ফরে ফরে হয়েংদগী ঐ কৈথেল কাগে।

নোংঙাল্লে। তামচা কৈথেল কাগদৌরে। একাগাড়ী ঈম্বোক্লকই। নুংশিৎকা মথন্তা হাঞ্জে - মখুৎ নাম্মনা পম, নাম্মনা পমজীন। মওং অমনি রাধেনা পুথোক্লকপা ফিকা শেৎপিপোৎ নত্তে, মানা থোকপা অমা হেক্তা শেৎলি। রাধে করিনুংগীনো খঞ্জে। তাঞ্জাসিদা করি পোৎ তপ্পুনি রাধে, নুংনাংননা লৈহৌরে। দাউনা য়ারিবসু তামচাদু লম্বীদা থবক শুব্বগী লুপা ২০০ খকসু মহাজন্না পীবরে। মচাগী লাইরিক লৈবক্লে চপ চানা খল্লি।

কৈথেলনি, মৌ নহা পরেং-পরেং ফল্লি। করি ৱারী শানরিবনো খঙদে, মমীৎ ফল্লপ ফল্লপ মী য়েংলগা অমগা অমগা পাকথনরগা ৱারী শানৈ। মথং-মথং ৱারী ফাওনরগা পুল্লপ অমুক নোকমিন্নৈ। কৈথেলসি সংসার অমনি চুম্লা পোৎ চৈ য়োনবা লৈবা খক্তা নত্তেকো। কৈথেল তোয়দ্রিবা তামচা ঙসিদি কমদৌদৌরি -

মীনা ঙাওনবা খরা তা, খরসু তাদা চৎলি পোৎলক্তা হঙ্গৎ হন্দা। লেমনকা চৎপা তামচাদি নত্তে। অহোঙ অচাও য়েংলি-সিদা থারিবা পোৎথাসিগা অসোমদা থাহৌরিবা পোৎথাদুগা কনাগীনা য়াম্বগে পুক্লীংদা খল ওল্লিবনি। অদুবু নুপানা ফনমক শিংনা য়েংদুনসু নুপীনা নুপাগী মীৎয়েং করি পামদুনা

য়েংলিবনো হেক্তা ফায়--মফি মরোল লোইশিল্লি। খঙঙি, নুপাসিমদি কৈথেল তোয়হন্দবা য়ুমগী নুপীনা লুনা তৌজবা নুপা ওইগনি, মাগী মীৎয়েং নায়েংসিনা। ঙাঙনৈ নুপী মখৈ। সখীতোম্বী ফিমাঙ লোইশিন খমজিন শাউতক্লা ঙাঙঙি-

- খঙদে,ঙসাইদগীনি তাদা হায়গদ্রা, ইতৈ কৌগদ্রা মখোয় অনী অহুমসিনা হঙ্গৎ হন্দা পোৎমাঙসিদা চৎলিবসি, করিবু য়েংলিবনো খঙদে। নুপা নহানা পোৎমাঙদা মুনা মুনা য়েংলগা চৎপসি পোৎ য়োনফম লাকফমকা খঙজ-লাকচদেদা। নুপানি হায়দনা লৈগদবদু কোক হেক লৈরগা চৎখিবা য়াদ্র'নি হঞ্জিন হঞ্জিন চৎলিবা অসিবু করিবু থিরিবনো হৈখ্রে'নি, হৌজিককালগী নুপাশিংসি তঞ্জেকো।

মনাক্তা ফল্লিবী মালিকানা ফুরিৎ মতৎতুগা খুকউ লৈতানা লাম লামদুনা পাল, হৱাই মথাশিংদু শেমজিন শাজিন্না-

- য়েং-গেমখৈ য়েংজসনু পাৎপরো, ময়েং তাগদসু নত্তবা, ৱারগা মরাইনা তোকচনি, অপাম্বা পোৎ খল্লিবা মওইরিনি। তরেৎ তরা থোক্লা খল্লগা লৈদ্রবদি হোরেন্দি য়ুমগী নুপীনা মচুক পৈথোক্কদৌবি।

ইবেথোইনা চিংশিল্লুবা বিড়ীগী মৈখু দু নাতোন্দা কামথোক, মফৈগন্দগী ফনেক ফীবান্দু খুকউ মখাদা চিংথ-চিংথ-

- খীৎতি হাকমল্লি হায়বা, ঐখোয়দি লুকমাঙদা ঙরাকপীনা ঙা-চাবা য়েংবগুম মূনা তাঞ্জা য়েংদুনা মোংবসি পামজদে, নুংশানা মরোল অমা হকচাংদা ফি থোংনীংদ্রবা মতমসিদা। অসি হায়রগা শেগাদগী ফিদু মনঙ্গন্দা হাইগৎলি।

মতাই ইথং থংনা ফম্বী মোংজম ইনে মুহিনা অখুইবা চিনবানগী ময়িদা চেল্লিবা ক্বাগী মহিদু চিংশিন চিংশিন্না-

- অপাইবীশা! চাগে চাসনু, মোংগে মোংসনু, নখোয়দা লাকঅবরা ? নখোয়দা কাইহৌরুনু। মখোয়সিগী নৎত্রো নখোয়না চৎলমদাইদা মীংশেল য়েংলমক্তদাপেন্দদুনা নোক্লগা শম্বান্দোংদা খুৎপাক্লা নল্লকইবদু। নৎত্রবদি কৈথেল ঙল্লোইদ্রো। সুম ময়েংঙু নুপানা খাউ চোন্না য়ান্দুনা লাক্লবদি য়েংঙুরনু মখোয় ঐখোয়গী ওইররোই।

- অদুবু পোৎমাঙসিদা ঙসিগী মখোয়না চৎলিবসি খীৎতি তোয়মনখ্রে'নি।

- হো ইবেম্মা, মীরক্তা মরেঙ ফন্দোক্কদবগী চৎপা কাঙবু অমা, মখুৎ খুনীং ফৈনা চিংলগা চৎপা কাঙবু অমা, মাঙদা খংলেপ লেপ্পা কাঙবু অমা, অহোঙ-অচাউ চুম্না য়েংবা চৎপা কাঙবু অমা, নুপানি হায়দুনা শাজৎ মান্নদে, জাৎ জাৎনি, অফ-নুংঙাইদি অমত্তা নত্তে।

তাঞ্জাসিমক্তনি, তামচা সখিতোম্বীগী পোৎমাঙদা লেপ্পা। অদু অদা পাক হায়দে। য়েংবমখৈ য়েংলগা তামচানা-

- মরোই মপুনসি কয়াগীনো ?
- লুপা অনীনি য়োম্প্লোক্লগে তৌবনি।

তামচানা মরোয় মপুন্দু পায়খৎলগা অমুক য়েংবদুদি কয়াদি কুইখ্রে, মকা মশীং থীরবসু লোইগদবা মতমনি। তামচাগী মতৌদুদা পোৎফম ফম্বী ময়ামদু নোকই। তামচাসু নোকই। অনোকপা অনীদু তিনশিন্নখি, অর্থদি তোঙাল্লি। তামচানা নোকইবনা তাঙর্জবিবা মতাঙজা অদুগা লুকমায়দা থম্লবা পোৎপু য়োম্প্লোক্লগে তৌবনি হাযবদুদা নোকইবনি।

লৈরগে তৌবনি লুপা অমতগী খায়বীয়ু হায়দুনা অনী চৎপী অমা থাদৈ। অচোয়বা লৈত্রে। মখায় অমগীগা হাপচরগে হায়দুনা মখায় চৎপী অমা হল্লি।

তামচা লিকপদা বেরাগী মীনি। বিড়ী মতেক চম্নদা চিনবান কয়ারক পোকখ্রবনি। হাপ্পসু পামদে অব্রাৎপা মখায়দু পীরো হায়দুনা সখীতোম্বী শঙদুনা লৈখ্রে। সখীতোম্বী হৌগত্তুনা মনে-মন্দোল কনাদগীনো খঙদে মখায় চৎপী অমা লৌরুরগা-

- ওম্লোকপা নুপা'দুনি; মখায় চৎপী অমগীদমক অসুক কুইনা ঙাইবা ঙম্মিবসিনবু পৈশা পায়দ্রবদি কনানা পায়গনি- হে সৈত্য সখিতোম্বী ঐগী লাইবকসি থীদকো, অসিগুম্বা নুপাসি লৈশারিঙৈদা থেংনজরল্লবদি করিগী মারুতি তোংমিন্নরোইদগে; ইনম্মদো নুংঙাইজরিনিদা-

অসি হায়রগা মখায় চৎপীদু তিংথোক্লক্লিবা তামচাগী খুবাক ময়ায়দুদা কীৎ নম্লগা পী।

সখীতোম্বীগী পৈশা খুৎপীদুনা তামচাগী ইন্দ্রি পুম্বা মরোল

লোল্লি। করি অমুক হায়গনি ফুরিৎখাউদা য়াওরিবা মচাগী লাইরিক লৈগে হায়দুনা থমজরিবা পৈশাশিংদু ফাওবা সখীতোম্বীদা চৎকদৌবগী মখে লাংবা হৌরকই।

নুপাগী পুক্নীং খঙবী সখীতোম্বী য়াম্না শুকথনা পুক্নীংদা আশা অমা নীংবা থুংলনি খন্দুনা তামচাদা হায়জরকই -

- শকখঙনদ্রিবনিনা য়াম্না তৌঙম্বী তারগদ্রা ঐবু। অদুমক্তি নৎচদে, ঐ নুপা লৈবী নুপীনি; অদুমকপু উপায় অমদি তৌহঞ্জনীংঙি।

ব্রাফমসি কনাগুম্বা অমদা থোক্লবসু ব্রাখল খরদি খনগদবা মাল্লি। তামচাদা থোক্লরে, তামচা কনাগা ব্রাতানরুগনি, কৈথেলনি। অমরোমদা নুপীনা হায়জরগা হেক্তা য়াবা হায়বসিসু নুপা কাঙলুপ চেম্বনি খন্দুনা তামচানা হায়রকই,

- ইবেম্মা, য়াম্না ঙমশিল্লকইকো, মখায়দগী ঙাইহাকসিদা আ য়ৌশিল্লক্লে, কুইশিল্লক্লবদি হৌজিক ফাওবা পাউ হনবিরুদ্রিবরা হায়রকপা য়ারি। নুপীনি উপায়বুদি তৌবা ময়াবনি অদুদা....।

সখীতোম্বীগী অনম অমা লৈরি, হৌরুরগা লৈখাই তাদবা য়াদবা মদু শীজিন্নরকই,

- সুমদৌবনি, অয়াম্বা পৈশাসু নত্তে, শুপ্নগী লুপা ২০০ খক্কী শিবা য়াবা খোঙফম অমা নচন মায়োক্লরি। ওন্থোকপা নচনগী দশা হায়বদুনি। থাদি থাজবিরোই, সৈত্যনা সাক্ষী, ঙসি হুর্মনি শুবা নুমিৎতা শোয়দনা মফমসিমক্তদা শিংজগে। নুপামচানি উপায় অমত্তংদদি মতৌবিয়ুদা। তামচাদু লাংদা থুরবা নোংশা শজিনা লক্লবগুম থোকখ্রে।

মখা তারকপা ব্রারীদি কৈথেল মীয়ামনিনা করি করি হায়নখ্রবনো তাহৌদ্রে। অউবনদি খন্নে- সখীতোম্বীসি নহালমখৈগা মান্নদে, করিগীনো পৈশা য়াম্না চিনবা অমদি তৌই। মাগী মতৌদুদা তামচাদগী পৈশা শোয়দনা লৌরল্লগনি খন্নে।

কৈথেল কুল্লক্লে তামচা। রাধেগা তামচাগদু শবম তিন্নরক্তবা ষণ চামিন্নবদু ঙায়, ঙাঙনৈ শক্লেদি হায়ববু থরুম অমদি ইতৌ তৌনৈ, খোয়দৌ ইতা তান্নদে।

রাধে কৈথেল হোংদুনা কারকপা ঙসি মঙা/তরানি শুরে। হান্নগী পোৎফমগুম মওং ইতা তাদে। অমরোমদা তামচানা মরোল অমা হান্নগী থবক শুফমদকা চৎখিদ্রে। নুংতিগী কৈথেল চৎলি। শামুনা লফু থিবগুম সখীতোম্বী থিরি। — সখিতোম্বী কহা।

কৈথেন্দা সখীতোম্বী কারক্লে। হায়নখিবা নুমিৎতগী হাপ্তা অমা হেল্লে। কনাদা হংলুনি। লল্লোনবীগী ব্রাশক থাজরুবা পৈশা মাঙবা তারব্রা? লুপা ২০০ দুনা করিগুম্বা অমা ফঙহৌবসু নত্তবা। ব্রাখলসিদগী অতোপ্পা অমা খনবা লৈত্রে তামচাদু। ফম্মিন্নরম্বী নুপীশিংনদি হায়- হো ইবুংঙো সখীতোম্বী ধর্ম্ম কায়দবীনি পৈশা মাঙঙোই। তামচা নুংতিগী কৈথেল কারি। লৈমিন্নরিবা খুৎলৈসিদা রাধেসু নোংমতা করিগী কৈথেল নুংতিগী চৎলিবনো হংজবা ঙমদে মপুরোইবদা।

য়ুম্বানমিন্নবা হায়বসি খৎনৈ-শাউনৈ, করিগুম্বা কান্দা খুৎ থোক্লে, নুংশিবা ময়েং তারকই। অদুবু হন্নবা হায়বা অদুমা য়াওদ্রবদি করম্মা মচা মশু চাদা নাউদানদুনা নুংঙাইবা পুন্সি লেনগনি। রাধেনা হনবা হৌই। শাউবিবা মপুরোইবগী সেবা লৈরীক অমত্ত হোৎহন্দে। নুপীনা থোৎনা মেঙনা তৌবা সেবাদা করম্বা নুপানা মতুং ওম্থোক্কনি। করম্মা নুপী খাইনগনি, নুপাদি মমায় ওনশীল্লক্কদবা ঙাক্লি কয়া কুইনা শাউদুনা লৈগনি। কল্লবা য়োৎকী মথৌ থোৎলবা লফুতনা হলহনবা ঙম্মী। তামচাগী অশাওবা পুম্নমক রাধেগী সেবাতনা নেমথখিরম্মী। নোংমা তামচানা —

- রাধে নঙনা কৈথেল হোংলিবসি করিগীনো?

রাধে মীৎলু পিরাং শীন্থরকই। মীৎস্না অনীদুনা মপুরোইববু চিংনা য়েংলগা,

- ঐসে, নুপী ওইবীগী ধর্ম্মসু ঙাক্লীংঙি, অমরোমদা ইচা-ইশু য়ুম্বানবগী অচীন- অকোমসু মেন্দবা য়াদে। ওম্থোকপা হায়বদুনি নুপীগী মপোক হায়বসি নুপানা য়ৌবা ঙম্নরোইদবা ব্রাখলগী ঈপাক অমদা লৈবনি। নহাল ইচাগী মিংজল শেল লৈতবদগী ঐসি ঙাওখি। কৈথেন্দা য়াম্মা চমজবা নুপা অমদগী পৈশাগীমতেঙ লৌখি। য়াম্মা থুনা শিংগে ব্রাশকউই। পীথোকপা ঙমখিদে লায়রবনা।মহাক্না ঐবু খল্লিগদবা, কৈথেন্দা ঐবু থিরিগদবা পুম্নমক খল্লুরগা ঐ

তঙাইফদনা হিংদবদি য়াদবনা কৈথেল হোংলকপনি।

রাধেগী ব্রাহৈশিংসি তাবদা তামচা মমায় হাইগৎলকই,

অহাঙবা অতিয়াদা মূনা য়েংঙি সখীতোম্বী উরকই, খল্লকই-

মাসু রাধেগুম্বী ওইরিগদ্রা?

------::::::------

## ঐগী ইচাশিংনা কমদৌবা

চেক্লোনা মচাশিং মহুমদগী নাছুখিনি শেন্নজবা, মশাবীনা খৌবুম থন্না মচিঞ্জাক পুশিল্লকপগী শঙম ফঙবদা মচাশিংনা মকোন্নুংদা হরাও মীনোক তমজবগুম, শান্তিবালা ময়ুমদা মচাশিং শেন্নজবা, মপুরোইবনা নোংম-নোংমগী অশুমল খর খর ফঙজরকপা অদুনা হরাও হরাও, লৈত-লাইর শেৎন-খাইনা, ৱানা পাঞ্জরম্বা ইমুংনি। মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদা, অৱাবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই। মীওইবনা ৱারবা কান্দা ঈশ্বরগী মমিং শোল্লকই। লুখ্রানা থবক্কী অহোবা, লৈকাইনা করেম্নবা উরুরগা মপুরোইববু তত্তনা নীংশিংলকই। লায়রবনা ফনা কন্দুনসু নুপা-নুপী য়ুম্বানবগী মরিদি থদৎপা ঙমদে। মপুরোইবনা লুনা তৌবিরিবা নুপীবু লাইবক ফবনি খন্নে। শান্তিবালা মপুরোইবনা লুনা চান্না তৌবী। নাওরোল অহুম শুরবা ফাওবা নোংমতা মপুরোইবনা মমিং মপুং ফানা কৌখিদে- নোংমনা শান্তি, নোংমনা বালা লোইরে। মপুরোইবগী থবক শুরুবগী চগন্নরবা খুত্তুনা-শান্তি, তাওনে বালা, নহাকপু লায়রবা ঐগী য়ুম্বানসিদা য়াম্না ৱারবনি হায়দুনা অমুক্তং চোইজাইনরবা মায়থোং কুপচরম্বা শম্লাংদু, তুংলোমদা হাইগৎপিরকপদা কনাগী লায়রবা, অৱাবা পুন্নমক কাউজখি, রানীগুম লৈরীগুম নিংজৈ, য়ুম্বানমিন্নবগী মহাও কাউবা লৈতে।

ৱাহৈনি হায়বগী ৱানি-শান্তিবালা, কাওথোক্লে, খল্লুরনু বিধিনা তমখ্রবা পোৎনি, ঐখোয়সু নোংমদি শোয়দনা লশ্বীদুদা চৎকনি, অকোন

অহান্দনি। কান্নদে,হিংলিবা নচাশিংগী খল্লু, নঙনা চৎকদবা লম্বীসি শাংলি, নশা নহানি অমুবা চন্দন পকচদ্রি। য়েংঙোই, ময়োল কক্থৎপিখ্রবা লফুসি অনৌবা য়েন্নিংনা লরাক্-ফাদুনা মালং ঈপোমদা হাইনা হুম্না শান্নরিবসি,উদ্রবরা নহাকপো। কয়া-কয়ানি মচেম মনেমশিংনা য়ুম্বান্নবা হায়রি থেল্লিবা। কাউগে কয়ারক্ খল্লুই শান্তিবালা, অহোইনদুম মৈচাক হাপকৎলি। অমম্বা অহিংগী অশুকপা উমংদা চাক্তামিন্নজরম্বা শজি মশাবী লাংদা থুদুনা য়াইবী মাঙখ্রবদা,মশানৌনা মচাশিং মথাদা কোঞ্জরগা, মায়কৈ মরিদা শরাক তমগদবগী খোংলকপা তমথিরবা শা-কৈগী খোঞ্জেল লাকপা মায়কৈ তম্না তনিক-তনিক মীপায়না য়েংজবগুম, লৈকাইগী কল্লক মীহৌ খম্বল মীয়েং কয়ানা নোংমতা মায়থোং মকা লাম্না হাইগৎচবা ঙমজদ্রবী শান্তিবালানি। শিবা কিবদগী হিংলিবা শান্তিবালা নত্তে,মচাশিংগী খনবদা তঙাইফদনা হিংজরিবা হায়বদুনি। মপুরোইবগী ৱাখল নোংমতসু কাউবা লৈতে। মীশিদো,মীহাত্তো অদুনি শান্তিবালাগী থম্মোয়দা চান্নিবা। নুমিত্তু মপুরোইবনা শুরুরগা ফঙলকপা খরদু শান্তিবালাদা পীশিনখি। শান্তিবালানা ৱারম্লগনি খন্দুনা তহা তহা লৈজবা খরদু থোং - থাকখি। অরাম খৌরাংবনা মপুরোইবদু ঙাইঙমদনা চাকখুমদা ফমখি। চারমদাইদা মপুরোইবদু শকখঙদবা অমনা কৌথোকখি। মতমসিদা শান্তিবলা চাকখুমদগী তফিং তফিং মপান্দা চেস্থোরকখি। শুমাংগী অমম্বদা মপুরোইবদু শকখঙদবশিংনা ওৎপি নৈবীরমই। থৌদোক্তু করম্বা মনাইনুবীনা য়েংদুনা লৈবা ঙমগনি। শান্তিবলা চেনশিন্দুনা মপুরোইবগী মখ্বাংদা কোঞ্জরুই। শকখঙদবশিংদুদা ঙাকপীনবা হায়জরুই। নুমিত্তুদা নুপী ওইবীগী উপায় লৈখিদবা, অরাম খৌরাংনা চৎখিবা, কোয়না চত্তুনা থবক শুজবা চমজখ্রবা মপুরোইববু লান্না লৌখিবা, সমাজ অসিদা অশেংবা অচুম্বদু শেংদোকচবা ঙমদবা নুপীগী মপোক, অসিনি শান্তিবলাগী অনুতাপ।

হৌজিক্তি লুখ্রা ওইহৌরে শান্তিবলা। ৱানা খাঙজে অৱাৎপনা লাঙ্গোই চল্লি। ঈচেন্দা হৌবা শিংনাং পান্বীগুম মরাই হাইগৎচবা ঙমজদে। অচঙবনা অশিবগী করিদি তৌগনি, ঙমজবা খরদং কচ্চবা নত্তনা। নুমিৎ খুদিংগী মপুরোইবগী মংফমদা চত্তুনা অথুম অহাও খরদ ওইরবসু মীৎকী পীগা লোয়ননা কচ্চবা,

পেলহৌদবগী তেংথা নাওই খব হায়জবা অদুতদা শান্তিবালাগী থম্মোয় ইংজে। কচ্চরিবা খরদু মপুরোইবনা চাদ চারগদবগুম খঞ্জে। অসুম্মা হৌজিক ফাওবা নোংমা কাংদনা চত্থরি। মপুরোইবা লৈখিদবা কুইরফাওবা মাগী অনিংবদু কাউবা মরৈত্রবনিনা লৈকাইগী নহা অহল মাবু পামজবশিংদুনা তক্সি শোঞ্জবা, ময়ুম ময়ুমদা শান্তিবালাগী শক্তম চিংশিঞ্জবা নত্তনা, হকথেংননা মঙোন্দা ফাগি জুগাই তৌজবা ঙমখিদে।

নুমিৎ খুদিংগী মপুরোইবগী মংফমদা অথুম অহাও কৎলকপা মতম কুইরে। কচ্চরিবা পোৎ চৈশিংদু করিগুম্বা জিবা অমনা হেক হেক লাক্কুনা চাবা জাৎনি। নোংঙাল্লকপদা ইচাই চাইখাইদুনা লৈরমই। শান্তিবালাদু খোইশাওনৈ, করম্বা জিবনা চারিবনো খঙনিংবনা লাংতক্লে। নোংমদি খঙলে - উচির্ননি। অহানবদা উচিদু শান্তিবালা উবদা কিবনা মশাদু থক থক নিকচৈ, মমিত্তু তথক তথক শান্তিবালাদা য়েংলম্লগা মোংশোংলোমদা হেক হেক চেনশিনখি। অদুগা অথেংবা অহিংদা চাগদবগী ৱানা ঙাইজরমই। তোইমল্লবসু অথৌবা হুই খোংলক্তে, অথকপা ষণসু নানবা য়ারকই।

হৌজিক্তি উচিদু মী কিরক্লে; তশেংনা শান্তিবালাবু ঙাইবগুম তৌরক্লে। নোংমা ফাদোক থেংবা নুমিত্তদি থেঙই হায়দুনা ওইন-ৱারৌবগুম তৌরক্লে।

শান্তিবলানসু মপুরোইবগী আত্মামক্লা ওল্লকপনি খঞ্জদুনা মীনুংশি অমা ফাওরক্লে। কৎলিবা পোত্তু থম্লগা শান্তিবলানা খুরমজে। ইবুংঙো, ননাইনুবীনা নুমিত্তুদা থোংজবা খরদু চাদনা চৎখিবদু হৌজিক ফাওবা নিংঙমজদ্রি। ঙসি কচ্চরিবা খরসিদি হরাও-হরাও লৌবীয়ুকো। পাঙ্গল শোনবীনিনা নুমিত্তুদা ঐনা খামজবা ঙমজহৌদবা, নঙনা ঙাইহাক্তুদা অরাম খৌরাংলম্বদু কাওথোক্লগা পাঙ্গল থোকপদি ঙমদ ঐবু চিংনা চিংনা য়েংলগা চৎখিবদু করম কাওরসিগে। হৌজিকমক নতুং ইঙ্গনিংবনি অদুবু নচাশিংগী প্রেমগী থৌরীসি পাঙ্গল শোনবিনিনা থদত্তুনা খোঙথাং অমা থাংজবা ঙমজদ্রে, ৱারৌবীগনু। ঐগী থৱায়না লৈরিবা মখৈ ইবুংঙোগী শরুক তমজগে লৌবিয়ু, ঙম্বসু পীনবীয়ু। খুরুম্বা লোইফাত্রিঙৈদা উচি অদুনা চংশিল্লক্কুনা অথুম অহাওদু খৌবুম থন্না উম্লগা য়াম্না ৱানা মনাক্তা লৈরিবা মোংশোঙ অদুদা অরেম্বদু হেক হেক চিংশিনখি।

মঙানি তরানি শুরে উচিদু লাকখিদবা। শান্তিবালা পুক্লিং লাংতক্লে-অব্রাফম তাখ্রবা জাৎলা, নত্রগা হূই হৌদোংনা হাৎপিখ্রবরা নত্রগা মপুরোইবনা মাবু ব্রারৌখ্রবরা, মওং মওংনি, তরেৎ তরা থোক্লা খঞ্জখিবা।।

নোংমদি ফিবম য়াম্না শোক্লবা চৎপদা মাং-তুং নোম্লবা ফিবমদু উবদা হৌদোং ফাওবনা মীতাররোইদবা ঊচি অমোম অমা য়াম্না মোঙ হাদনা মংফমদুদা চংলকই। ফিভমদুনা ঊচিগী ঊচি অম্হা ওইরবসু, শান্তিবালা মীনুংশি ফাওদে হান্নাগী ঊচিদুগীতা খল্লি। অহম-অহা, শী-শ্বা হায়দুনা অনৌবা লাকপা ঊচিদু তান্থোকচৈ। চত্তে ঊচিদু, করিসু নাচুঙদে। মহাক চাদবনা য়াঙ্গংলবা, খরদং চানবগীদমক শিবা কিদনা থাংলকপা খোঙথাং মাল্লি। হান্নগী উচিদুগা মশক মতৌ ফিবম মুর্ত্তি য়াম্না খেৎনৈ। শান্তিবালাগী পুক্লিংদা হান্নগী ঊচিদু লাকখিদৌগুম্তা মখল্লি। মাগী শরুক থুংহৌররোই ব্রাখন্না নৌনা লাকপা ঊচিদুদা অশাওবা অমা পোকই। তোয়না তান্থোকই। মঙোন্দা খজিক ফওবা পিজনিংলক্ত্রে।

ঊচিদুনা মচৎথোক্লবদা শান্তিবালা কোয়না য়েংই, মনাক্তগী ব্রাশা অমা থেকই, হাৎকে খনবদি নত্তে, কিহনগে তৌবনি। নুপীগী পুকচেল, ব্রাখল, উচি ফাওবনা খঙমাল্লে তেংবাংবিয়ু ঙাকপিয়ু মতাগুম নিংঙমদনা য়েংই, মচিন্দুনা অথুম অহাওদুসু চাদে, হাপ্লিবা লা মচেত্তু, য়াম্না ব্রানা খজিক খজিক চিংলি।

শান্তিবালাগী অশাওবা মীৎয়েংদু উচিদুগী নিংঙমদবা মীৎয়েংনা জয় তৌখ্রমাল্লে, শাউবগী মহুত্তা শান্তিবালা পুক্লিং চংনা য়েংবা হৌরক্লে - করিনো মানা তৌজ শারিবসিবু। ঙাইহাক্তু উন ব্রাইমুক চীকই। মতমসু ফনা থেঙজিল্লক্লে। অশোনবনা শুবা থবক ঙাইঙমদে, উচিদুনা চিংলিবদুসু মঙম ইশান শান্দে। মরক মরক্তা অথাপ্লদা হূই হৌদোংনা খোংবা তারগসু, উচিদু শান্তিবালাদা য়েংলম্বা মীৎয়েংদু থাদোক্লগা খোঞ্জেন্না লাকপা মায়কৈরোমদা মনা অনীদু থেক্তোক থেকচিন তৌদুনা হেক-হেক য়েংই। ব্রারে উচিদু মনঙ্গন্দা শ্বর হোনবগী পোঙথোক পোঙশিন ফাওবা উরক্লে। অদুবু মচিন্দুনা চিংলিবা পোত্তুদি খক থাদে-চিংলি।

ঊচিদুগী মওংদুদা শান্তিবালা মীৎ কুপ্তুনা য়েংলি। ঙাইহাক্কী মনুংদা মনাক নকপা মোংশোং অদুদা অচাপোত্তু চিংশিনখ্রে। থীন্দনা উচি মচাশিংগী

খোঙেল তারকখি। মচাশিংগী খোঙেল তাবদা মমা ওইবীশিংগী থম্মোয় ফাওনমাল্লে, শান্তিবালাগী থম্মোয় পেৎথরকই- মাসু ঐগুম্বী মপুরোইবা লৈখিদদুনা মচাশিংগীদমক মচিঞ্জাক থিবদা ৱারবা জাৎলা মওন মওন খল্লি।

লুখ্রা মশেল ওইবা তারবদি, মহাক মচাশিং করম্না কোল্লিবগে য়েংগে খন্দুনা মোংশোঙদু চৈদুনা হাইগৎলুবদদি শান্তিবালা মিৎলুদগী পী খাম্বা নংদনা শিম্ব্ররকই-মকোন্দু লোইশিনলমদ্রি; লৈনুং হুৎপা লোইরমদনা মপুরোইবদু য়েক্লবনা হাভোকপিগ্রমল্লে। মতম খরগী ওইনা মপান্দুদা ফদি ফরা খরা কোইশল্লগা, নুপী ওইবীগী মতম্না য়ারক্লদুনা খুদক্কী ওইনা মকোন্দু শারগা মচাশিং চাবোক নাওকোঞ্জবা ওইরম্লে।

মকোন্দা ঙংদবা শা, ময়ুম থুগাইবদা শাওরোইদবা জিবা লৈতে। শান্তিবালানা চৈদুনা মকোন্দু হাইগৎলুবদা, ঊচিদু মচাশিংগীদমক্তা অকি অখং হুন্দোক্লুনা শিরবসু শিমিন্নরগে খন্দুনা চৈদু চিক্লগা লেপখৎলকই, নুপীগী থৌনা উৎলকই। ওম্থোকপনি মচাগী মৈ, ইকাই হঙোই লৈখিদরে ঊচিদু মশাদা মফি অমত্তা পক্লে। মচাশিংগীদমক্তা মথাদা লোৎচবা ঙক্লানবা খোমজিনশিংদু মচানা থক্লম্বগী ইচোৎ চোৎনা লৈবদু উরক্লে। মমিৎ কোরিমুক ঙাংনা শান্তিবালাদা খানা য়েংই। ইপুরোইবা লৈরম্লবদি খঙগনি মতানি। চাদবনা য়াঙ্গংলবসু মচাগীদমক জিবনা পুন্সি তে মশিংনরকপদা হঙোইরোইদবা তাইবং কনা য়াওবগে।

উচিগী অশাওবা মীৎয়েং অমদি শান্তিবালাগী মীনুংশিগী মীৎয়েং অনীদু অর্থ ফাওদোক্লবা ঙমখিদে। - য়েংনদুনা লৈখি। ঙাইহাক্কী মনুংদা উচি মপীদু শান্তিবালাগী মমাঙদা মচাশিং পোখৎ পমখৎ তৌরকই। মচাশিংনা মমানা চেনশিল্লকপা অচা অথক্তু য়াম্না মিতানা য়েং য়েংদুনা লৈ। মমাদুনা য়াম্না নিংঙমদনা মচা শিংগীদমক্তা ৱানা পুশিঞ্জরকপা পোত্তু থনম্লগা, হেন্না মম্বা, করি লৈরমগদগে খঙদ্রিবা অনৌবা লম্বী অমদা মচাশিংদু তপ্প-তপ্প থাঙদোকখি। শান্তিবালা মখুত্তগী চৈ তাখিবা খঙহৌদে। মংফমদগী মমায় লৈথোক্লকই, তপ্লা য়ুম মায়কৈ পাংলকপদা শোল্লকই "ঐগী ইচাশিংনা কমদৌবা"॥

------:::::------

# তঙ্খায় অমদি ঙাক্লি

কুঞ্জো চীংদা পোষ্টিং তারকপা চহি মঙা ফারে। থবকপুদি চীংগী ওজানিদনা, করি হেন্না তম্বীরুনি। ছুটি শাংনা ফংবা তাঞ্জা কয়া ফংখ্রবনি, অদুবু য়ূমদা থোক্তে; থোইদোক্লা চৎনিংদবগী ব্রা নত্তে, চখোক চৎশিন খুদোং চাদবা, লম্বীদা য়াম্না ৱাবদু খল্লুবদা থোক্লিংদবগী ৱানি। থা খুদিংগী মাগী শিজিন্নগদবা পৈশা লৌহৌরগা অতৈদি করিদা শিজিন্নগনি, সিনেমা দ্রামা য়েংফমসু লৈবা নত্তে, অদুনা ময়ুমদা থাখিবা ঙাক্লি।

য়াম্না নুংশিনা লৌজরুবা মাগী নুপী পুর্নিমাগী মুর্ত্তি ভাবনা উরক ৱারক কয়াসি ফাওদুনা থাপ্লবা চীং-মাল অসিদা হেক হেক লাকই। কুঞ্জোনা লেম্না থাদে; চীংগী নাপোমদা, লোক্লুংদা ফজ ফজখ্রবা দৃশ্য কয়াগী মরক্তা ঈপোম নাইনা শান্নমিন্নরগা হেক হেক থাদোকখি। পুম্নমকসি ৱাখলগী তাইবং ঙাক্লি। অসুম্না শান্নরুবা নুমিত্তু কুঞ্জো ইতন তল্লি, ব্রা ঙাঙনিংদে, খোয়রাং খোয়শাওই। অহানবা পোকপা মচা নিপাগী ষষ্টি পুজা নোংঙানবগা লাকখিবনি। মচাদু য়েংনিংই, মশক খঙনররোই, বাবা লৈতবনিনা কৌরম্লরোই, হয়েং উবা কান্দসু বাবা কৌ য়াররোই। অমরোমদা পুর্নিমানা অহানবা ওইবনিনা হৈবোই হৈতবোই মমিৎ মনা ফলপ ফলপ, ইকাই নুংশি য়ান্ননা মচা খোল্লাং মায়য়োক্লবদু উনিংই। অমুকসু খল্লি পুর্নিমা নহানি, লৈশাবীগুম্বনি মচা অমত্তা ঙায়রিবা, করম্না লেল্লমগনি লৈকাই মতাদুদা। ৱাখল ময়ামসিননি মরক মরক্তা কুঞ্জোনা খোয়শাওনরিবা।

নোংমা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা খুল্লাকপনা ইম্ফাল চৎলুবদা চিঠি অমা পুরকই। কুঞ্জোনা হাংদোক্লুনা য়েংঙুবদা মহাক ইম্ফালদা ট্রান্সফর তৌবগী ওর্ডর কপি ওইরম্লে। খুল্লাকপনা হংঙি-

- করিগী চিঠিনো কুঞ্জো, যুমদা অনাবা যাওপ্রা ?
- নত্তে খুল্লাকপা, ঐ ট্রান্সফর তৌবগী চিঠিনি।
- ও: অদু ওইরপতি পিরমলোইদৌববু। লাইরিক হৈতবা কয়াদা মাঙখ্রবনো।

কুঞ্জো কয়াম হরাওই। মপাম লমদম য়ৌরনি মমা মচা উনরনি খনবদা।। অমুকসু ঙকই- কনানা নোম্নীদুনা তৌরিবনো? ঐগী কনাসু লৈতে নোম্নীনবা (মহাক অদুগী লমন করম্না শিংগনি। নোম্লুদ্রবদি হৌজিক্কী সরকারসিনা তৌবিবক্কদবদি নত্তে)।

চহি মঙারোম খাংলকপনি চীংগী স্কুল অসিদা। মতম কুইনা লৈমিন্নবক্লবনিনা কয়াদি নুংশি, চীংগী হরিনা মনিং তৌনা অচিকপা থুগায়দুনা অশোংবা লোক্লুংদগী খোঙলকপা তান্নবা খোঞ্জেল। থাপ্লবা চীংমায়দা পাম য়াল্লিবা শাবী শানৌশিংগী তান্থা ঈশৈ। চীংমায়দা লেপ্পুনা, মদু নিংথৌ, নমদা পো, পাম য়ানখিবী পলেমগী, মায়কৈ কোইনা য়েংদুনা, নাওথেম ঈশৈ শক্লিবী নুজাশিংগী মাযথোং। অভৌবা লৈচিন্না কুপখ্রবা তমগী খুঙ্গং কয়াগী দৃশ্য। চীংগী লৈশা পাখঙ কয়াগা হরাও জগোই শামিন্নখিবা; কাংলুপকী ঈরাং কয়াদা খুল হোংঙুবা, অৱাবা শরুক য়ামিন্নরুবা, অমুক হল্লক্লুনা ইংনা চীক্লা লৈমিন্নজবা। চীংগী পাম কয়াদা থবক শুবা য়াওরুবা, লৈশা কয়ানা মবুংদা মবুংদৌনা মখুৎনা শাজবা ইয়োং ফি কয়া পীখিবা। মথং মথং মিত্তা শংশঙ উরকই। চীংগী নাত্তা লৈচুখ্রবা কুম্মে ফিয়োং কয়া কয়া শরুক য়াখিবা অমদি চাওখৎ থৌরম কয়াদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা ওজানি। পুন্নমক থাদোক্লম্লগনি খনবদা পুক্লিং ইরাং লাংই, নিংশিংলি ঙসিসু নোংমা খুল্লাকপনা তৌখিবা ফাগি-

- ওজা ঐখোয়গী লৈশাশিংসি নুংশিপা, ফজপা, অপাম্পা য়াওপ্রা য়েংঙু। য়াওরপতিকো ঐনা পিনি। মশানা য়াতপা য়ারোই। শেরান তুরাল তৌপা, লৌরম্লগা মচা মশু খর থনম্লগা হেক চৎখিপা থোক্লপতি ওজা ফরোই দন্দি চাউনা ফংকনি। সুম লৈরসি ওজা, নুপিসি অমত্তনি, মী মশেলসু

অমত্তনি লৈখ্রগা'দুম নুংঙাইপনিনে।

পুম্নকমসিগী মথক্তা চীংমী চনু লাংলৈনুগী লৌথুপ লৌকোই লৈতবা, মপুকচেল তিংবী মাগী লমন্দি অদুম তোন্দুনা মরৈহৌরগনি। নোংমা কুঞ্জোনা মশা ঙমদদুনা হৌগৎ কাংখৎ ঙমদ লৈবা কান্দা মানা মখোয়গী চৎনবী তঙ্খাই থাদোক্তুনা, কুঞ্জোদা তৌখিবা সেবা, অথেংবা অহিংদা মিৎশেং খাংনা ফমশেন্নখিবা, চাগনি থক্কনি কাওবা মখৈ কুঞ্জোগীদমক হোৎনখিবা পুম্নমক হুন্দোক্লম্বা তারবা।

মথংগী অয়ুক্তা কুঞ্জোগী ফিয়ার ব্রেল দিনর লাঙখি। খুদোলপোৎ কয়া ফংখি চীংমী চনুরাশিংদগী। নোক্না নোক্না পিরকখিবা ঙাক্কি। লাইররবী ইচল লাংলৈনুনদি কপ্না কপ্না খুদোলপোৎ অমা পিরকখি। ব্রারবা কান্দা য়েংবীয়ু হায়হৌই।

চীংগী অশাংবা লম্বী লোইদুনা তম্পাক তারক্লে। চীংশাং লাকপগী ব্রারবা কানসিদা লাংলৈনুনা ব্রারবা কান্দা য়েংবীয়ু হায়বা খুদোন্দু নিংশিংলক্তুনা হাংদোকউবা কান্দদি- মাবু ফমশেনবা মতমদা লোনখিবা হৈত-হৈত থাখিবা মাগী মমিং ইবা রুমালগা চয়োম অমগা ওইরম্লে। ইন্দ্রি পুবা ঙমখিদে কুঞ্জেনা- লাউই, তম্পাকসিদা মখুৎ হাইরদুনা-

- লাংলৈনু বিদায়, অদুবু ঐগী থম্মোয়নদি নঙবু বিদায় পিয়ু য়াদ্রিকো।

কপ্না কপ্না চয়োমদু চাখি। নুংথিলগী পুং মরি তাবদা মেন রোড য়ৌই। মফমদুদা কুঞ্জোনা অহানবা লাকপদা লেকখিবা নেপালি হোতেল অমদা লেক্লগা মথংগী নুমিত্তা দি:ঈ:ও: ওফিসতা রিলিজ ওডর লৌননবা অয়ুক্কী পুং মাপন্দা ওফিসতা থুংলৈ। দি:ঈ:ও: দু ইম্ফাল হেড ওফিস চৎখি হায়দুনা উনবা ফংদ্রে। ওফিস অদু মী ইকা কানবা উদে, ঙল্লিবনরা খঙদে, অদুগা অয়াম্বনা লাক্লম্লগা চৎনখিবা ঙাক্তা ওইনা তৌই।

হুমনি শুবা নুমিৎকী নুংথিল পুং অমা তাবা মতমদা ওফিসারদু ওফিস কারকই। কুঞ্জোনা —

- সার ঐগী ট্রান্সফর ওডর ফংজরে। রিলিজ ওডর অমত্তা থোকপিয়ু।
- ফাইন্দা প্রোসেস তৌহল্লকউদনা।

য়াম্না ৱানা দিলিং ক্লার্কতা হায়জদুনা ফাইন অদু ওফিসারগী মমাঙদা থম্মী। ওফিসারদু ক্বা চাদুনা অমমমগা ৱারেম ঙাংনদুনা পুং অহুম্লোম লৈথোক্লে। পুং মরি তারমদাইদা কুঞ্জোনা মনাক্তা চংশিল্লগা-

- সার, ঐগী 'সিমতা অমুক্তা লোইশিনবীয়ু। ঐ ঙসি হুমনি শুরে মসিগীদমক্তা শঙজরকপা, উপায় অমত্তা তৌবিদ্রবদি, লংফৈগা ওইরে শেল থুমসু য়াওশলক্লে য়াম্না খুদোং চারোইদৌরে সার।
- ওজাগীসি হয়েং তৌরসি হৌজিক পুং মরি তাখরে।

ওফিসারদু হৌগৎপা ফাওবা, পুং মরিদগী চোন্থখিবা তারে মতাগুম ফুক হৌগৎলি, চৎখ্রে। ওন্থোকপনি ঙসাইনা তৌবীবা য়ার্বনি। খোইদৌ শাওগৎলকই কুঞ্জো, করর্মদি তৌনি মীনা মথক থোংবনিনা, থম্মোয় চাক্লা অহিংদুমসু খাঙখি।

নোংঙাল্লে। বানা চাদ-থক্তনা পুং মাপন্দগী কুঞ্জো ওফিসারদু ঙাইখরে। লাকপা কৌবা লৈতরে। উচিন নাচিন্না নুংথিলগী পুং অহুম মখায় তাবা কান্দা দিঃ ঈঃ ওঃ লাকখি লাকপগা কুঞ্জোনা —

- ঙরাংগীদুনি সার, খরা লোইশিনবিবো।
- আঃ আঃ ওজা লোয়শিল্লসি, লোযশিল্লসি।

ঙসিদি তৌদ-তৌবীরগদবা মাল্লি, কুঞ্জো। থেংলবসু থেংনা ঙাইরগে খন্দুনা হরাও হরাও কুঞ্জো ওফিসারগী নাক্তা লেপখি। ওফিসার অদু ফাইন ফাক্তোক্লগা পাবা হৌরম্লগা মপান অমুক থোকখ্রে। করি চারুরবনো খঙদে, সি সি চিংদুনা হঞ্জিল্লকপগা ফাইন অদু পরপ পরপ পায়। পাবা লোইবগা ওফিসারদু ঘড়ি খংয়েং য়েংই- আইঃ পুং মরি তাখ্রেনে। ফুক হৌগৎলকই, হেন্দ বেক অদু পায়রগা পন্থবা য়াদে মতাগুম কল্লাকনা চৌক্রি ইন্থোক্লকই -গ্রোং, চৎকদৌবগী মমায় লৈথোরকই-

- সার, ঐগীদু অমুক্তা লোইশিনবীবমখো।

ওফিসারদুনা য়াম্না শাউনা —

- ভাব য়াম্না তাদেনে ওজা হায়বা জাৎসি।
- মথৌ মঙম লোইনা তৌজরম্লর্বান, সার। ঐ ঙরাংদগী ঙাইজরকপনি। সহি

তৌগদবতসু ঙাইরে অমুক্তা তৌথোকপীরম্মু সার।

- ইহেঃ করম্বা ওজানোনে মসিবু, নুপী অঙাংগা লৈমিন্নবা ৱানি। ঙাইবা হায়বদুদি ওজাগী লন্নাইনি হায়রিবা। সে ওজা ভাব অমুক্তা তাবিয়ু —

সরকারগী কল্লবা হুকুম অমা লৈ মদু ওফিসার অমা ওইনা ঙাক্তবা য়াদবা- হায়বদি পুং মাপন্দা ওফিস কাবা পুং মরিদা ক্লোজ তৌবা। ঐখোয়গী ওফিস অসি পুং মাপন্দা হাংবা ঙমদ্রবসু পুং তরা, তরামাথোই, তরানিথোই নত্রবসু পুং অমদা হাংলবসু ক্লোজ তৌ হায়রিবা পুং মরিসিদদি তৌদবা য়াদবা, অহৌবা ঙাকপা ঙমদ্রবসু অরোইবসিমদি ঙসি ফাওবা ফজনা ঙাকচরিবা ওফিসনি। তঙ্খাই ঙাকপা হায়বসি ফনমক লাল্লম্লবসু ঙাকপিবা য়াবনিকো ওজা। মপুংফানা আইন, চৎনবী, সতি, মপুরোইবগী য়াথং সরকারগী হুকুম ঙাকপা ঙম্বা জগত্তা লৈতবনিকো ওজা। নিয়মদা চত্থরবদি অকায়বা য়াম্মা লাক্লনি। শাউবা য়াদে ওজা, ঐ চৎলে।

গম,গম, থোকখি। করি তৌগনি কুঞ্জো কয়াদা ৱাখ্রবা। নিংশিংহৌই হায়রল্লিবা ৱাশিংদু। করমদি তৌনি, উপায় লৈতে কুঞ্জো, অহিংদুমসু লেল্লে। মথংগী নুমিত্তা রিলিজ ওডরদু লৌরে মদু পায়রগা ইম্ফাল যৌরকখি। ইম্ফালদা অহিং অমা অমুক লেক্লম্লগা মথংগী নুমিত্তা মপাম লমদম থাপ্লবা খুঙ্গংদুদা মমায় ওল্লকখি।

চিক্লবা খুঙ্গংগী লমদমনি। হৌখিবা চহি মঙারোম থাদোক্লম্বা অদুদা কুঞ্জোদু অনৌবা মীগুম থোকই। কয়া অমা হোংলম্লে কয়া অমনা মীৎনা উবা ফংখিদরে। য়াইমরপ চাউবা বেগ অমা যাল্লদুনা লাকপনা, মতম কুইনা কায়নরুরবা মশাগী থোঙ্গাল থেংনরে। পুক্লিংদা নুংশিবা ফাওরকই। থোঙ্গালগী উয়ুং, ইস্খোলগী ফিভম, কোয়বীনিংঙাই লৈতবদগী তঙ্খায় অমা হোরম্লে। পুখ্রি মপান্দা সাইদাংহৌবা হুপ্পা মনিং তৌনা ঈয়ায় য়ৌরম্লে। ঈয়ায়গী থরো শেনবীনবা লৈতবনরা মফম হোংখ্রবরা খঙদ্রে লৈরমদ্রে। থরো উদবদা পুর্নিমাগী ৱাখল অমা লাকখি। কুঞ্জোগী পোত্থাফম ওইরম্বী, পুর্নিমাগী ঈয়োং ফম, অপাম নুংশি ফোঙদোক্লফম অৱাং শঙ্গোয়দু কুঞ্জো ঙাইবা ঙম্লমদ্রমাল্লে পুক্সি পন্দোল লোম্লম্লে। বৃন্দা দেবী অদুদি ৱাকচিংগী উলেন নংবনা অনৌবা য়েন্নিং য়াওঙমদ তঙ্খায় শিনা ৱানা খাংজরম্বা মাল্লি। মখোঙদুদি ধুপ দ্বিপ থাবগী তরু তনাল লৈবা উই। মবাইবক

থীরবী মপুরোইবনা মতম শাংনা হন্দোকপীরম্লবী পুর্নিমানা অয়ুক-নুংথিলদা সতি ধর্ম্ম ঙাক্লা চৎচবা ঙমগে থৌনিজরম্বগী মওংলা খঙদে। মপু পান্দ্রবা, মীচং লৈতবা, মতম কুইনা তুফক তুফাই চন্না লৈজরম্বা য়ুমদু, ঙসিদি কুঞ্জো উবদা মশা ফন্দোক্লা নোক্লা-খেনা তরাম তরাম্ন ওকপগুম নিংই।

লৈনা লৈনা য়েংলকপদা নুপা মচা অমা মাঙ্গোন্দা তূমদুনা লৈবা উরকই। কুঞ্জো দারিদা মরাইবক কৎলগা চংশল্লকই। মুন্না য়েংই নিপামচাদুদা। মহাক লাইরিক পারম্বদগী তুমথখিবা মাল্লি। মখুত্তা কলম পায়রম্বদু থারমদ্রি। মার্ব্বল খরসু মনাক্তা ইচাই চাইনা তার্বি। মমায়দু শম্না তঙ্খাই অমদি কুপশল্লি। মচিন্দগী তারকপা মতিন্না ফক্কুদা মবি মরি তারি। ঈগী ঈচেল, থম্মোয়গী নুংগী মরি, হেক্তা খঙনমাল্লে, কুঞ্জোনা শোল্লকই- করিনো ইচানা তৌরিবসিবু। মীৎলু পীরাং শিম্বকই, অরাবগী শ্বরগা লোয়ননা নিংঙমদনা -

- ইপাগী ইবুংঙো কর্বিনো তৌরম্লীবা অসিবু। মপা মমা লৈজদ্রবা তোল্লবা জীবগুম নঙনা ফম্মোলসিদা ইপাগী মহুৎ শিন্দুনা মল্লবা য়ুমসিবু নদোম তরক করম্না শঙলিবা। নঙবু পোকপী ইমানা নঙবু করম্না হন্দোক্লম্লিবা চিক্লবা য়ুমদোমপোক অসিদা।

ঙাইহাক্কু মচাগী মৈনা থম্মোয় খোইশা ওনরকই। করম্না শানা অসুন্না তৌবির্গনি। মীনা শাগী থম্মোয় পাল্লবা ? অসুন্না ইচাবু হন্দোকপীরবদা করম্বা মপানা মমাবু নিন্দা তৌরোইদবা য়াওগদগে। লাকখিসনু, খন্না খন্না মচাবু মোন খাংহনগে হায়দুনা খাওদগী হাওফি লৌথোকই। তপ্পা তপ্পা মচাগী মকোক হাইগৎপিবদা, মচাবু কোলম্বা নিদ্রা, মপা লাক্লে মতাগুম চেম্থোকখ্রমাল্লে অঙাং মিকপ থোক্লই। তপ্পা তপ্পা মমিৎ পাংলকই।

মীকপ থোক্লকপদা অমুক্তা উদ্রিবা শকফম অমা খঙউ উবা হায়বসি অকি তুজুং পোকপা মশানা তাবনি। চহি মঙাতা ঙাইরিবা অঙাংদু কুঞ্জো উবদা, ঙকই, কি, পাখৎলি; কন্না কপ্পুনা কাচিন্দা চেনশিনখি। মপানা নুংশিনা মচাবু লৌগদবগী থেমই। থেম্ন থেম্নগা অহোইনদুম ৱারৌবা অমগা লোইননা কপ্পা হেনগৎলকই। কুঞ্জো খোইরাংই খোইশা ওনরকই, কনাদা তাইনরুনি।

মীওইবনা তাইনফম লৈত্রগা লাইদা তাইনৈ, কুঞ্জোগীদি

পুর্নিমাদা তাইনরক্লে। য়ুম য়ৌরগা অৱাবা কোকপ্রা হায়ববু উরিবা মওং অসিনা হেন্না ৱাবা হাপকৎলে। কুঞ্জো মমিত্তা মপি তানা কপথোক্লক্লে। অঙাংসু কুঞ্জোসু মাঙ্গোন্দুদা লাপতক লাপতক্লা কপমিন্নরি।

নোকমিন্নবা হরাওমিন্নৈ, কপমিন্নবা নুংশিনবা পুরকই। অঙাং মবুক তেরকই অদুবু কপ্পদি তোক্ত্রি। কুঞ্জোনা থেম নৌদুনা

- নমিং করি কৌই ইবুংঙো ?
- বোবোচা (কপ্পা কপ্পা)
- নমাগী মিংদি ?
- পুর্নিমা।
- নচিন ননাও কয়া শুই ?
- খঙদে।
- নপাগী মিংদি খঙব্রা ?
- খঙই, কুঞ্জো
- কদাইদা লৈ ?
- চীংদা।
- কৈদৌবা ?
- ওজা ওইবা।
- মশক খঙব্রা ?
- খঙদেবু।
- নুংশিব্রা ?
- নুংশি।
- মশকসু খঙদবদুবু করিগী নুংশিরিবা ?
- বাবা কৌদোইসিদি।
- কনানা বাবা কৌদোইনি হায়রিবা ?
- মমানা।
- মমাদি কদাই চৎখি ?
- লৌ কুম্বা।

- চিংগী ববাদুনা পৈশা পিরক্লা ?
- পিরকই।
- পৈশাদুনা নফি নরোল লৈবীয়ু হায়বা য়াদ্রা ?
- ঐঙোন্দা পিরকপসু নত্তনা মমাদা পিরক্লগা।
- অদুদি মমানা করিদা শিজিন্নে খঙব্রা ?
- হো অদুবুরো, থারকপা পৈশাদু পুল্লপ পুনশিল্লগা মীঙোন্দা পীথোকউরিবা। অদুদা নত্তে মানা শুরগা ফংলকপা পৈশাসু পুল্লপ পীথোকউরিবা, য়ামখ্রপোৎনি। মী ময়াম অমা লাক লাক্লুনা চাকসু হেক্লা চানে।

ব্রাহং হংবা লেপখ্রে কুঞ্জো। শোঙ্গাংনা হায়রকই- ওঙ্গোকপা নুপীনিদা। মপুকচেল কয়া থুনা হোংখ্রবা। নত্তবা ফত্তবা লম্বীদা চৎলবকো। হৌজিক ঐবু মীনা করি হায়নবমগনি।

পুর্নিমা থোঙ্গান্দগী মচা কৌ কৌদুনা থেংখ্রে মতাগুম চংশিল্লকই। মখুৎ নাম্মনা শিং খরা পায়, নাম্মনা মফি কৌরপ চিংখৎলি, কৌবসু লেপ্তে- ইমাগী ইবুংঙো বোবোচা, বোবোচা,

শুমাং মচি য়ৌরকপদা কুঞ্জো বোবোচাগা নাক য়েৎ থাজদনা লেপ্লম্লদু উবদা মতু খ্যাও চুংই, মিৎকুপ্তা অমুক হরাওবনা লুতোন শাৎলি; পুর্নিমা চেনশিন্দুনা মপুরোইববু কোল্লগা কপ্পী। ঙাইহাক্তু চাউথোকচৈ- নহাল মখৈ মপু লৈতে উশিত্তবদু ঙসিদি খঙগনি মতানি। মতম কুইনা মপুরোইবগী শউম ফঙখিদ্রবা মখুৎ অনীনা মকোক্তগী মনঙ্গল ফাওবা হন্না হন্না নাম্বে। পুর্নিমাগী পুন্সিদা মিৎকুপতুমুক হরাওবা থেংনখিদ্রি। কুঞ্জোদি ব্রা অমত্তা ঙাংদ্রি। পুনিমানা তপ্পা তপ্পা হায়রকই- ইমুং চংঙুদ্রিবরা, চংলসি ব্রারম্লগনি।

তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরিবা বোবোচাদা ওনশিল্লগা,

- ইমাগী ইবুংঙো নঙনা বাবা, বাবা; বাবা পিয়ু, বাবা পিয়ু হায়দুনা নঙনা ঐঙোন্দা নিংঙাই তৌবদু, অসিনি নঙগী বাবা। নঙ করিগীনো বাবা কৌগেদি হায়দ্রদুনা অদুক লাপ্পা লৈরিবদি করিগীনো। হৌজিক্তি ইচাগী করিসু ব্রাৎলরোই, লমলানবী মচানি নোক্লরম্বদুসু তোকখ্রনি। কৌ, বাবা কৌ, বাবাবু পমহল্লু। বাবা ব্রারম্লগনি, ইমা চাক থোংনবা হোৎনখিগে।

বোবোচা মমা উখিবদগী ঙসাইনা মথম্মোয় চাওথোকচখ্রবনি। ঙসাইমখৈ চংশিল্লকউ য়ারমদবা বোবোচা তিঙক তিঙক য়েংলম্বদগী মমানা হায়বদুনা চেনশিন্দুনা - বাবা, বাবা।

ষষ্টি নুমিৎকী নুমিদাংদা মচাগী মরাইবক্তা সিন্দুর নম্বীরম্বা অঙাংদুনা ঙসি বাবা বাবা কৌদুনা মঙকশমদা কোল্লরবদা কুঞ্জো খোঞ্জেন থোক্লা- ইপাগী ইবুংঙো বোবোচা, ইপা লাক্লে হায়দুনা মচাবু হন্না হন্না নানবীদুনা অনৌবা থৌনা হাপখরে।

পুর্নিমাদু নহাল মখৈ অমংবা নোং, অপাইবা লৈচিল নোংফাইনা মনিং তৌনা থোকচবা ঙল্লমদ্রবসু, ঙসিদি অশেংবা অতিয়াদা মনিংতৌনা ঙাঞ্জবা ঙল্লগনি ৱাখন্না মথুম মরাং হৌজৈ। মায়থোং মপুং ফারকই।

কুঞ্জো য়ুমদি য়ৌরে। মচাগী মায়থোং উরে। মদুনা মাগী অপেনবা ওইরব্রা। ওইদ্রি। পুর্নিমাবু চিংনবা অসিনা ঈরৈনা পুবা নাপিগুম লুপ্তে হায়বদা মঙাইরে। অমরোমদনা কুঞ্জোগী ৱা ঙাঙদবা নুংনাংবা ৱাখলসিনা পুর্নিমাগী মায়থোংদা রাহুগী মশক ওইখরে মঙাল থোক্তবা থাজগুম্লে। পুর্নিমা মপুরোইবগী থম্মোয়দা মাবু চিংনবগী শুংগৎলিবা ৱাখলগী নোং অমুক্তংদি মথক্তা তারকখিনি হায়বা মহাক খঙই। করম্নদি হৌদোক্লুনি। ঙাইবা তায় পুর্নিমা।

নুমিদাং পুং তরাগী মতুং ওইরল্লগনি কুঞ্জো চাদ থক্তনা মাঙ্গোলগী উখোংতেন্দুদা ঙাদুনা ফম্বদু। পুর্নিমানা কয়ারক চাক ঈশিং চানবা হায়জরল্লবনি। মানা ৱা লাং ইঙাং ঙাংদবা অসিদা পুর্নিমাদু লুল্লবা পোৎলুম অমা কোক্তা পুবগা চপ মান্নখ্রে। মরম অমদি লৈরমগনি মদুনি পুর্নিমানা খঙনিংলিবা-অদুগা মাগী লমচত্তদি করিসু চীংননিঙাই লৈতবগুম খল্লি।

পুর্নিমা হায়জবসু ঙমদে, হৌদোকপসু ঙমদ ফল্লি মপুরোইবগী মনাক্তা। চাক থোংলুবগী কোকশেৎ মকোক্তগী লৌথোক্লগা মরক মরক্তা কাং হয়িংদি হুল্লি কুঞ্জোদা। ফম্মিন্নে অনীসি, থম্মোয়গী ৱা হৌদোক্লরকপা ঙাইনৈ। ঙাইহাক্কী মতুংনা অচিকপদু থুগাইদুনা কুঞ্জোনা —

- পুর্নিমা, নঙগী লমচৎ শাজৎ অসুম্না হোংলমগনি থাজরুব্দবনি। নঙদি পিকখ্রবা ইচা অসি হুন্দোক্লগা কোইনা চত্তুনা চাকচা হৈজাননবা মী থীবা ঙম্বা, অঙকপা

শা মখল অমা ওইরম্লে। ঐনা চৎলমদাইদা নঙনা ঙাক্লা চৎকদবা লমচৎ শাজৎ কয়া মিংকী পিগা লোয়ননা হায়রম্লগা কায়নখিবা নত্রা ? ঙসিনা কদায় পুম্নমক ওন-তৈনবদা চৎলম্লবা। নঙগী তাৎকী সেবা অসিনা ঐগী থম্মোয় পেনহনবদি ঙম্লরোই।

পুকচেল শেংনা, ধর্ম্ম ঙাক্লা চৎচবা পুর্নিমা, মপুরোইবগী চিংন-ৱাহৈনা নিংজরুবা পুম্নমক অরেম্বদা মাংলক্লবদা থম্মোয় শোক্লা কপ্লা হাযজরকই —

- ওস্লোকপনি ইবুংঙো, অসিগুম্বা ৱাহৈসি ননাই নুপীনা তাগনি শুকখলমক খঞ্জবমদবনি। চীংদা মান্দা, চাফম থকফম খঙদনা নঙনা করম্না লেল্লিগদগে ৱাখল্লা ঐসু চাবা তঙ্খায়, তুম্বা মচেৎ খাংজবনি। অমুক্তং ইনিং তৌনা। থম্মোয় শেংনা নহাকপু কোনশিঞ্জবা ফংগদগে হায়বগী আশাদা নঙনা থাবিরকপা পৈশা খর-খরদু ফাওবা ইচা পীজদনা তুংশিঞ্জবনি। মদুনসু কোন্নবা শেনফম ওইখিদবনা ইনাক খুনবা কয়াগী মফমদা খুলং য়োঞ্জবনি, ইশা য়োঞ্জবনি নচ্চদে। শেনফমদুনা ৱানোমজবনি। মীওই কয়াদা  পিজ পিথক তৌখি, নঙবু অমুক্তং ইনাক্তা লৈবীরনবা। চুম্মী মফম মতমগী মতুংইন্না মনুং মপান্দা নুপীগী ধর্ম্মদি নুপিতনা ঙাকচগদবনি, নিপানা ঙাকপা ঙম্বা নত্তে হায়বা ঐ মদু খঙই। ঙসিদি লৈরে নহাক ইনাক্তা অদুবু অৱাবদি ঙসিনা হেনখ্রে, শিবীরিবা ইরানসি পুঙমদে। চিংনবা পুম্নমক থাদোকপীয়ু।
- অদুদি নঙনা ঐগীদমক...

পুর্নিমা মপুরোইবগী ৱাহৈদু থোইনা তারুদে মখা তারকই-

- চুম্মি, ঐ য়াথং ঙাকপা ঙমদবীনি। য়ুমদগী হেন্দোক্ত মকে শেম , অনৌবা চা, মপাল থোক্তনা লৈবা পাল্লীবদু থুংহঞ্জবা ঙম্লম্বনি। খঙবীয়ু, ঐ নুপীনি ইচা অমত্ত ঙাইরিবা, অসিগুম্বা পাঙ্গল শোনখ্রবী নুপী মচা অমনা শাংলবা মতম অসিদা নঙগী ইঙ্খোল পুম্নমক, নয়াথং  পুম্নমক ঙাকপা হায়বসিদি ননাইদি পুজবা ঙমজদে। য়াম্না ৱানা নয়াথং ফাওবদি ঙাকচবনি। য়ুদোমপোকসিদা ইশা ঙমলক্ত্রবদা লৈপাক চিক্লগা ইচা থাদা কোন্দুনা নঙবু নীংশিং নীংশিং মিত্তগী পি কয়া কয়া তানা লেনখ্রবনি। মতম অদু ফাওবদা

মীগী শেল মতেং ফাওবা লৌখিদ্রবনি। ঐনা নঙগীদমক লৈকাই মীনোক মৈশা কল্লক য়েংথী কয়া খাঙজরকপগী ফল ঙসি ঐনা ফঙজরে। ফরে নীংবা থুংবীহৌরো। নুপীনা নীপাগী য়াথং পুম্নমক ঙাকপা ঙমদ্রবসু খরা মখৈদি ঙাকচবনি। নঙ- ঐগী হকচাং তঙ্খাই ওইরিবা ইচা বোবোচাসি- য়োকপা থাকপা ৱাররোই, মৈদগী ঈশিংদগী কঞ্জরক্লবনি; ঙসিদি নখুত্তা শিন্নজরে। ঐগীদমক্তদি, অসি হায়রগা মখোল থোক্লা কপ্লকই- য়ারে, য়া-রে, পুম্ন মক য়ারবনি, মসি ফংনবনি ঐনা ইকায় ইকি হুন্দোক্তুনা ৱানোম্লুরিবা। হৌজিক্তি ঐবু চৎলো হায়বিরো...

কপ্লা কপ্লা মপুরোইবগী মখোঙ শোক্লা খুরমই।

কুঞ্জো মায়কৈ পুম্নমক মমলকই। পুর্নিমাগী নীংজবগী ইচেল অদুনা কুঞ্জোগী অকনবা থম্মোয়গী নুংগাইদা য়বদা মৈরিদা ফম্বগা মান্নরকই। ফমফমদগী হৌগৎলকই, অতিয়াদা থোক্লীবা অমুবা লৈচিন্দগী লিৎথোক্লক্লিবা থাজদু য়েংলকই। থাপ্লবা চীংযাদগী শিৎলকপা নুংশিৎনা পুরকপা দি:ঈ:ও: গী ৱাহৈ তারকই- ওজাসি নুপী অঙাংগা লোইনবা ৱানি... তঙ্খায় ঙাকপদি ঙাকপিবা যাবনিনে ওজা...।

কুঞ্জো লৈদুনা য়েংখিবগুম তৌই, শোম্থাংননা হায়খিবা তায় পুর্নিমাগী মরান্না করি- মানা ঐগীদমক ৱানোমলম্লবা। পুর্নিমাগী ৱাখল খনবদা ঙাইরি অদুবু পুর্নিমাদি মানা মথানুংদা চেৎনা কোন্দুনা লৈরম্লে। তবং তবং বোবোচানা চেম্থোক্লক্লগা - মমা, বাবা চাক চারসে।

------::::------

# বস্তা মোবাইল ফোন

বস মনুংনি। মী য়াম্না চিনবমক্তি নত্তে। দ্রাইভরগী নাকন্দা বোনেটকী মথক্তা মখোং য়ান্থরগা পাখং মচা অনী/অহুম ফল্লি। মনাক্তা অমা/অনী অমনা কোম্থবপ তৌরগা লেপ্লী। কন্দক্তবনা সিট লৈ মতুংদা ফম্বীযু লাওজে। য়াদে, ওস্থোক্লা থরাই য়াওনা মমাঙদা লেপচ-ফমজনিংখ্রবা কাংবুনি। ওস্থোকপা হায়দুনি মনুংদা ফল্লিবা পেসেঞ্জবশিং নুংঙাইরম্মোই শুকখন খঞ্জদবা পেসেঞ্জরসু লৈরিকো। তোংলিবা মীশিংগী মরক্তা অহল ওইবা অমা অনী যাওরি। অতৈদুদি নহানি। খুড়া লুখোইগী মচানুপা চাউবদু পাখংনি, মনিংদা লেপ্লম্বদগী ময়াইদা সিট অহাংবা লৈব্রা য়েংলকপদা উই- মশক ফজবী লৈশাবী অমগা মীয়ায় চল্লবী মৌ নহা অমগা, য়েৎথংবা অহুম ফম্বা সিত্তা ফম্মিন্নবা।

লৈশাবীদু য়াম্না চম্না উই। মবুক্তি কনানা খংঙুগনি । মতমগী অওনব নুংশিৎনা য়ৈদ্রিমাল্লে মশমদু মুরি,ঙাংদ্রি শাংসু শাংই। মৌ নহাদুসু থোইদোক্লা ফত্তবা রাখল খনবা হৈতবা মাল্লি; লৈশাবীদুনা মতাইদা মহাক্লা মনুং থংলগা ফল্লি। চাউবনা চংশল্লক্লগা লৈশাবীদুদা-- সিটসিবু ফম্বা য়াগদ্রা মী লৈরিব্রা?

পাওখুম ফংদে। লৈশাবীদু হৌগৎলকই, মনুং থংখ্রে অদুগা মমায়দু লৈথোক্লুনা গাড়িগী মীংশেন্দা য়েংদুনা লৈখ্রে। মৌ নহাদুসু ব্রা ঙাংদে। হৌজিক চাউবগা থংননা ফম্বা তারে। করিসুবুদি হায়নবা নত্তে চুম্না সিট হোংবতনি,

অদুবু চাউবদু নুংঙাইতবা অমদি পোকখি; মরমদি নুপাগী থম্মোয় ৱারৌগল্লি, নুপীগী থম্মোয় চিংনগল্লি-চুমখ্রেদা।

মমাঙথংবা সিট তগী পাখংমচা অমনা হৌগৎলগা মাগী মোবাইন্দা য়াম্না তাখৎনা-

- ঐ হৌজিক গাড়িদা লৈরি। বসনি। অং... অং নহালগী হেন্দ সেটতু নুংঙাইত্রবদি হুন্দোকখ্রো। লিশিং তরা পিবা অমা পীরক্লগে। পৈশাগী ৱাবিয়ু হায়ব্রা ? ৱারী শানবা নুংঙাইরগা লোইরে।

অমদুনা ঙাংলকপদি তাদে ফোর্নানিনা মখা তারকই-

- আ: আ: নবুং উইহনগনু। ফোন্দু অহল লমনসু খঙহনগনু। ঐনা পীরক্কদৌরিবা অসি য়াম্না পিকপা জাৎনি, খঙঙব্রা ? হোয়-হোয় য়াম্না কেনা থাক নাইনা নোক্লগা মখা অমুক তাথরকই - অদু রেষ্টুরেন্তা উনবদা পীরগে হায়বা। রেষ্টুরেন্তি নহানগীদুনা ফত্ত্রা চিকসু চিকপা। অচাপোৎসু ফংবা। খঙঙে, খঙঙে, থম্মগে মিনিট মঙামুক লৈরগা পাওখুম পিরকউ। থেংস, থম্মে।

অতোপ্পা পেসেঞ্জর লৈশাবী খোংগ্রাও শেৎপী অমগী ফোন অমমুক লাকমাল্লে পাওখুম পীবা তায়-

- হল্লো... মাম্নি, মাম্নি খঙমন্দেকো(নোকই) হো ইবুংঙো বস মনুংনি। আ: ঙারেল চাবকই... হাওই। ... ঙমসু ঙম্মোয়দৌবদা। দরকারবুদি লিশিং কুনখক্তনি। অং,অং ঐ স্কুল লাক্লরোই। ... য়ুমদবুদি স্কুল চৎকনি হায়রম্লগা লোইরে। বাবাখোয়দি করিসু খঙবা জাৎ নত্তে। পৈশা পীরকউ এডমিসনগী অদুগী আদাগী হেক্তা হায়জল্লগা লোয়রে... নঙবু ৱাবীয়ু হায়দে ইবুংঙো (নোকথখি)

ফোন্দদি করিসু ইকাইবা লৈতবা জাৎনি ঙাংনৈ শানৈ য়ুম্নানলোনগী ৱারী কয়া কয়া। মরকসিদা মনিংদা লৈশাবী অমনা অমুক কনাদনো ফোন তৌনরকই।

- বস্তগীনি নুংঙাইরি। গাড়িমচা থৌনা থৌনা ফোন তৌবদু শোয়জনি। নঙ শোয়রবদি লোইরে। নখোয়গী পলসরদকা পুবীনু ইকাই...। খোঙনা চৎচনি ইবুংঙো। নখোয় পলসরদু মনিং সিট ৱাংখৎমল্লে ঐদি তঞ্জে। মিনিট মঙা লৈরগা

পাওখুম পীরক্কে। থম্মে।

ময়ায়দা ফম্বা পাখঙ অমনা অমুক ফোন তৌই-

- অং বস মনুংনি বস, পাও তম্নিংদুনা তৌবনি। অং লতা চেনখ্রে, নংগীদি, খঙঙেদনা। বোত্তা উনসি। উম: উম: পৈশাগীদি খল্লুনু, লিশিং লাখতা হায়য়ুনে ? ঐ লৈরিবসিদি। মীনা উশিত্তবসি য়ারোই। য়াম্না তৌবা ঙম্বা অমা লৈত হায়য়ু। ঐ শাওরক্কদৌরে। থম্মে।

বর্সাসি ফোন ময়ামসিনা পুন্নাং লাংঙি। মোবাইল অমনা অমগী ব্রা তান্নদে। অচাউরম কানৈ, নাপল তৌনৈ লেপখৎলগা মখুৎনে মাশানে তৌনবসু য়াওরক্লে। ফোনর্সি করিসু নত্তবদা লেমজনিংঙাই অমা ওইনা শিজিন্নরকই। বসতা য়াওবা অহল অনী ব্রারি শান্নে। অহল অমনা হায়রকই -

- ইংশেল যুগসি মোবাইলগী যুগনি। কম্পুটরগী লৈবাক্লি। এক্টিভাগী মকোন্নি। মসিনা লায়না মখল মখল পাইশিল্লকই। অহল ঐখোয়দি ইচা ইশুগী হোৎনবদা উরীগীদমক মপুন্সি কখোকখ্রবা মউত্তা ঙায়রবা উজাওগুম্লে হিংলি হায়বদু মঙাই মখোয়না মফক্তবদি শিমিন্নবা তাবনি উরিগুম।

অতোপ্পা অহল অমনা অমুক মখা তাবকই। অচুম্বনি ফোনসি মখোযনা শান্নপোৎ ওইনা খল্লে। ফোন লৈদ্রবদি লাইরিক তম্নরোই অদু য়াওখ্রনি, আদাদা চংখ্রনি হাযবদগী লৌ ইজ্জাব থম্লগা ফোন লৈরেদনা।

মোবাইল ফোন্দা হায়গে তৌগে মতাগুম ফুটানি তৌখৎনরকপা অদুদা নুংঙাইরক্লমাল্লে, তাখৎপা উবা যাদবা চাউবদু হৌগৎলপ তৌরকই। ফ্রবিৎখাওদগী কমান অমনা হেন্দ সেট শারগা মনাকোংদা থম্লগা খোঞ্জেল কল্লপ্না তৌগে মতাগুম তাখৎলকই --

- হল্লো কনানো ? ও: ও: নহাক ওইরে। করিগীনো নঙনা করিসু লৈতবা অদুগী ফোন তৌরকইববু, ফোনসিবু শান্নপোৎলা ? অপংবা গধা ঐনা হায়দ্রো করিসু লৈতবা অমগী ফোন তৌরক্কনু। তঙাইফদবতদা শিজিন্নগদবনি হায়না। পৈশাসিবু পাম্মুদ্রো; নঙ পৈশা থোকপা থবক তৌরব্রা ? ঐনা নহাল নঙোন্দা করি হায়খি-

- ঐনা গাড়ি তোংখ্রবদি ফোন তৌরক্কনু। মীনা তানিংলোয়। মীঙোন্দা অকায়বা

পীবা ঐ পামদে। গ্যান তাউ হায়দ্রা- এরোপ্লেন মনুংদা পেসেঞ্জরনা ফোন তৌবা য়াব্রো, লাওরিবদুনি হন্না হন্না 'প্লীজ স্বীচ ওপ ইয়োর মোবাইল' তাদ্রা? ঐনসু ফনা য়াম্না দিল্লি, লন্দন, পুবীরবা নত্রা নঙবো?

চাওবগী ফোন খুৎতৌসিদা ময়াম পুন্নমক্তু চাওবদা লোইনা য়েংনৈ। ফোন্দা ৱারী শান্নরম্বা পুন্নমকসু লেপ্পখ্রে। চাওবনা অমুক মখা তারকই ফোন্দা –

- দিল্লিদগী বস ৪মক ইম্ফাল য়ৌরক্লে হায়বা। ... অং অং ফরে ট্রক মখৈদু থাদোকখ্রো। ড্রাইভরশিংদু লুপা লাক্ষ অমা/অমদগী হেন্না পীখিনু। অং অং হোয়নে মনুংগী উপুদা য়াওহৌবনি! হোয়-হোয়, ঐনা মারুটি পুদদুনা বসতা চৎলিবসি নঙ খঙঙব্রা। মতুং ঐনা গাড়িদা লৈরিঙৈদা ফোন তৌরক্কনু খঙঙেকো। থম্মে, থম্মে।

মতুং তাবকপদা ফোন অমত্ত তৌনখিদ্রে। ঙসাই মখৈ তারমদবা বসকী মখোল হৌজিক্তি তারে। তাংথক নাইদনা চেল্লি। ষ্টেসন অমা য়ৌরকপা কান্দা গাড়িদগী গুন্দা মানবা অমা/অনী মপান্দা থোক্লুনা কনাগা কনাগনো ফোন তৌনখিবা উই। ফোন তৌনরম্বশিংদু চাউবদা লোয়া লোয়া মশক য়েংথখিবা য়াওরকই।

ঙসাই বসকী নাকন্দা য়েংদুনা লৈরম্বা লৈশাবী, চাউবনা মমায় মপুং ফানা অমুক্তা উজবা ফংদবদু হৌজিক্তি চাওবদা লৈশিন্দুনা য়াম্না হরাওনা য়েংলকপা মীয়েংদুদি মহাও য়াম্না লৈবা মীয়েংনি, পাক কাওগদবা মান্দে। লৈশাবীদু ফিজং হাইদোকপদা ঙায়রিবা মুত্তিগুমই, মায়থোংদুনা হৌজিক্তা মচু লোকপা সনাগুম লংলমই।

মখোয় অহুম ৱাদি অমত্তা ঙাংনদে, থম্মোয় মশেন্দি ঙসাইনা ৱারী শান্নবা হৌখ্রে। মৌ নহাদুগা লৈশাবীদুগা ৱাখল তিন্নরুরমাল্লে ফমফম ওন্নখ্রে। হৌজিক্তি চাউবগা লৈশাবিদুগা ফম্মীন্নরে, অমগা অমগা য়েংনৈ ৱারীদি অমত্তা শান্নদে। পেসেঞ্জর মখৈসু মখোয়গী ৱাখলদা পুক্লিং ইতাও তাওনৈ, ৱাহৈনদি ফোঙদোক্লদে।

ঙসাইমখৈ ফোন্দা লাংলম্বদু তোকখ্রবদা অহল অমা/অনীদুসু

কয়াদি হরাওরে, শাস্তি ফংলে ব্রাখল নে-না তাজরে। ড্রাইভরদু ঐখোয়বু উদ্রবসু য়াম্না চিক্লা লৈনখিবদুদা নুংঙাইবা ফাওবা মাল্লি তপ্লা তপ্লা তেপ থাদোক্লকই —

কলহৌসি ইরমদম ইরাংদগী
ইরাংদা তাওরদি নিংঙমদবা লাক্কনি
নোংমদি লৈফম লৈররোই।।
ঙসিগী অশিংবা হয়েংগি অপঙবনি
মীতৌ তম্লগা লায়র তানগনি
ব্রাখল লমজেল তান্নসি
তুংগী মীরোলগীদমক...।

ঈশৈদু খংলেপ লেপখি । চেল্লিবা বসতু ইখঙ খঙহৌদনা মনুংগী লাইটতু পিৎ-পা পিৎ-পা ঙাল্লকই। সিগনেল মখল অমনি। ড্রাইভরনা পীরকপনি। লম্বী ফত্তবা চংকদৌবিব্রা ? সহর নকশিনলক্লব্রা ? নত্রগা আর্মি চ্যেক লৈব্রা করিনো অমা তৌগদৌরে উৎলকপনি। মযাম পুন্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ। ঙাইহাক্কী মনুংদা গাড়ি খঙলেপ লেপখি। মীপুম খুদিং ইপা পাখৎনৈ। অমনা অমদা হংনৈ অশেংবা মরম খঙনদে।

চীঙয়ানি। মায়খুম উপ্লা নুপা মঙা/তরা চোংথোক্লকই। বসতা অনী কাখৎলকই। ব্রাহং পাওহংদে। পরপ পরপ চংশিল্লক্লগা চাউবা চিংথখি। মীপূম খুদিং হৌদোং উরবা উচিগুম মমিৎ মনা চপ চপ য়ুংনৈ। ফোন্দা থৌনা লৈরম্বা ইবুংঙো ইবেম্মশিং চ্যেক মোক লাওখিদ্রে। অহল অমা অনীদুদি হৌগৎলগা লাওরকই- কবিনো ইবুংঙো মীবু ব্রাহং পাওহংদনা গাড়িদগী হেক্তা চিংথবসিবু হৌনব্রা ? ধর্ম্ম নত্তবা, মীনূংশি খঙদবা থবকসি নখোয় নহাক্তনা তৌইকো। ফত্তে, ফত্তে তৌনু লাওজে। কুমথদুনা চাওববু কঞ্জনবা হোৎনৈ। মৈতৈ নুপীগী ঈ চেল্লমমাল্লে চাউবগী মনাক্তা ফল্লম্বা লৈশাবীদুসু থীন্দনা হৌগৎলক্লগা অহলশিংদুগী মতেং পাংলকই। শকখংদবশিংদুদা থীনা চৈ, চাউবা মখোয়দগী মুন্নবা হোৎনৈ। নহাশিংদুনা মখোয়গী মব্রা লৌবিখিদ্রে। লৈশাবীদুনসু করিদি উপায় তৌরুনি।

মনাক্কী মোংশোং অমদা চাউবদু পুশিনখি। গাড়ি মনাক্তা লৈহৌবা মায়খুম উপ্লা নিপা অমনা গাড়ি থুনা থৌখ্রো লাউরকই। অকনবা নোংমৈ

উৎপা হুকুমনি। গাড়ি থৌখ্রে। পেসেঞ্জর ময়ামদু থম্মোয়দা নুংঙাইতবা ফাওনখি।

চাউবা দশা তারে। নারক্তা মাবু পুশল্লগা য়াম্না থিনা ওৎপী নৈবীরে। ব্রাহং কয়া হংবীরে।

- নঙ পৈশা য়াম্না পায়বা নুপানি। লুপা লাক্ষ অমা হয়েং ফাওবদা পীগদবনি। হৌজিক অয়াওবা পৈশা মখৈ পুথোল্লকউ। কদায়দা লোৎলি। (মফি মরোল সেগাইবা হৌই)
- ঐদি লাযরবা মীনি কদাযদগী পৈশানো, পায়দে, লৈতে ঙম্মোয়।
- নঙনা ঙসাই ফোন তৌবদু কনাদনো ? করি মমিং কৌই? কদাইদা লৈ? য়াম্না থুনা তাকউ। নত্রবদি নথ্বায়দু উতোনসিদা নপকনি। মোবাইলদুনা কদায়দা লোৎলি। পুথোরকউ।
- মোবাইল কনাদসু তৌবা নত্তে। মোবাইলকা পায়জবা ঙম্বা মীসু নত্তে। গাড়ি মনুংদা ফুটানি তৌদুনা ঙাংনবশিংদু মশক নুংশিদদুনা তৌবনি। ঐ মীচম্নী।
- নতাৎ তৌনু ? ঙসাইগীদুদি করিনো মোবাইল নত্রবদি ?
- ঐনা তৌশিন শাজিন্নবা ঙাক্লি। রুমালনা ফোন শাবনি।
- নঙগা ফম্মিন্নবা লৈশাবীদু নঙগী গারল ফ্রেন্দলা মথৌনাকা য়াম্না লৈরিনে। ঐখোযদবু লাওশন খোংজিন্দুনকা তৌবা শাইনে।
- মহাক ঐ মশক খঙজদে। সিট হাংই, ফম্মুবগী ব্রানি। মশক খঙনদ্রবসু মাগী মরিন্দুদি থাগত্তবা ঙমদে। মহাক মথৌনা লৈবী নুপী ওইরমগনি খল্লি।

চাউবদু মচিন থী তৌশিন্নরিবনি হায়দুনা ফূবা য়াবা ফূবীরে। ফূরুবগী কান্নবা করিসু ফংলক্ত্রে। গ্যান মাঙখ্রে চাউবা, মশা লেঙদ্রে, অয়ো হায়দ্রে; শিরে খন্দুনা লোকখাদা ইন্থরগা থনম্লে। মখোয় চৎখ্রে।

চাউবা অহিংচুপ্লা গ্যান তাদনা লোকখাদা লেপ্লে। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা গ্যান তারকই। বসতগী থোকখিবা থৌদোকশিংদু নিংশিংবদা মশাদু শ্বায় শ্বায় লাউই। নহা অনীখক খঙহৌদনা মাগী নাক্তা চংশিল্লকপা উই। ঙরাংগীদু ওইরবোই নিংদুনা মশাদু থক থক নিকই। নহা অনীদুনা তপ্লা তপ্লা

চংশল্লক্লগা ৱাহং পা ওহংই। চাউবনা অশেংবদুতা খুমই। মখোয় অঙকপা পোকই। মদুবু থাজসিবা থাজগুমসিরা খন্নে। মমৈদা চাউবদু মখোয়গী লিডবগী কেম্প মনাক্তা পুখ্রে।

কেম্প য়ৌরে। লিডরদু চীং লেম্মী। ৱা য়াম্না ঙাঙদে। চাউবনা বসদা থেংনখিবদগী হৌজিক ফাওবগী ৱারী অমা চিথদনা তম্লে। ৱারী পুন্নমক তারবা মতুংদা লিডরনা

- সংসারসি অফবা ফত্তবা অনী য়াম্নানা চৎপনি। নঙবু ওৎলিবদু নঙনা বসতা ফোন তৌবা নহাশিং অদুদা পাডা অমা তম্নীগে মখোয়না তৌরিবদু নুংঙাইতে খন্দুনা ৱাজাও ঙাংঙুবদুদা, বসতা গুন্দা শুনিংদবা মুল্লগা চাগে খনবা কাংবুনা নঙবু পৈশা পায়বা মী ওইরগুম নিংদুনা মখোয়গী কাঙবুদা, ফোন তৌনরগা নঙবু ফু-চৈদুনা ওৎপনি। নঙগীসু নরাল লৈ নঙনা সমাজনা পামদবদু নঙনা বারকপা ঙম্বা মীওইদা নত্রগা সরকারদা হায়জবা তাবনি। ঐ পুন্নমক নঙোন্দগী ভাব তারে। মীয়াম্না করি পামদে হায়বদু। বসতা ফোন তৌবা, নুপা নুপী ফম্মিন্নবা, সমাজসিদা নহাশিংগী ফোনগী ঈরাং, পুন্নমকসি য়েংশিনবা দরকার ওইরে খঙঙে। নখোয় কনা লৈ। ঐখোযগী মীংচৎ থীনবা হোৎনরম্মীবা চাউববু ওৎলল্লীবা মীওইশিংদু থিয়ু, অদুগা নুপাসি ময়ুমদা নুমিদাং খব যৌহনখো।

------:::::------

# কারন তোম্বা

ময়াম্নসু হেন্না খঙবীরম্বা য়াই মখা লৈকাইগী তোম্বা ময়ামসি। য়াম্মন্দুনা মমিং মনিং-মমাঙদা উপাধি অমমম হাপ্নরে। কোই তোম্বা, গরম তোম্বা, তোম্বা অপদাউন, তোম্নোই, তোমনাও কয়া কয়ানি। ঐনা লিজগদৌরিবা অসিনা কারন তোম্বগী ৱানি।

কারন তোম্বা কৌবমক য়াই, কারনগী মীনি। হিদাক থক্লে কারন, চৎলে কারন, ঙাওলে কারন, হৌজিক্তি হৌদোকমিন্নরকপা তোম্বা য়াওদ্রবসু কারন হায়রগা হেক্তা খঙনরে। কারন তৌরক্লনি হায়দুনা মীয়াম্না মাবু হেক হেক হনবী অদুনা মশাসি কাবন্না য়োম্লে। য়ুমগী থবক তৌগন্দে লৈকাইগীদি মহানি। সংস্কার য়াওবা চৎখিবদুনা অষ্টি লোইরগা, মাইবী কৌরুচো চৎখিবদুনা ষষ্টি লোয়রগা হল্লকপা মাগী হৌনশানি। পিক্লিঙৈদগী ঙাংনরকপা ৱা অমনা-মসিনা হয়েং নুপী অঙাং থিরক্লগা করম তৌগনি- কারন তাগনিদকো। হৌজিকশু মাগী ৱা ঙাঙনবা শক্লবা শমিন-লাকমিন খজিক তাখ্রবদি লোয়রে, অমুক ইঙন ঙন্না কারন।

ঈশ্বরসিসু মচা মনাইশিংসি অফবা ঙাক্তা শীন্দে। কুম্মৈ য়েংগদবগী মরক মরক্তা মমল য়াম্লবা মীওই কয়া ফত্তবা মরক্তা ফেনজিল্লি। বীধিনা কারনগী নুপী কনা পীশিগে খল্লিঙৈদা, নোংদম্বনা নিপা য়াম্না খল্লি হায়দুনা কৈশাম লৈকাইগী রজনী পীথোক্লম্লে। লাইগী নোংদম ককপা ঙমদে, রজনী ওইখ্রে কারনগী

নুপী। রজনী য়াম্না ফবী নুপীনি, মশক মতৌ ফজে, চুঙ ফিরাল চাই, চিন্দা য়াতা ফজে মৌ ওইর ফাওবা কৈদৌরুগবনো লৌগে হায়গদবা মী য়াম্না লৈগদবা মাল্লি। মহাক কারনগী নুপী ওইখ্রে তাবদা, অখঙবা অউবনা থবাক য়ৈনৈ- মাঙলে, মাঙলেদকো, কদায়দা থেংনরুরিবনো, মাগী রজনী হায়ব'সিবু মমিৎ তাংলবরা কৈনো ।

চহি অমরোম য়াম্না ইংনা তপ্না লৈমিন্নবা উই। মীয়াম্না হায়নবা 'ওক্তবা নিপাসিদি ময়ুম পাল্লগা ঙাওবা হল্লি' হায়বদু চুম্মেদনা খন্নে। কদায়দগী চুম্মগবনো ঙাংনবা হায়নবা লোইদ্রিঙৈদা কারন তাবা হৌরক্নে তোম্বা। নহান মখৈ ঈংনা তপ্না লৈরম্বগী মরম থিজিল্লুবদদি খঙলকই- রজনিনা মপামদগী পুরকপা সনা লুপা, মরল মথুম খরদুনা তোম্বা ফরম্বগী ৱানী। রজনিসু মরন্দুনা কারন তোম্বগী য়ুমদা নোংঙাল্লমদাই শজিক্লম লংজবর্ম্বনি। নোংঙাল্লমদাই শজিক্লা কোরৌ মশেক উবদা কনাদসু তাক্লমদনা মুৎখিবগুম, রজনিগী মরল মথুম তোম্বগী কারন উবদা কনা খঙদনা মাঙখরে, অদুগা রজনিগী মায়থোংদি কারন তোম্বগী মৈশানা কালি কাখরে।

শা যন্না চানিংঙাই লৈত্রগা থৌরি চিংই, সবমদা তাইনৈ, তৎলগা লৌবুক লমহাং কোইথি থি, চাবা য়াবা পোৎ থিদুনা চারুই। তোম্বগীদি মদু নত্তে; লৈত্রগা ইমুংদা খৎনৈ, নুপিদা তাইনৈ, মতু মচা ফুই। পুম্নমকসিগী মৈশা য়াম্না কুইনা রজনী খাঙজরকই। মৈনাক্তা লৈরগা লাংবা মৈশাদি চখোক্লগা হন্থে। লৈতবগী লাংবা মৈশাদি চখোক্লবসু নপুনা ইন্নে, হনবা লৈতে মায়থোং ফাওবা কাহৎলি। রজনী লৈতবগী মৈশানা মহৌশাগী রজনী ওইদ্রে। য়েংহৈদ্রে রজনী, কারন তোম্বনা ওৎপী নৈবীবসিদা। চুম্না লৈত-লায়রগী খৎনবা চৈনবা, নিপা নুপী লৈমিন্নবগী ঙাইহাক শাওনবগী ৱাফম নত্তে; য়াম্না কারন তাবগী ৱানি। শাদা ঙাদা ফাওবা চৎলবোইদৌবা থবক কয়া অমা রজনীদা চৎলিবা অসিনি পুক্লিং য়াম্না নুংশিরিবা । রজনীসি অয়ুকসু ফুবি পৈশা পীদবগী; য়েঙ্খাং হাওতবগী, নুমিদাংদসু ফুবি য়ু থকচিল্লগা, চুম্না চৈনা লাংনা ফুবা পেল্লক্লদুনা, নোংমনা থোঙ্গান্দা রজনী মশা লাক্লুনা চিংথোক্লকনি, মনঙ্গল ওন্থোক্লুনা লেপহনগনি, মানা ফুট মঙা/তরা চখোক্লগা নাওরিনা কাপ্পিগনি। হন্দক্লা কদায়দা পাল্লগনি খঙদবা

রজনী মমিৎ উইশন্দুনা খাঙগনি। নোংমনা নম্বুল তোর্ব্বান্দা ফুমগনি হায়দুনা মশা লাক্কুনা চীংথোকপিরক্কনি। *লৈকাইগী নহারোন্না খামগনি, ওঙ্গিন্দুনা খৎনগনি* , কারন তানগনি। মচিন থীরক্কনি- নখোয়গী নুপীরা ? অসুম্না ওঙ্গিল ওঙ্গিল খৎনবদগী লৈকাইগী থৌদোক ব্রাথোক কয়া লৈখ্রবনি, ময়ুম কয়া শিদোকখ্রবনি। অততাই ওইনা হাৎলুবদি য়াদবনিনা লৈকাইনা হনগনি। পিক্লিবা মচাশিংনা মমাবু কোল্লগা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈগনি।

ফিবম অসি য়ৌরক্লবদা লৈকাইগী মচেম মনেম্না য়েংবা ঙমদ্রদুনা হায়গনি- রজনী কান্নদে চৎহৌরো, ঐখোয় য়েংবা ঙমদ্রেকো। নচা অনী/ অহুম অসিগা নঙনা লেল্লিবা পুঙ্গিসি উবদা নঙ নুংঙাইরক্কদবা মান্দ্রেবু।

রজনী মপী তৈথোক তৈথোক্লা হায়গনি- নুপীনা মপামদা শিবসি মমা মপা ফাওবা নরক তাই হায়নৈ। ঐগীদমক চমজখ্রবা ইমা ইপাদু করম্নসু নরক তাহনগনি। অমরোমদা ঐসু ঐগী সতি ধর্ম্ম ঙাকপা পামই, অদুনা মানা ফুদুনা শিরবসু শিরগে হায়দুনা খাঙলবনি।

- করি সতি ধর্ম্ম। করি নুপীনা মপামদা শিবা। য়েংঙোই ইবেম্মা, মপুরোইবনা মনাই নুপীবু নুংশিবগী মিৎয়েংনা য়েংবিবা ওইরবদি সতি ১০০গী ধর্ম্ম মাগীদমক ঙাকপীবা য়াই। সতি ওইখিবা খুদিংমক মপুরোইবগী থৌজাল ফংবী ঙাক্লি। নহাক্কীদি কদায়- মহাকমক্কী মনাইনুবীবু শা ষন্দা ফাওবা চৎলোইদবা শাজৎ চৎলবদবু কদাইদগী সতি ধর্ম্ম ঙাক্কনি। মখুত্তা শিবা তাবনি ইবেম্মা । নচাশিংসিনা মরোল অমা মপা উবদা মমিৎ মনা ঈথক থক্কৎলে, হুইনা মমৈ ককখিবা মী উবদু ঙাইরে। কদায়দা লংথোকপিরক্কদগে খল্লে। ঙক্তি ঙকপা নিপানিকো নঙগী নপুরোইবসি, মপানি মচাশিংসি শেমগে হায়দে, পিকখ্রবা অঙাংশিংসিবু মশা পায়দুনা পুমলংদা লংথোকই। মাইদা তল্লিদা, খঙদে খঙদে শিদ্রিঙৈদা চৎহৌরো ইবেম্মা সতি ওইবকা পাম্মুরনু।

ওঙ্হোকপা হায়বদুনি রজনীকী পাওখুম - খাঙবগী খাঙবা অসুম খাঙলগেদা।

নুপীনা মপুরোইবা থাদোকউ ময়াদ্রবদি উপায় লৈতে। খাঙনিংলগা খাঙজৌ নঙগীদমক হায়বিবনি। লৈকাইসু মখা তাখিদ্রে।

রজনী অসুম্না খাঙলকপনা নাওরোল অহুম শুরক্লে। মচা ফত্তবা চাউবা ঙাইবা মৱা ফত্তবা শিবা ঙাইবা হায়বদু তারে। মচানিপা অহন্দু চাউরে, শিলং শিঙ্খা ঙম্লে। মপা ফত্তবা মচানা ফবা, মপা মমা ফবা মচানা অমা পোকপদা ওকপা লৈতবা নত্তে। রজনীগী মচাসি ওন্থোক্লা ফখ্রে। মমাগী অৱাবা পুন্নমক মচানা খবা খবা পাংশনবনা মমাদু ফনা য়াম্না ইংনা লৈজবা ঙম্লে। মমা মচা তত্তনা ৱা তান্নৈ করি তৌবগা অমুক্তং মপাসি গ্যান তাহনসিগে। থৌরাং কয়া মমা মচানা লৌখৎলুই অদুবু মহৈ য়ানবা ইঙম ঙমদে। ইমুংসিদা শোয়রিবসি মপাগী কারনসিনি হায়বা হৌজিক্তি মচা অহল চাউথোই মুন্না খঙলে। পিক্লিঙৈদদি মপাবু য়াম্না কিরমই, হৌজিক্তি কিবা লৈরক্লে মাগী শাজৎনা অমুক্তং ৱা ঙাংননিংলক্লে, রজনীদি মিহুল শুদ্রে, নোংমা চাওথোইনা –

- বাবা, বাবনা য়ু থকপা, শা চাবা য়ুমগী থবক তৌবিদবা অসি ফনা অহল ওইরে য়াববদি তোকপিবো, ইমাসি যাম্না ৱারে। ঐসু ইমুং পুনবা থবক শুবদা ইমান্নবগী মবক তিনবা ঙমদ্রে।

মচাগী ৱাহৈ তাবদা মপা কারন্না শুক্তোক্লকপা মমিৎসি মতুংদা শুক্তোক্লিংঙাই লৈরমগদবা মাদ্রে।

- করি নঙনা ঐবু ৱাবকপা য়াব্রা ? নচোমপাক নাইদবা। যুমসি নঙনা পুরেনে। মসি পুন্নমকসি মমানা হায়হল্লিবনি। মমাসি হাত্তোক্লগা লোইরে, মমা ফত্তবনা মচা অফবা পোকপা হৌনদে। রজনী, রজনী...। কোইথি থিরকই চাউথোইনা —
- ঙাইবীখো বাবা, ইমা কৌবিরুনু। বাবানা ইমাদদা তাইনবসি খরা থাদোকপিরো। মিচংগী ৱা নত্তে, লমচৎকী ৱানি।
- করি! হে চাউথোই, নৱা লৌদে। চাউরক্লে লম্বা, য়াম্না পাম্বগী ৱারো, হেরা উশিত্তবা...। মচা হাৎপা মপা য়াম্না লৈবনি য়েংগেরা ?
- বাবা শাওবীগনু। ঐ বাবাগী খুত্তা থৱাই থারবসু থাখ্রসনু অসুক ৱানা হিংগদৌবগী শরুকপুদি খল্লগা ৱারেপ অসি লৌরকপনি। ঙসিদগী ইমাদা ফুবীগদবা অদু ঐঙোন্দা ফুবীরো।
- করি চাওথোই, নঙসি ইচানি ঐনা নপা, নঙবু পোকপা। নঙবুসু হাৎকে

ইনিং, ফুগে ইখা হেঞ্জল্লক্কনু।

- নচা ওইবদুননি ঐনা বাবা কৌজরিবসি। মচা অমগী ৱা মপা অমনা তাফম থোক্লবরা ? মচাসিবু মপানা হাৎনবা পোকপ্রা ? মচা অমা শেম্বা হায়বসিবু মপা অমগী মথৌদাং নত্রববা ?
- মচা শেমদ্রে, লম্বা তৌনরসি অসিনিনে।
- লম্বা-লম্বা, নুমীৎচুপ্পা লম্বা। বাবাদনি লম্বা পাম্মিবা। ঐনা খঞ্জবদি মদু নত্তে। গ্যান তাবা মপা অমা ওইহঞ্জনিংবগী ৱানি।
- গ্যান তাবা হায়বদি ঐ ঙাওরে কারন তারে অসিনিনে।
- ঙাওবে হায়বমক্তি নত্তে। মচা লৈববদি করি চাগনি, করি থক্কনি। মহৈ মশিংনা করম্না তমহনগনি। মীগী মচাদগী ইচানা কবম্না হেনহনগনি, মসি মপা অমনা খনফম তৌফম থোক্তবরা হায়জবনি।
- মদু খন্দ্রে করি তৌগে হায়রিবা।
- অদুদি পুল্লপ মাঙমিন্নবা তাবা

(রজনী ইমুংদা মপা মচা ঙাঙনরিবদু তায়। খৎনরক্কদ্রা থরক হুনগৎলি অমুকসু খবা ঙাঙনবা ফৈদা খন্দোকই। লৈকাই অমত্তনা কারন্দা অসিগুম্বা ৱাহৈসি ঙাঙবিবা ঙমদ্রবনি। অদুবু নিপা ঙাক্তনিকো করি থোক্লগবনো, হুম ইচাদি কাবন তারোইদা খল্লি) মপানা মচাদা।

- ঐদি করিগী মাঙগদৌরিবা।
- মচা মাঙলবদি মপাসু মাঙবা তাবনি। মচা ফরগা মপা স্বর্গ কাগদৌরিবা ঐ ফবা হায়বসি বাবাগীসু মায়নি।

পাঙ্গন্না চৎনদে, হূইসু উ কাবা নংহৌদবা হৌদোংনা ওক্সিল্লকপদা, হল্লিকো। কারন তোম্বা হস্তক তৌই- হে তোকও, তানিংদে নঙ মাঙঙু কনানা হায়।

- মাঙননবা বাবানা শিনবগী ৱানি হায়-হায়দেগী ৱা নেত্ত। য়েংবীয়ু ইমান্নবা কয়া কলেজ কানখ্রে। ঐগীনা মিং চনবা ঙমদ্রে। ইমান্নবনা টিউসন তৌরিঙৈদা ঐনা পৈশা ৱালি শুদুনা লৈরে। ইমান্নবগা মীমান্নবা ঙম্নবা মীগী লাইরিক ৱাইরগা শিল্লে। স্কুল খর চৎ , খর চত্ত অসুক ৱানা লাইরিক

তম্নকপসি বাবানা করি তৌবী।

- হে গধা, নিপা হায়বদু অদুনি। ঙম্নগা তম্মু ঙমদ্রগা তোকউ ঐ মদুদা দরকার তাদে।
- ইয়ুনিফোর্ম লৈগে তৌজে... বাবানা
- ঐনা কৈদৌববা।
- বাবানা ইমাদগী লৌথোকই।
- মদু দরকার লৈদুনা তৌবির্বনি।
- বাবাগী দরকারদি য়ু থকপদুরা '? থকউ- ফৈ। ঐগী মিং চন্নবা থবক ব্রানা শুরগা লোক্তুনা থম্বা পৈশা বাবানা ইমাদগী নমদুনা লৌরগা য়ু থক্কোকখিবা পৈশাদু পীরো মিং চল্লগে, হয়েংগী নুমিত্তা পীদ্রবদি ঐসু করি তৌরুগবনো বাবা গুম্না য়ু থর্ক্কনি, কারন তৌগনি। বাবা ঙসিদগী নচানি খনবীরনু খন্দবগী খন্দবা য়েংনবা তাবে।(চৎখ্রে)
- বজনী; রজনী...
- করি হায়বগে।
- নপা হায়বনি, নপা। কর্রি নঙ নচা চাউথোইগী মিং চন্নবা পৈশা ঐঙোন্দা পীববা''
- পী।
- করিগী মীগী পৈশাদুব্রদি...।
- মোই পাবুংনদি ঐঙোন্দা পীয়ু, পীয়ু। লৈতে ফনা হায়জে, খাঙবা য়াবা খাঙজে। মোই পাবুংনা চুম্না ফুবদা নত্তে নাওরিনা কাপ্পি। খাঙবা ঙমদদুনা ইচাগী মিং চন্নবা লোৎচবা পৈশা পীখিবদুদি।
- মদু নাঙনা কদায়দগীনো পীথোকখো হৌজিকমক, নত্রবদি নঙ লৈবা য়ারোই খঙ্ঙু।
- করিনো ঐনা তৌগদৌরিবা অসিবু ঐদি কদায়দগী লৌরুনি।
- অদুদি নঙনা নচাদা ইনশিল্লগা থৌহনলিবনিনে। তৌনু নমা নচা মান্নবগা ঐবু হাৎনবা শিনগনু। ঐ ফত্তবা তাহনগনু মথোং চানরোই।
- হৌজিকপু ঐ করি তৌ হায়রিবনো। নিপানি ঙাংনবীরো ঐ শেল কা অমত্তা

লৈজদে, পুবসু ঙমজররোই। হাৎকে হায়রগা হাত্তোকপীরো।
অদুদি নঙনা নচাগা ঐগা খৎননবা, নুংশিনদনবা শিল্লেনে। ফৈ হেক হাত্তোক্লরগা লোইরে।
ফজরনী তৌনরো, নপা নচা হাৎনরবদি। অঙাংনি হায়দুনা নহাল মখৈদি ঐনা থেম্বা খোৎপা য়ারম্মী। হৌর্জিক্তি মহাকসু অচুম অবান খঙলে।
করি চুল্লিবা, করি লাল্লিবা।
হো লানবা চুম্বা হায়ববু। মশানা শেল তাঞ্জরে। মপাদা হায়দ্রে। মহৈ তম্নবা হোৎনজরে। অদুগা তাঞ্জরুবা শেন্দু মপানা ঙাওথোক্লে-অদুদি কনানা চুল্লিবনো, কনানা লাল্লিবনো খঙদ্রে। ঐনা বিচাব তৌজবা ঙম্বাপোৎ নত্তে। নুপী নঙ নচা চাউরক্লে হায়দুনা নঙক হাইগৎপদা নত্তনা থেক্লৎলেনে। ঐনা নঙক্তু থুদেকপদা নপা নমা লৈকাই কনানা কনবা ঙমগদৌরিবা...
লৈকাইগা পনবীরুনু। হৌজ হৌজ কয়ারক লৈকাইনা নঙবু ঙাকপিখ্রবনি। হন্দক্তি নচাগী মীচংদা লৈকাই মীয়াম লৈখ্রবনি নঙগী অফবা ওইরোইকো লৈকাইসু লোইনা খঙলবনি নচাসিদা নঙগী তৌরক্লিবা ময়ামসি। নচাসি খাঙবা ঙমদদুনা মপান থোরক্লবনি।
নচীন থীনু ঐনা করি হেন্না মাঙহল্লদনা। নচানা ঐগী করি তৌবি হায়দুনা। নঙগী কারন্দুনা লৈকাইনা য়ু থকপগী কয়ারক ফারে। নিশাবন্দা শিন্নরে। লিল্লি য়ানগনি, লাউদুনা চৎহনগনি হায়রে। নচাশিনা চাউরল্লবনিনা ইকাইজদুনা তৌবিনু হায়দুনা ফাইন লুপা ৫০০/- অমা কদাইদগীনো পুথোক্তুনা থীরে। কয়া কয়ানি নচাশিনা তৌরিবসি। নচাসি লৈরমদ্রবদি নহান্না য়ুমকাসি অমত্তা লৈরল্লরোই। নচাগী মমায় য়েংদুনা নঙ শোক্লিবনি নচা শোক্লবদি লৈকাইনা নঙোন্দা তাইনরকপা শোয়দ্রবনি মপা।
অদুদি রজনী ঐসে ইচাগী মফমদা য়াম্না...
খঙদে, খঙদে মপাঙ্গল চাউরক্লে। শা-ঙা, য়ু থকচল্লগা লাকও। লৈকাইনসু খাম্মনু। ঐবু কনাগী মীচংদা লৈগদৌরিবনো...। কপই, রজনী থম্মোয় শোক্লা। ঙসিদি কারন্দু রজনী অমদি মচাদা মানা নহান মখৈ চৎলুরিবা শাজৎ ময়ামদু মথং মথং মাগী মমিত্তা উরকই, খল্লুরগা অসুম অসুম নিংঙল্লক্লে।

রজনীদা চিংনা য়েংলগা হায়রকই।

- রজনী কপ্পা তোক্লো। ঙসিদগী ইচাগী মতেং পাংদুনা মহাক মী ওইবা ঙম্নবা হোৎনরগে। অদুবু মানা ঙসি থাংখ্রিবা খোঙথাং অদু মপা ঐবু শীংনবগী খোঙথাংনি। খোঙথাংদুনা অরানবা লম্বীদা পুদুনা মচৎখ্রবদি মহাক মাংবা তার্বনি, করম তৌসিগে, থিহৌরুসিদো...

ঙসিদি রজনী পোকপদগী তারক্রুবা ব্রাহৈ খর মপুরোইবগী ময়মদগী তাবকপদা মবুক্রিং নুংশিরকই মতম কুইনা থম্মোয়দা চারুম্বা মৈদু মুংখিবগুম তৌই। মচাগী মবুক খঙবী রজনীনা মোমোন নোক্লা মপুরোইবদা হায়ৈজ,

- করি ব্রাখগ্নো মোই পাবুং। মচানা মপাবু শীংনবা মতিক্লা, মমা ঐ লৈরিবসিদি। মমা হায়বসি মপা-মচা অনীগী লংদাইনি হায়বদু উৎলগা লোয়রো। খনবীরুগনু।

রজনীগী ব্রাহৈনা তোম্বগী কারন পুম্না হন্দোকখিবগুম তৌই। নুপী হায়বা অসিদি চুম্না মপুরোইবগী সেবা, মচা মশু নাওয়োক নাওকোনবীনদা নাওনা, খাঙবা কনবী ঙাকপী শেনবীবগী গুন পুম্নমক তিল্লবীনি। মসিদা নিপা ঐখোয়না অরানবা খোঙথাং কয়া থাংজিনবীফম থোক্তে, খল্লদুনা য়োৎপাক পাযদুনা ইখ্োলদা চৎখ্রে।

অমুবা লৈচিন্না পুর্নিমাগী থাজ থাদোক্লম্বগুম রজনীগী মায়থোং মকা লাল্লকই। হরাও নুংঙাই য়ান্নৈজে। চাউথোই শাওরংননা চংলকই, রজনী হায়ফম তৌফম খঙদে খাদা শিংপা নুংশিক্তা পাওজেঞ্জে- নচা লাক্লে, মোয় পাবুংগী খবক্তো লেপ্পীরো চাক লোইরে। চাউথোইনা মমাবু কোল্লি-ইমা।

-----:::::------

# য়ুম্বাল তোয়বী ফজরৈ

অয়ুক্লি। সুবদনী ইমুংদগী য়েনখারোমদা কোল লীক ময়াম অমা খূদোংননা পুথোক্লককই। মচীন্দা ব্রজ অমা চীকপোই উম্বোইসু তৌরি। মনঙ্গন্দসু অঙাং অমা পোরি। পোবিবা অঙাংদু মনঙ্গন্দগী শেগারোমদা ফনা য়াম্না লৈথরক্লে। শেৎলিবা ফনেক্তু মরৈ তম্লম্বদগী শেমগম শেনগানবে, ফাইগৈ চৎলে। ফনেক ফিদোন নাম্মনা য়েংথংবা খূকউ মথক খুদোল মরি ফাওবা কুপ্তুরে। নাহোঙদু মথৌ তৌদরে,ফনেক তাখিনি মতাগুম থবাক ময়ায় খায়না ব্লানা খাংলি। নঙ্গলগী অঙাংদু নাহোংনা কোনবা নত্রে, নাহোংদা অঙাংনা য়ানবগুম তৌরে, খজিক্তা ঙায়রে শেগ্রাক্তা পল্লিবা। অঙাংদু মখোঙসু কাওরি, মরোল লোনবসু তোক্লি, কপ্পসু লেপ্তে। মহৌশাদি সুবদনীগী তুংগী শম্বুলদু ফনা মকা লামজরম্বনি; চাবোক অনী/অহুমসিগী মতুংদদি নারুম য়েৎ ওয়দা খোঙথাঙ খুদিং মনীং তৌনা হাইরে। ব্লারমাল্লে সুবদনী শোম্থাংননা- নুংঙাইজরিনিদা নুপা হায়বা জাৎসি হায়রগা শাউতক্লা য়েন্নখাদা কোলশিংদু থাদে। ব্লারৌরমাল্লে কোলশিংদু; মরোল লোল্লি, খুজাই মচাদুদি ফনা শাংনা থরো থরো ওন্দুনা চেনখ্রগা শম্বন্দা লেপ্লগা সুবননিদা য়েংদুনা লৈ। কোলগী মরোল তাবদা দাবী মপান্দা খবর পারম্লা মপুরোইবদু সুবদনীদা য়েংথোক্লককই। মপুরোইবদু শাউরুবদি হায়রুনু মোমোন্দুম নোক্লগা খবরদা অমুক মমায় ওনশীনখ্রে।

ইমুংগী কুপনোমদা ব্লাজরবী সুবদনী, য়াকা ফোংবদি ঙমদ,

মপুরোইবগী মীনোক্নুনা খোয়দৌদি চাক, বার্টিন অমা পায়রগা অমুক পুখ্রী তম্না চৎখিবা খূচত্তুদি ফজরে- অঙাংদুনা কম্লাক্তা খোঙথাঙ খুদিং য়েরি। পাঙ্গন শোনবী কোঞ্চাক খোম্বী ইমানা বোরা খাউ তুংদা য়াল্লগা গাড়ী নংনবা চৎপা খোঙচৎকুম্মী। অঙাংদু ফজনা পোবসু য়াদে, থম্বসু য়াদে- অঙাংগী নীংঙাইনিদনা। পুখ্রিদগী ঈশিং শোক্লগা চঙলকপদু সুবদনীগী শিংলী পুন্নমক উজাউদা য়েৎপা উরীগুম মপান লোইনা থোক্লে। সুবদনীদা হৌজিক ফজবা অমত্তা য়াওদ্রে, মমিংতা ঙায়রে ফজরিবা।

য়েন্নখা য়ৌরগা বার্টিনগা অঙাংগা থম্লগা মখাঙ অমুক্তং তিংখৎচরকপগা মপুরোইবনা খবর পাবা লোইবগা তান চানরুরমাল্লে হায়রকই-চা লোইদ্রিবরা ?

তাঞ্জাসিদা করম্বা সতিনা মপুরোইবগী ৱাহংসিদা নুংঙাইরমগনি। সুবদনী খুমদে। মঙক নাক-য়েৎ থেকই। মবুক্তা খল্লম্বদু চীনলাং খবাং হায়দোক্লকই,

- ও! নুপাগী মপোক নুঙাইজরিনিদা। নোংম-নোংমগী মতম লেন্নবা হোৎনবদা ৱারমগদবা মঙাইরে।

তোমাম্দু নুপা পাদা অমনি, মবুক তপচখ্রবা। মাগী নুপীগী অৱাবদুদা করিসু নাচুংদে। তপ্না হায়রকই।

- নুপা ওল্লগেরা নুপী, নঙনা অদুক য়াম্না কল্লকইববু। নুপা হায়বসিসু ৱাবনিকো, নঙনা খঙদদুনা তৌরিবনি। (মঙক লম্তক নোম্লী) খবর অদুম পাথৈ।
- শুপ্নমক্তবু হায়বনি। খরা খীৎ হেনমনখ্রে হায়বা। অৱাবসি খর খরদি খঙনবা ফবনি।
- (শাউরপ্লা) খঙনদ্রে কৈদৌগে হায়রিবনো ?
- অদুনা অকনবা নুপানি খৎনসি হায়বগী ৱানিদা।
- খঙঙু নুপী, নঙনা নুপা ওইরম্লবা, ঐনা নুপী ওইরম্লবসু ঐ অদুম ৱাজবা তাবনি, মপোক্লনি। নুপীদি খবা ৱাজবা তাই। নঙনা তৌরিবশিংদু ইমুংগী থবক ঙাক্তনি হায়বা ঐ খঙঙি। অদুনা য়ুম্বুরেম্বী মিংথোল ফঙলিবনি। ঐনা

হেক তৌরুবদা মীনা নঙবু নোক্লবীগেদনি।

সুবদনিনা ফনেক ফিরৈ য়েপ্লা য়েপ্ল —

- হো নোক্ল-নোক্লদবগী ৱা নত্তে। নুপীবু শুম শাবমখৈ নৈরবদবু কনানা খাঙবা ঙমগনি। নোংমা ফাদোকসু নচাসি লৌথোকপীবা য়াইদনা। য়েনখা-লুকখা, শুমাঙ থেলোং শীৎপসু ময়াই, তৌবু তৌদে হায়বগী ৱানি। পুন্নমক ঐবু তৌদা হায়রবদি ঙম্মিবরদো।
- ইহে নুপী, নঙসি গ্যান তাদেকো। নঙতনা ইমুংসি থুগাইদৌরি। হায়ন-তানবা য়ারোইদৌরি।
- করিনো, ঐঙোন্দা অমুক তাইনরক্লীবা অসিনা। ঐনা ইমুংসিদা কবি থুগাইরদনা। ঐনা হায়খিবদু থোইনা কায়বা নত্তেনা।
- শাউগৎলক্কনুনে নুপী। ঐনা নহান্না হায়দ্রো, নঙ ঐগীদা লৈবা ৱাগনি হায়না। নঙনা ৱাজসনু ইরাইনা খাঙজনি হায়রে। লৈশারীঙৈদা ঐনা হায়বমখৈ য়াদুনা লাকখ্রবনি। নঙনা লৈশারীঙৈদা য়াখিবগুম পুক্সি চুপ্পা অদুদা কায়গনু ইবেম্মা ইমুংসি মঙী লাঙনীংঙাই লৈতে।

অহায়ো, কয়াদনোসে নোকত্তুম নোকচনিংইদা। ঐনা খৎননীঙদদুনা হুনবগী ৱান, খরা মচীন কনবী নুপানা লাকচবা য়াদবী লাবা শক চংবী নুপীগা থেংনরবদি খঙগদবনি।

- থেংনগে হায়রিবনিনে অদুগুম্বা নুপা ফুবা ঙম্বী নুপী অফাওবীদু। লম্বা থিংবা নুপা নত্তেনে। নঙ লৈবগী তৌবনি। নঙ শিখ্রগা থেংনগদৌরিবনি।
- অদুদি, নঙ ঐ শিধা ঙাইবিবা ?
- ঙাইরিবনি। অরেম্বদা নুপী নঙসি ৱা য়াম্না ঙাঙখ্রে হায়বনি। ৱারেম ঙাঙবগা হায়রবদি ৱারী ইদৌবা নুপীনি। য়েংঙোই, য়েনবী অমনা মচা তরাগী মথক্তা চেনবা ঙম্মী। ইন্দোন মালিকাসু মচা মঙা/তরুক নুপা য়াওদনা থাক্লি, শীৎ নান্না যুম পুই। নঙদি অঙাং অহুমসিগা ঐগদা থাকপদা অদুক ইশৌ লাংলিবসিবু মীনা তাখ্রগা নোক্লবিরনি তুমিন লৈয়ু হায়বা।

ঙাঙনরুবদা মায় পাক্লরোই হামু হামুনি খন্দুনা সুবদনী থবক্তা মায় ওনশীনখ্রে। মচা মৱা থাকপা ঙম্নবা অহীং-নুংথিল শূদুনতা লৈখ্রে সুবদনী।

থবক শূবা শাজেল্লনি, হোঁঙ্গন্না শূরগা লাইথুংনি হায়বসি সুবদনীনা প্রমাণ তৌরে। নোংম-নোংমগী শোঁঙ্গল্লকই সুবদনী, মমৈথংদা পোপ তুবা হায়বদু য়ৌরে। ঙসি তরেৎ/নিপানর্নিসি ফমুংদগী হেনখিদরে।

তোমাল সুবদনীনা অসি য়ৌরবা ফাওবা করিসু থৌশাদে। যুম্মুরেন্নীনা মথৌগত্রুবদা করম্না ইমুংনা চাফম থকফম খঙবগে। নুপীগী সেবা ফঙদ্রবা তোমাল শাউবা তৌবকই।

- নঙবু খরা খরা তৌগৎলগা অঙম্না খরা ফাওবা শূবা ঙমদ্রবজাৎলা ? শূদ্রবসু ফম্না ফম্না চাক ফাওবদি থোংবা য়াইদনা, মীগী নুপীগা ইমান মান্নদেকো, খরস্ শোনমনত্রবা হায়বদুনি।
- মা'পারুং ঙম্মদ্রদুনা তৌবনি। ঐনা হেন্না তৌগৎনীংলিবনি। নচানুপী অতর্লাসসু রারে। দুকান ইবেমহলগীদা চংহনখিবনি, ঐগী ফনেক অমগা ইন্নাফ অমগা পুহনখিবানি। খবদা ওইববস্ পীরকউ হায়রু হায়দুনা। নঙ নুপানি পূবরা লঙবরা খবা তৌবরসু ফগদবা।

  ঐ মা পুবা লঙনা দায় লেত্তে। নমা নচা নখোয়না ঙম্ল-ঙম্লবা শীল্লু। নহাক্লমখৈ নঙনা শূবা ঙাম্লইঙুদা খবা থমজিনহৌবা য়াদ্রা ? থম্লিরোইনে, মদুনি নুপী য়ূম্বালবা হৈবা হায়বদু নুংঙাইরোনি হৌভাক্ত ভাব তারোনি।

  ঐনা নোংম-নোংমগী হাজিবা শূকবগী পৈশাদু নোংম-নোংমগী চাবদা অদুম মরেইশিনখিনি। নহাকসু খর্বাদ শূরগা নচাশিংগী থজিক্তং খনবা মফরবনি। ঐদি চাদ্রবসু খাঙজগে অদুবু ইচাশিংসি চাদ্রবদি কমদৌনি মা'বাবা।
- হো দুকান ইবেমহলগীদা থাখি হায়বদু পুবক্রুগা থোংলগা চারো। অসি মঙায়রে ঐনা হায়গদবা। ঐগীদি খনবিরুরনু ইরাইনা থোকপা চাজরুগে। নখোয়দি মদুসু ঙম্মিবোইদো। ঐ চৎলে, চৎলে।

মপুরোইবা চৎখিবগী খোঞ্জেল তায়। সুবদনী মচা লাকপা ঙাই। পীক্লিবা মচা অনীদুনা মমা অনাবীদুগী নাক-য়েৎতা মকোক হুমাং ইচোৎ চোৎ, মমীৎ অমুক পাঙ অমুক উইশিন, মবুক শীৎনা লৈরি। চাদবনা মখোঙ থাংবা থোক্লবা মচাশিংগী খনবদা সুবদনী অনাবগী চৈনা মশাদা ফাওদে। মচা ঙাইবোইনা চাকখুমদা শেক্কৌ শেক্কৌ চঙলকই। কুইনা লেপ্পা ঙমদে, য়ুময়াইদা অমুক ফমথৈ।

মতেক্তু চৎপদা শদৌ থোংঙি, হুমাং কাংঙি, মখুৎনা খদাঙদা শৌই।

মচানুপী অহলদু চষ্টী তরা চঙলকপদা ঙায়রি। খাউমচা অমদা চেঙ, হন্নাই খরা পুদুনা হরাও হরাও চেনশীল্লকই। মচা লাকপা উবদা সুবদনী কয়া হরাওই। মচানা দুকানগী ন্নারী তম্না তম্না মমাগী মতেঙ পাংলি। মমানা তানা তানা মমা মচা চাক থোংমিন্নরি।

লায়রবনা নাবদি শিরমদাইদা লায়েংঙি হায়বদু চুমখ্রে। শিরমদাইদা মপুরোইবা তোমালনা দাক্তর কৌরুই। দাক্তর লাকই, অনাবা য়েংঙি। অনাবগী হৌরকফম থবক্লনি খঙমাল্লে। হীদাক ইদ্রে, দক্ষিনা লৌখিদরে। তোমানগী মরেঙবান্দা পোপ পোপ ফুরগা দাক্তরনা হায়রকই।

লায়েংবা মতম হেনখ্রে, ঙসি নোংমা নীনিসিদি পোৎথাজরসনু, থবক শুহনবিরনু হায়রল্লগা দাক্তর চৎখ্রে। অনাবা য়েংবা লাকপোইনা থোকখিদ্রে, শিগদবা নুমিৎ য়েংবোই থোকখ্রে।

সুবদনী লৈখিদ্রে। তোমালগী য়ুম্বাল ফজরে। মচা অহুমনি। থাক্তবা য়ারিব্রা ? মচানুপী অহলদুদি য়েংহৈদ্রে, মমাগী থবক লোইনা পুরে। ওস্থোকপনি, শক্তিবুদা থিনগৎলকপা থম্না খেঞোং কালেনগী মৈশা করম খাঙগদৌরি। য়েংবা তাই, ঈশ্বরগী নোংদম।

পৈশাগী মগুন পায়দ্রগা, নুপীগী থবক লৈত্রগা তোমাল হৌজিক্তা খঙলকই সুবদনীগী মগুণ। তোমাল ন্নাবগী পম্থেং য়ৌবদি নৎত্রি অয়োদা মহায়রি 'ইমা' য়ৌদ্রি। নুপাদি পেস্থোকপা ঙমদে, নুপীদি পেস্থোকপা ঙম্মী। সুবদনীগী ফিরোইদি য়ৌদ্রি অদুবু মবুক ওনবদি কুইরে, হায়দোক্তবগী ন্নানী। কনাগা থেংনগদৌরিবনো- ঈশ্বরদি উরল্লগনি। তোমালসি মোং হাদে, মশা নাল্লি, থবক্তি মমা পুকুংদগী শুরক্তবনিনা হৈতে, শুরবসু ঙাইঙম শিংঙমদে, চুশিন্নদে, ওইনা কিশি থোকুম্মী। তনবদি খদাঙ অমুক্তা নোম্বীয়ুদা লৈ। ন্না ঙাঙবদা মীনা তানীংঙি। মমায়দা রাশি অনী লৈ-অমনা মহাজন্না থীনা হায়বা ঙমদে, অমনা নুপীগীনি, অদুমক্তনা সুবদনীনা খাঙলম্না খঙদ্রে।

নুপী অমা লৈ। ন্নারীনি খনবিয়ু। লৈকাই, য়ুম্নাক পল্লরোই, ন্নারু নুংজু থোক্লক্কনি, শক্তি লৈবী নুপীনি, মহাশক্তিনি, মমিংদা মহায়জরগে-

ফজরৈ কৌবনি। নুপা-নুপী রাইত মান্নগদবনি হায়বা ব্রাখল্লোন অসিনা মাগী পুন্সিগী লাইনীংনি। লুহোংবা, কৈন্যা কৎপা, চেলহোঙ নুপী অমগী পুন্সিদা অমখক অমুক্তং থেংনবা থৌদোক্লা মপুন্সি লেনখিবনা অয়াম্বনি। অদুবু ফজরৈদি পুন্নমকসি লোইনা থেংনবতা নত্তনা থৌদোক অমা/অনীদি হঞ্জিন হঞ্জিন থেংনরক্লবা নুপীনি। অহানবগী অউনপোৎ অদুনা নুপা মথাঙ অনী/অহুম থাঙভুরবনি। হৌজিক্তি অউনপোৎকি ব্রা লৈত্রে। পুবা পুদবা অহল-লমন্দা ওৎপগী ব্রা মঙোন্দগী লাপখ্রে। মানা ওঙলুবা নুপাসি মথং মনাও নাইনা পন্দনা মশামক্লা হায়বদা কাউখিবা ভরম চুবা কয়ানি। মরায়বক ফবা মশীং থাবদা চীৎথহৌবা নুপা ফাওবা য়াওরে। অসিমদি খঙবীয়ু-মহাক য়াম্না ওক্তবা নুপীদি নত্তে। ওক্তবা হায়বসি য়ুম্বান তোয়বা ঙাক্তসু নত্তে। য়ুম্বান তোয়দনা ওক্তবসু য়াম্না লৈবা জাৎনি থিরুদবগী ব্রানি। ফজরৈদি নুপীগী অধিকার ফোঙনা তানবীনি, অরোনবা য়াদে। নুপা খুদিংদা নুপীগী রাইত চপ চানা লৈ অসিনি। য়াদ্রগা কায়নবদা করিসু নাচুংবিবা নুপী নত্তে। নুপীদা ওৎ-নৈবা য়াবোই হায়বসি নুপা কয়াদা পারা তম্বিরক্লগা হৌজিক য়ুমদা পোৎথাদুনা লৈরি। য়ুম পাল্লরোই হায়বগী ব্রাদি নত্তে। নুপা নুপী হক মান্ননা য়ুম্বানমিন্নবা য়াবা নুপা থিরিবনি। নুপী লৈবা লৈতবা, মনবা মন্দবা অমদি সমাজনা নোক্ল-নোক্লদবগী ব্রা মঙোন্দা লৈতে।

তোমালগী রাশি নুপীনা পামজবা অমা লৈ হায়বদুগা চান্নরুরমাল্লে, নোংমা ফজরৈদু তোমান্দা কৈন্যা কৎলক্কে। তোমালদি ফজরৈ ফঙবদা হরাওবা মাল্লি, হান্নদগী হেন্না মশা নানবা, নোকপা খেবা উই। ফজরৈদি হামু হামুনি, করিসু কোইদে ইমুংদুদা, চহী লীশাংশীৎনা লৈরক্লবা মীগুম মচাশিংগা তোরো খোদাননা লৈবা উই। লৈকাইনদি মখোয় অনীসি কয়া কুইনা লৈমিন্নগদৌরিবনো য়েংবা তাই হায়নৈ।

লৈকাইনা হায়নবসিসু চুম্বা লাকইকো। তোমাল ফজরৈ য়ুম্বালমিন্নরকপা কুইদ্রি; অদুবু মখে লাংনরকই। নুপীদু হায়র পায়াম থেঙনরক্লবিনি, নুপাদু হায়রা পুন্সিদা থবক মনা অমত্তা শুরক্তবনি, কোয়বগা লংবগা, অহাওবতা চা, ফজবতা শেং, মখুংতা হাল্লগা চারক্লবনি। অশিংবা ঙাক্লি অনীমক, ব্রা ঙাঙনদে, অদুনা খৎনৈ খঙদে লৈকায়না। চৎমিন্নরুবা হঞ্জিল্লকপদা নুপানা কোম্হোঙ হাংলগা

চঙলকই, নুপীনা লোন্দে। লোল্লু হায় নুপানা, লোনমিন্নশি খুন্মী নুপীনা। মসিদবু হেঞ্জিনবা য়ারিব্রদো। কৈনো অমদি শোয়দ্রে। ইকুই কুইদনা তোঙান চানরকই, মতৈ মনাওদা লৈবদুদা। অঙাং য়েঙ্খোক্লরকই। অয়ুক হৌদোক্লদে, নুমিদাং কৌনদে, লোইরদ্রদো য়ুম্বানমিন্নরিবসে। হায়ননি-নুপানবু পাঙমন্দে। ৱাহৈনি হায়বগী ৱানি, নুপীনা মরীল মখারবদি, নুপাসু নুপী ফুবা ঙমদেকো, হৌদোংনা ওনশিল্লকপদা হূইনা মখোঙ খোৎপগুম মকোক খোৎলিকো তোমাল, মমান্নবমক্তি নত্তবনিনা হল্লিকো। থেংনদদুনা পাঙমন্দে হায়বনি।

তোমাল ওঙ্খোকপা দশানি। তোঙান চানসি, খঙদদুদা য়ারুবনি, হৌজিক করি থোক্লে। নুপীদি করিসু ৱাদনা চায়, মশাদুম কোন্মী নুপা সেবা য়াওদবনা। ফজরৈনা হায়-নুপা ওক্তবা অমা লোয়নববুদি মচা ফত্তবা তরা চেনবনা হেন্না ফৈ। তোমালদি চাদবনা মশাদু ময়েং তারকই, তত্তনা মমীৎতা মপি তাই। ৱার-ৱারগা হৌদোকমিন্নরকপা সুবদনী নীংশিংলকই, অচীকপদা কপ্লকই। নোংমা তোমালনা শাউনা,

- ফজরৈ নঙনা তৌরিবসি করিনো। নুপানি হায়বগী অকিবসু লৈতে, হনবসু তৌদে। লৈমিন্নবা ঙল্লরোই নপামদা চৎখ্রো, হৌজিকমক।
- হৌজিকমক হায়বদুদি থুমনদ্রা ? চৎপুদি চৎকনি, নঙ গ্যন তারবা মতুংদা, নচা নশু ৱাদনবা; অদুগা অসিমসু খঙবিয়ু- নয়ুম্নি হায়দুনা মীবু হেক্তা তানবসি খৎনবা অঙাংতনা তৌবনি। নুপাগী য়ুমসি নুপীগীসুনি, খঙবীয়ু নুপীনা য়ুম্বানবসি য়াম্না মাঙজখ্রপোৎনি।
- এ: করি মাঙদোয়বা?
- য়ুম্বানমীন্নরিঙৈদা তানবা শেল, খায়নরকপকান্দা পুবা য়াদে, মপামদগী পীরকপা অউনপোৎ খরা নত্তনা। মশিনা শুবা তনহল্লি। অসিদ নত্তে -
- অ: অতৈদি করি
- য়ুম্বানমীন্নরগা পোকপা ইচা অমত্তা নুপীগী শাগৈদা তিনবা য়াদে। নুপাগী লোইনা ওই। মসিশু মাঙজবা অমনি।
- নঙমুক ইকায়বা খঙদবী, মচীন কনবী নুপী থেংনরক্লিবু।
- ঐসুনি, নঙমুক শুনীংদবা, নুপী ওৎপা নুপা অমত্তা থেংনরক্লি।

- নঙনা হায়রিবসি করিনো? অরংননা খুম্মেনে। নঙ ঙসি নথ্বায় মাঙগনিকো।
- শাউনদবা ফৈ। নচা-নশু থাকপিনবা লৈরোই। ঐ হাৎলো নঙ কৈশুমশঙদা নপুন্সি লেনগনি। গ্যান তাবিয়ু। নচা কনানা য়োঙ্কনি। নুপানি হায়দনা (নোকপা)
- নত্তে, নঙনা পাল্লিবসি করিনো হায়বা। নচত্তুননি ফমুং য়াম্মিবা-'ব্রা য়াম্বী।
- ইব্রা য়াম্বা য়ামদবগী ব্রা নত্তে। নুপা নুপী লৈমিন্নরবদি শুমিন্নসি অঙম তান্নগুমসি হায়বনি। ঐনা পাল্লিবসু অদুতনি। অঙম্বনি হায়দুনা নুপীবু শুহন্দুনতা লৈরবদি কনানা খাঙবা ঙমগনি। শিবা তাবনি।
- শিনীংলগা শিজৌদনা। ঐনা হাৎপদি নত্তেদনা।
- নঙ মী হাৎলি হায়বসি হুজিক ফাওবা খঙজদ্রি?
- ঐনা কনা হাৎলদনা ?
- হাৎলেদনা ইচে সুবদনী- দাক্তরনা হায়রম্মী হায়বদাই- শিরগদবা নুমিৎ নীনিসিদা পোৎথাজরসনু থবক শুহল্লনু হায়না। ইকায়দ্রা ? নুপী হাৎপা নুপা হায়বদু নঙনি। ঐদি নঙনা হাৎপা য়ারোই। ঐনা লৈরিবসি নঙগী নত্তে নচাশিংগীনি। নচাশিংসি ঐ চপ চানা নুংশি, মখোয় করিসু খঙজদ্রিবনি। নচাশিং ব্রাহল্লিবসি নঙননি। নঙনা ব্রানীংদদুনা নুংঙাইবা পামদুনা ঐবু লৌরিবনি, ঐসু খঙঙি। নতু থিদ্রবসু নচাশিং থাকউনা, পত্মানা মচা থাকপা নঙ উদ্রিবরা? নুংঙাইবা পাম্লবদি অব্রাবা খাঙঙুনা, থবক শুনা। নচা ফাওবা মিনুংশি খঙদবা নঙগুম্বা নুপাশিংনা করিগুম্বা নুপীগুম্বা মৈনীং কুল্লম্লবা, মথী-ময়ুং মরক্তা ওল্লম্বা তারবদি অঙাং অমতসু হিংলরোই, চঙহাৎ লোইনা হাৎলমগনি। মিনুংশি খঙবী নুপীদা ওৎপদি নুংঙাইবা পাম্বা শুনীংদবা নুপাদনা তৌবনি। ঐ নুপা কয়াদা ওঙলুরে, সমাজনা নোক্লবিরে, অদুবু মখোয় হৌজিক গ্যান লোইনা তারম্লগনি। নঙদি গ্যান পাক তাগদবা মান্দে- ইচে অমা হাৎলবা ফাওবা ঐবু হাৎকদবগী হোৎনৈ। ঐদি নঙনা তানদ্রবসু ইশানা খঙনা চৎখিগদবা নুপীনি। নচাশিংগী খনবদা তুক লেল্লিবা হায়বদুনি।

ঙসি নোংমা নীনিসি তোমাল ফজরৈ চীন্দা-পাওদানখিদ্রে। তোমালগী ব্রাখল হোংলকই। পুন্সিগী লোয়নবী ওইরম্বী সুবদনী মীৎতা তত্তনা

উরকই। নীংঙমহৌদবা মীকুপ কয়ানা মীৎলু পিরাং শীম্থরকই। খোঞ্জেল থোক্লা কৌরকই- ৱারৌগনুকো সুবদনী, ঐ নফমদা য়াম্না লানখ্রে। নঙনা নচাশিংগীদমক্তা ৱাবম্বদো ঐ খঙলমদে। হৌজিক্তি ঐ খঙলে, নচাশিং ৱাহল্লরোই।

মপুন্সিদা য়োৎলৈ অমত্তা কাঙলক্কবা তোমাল ইমুংদগী য়োৎপাক থাঙজৌ পায়রদুনা দারীদগী কুমথরকই। অমরোমদা সমাজনা লান্না নোক্কবিববী ফজরৈদি তোমালবু মিনুংশিগা লোয়ননা য়েংলগা মচাশিং কৌশিন্দুনা হায়রকই -

- ইচাশা, ইমা চৎলগে, হৌজিক্তি ইচাশিংগী কবিসু অৱাৎপা লৈববোই। নপাবুংসি লুনা তৌবিয়ুকো। নখোয়গীদমক মহাক থবক শুবা চৎখ্রে।

মচাশিংনা ফজরৈবু মমাদা মমাদৌনা মখ্বাঙদা কোল্লগা কপ্পা কপ্পা হায়বকই- ঐখোয়বু থাদোকপিগনু ইমা, নচামক্কি খনবিয়ু। ঐখোয়দি ইমাবু পুন্সি চুপ্পা থাদোকপা ঙমজররোই।

অঙকপনি, মমা মচাগী প্রেম, পোকপা পোক্তবগী ৱা লৈখিদ্রে। ফজরৈ পুক্নীং লাংতক্লবকই। মচাশিং থাদোকপা ঙম্লক্রে, মচাশিংবু মথানুংদা চেৎনা কোল্লগা মপা হল্লকপা ঙাইখ্রে।

------::::::------

# মৈচাক অমা মিনুংশি অমা

অয়ুক্কি। অহল ওইববী ঐগী ইমানা ঐগী তুম্ফম কাগা হেক লোন্নবা কা অদু শেংদোক্কি। লৈরম্লীবা পোং চৈশিংদু মনীং চাকশঙদা তপ্পা-তপ্পা হোন্দোক্লকই। ইমাগীসি ঈরাং অমনি খল্লি। ঐ উবদা ইমানা-- নিপামচা, উপু মচাসি ইমানা থাংদোকপা ঙম্মোইদৌবি। মনীং চাকশঙদা খরা থাংদোককখো। তপথবা যাবা নত্তে, খরা থুরকউত্তে।

ঐ চঙ্ডাশন্দুনা উপু মচাদু ইথন্থা থৃকউ থোংদুনা চাকশঙলোমদা পুরকপদু লম্বী উদে, অঙাংনা ধঙ্গাও পুগুম্মী, মপা যেংলগা থোঙজিন কানশিল্লি। ফুঙ্গা মৈ হৌরম্মী, ইমানা ঈশিং লুম্লম্বা মাল্লি। কোয়য়েং য়েংঙি- উই, ঐগী নুপীনা মফি-মনোল তগোম তগোম মখ্যাঙ তেকথোক্লপ মৈ য়াইরম্মী। মহাক লৈতাফম খঙদবা মাল্লি। থীন্দনা অমুক হৌগৎ, মখ্যাঙ কোন্থ-কোন্থ নাশোন পীক্লা নাহে-নাহেদুনা শীং অমুক য়াঙশিন, ফক্লাংগী উখোঙদা মকোক্লা ঙাদুনা অমুক রানা মৈচাক খাঙলম্মী। ঐ মাগী মতৌদুদা স্বায় লাউই, পাখৎনা হংঙি-

- কৈদৌরে!

পাউখুম ফংদে। মশাদু ইতাউ তাউনা উত। পিরাংলক্তা তাউরম্বা মমীত্তু খংলুপ লুপথখি। ঐঙোন্দা নুংশি-য়ান্নানা হায়রকই-

- ঐ রারে। খাঙবা ঙমদরে।

থম্বাল লৈনাদা লীক্লা ঈরিক পকপগুম মমায়দু হুমাং মরীক

মরীক কায়। ঐ মাগী মতৌদুদা হেন্না পাখৎনা নিপাগী ৱাঙাঙদা খরা কন্তক্লা-

- অদুবু কৈদৌরবগে হায়বা?

মহাক পাউখুম পীগে তৌবদা ইমাদু শেক্কৌ শেক্কৌ চাউকোন কোনশল্লবা ফক অমা মখুৎ নাম্মনা কোন, নাম্মনা মোন অমা য়েপ্লোই- ফোইবোই কাদুদা চঙলকপা উবদা তোকখ্রে। ইমানা হায়রকই –

- নিপামচা, নঙ খঙমন্দেকো, ইমুংসি মী অমত্ত লৈতে থৌদানবা। নহাক চৎলু ননে মাইবীদু কৌরুগেরা নৎত্রগা নর্স অমা কৌরুগেরা তৌরু, পস্থবা য়াবা নত্তে।
- ইকায়। ঐনা খুম্মী। ইমাদু শাউরক্লমাল্লে।
- থীদা, ইকায়, তোকপা য়ারিব্রসে। ঐনা ৱাহল্লিব্রা 'সিবু। ৱা য়াম্না ঙাঙহনগনু। নপাগা হেক পোকমিন্নবা ননে ফাওবা কৌরুবা ইকায়ববা। ঙরাংতা লাক্লম্বনি ননেদু। ইমৌসি অসি য়ৌরমগনি খঙদদুনা তৌবিবনি, চৎলু চৎলু কৌরুদবা য়াদে। কৌরু।

'ইমাগী ঐনা ৱাহল্লিব্রা'সিবু হায়বদুদা ঐ হাইফেৎ ইকায়দুনা মঙোন্দা য়েংলুই। মাদি ঐঙোন্দা হান্না য়েংদুনা লৈরম্লে, মচীনবান্দু তস হায়বগুম লেঙলম্লগা মমীৎ কুপখি, অদুগা মমায় লৈথোক্লা মখা তারকই-

- হায়কনুদা ইমা, মঙোন্দা হায়রুবদা পাক ওইররোই মাগী মবাশিসিনা। মসিগী মৈচাকসে নুপী ঐখোয়গীদি অত্ততাইনি, মখোয়দদি ফাওবজাৎ নত্তে।

মহাক ৱারৌরপ তৌবা মাল্লি। থুহন্নীংবগী হায়ববুদি ওইরম্না য়াই। মানা অৱা- মৈচাক খাঙলিবসি ঐসু য়েংবা নুংঙাইতে,মিনুংশি ফাওই। পুন্নমকসিগী মথক্তা ঐগীসু দায়ত্ব য়াওরি, মরনাই নত্তে, অদুবু মহুৎতি করম্না শিল্লুনি। ঐ থীন্দনা ফি তনশেৎ শেৎচীনবা হৌই। ইমানা মমৌসি লুনা তৌজবনি। অহানবগা ওইরে, মমৌগী মৈচাক্কু উবদা মথৌনা হাপ্পী ইমানা,

- হেরা পেম্মা, নঙসু পাঙমন্দেহে, নুপীনবো অসুক খাঙবা কন্দবসিবো, নঙদরা ৱাবা, ঐখোয়না ইচা অসুক য়াম্না পোক্লকপসি অয়ো ফাওবা হায়বীদে। হৌজিক্তবু অহল ওইমনখিদুনা তল্লবগী ৱানি। কয়া কুইনা ৱাগনি হায়বগে নমীৎ-নমায় পাঙথোক্লগা লোইরবা পোৎতুবো। চৈহৎলি মমৌদু নুংশিনা।

ইমাগী রাঙাঙদুদা ঐ হরাওবোই, ইকায়বোই ফাওই। অমুকসু খল্লুই- ঐ অঙাংগী মপা তায়বদু ওইদৌরবোইরে ইথা থাজদনা। ঐ স্কুটর ঈস্থোক্লকই, খোঙজিন্দগী অঙম্না চেম্থরকপদা তায়-এ: আই: আর: গী মরু ওইবা পাউ অমুক হন্না —

- 'খুদক্কী ওইনা ঙসি অযুক পুং তরুঙ্গী থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট বন্দ, রেঙ্গমগী ফাখিবা দাক্রের থাদোরক্লি; ঙনাংগী থৌদোক্তা লৈখিদ্রবশিংদু মশক খঙদোক্লবা মোগতা থমখ্রে, মাঙখিবা মৌদু মপুম পানখিবা ওইরম্লে। হৌজিক্কী ওইনদি মনিপুরী পাউ পীজবা মতাংঙ হাসিদা লোয়জরে।' ভাল্লোহে, ঐনা চংকদৌনিবা অসিগা। তেবা, বন্দনা হেন্না লুব্রা, ঐগীসিদি বন্দ তৌবা য়াবজাৎ নত্তে, অত্তাইনি গাড়ী স্টার্ত তৌই।

রাবগাই লমখায় বজাব থৌবাল দিষ্টিক্টকী মনুংনি। মাযকৈ অহুম ফাংবা লমখাযনি-ময়ায়লম্বী, হিয়াংলম রাবগাই তু ইম্ফাল, অমসুং শুগ্নু রোদনি। লমখাযসিদগী ময়ায় লম্বীদা কিমি: মরি/মঙাদং নোংচুপলোমদা থৌথ্রবদি সেকমাইজিন থোং যৌরে ইম্ফাল বেষ্ট দিষ্ট্রিক্ত তাখরে। থৌবাল দিষ্ট্রিক্ত বন্দদগী নাম্থোকপা ঙম্লে। হায়বিবা লমখায বজারসি মী তিনখৎলকই। খুদক্কী বন্দনিনা খঙদদুনা কানবকপনি। হৌজিক থৌবালদগী বন্দ শৌগৎপা কাঙবুস থুংলবে; হিয়াংলম রাবগাইগী কাঙবুগা পুনখরে। বজার থুগাইবা হৌরক্লে। তাঞ্জাসিদা শুগ্নুদগী বস অমা হোবে হোবে থুংঙৈ। বন্দনি খঙদদুদা লাকপনি। কিমি: মরি/মঙাসি লাম্থোক্লগা সেকমাইজন য়ৌহৌগে খন্না থৌজীল্লকই; অদুবু অরাবনি বসতু বন্দ শৌগৎপা কাঙবু থেংনখ্রে। বন্দ শৌগৎপদা থরায় য়াওবা পাখঙ তবা/কুন লাক্লবা ঙমদে, বন্দগী থবক ফরিবা, শুরগেতনি। লাউ-খোংবা হৌই- হৌজিক কানগী নহানিদনা। লাউনৈ- মৈ থাও, মৈ থাও, উতুপ্পা থোম্মু, নুঙনা শেৎলু। থাও; থাও; থাউ, থাউ, হৈজিল্লু, যৈখায়যু, খেৎচল্লু, পুল্লাঙ লাঙঙি। খোইহী লোকপদা খোইনা য়োম্বগুম বসতু মীনা য়োম্মী। মনুংদগী নুপী অঙাং কপ্ল- লাউনা চেম্থোক্লরকই। রানা চেঞ্জরক্লবা মরায়বক থীরবা বসতু নুঙনা চৈনা দোঙ-দা দোঙ-দা ফুরকই। চৈনা ফঙলবা বসতু মীরক্তা মতু শোন্না খরা খরা চৎপা হৌরম্বদগী মকষ্টী খংফু ফুদোক্লুনা শুগ্নু লম্বীদা অমুক হন্না চেনখিবদুদি- পাখৎনা চেনবা

খুৎচেন্নি, ময়ুম য়ৌহৌরগে মতানি, ময়াংলেন শরুদু হুরু হুরু লৈখৎলকই মশাদু থক-থক নীকই; মতুংদু অমুবা মৈখু তনা মশা উদে। ওম্থোক্লা লীকখ্রবা মহাজন্নি কয়া কুইনা মৈখুসি মাগী বসতুদা তুংশিন্দুনা থল্লল্লিবা।

বস চেনখ্রে।তোংলকপা মীশিংদুদি কমদৌহৌরি। খরনা বস্তা য়াওখ্রে, খর অমনা দুকান মচী মচীদা তুম্পক তুম্পক তাশীন্দুনা লৈরি। ঈরাংসিদা নুপী-অঙাং মখৈদি মিপাইনরে। নুপী অমখক্তি মশাদা থোইদোকপা মিপাইবা উদে। করিগুম্বা অনীংবা অমগী চৎনীংবনা কনবনা মশাদু লৈতাহন্দবগুম তৌই। লেদিজ বেগ অমা লেংজুমদগী চেকশীন্না য়াম্থে; হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি, কোয়য়েং কোয়য়েং য়েংঙি। ইশং মচুগী সলৱার সুতনি, লৈ মচুগী চুনি অমা ঙকশমদা অমুক্তং য়েৎলগা তুং-মাঙ চোন্না য়াম্থে। নুপীদু নহানি মপোপ কায়না উদ্রি, মাঙগী সলৱার ফুরিৎ ফিদোন্দু করিগুম্বা কান্দা খুকউদা থেংবা নত্তনা অয়াম্বা মতমদা থেংবা ঙমদ্রি। চহীসি শুগে হায়না শুরবদা কুনতরেৎকা শুরল্লগদ্রা। য়ুম্বানবা নুপীদি মাল্লি, নুপা-নহাশিংদা ইকোই কোইনা উদে। নুপাশিংনা মিতানা অতম্না য়েংলক্লবসু থৌশাদে, মফি-মরোল লোইশিনবগী ৱা লৈতে। মীৎয়েং- নায়েংদু নুংশি মীঙোন্দা য়েংহন্নিংদে, শোংকে হায়বা পোৎ পীদবা ঙমদৌবা মান্দে। খুরা, মাম্মা, তাদা অমুক্তা কৌরক্লবদি নোংমা নিনিদি মাগী শক্তম্না পুক্লীং নৌগদবা মাল্লি।

বন্দ ওইজরবসু চাকা অনীগী গাড়ীদি লন্না লন্না চেনবা উই। তঙাইফদবা মান্না থৌনৈ, নুপী-অঙাং পুনৈ। ঐ বন্দগী কুম্মে য়েংলিঙৈদা ঙাইহাক্তু য়ুমগী ৱাখল কাউথোক্লুই। মহাক্না মমীৎ তরাও তরাও খাঙহৌবা মৈচাক্তু মীৎতা শংশঙ উরকই। হায়হৌবদু তারকপগুম তৌরকই- হায়রুনুদা ইমা মঙোন্দা হায়বদা পাক ওইথোক্লোই...।

ঐ চৎলগে হেক খল্লকপগা ঙসাইগী নুপীদু ঐগী নাক্তা তহা তহা চঙশল্লকই। ঐ য়েংদনা মা উই, গাড়ী শোদুশু য়েংদনা হাংবা হৌই। হৌজিকপুদি মীৎ মঙোন্দা থল্লে, খোঙনা গাড়ীগী কিক্তা। মহাক য়াম্না থৱায় ৱানা মমীৎ মপি ঈরা চেন, মখুৎনা হেন্দলদা পায় হায়রকই -

- ৱারৌবীবা য়াদে। ঐবু ককচীং থোঙখোঙ ফাওবদা থীনবীরম্মু। তঙাইফদবদগী হায়জবনি। উপায় অমতংদদি নচলমক্লী খনবীদুনা তৌবিরম্মু।

মদুগী লমন কয়ানো, করি পাম্বীবগে, তৌ হায়বদো তৌজরমলগে।

- এ! এ! শেলগী ব্রা নত্তে ইবেম্মা, ঐগীসু য়াম্না লুবা মৈচাক অমা লৈবননি শাউরনু। মতুং পাংবা য়াবা পাংজরগে।

ঐ গাড়ী স্তার্ত তৌই। মহাক্না মথন্তা শোঞ্জবা ঐ তায়- ঐ হৌজিকপু কনাদা হায়রুনি। বন্দনিনা গাড়ী অমত্ত চেন্দ্রে। মহাক চৎনীংবনা মশাদু লৈতাবা ঙমদে, ফ্রুঙ-ফ্রুঙ চোংদেদা মঙায়রে, মফি-মরোল ফাওবা চেকশীন্দ্রে। লৈশীল্লক্কুনা ঐঙোন্দা অমুক্কসু —

- নুপানি হায়জবগী ব্রানি, কৈদৌগে অমুক্তদি উপায় অমা তৌবীরম্মুদা।

অসি হায়রগা মনীংগী সিৎতুদা মমায় য়ৈশিন্দুনা হীক হীক কপথোকখ্রে। চোইনা তাবা শল্লাংনা গাড়ীগী নাকল অনিমক্তা পাক-শন্না তাখ্রি। ঐ গাড়ী স্তার্ত মুৎত্রি। গাড়ীগী খোঞ্জেলনা শল্লাংদু ঈথক-ঈপোম হৌরি। ঐ খনফম খঙদে। নুপীসি নুপানা তকশিল্লকপদা নোংমগী মনুংদা অহুল্লক পঙথৈ হায়নৈ, নুপীদরা ঙসিদি নুপাসু অমুক্তি পঙথরেদনা। থয়াইনরিঙৈদা মহাক লুকথরম্বা মমায়দু হাইগৎলগা লেপ্লী। অমুক খুউ মপাগী ফিদু চিংখৎলপ তৌরগা কোনথরপ মফি কোমথোকহনখিবা উই। ঐগী হোয়-মাই তাদনা গাড়ী মনীংদা কাখৎকদৌবগী শেম-শাবা হৌই। মচীন্দি লেপ্তে- উপায় তৌবিয়ু, অমুক্তা উপায় তৌবীয়ু। নুপীনা অসি য়ৌনা ইকায়-ইকি ব্রাংমা লান্না হায়জরক্লবদা করম্বা নুপানা য়াদবা ঙমগদগে? মপানথোংদা নিপানা নুপীবু চৈবিবগী ব্রানি, মখা তাররোই ঐ মাবু থিনবদা লেপ্লে। ঐ গাড়িদা ফমলে খোঙ ওইনা লৈপাক্তা ঙাক্লগা মানা তোংখৎলকপা ঙাইনা ঙাইনা —

- ইবেম্মা, শক্তনি হৌজিক উনরিবা, থম্মোয়দি খঙদে। নঙগী অব্রাবগী মরমসু খঙদ্রি। কনানা খঙগনি, খাইনরকপা ওইরমদুনা ঐবু হোরেল অব্রাবা তারগদ্র'সু।

- (হরাওনা) ইচম চম্নতা খনবীয়ু। উপায় তৌবিরিবা মীবু হঞ্জন্দুনা চাবা হৌনদে। অসি হায়রগা গাড়ীদা কাখৎলকই।

গাড়ী খুকাদু আজকালনি। মীগী পুক্লীং হরাওহনগে মতানি। খুতোংদু অহলশিংনা তাথীবা (য়েংনিংদবা)খুফম্নি। অপোবা অঙাংনা নঙ্গন্দা নীংঙাই

তৌগুম্মী। মসিনা ওইবা তাই- নহারোলশিংনা গাড়ী লৈয়ু নীংঙাই তৌরিবসি খনখি।

লম্বীদি গাড়ী থৌবা নুংঙাইরে, বন্দনিনা জীপ, কার, বস চেন্দ্রে। য়ুমগী ৱাখলনা ঐহাক মহাক পুরি কাউই। মহাক মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি। মথন্তা ৱারী শাবগুমসু তৌই। মথ্বায় নুংঙাইতদুনা তৌরিমাল্লে খন্দুনা ঐ থোইনা তারুবা তৌদে।

ককচীং থোংখোঙ য়ৌবদা গাড়ী অমা উই- ভাননি। মমায় ঐখোয়রোমদা ওল্লি। বন্দনা চৎপা য়াদদুনা ফাদুনা থম্বা মাল্লি। মনাক্তা মীসু অমত্তা লৈবা উদে।অসুম নকশল্লক্লগা উরকই, মমাঙদা চাউনা ময়েক লানা থেৎপা- 'অনাবা পুবা'। অনাবদি য়াওবা উদে। অনাবা পুবদি বন্দ কোমথোক্লে, অদুনদি অনাবা পুগদবগী ঙাইবা ভান্নি খল্লি। ভানগী ময়া য়ৌশিল্লকপগা নুপা অনীখক গাড়ীদগী চেম্থোক্লক্লগা ঐগী মাঙদা খংলেপ লেপ্পী। ব্রেক ফরম্বগী শোয়দবনি। ঐ স্বায় লাউই। করি হায়রক্তদৌরিবনো খল্লিঙৈদা, চৎথোউরগা হঞ্জিল্লকপা মপুদা হুইনা লাঙবগুম অনীদু তুংগী নুপীদুদা য়োমশিনখি। নুপীদুনা মতম্বাক্তগী বেগতু মখোয়দা থুনা লংশিনখি। মখোয় অনীনা বেগতু নাকল নাকল পায়রগা চেল মরোল মরোল চিংথোক্তুনা য়েংঙি - ঐসু উই, কা অমদা নোংমৈ, মদুসু মচা; কা অমদনা লীশীং চৎপী নোত, মদুনা চবুল চবুল; অতোপ্পা কা অমদনা পেকেৎ মচা মচা, মদুনা করিনো খঙদে। বেগতু পায়রগা মখোয় অনী খোঙলৈ থুনা ভানগী ফ্রন্ত সিৎতা কাখৎখি।

ঐগী ৱাখল পুমহোং হোংখি। মহাক গাড়ীদগী করিসু কোইদনা মশাগী অরুম্বা পুম্নমক ঐঙোন্দা ঙাশল্লগা কুমথবোই চোংথবোই তৌখি। খুকুমদুদি করিনো খন্দুনা নাকচেপ্তা য়েংলুবদদি মখুৎনা মোবাইল হেন্দ সেত অমা ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা পায়বা উই। ঙসাইগী মুরুম-মুরুমদু হৌজিক্তা ভাব তারকই। ফম্মিন্নরিবনি সিত অমত্তদা অদুবু মানা শান্নরম্মিবা লীলাদু ঐ উহৌদে, খঙহৌদে, তাসু তাহৌদে। ঐগা মাগগী অনীংবা অনীদু কয়াদা থাপ্নরম্লবা। গাড়ীদগী কুমথরগা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংশিনা হায়রকই -

- ৱারৌবিবা য়াদে। ইচমতা চম্লসি। নোংমা অদোমগী চাউরবা লমনসি

শিংজরগে। ঐবু কাউবিগনু-বাই বাই, মখুৎ হাইরম্মী।

মহাক ভান্দুগী মনীংথংবা সিৎতুদা কাখৎখি। থোঙ থিংজিনখি। মনুংদা মাগী সলব্বার, চুনি মথং মথং লৌথোকখি, অদুগা তপ্না তপ্না হীপথখি। খোঙলৈ থুনা গাড়ী মমায় লৈথোক্লগা নোংপোক মায়কৈ পাংনা থৌখি। ঐনা খনখি- মহাক অনাবা শাখ্রে, ও! অনাবদুদি কনখিদা। মখোয়সিবু অরোনবা মীরা নৎত্রগা নম্বর ফোর কাঙবুরা খন্না-খন্না ভান্দু অসুম-অসুম লাপথোকখিবনা মমৈদা উবা ফংখিদ্রে।

ভান উদ্রবদা ঐ মঙদা পাইরুরগা ফমুংদা তারকপগুম গ্যান খংতা তাই, কোক-লু নাক-য়েৎ থেকই- ঐনা তৌরুরিবসি করিনো ? হৌজিক্তা ঐগী নুপীগী অব্বা মৈচাক খাঙবগী খোঞ্জেল তারকই। নর্স কোয়থি থি। ময়ুম ময়ুমদা চঙদুনা হংঙি- হোস্পিতালদা খুন্নকই। হোস্পিতালদা হংলুই- খুল্লক্তা অনাবগী...। পুম্নকম বন্দগী খুদোংচাবা লৌনখ্রে, কনা অমত্ত ফঙদ্রে। তহা তহা ইনেগী য়ুমদা চঙলুই। ইনে লৈরমদ্রে। কদায়দা চৎখিসু খঙদ্রে। থস্মোয় মিহুল খোঙজেল য়াঙখৎলকই। তৌফম খঙজিল্লক্তে। য়ুমদা কমদৌরিগে য়েংগে খন্দুনা হোবে হোবে থৌরকই। ঙসাই শেংদোকহৌবা কাদুদা চঙখিবদা ঐগী নুপীনা চেপ্না হীপ্লগা ইনেনা অঙাং ঈরুজবিবদু মোমোন মোমোন নোক্লুনা য়েংলম্মী। মাগী মায়থোঙদা মপুরোইবগী মমীৎতা মচাদু উহন্নীংবগী মমি তাই। ইনেনা অঙাং ঈরু-ঈরুজনা -

- নিপামচা, নঙনা ঙসাই পুখিবদু মশক্লা ফজরিবা, নর্স হায়বদু ওইরমাল্লে, বেগও-করিও চৎখিবদুদা ইনেদি ইমৌ বেরা তৌরম্বা তারে খন্দুনা তহা তহা চেল্লকপনি। মাদি কদায়দা থনল্লে।

------:::::------

# থুগায়বীরো ঐগী মুর্ত্তি

অহিংসি ৱাখন্না তুমথবা য়াদে। নোংয়াই মতুং পুং অমা মখায় তাবে। উরোল শাবোল তুমথবা হৌরকপদা খোঞ্জেল অমা মঙওই হা-ওই তায় --

- বাবা, বাবা, থোঙ অমুক্তা হাংদোকপীয়ু।

লৌখিদ্রবা ইচাগী খোঞ্জেল্লি। মতম কুইনা তাকদ্রবা ইচাগী খোঞ্জেনসিনা ঐগী থম্মোয় কায়খি। লোংনা হৌগৎলি। মম্মি কাদু। খুৎনা শৌরগা ইশাসি মোম্পাক্তগী শীৎথৈ। খোঙ নাম্মা লৈবাক তাবা হৌরে। অকোয়বসি য়েংখিবদা মিত্তা অঙানবা মবিক মরিক অমম্বা মরকসিদা কুফেৎ কাফেৎ পুংনোম নোমই। কোক ঙাওতক ঙাওতক ঐনা হায়খিবগুম তৌই-

- চংলকউ, চংলকউ, ইপাগী ইবুংঙো চংলকউ। অথেংবা অহিংসিদা হৌজিকপু নহাক ...।

বাবা, ঐ চংলকপা য়াদ্রে। মপান্দা ৱারী অমতা শাজরমগে তৌবনি। ঐ য়াম্না ৱারে বাবা।

মচানা ৱারে হায়জরকপদা করম্বা মপানা নুংঙাইরমগনি। মিৎলু পিরাং ঈহৌরকই। ঐগী পুক্লিং তনিক তনিকহল্লি। অমম্বসিদা মাদুনা থোঙ হাংই।

- কনাসু লৈরমদে। অদুদি খোঞ্জেনসি কদোমদগী। দারি সিড়ি মথং মথং কুমথৈ। বৃন্দা মখোঙ য়ৌই। কোয়না য়েংই কনা উদে। হঞ্জিল্লক্তুনা উখোকতেন্দা ঙারগা ফমই।

ইচা লৈখিদবগী কায়খিবা থম্মোয় তাইশিন্দ্রিবা, ৱাখন্না ঙাওরিবা মতমনি। খোঞ্জেন্দু তাখিদবা কুইরবা ইচামক্কী খোঞ্জেন্নি। খোঞ্জেনসিনা নৌহৌননা ইচাগী শকফম উহল্লি। ফম্বা, লেপ্পা চঙদে। অহিংনি কনা কিরুনি, মচা নুংশিবগী মৈনা চাক্লবদা। উরকখি ইচাদু মমি শামি অথাপ্পা চীংয়াদা, অখাক-অরাও নোং নুংশিৎ মরক্তা মফি মরোল ইচোৎ চোৎ, মশম মনা ইফা ফা, নম্বো অমা পোরগা, মদোম তরক ৱানা, অরাম খৌরাং কোক্লবা লৈফম চাফম থীবগুম চৎপদু নোংথাং মরক্তা উখি, তশেংনা ঐ ঙাওখি।

ইপাগী ইবুংঙো কদোমদনো ইপা'সিদা লৈরে থম্মোয় শোক্লা লাওখি। খঙহৌদনা মিৎ অমুক্তং কুপ্লিঙৈদা মচাগী শকফম মাঙখি। ই! করিনো অহিংসিদা।

চংশিল্লক্লে ইচাগী মুর্ত্তি মনাক্তা, মুর্ত্তিদু য়েংই। খুদৈ মচি অমা থাঙ্গত্তুনা মমায় মমিৎ নাম্থোক্লপি। ভাবনা নোকমি নোকমি তৌবগুম খল্লকই। অহিংগী লিক্লানা মমায়দা তাবগী মখাঙাই নাকল অনীমক্তা লোকলম নাইনা চেন্থরকপদু পিরাং শিন্থনকপনি খন্দুনা ঐনা লাওখি —

নচাগী পিবাং য়েংদুনা লৈগাদবা জগত্তা মমা মপা কনা লৈ। করিগী ইচাগী মিৎলু পিরাং. ইচানা করিদা ৱাবীবা। ইপা লৈরি অহল ওইজরবসু ইচাগী মাবদাদ নোংশা ১০০ গী পাঙ্গল লৈরি থেংনগেনে। মুর্ত্তিগী অকোয়বদা চৎলি কল্লাক থক থক নিক তুবোই ঙাম্লোয়।

মচাগী মৈচাক উবদা মুর্ত্তিদু তুমিন্না লৈবা ঙমদ্রমাল্লে, মিৎলু পিরাং মরি মরি শিন্থনা থম্মোয় ফুক্লা তাযরকই —

- বাবা, ঐ মীরম্লেন্দা বাবাগী নিংবা থুংহনবা ঙম্লমদ্রে হায়বা নচা খঙজবনি, বাবানা নচাবু কয়াগী মতিক লুনা তৌবগে হায়বসু নচা খঙজবনি। ঐবু ফংনবা হোৎনবদা লাইফম তিনফম কয়া কয়াদা মিৎকী পিগা লোয়ননা ঈরাং থৌনীজখিবা বাবাগী লাইনিংনা কনবনা ঐসে ঈশ্বরনা বাবাগী অহানবা অমত্তা পোকচবা নচানুপা ওইনা ফঙহনখিবনি। ঐবু ফঙবদা বাবানা কয়াগী মতিক হরাওখি। ঐনা মালেমদা হঙা খোঞ্জেনগা ইরোইননা খোঙদাজরকখিবা নুমিৎ অদুদা পেল্লদুনা বাবানা লাওখিবনি - 'ঐ জগৎসিদা পোকপগী মহৈ য়াল্লে;

ঐ কনাবু কিদ্রে, জগৎকী দেবতা পুম্নমক্না ঐবু নুংশিবিরে। হে দেবী, দেবতা পুম্নমক ঐনা আর্শিব্বাদ পীজরি। ঐনা নিংজবা থুংহনবীরবনিনা, চরৈ ফিজোল হোংজগে, অথুম অহাও কৎচগে, পীবিবগী পীবিবা ইচাগী পুন্সি নুংশাংনবা নুংঙাই য়াইফ বড় পীনবিরম্মু হায়দুনা ঈশ্বরগী মফমদা হৈরাং লৈরাং কয়া কয়ানি বাবানা কৎপিখিবা। পুম্নমক্তুগী লমন নচানা বাবাদা শিংজরম্বা ঙমখিদ্রে। পুম্নমক তায়োন্নখ্রে। ঐগী নোংদম থীবা মপোক্না বাবাগী সেবা ফংঙু তম্লমদ্রে।

- ইবুংঙো, করম্বা মমা মপানা মচাদা পোকপগী লমন শিংঙু থৌখিবা লৈখ্রবগেনে? মপাদি মচাগী য়াইফবদা হরাওজবা খক্তনি।
- ও! বাবা মতমদু নিংশিংলি। ঐগী ষষ্ঠী পুজা নুমিত্তা বাবানা হরাওবনা মথোই কা, অহল লমন লাই গুরু পুম্নমক্কী মফমদা অঙম্বা দান তৌদুনা ঐগী পুন্সি নুংশাংনবা বড় পীবীয়ু হায়দুনা চরৈ ফিগাও শা, খুকউ লৈদা তা, কয়া কয়ানি থৌনিজখিবা। ঐগ্যানা পুজাগী থৌরমদু কয়া থৱাই চংনা বেদ প্রাথনা তৌখি। দেবীগী মফমদা পুজা কৎখি। রক্তা চন্দন, মনম নুংশিবা আগরু দেবীগী চরন্দগী লৌবা নির্মালা সিন্দুর পিক্লিবা নচাগী লাইবক্তা তবোপ তবোপ্পা য়েৎকী খুৎনিংথৌনা ইহান হান্না নচাগী লাইবক্তা নম্বীখিবা। নুমিত্তুদা ইমানা অশংবা কাংখল হাইদোক, মায়থোঙ তঙ্খাই লৈথোক্, হরাও মোমোন নোকচ, বাবাদা অমুক য়েং, ঐঙোন্দা অমুক য়েংজ, নিপা পোক্লে হায়দুনা ইমানা মথম্মোয় চাওথোকচখিবদু নচানা করম কাওসিগে।

অঙকপনি জগৎ সংসার, পুম্নমক ঐখোয়না শেম্মুবা য়াবা নত্তে। ঈশ্বর মাগী থৌশিন্নি। ইবুংঙো মাগী থৌজান্দা মী ওইপোক্কী লাইবক লৈবনি। ময়ানি পুম্নমক ময়া। ঐনা মীরমলেন্দা লৈরিঙৈ, ইবুংঙো মানা শানহল্লম্বা লিলা মতেক খরদং বাবাগী মফমদা নৌহৌননা লিজগে বাবা; তাখোকো ঐগী মুর্ত্তিসিগী মনাক্তা ফমদুনা, অহল ওইরবনিনা ৱারগদ্রা বাবা।

নুংশিবা ইচানা লিবা ৱারী ঐনা করিগী তাদনি। করিগী ৱাগনি। বসন্ত খুদিংগী অরিবা উপাল পুম্নমক অনৌবা য়েন্নিং হুল্লি। য়েন্নিংনা মপুং ফারগা অমুক অনৌবা ঋতুগী বসন্ত ঙাই, য়েন্নিংগীদমক উপান্না হরাওজে। মীওইবগী পুন্সিগী বসন্তসু অমুক্তনি। নঙনা বসন্তগী মতমদা থুপখিবনি। নঙগী বসন্তদা ইপাগী

অনৌবা আশা, অনৌবা য়েন্নিং লাক্কনি খঞ্জরম্বনি। নিংজরুবা আশা পুন্নমক কায়খ্রবসু, ঙসিদি ইচাগী খোঞ্জেল মতম কুইনা তারুদ্রবা তুংসিদা মংওই হা-ওই তাবা ফংবসিদা ইপাগী অনৌবা আশা কয়া লাক্লে। লিথরো তাইবং লিলা মতেক্তু ইপা তানিংবনা থুমহৎলে; ব্রাগনি হায়বগী আশা লৈত্রে।

- নোংমনা বাবা, ঐদি কাওদরি, য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈগী ব্রানীদা। ববানা মেরাগী দুর্গা পুজা লাৎহল্লি। অব্রাংথংগী অচৌখোয়গা ঐগা তুমমিন্নে। দুর্গাগী মমাঙদা উনা-শিংনা কোইনা থেৎলি। অহাংবা মচি অমদা কাংখল অফোৎপা অমা খল্লগা উরোল শারোল তুমথবা হৌরকপদা দুর্গানা ঐবু মতম্বাক্তা কোনখৎপি। মতমদুদা বাবানা ইচা কাঙনা চিক্লনি হায়দুনা ঐবু হৌদোক্তুনা ইমুংদা পুশনবী। ঐনা নিংঙাই তৌখি দুর্গা থাদোকপা ঙম্মোই হায়দুনা হিক হিক কপখি, বাবানা কয়ারক চৈখি। হৌজিক্তা নিংঙমলক্রে বাবা। বাবানা মিত্তগী পি তৈথোকপিদুনা হয়েং নোংঙাল্লগা লাই খুরম্বা পুবীনি থেমখি, অদুবু কপ্লদি তোক্লমদে কপ্লা কপ্লা অদুম তুমথখি।

নোংঙাল্লে। ঙরাংগী শাওবা মখা চৎথখি। নিংঙাই তৌখি। অয়ুক্কী পুং তরামুক তাবদা বাবানা ঐবু বর লাইখুরুম্বা পুবীখি। কাওদ্রি নুমিত্তু-মমানা ইরুজবীরগা ফৈজোম অঙাংবা অমা শেৎপী, পুময়াৎ অমা লিৎশনবী, ইশম ইনা ফজনা হাত্তোক চন্দন-চব্রা থিনবীখি। বাবানা একাগাড়ী থৌখি, ঐনা মনিংদা মরোল মরি খঙদবা ঈশৈ কয়া শক্তুনা চৎখি। বড় নিয়ু হায়দুনা বাবানা লুপা মঙা চৎপী অমা লাইমাংদা কৎহল্লি। ঐনা হঙ্গৎনা য়েংলুবদা ঙরাংগী দুর্গাদু ওইরমদ্রে। কৈ তোংবী, মখুৎ য়াম্না পানবী, থাং তা কয়া পায়রগা ঐঙোন্দা শংতোক্তুনা য়েংলম্মী। ঐনা কিবনা বাবাদা কোল্লগা কপলমই। ইশা পুন্নমক হুমাং অনপ্পী কারম্মী। লাইমাংদুদা অদুম লেকথরক্লে। বাবানা ঐবু পমখৎখিগুমদি তৌখি। ঐনা গ্যান তারকপদা য়ুমদা লৈরম্মে। ঐ নোংমা নিনী নাখি। ইমা বাবা অনীনা অমত্তা পোকচবা ইচানি করম তৌগনি হায়দুনা অমাইবা অমাইবী কয়া কৌদুনা লাইকন্নখি। ঐগীদমক বাবানা পেহৌ পেহৌ মিৎলু ইরা চেনখিবদু ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদ্রি।

মরক থৎনা ঐনা হায়খি —

- মদু অঙাং ওইরিঙৈগী ব্রানী তোক্লসি। বাবাদি ইচা উদ্রগা লৈবা ঙমদবনি

নঙনা খঙলিবদু মঙাই । নঙবু করিগী চৎলিবনো ? চৎলে ফরে; লাকপা য়াদ্রো তোয়না তোয়না বাবাগী নাক্তা, নয়ুমনি কাউব্রো ? হৌজিক্তি নয়ুমসি য়েংঙৈদ্রে, পুমহাং হাঙলে, মপু পান্দ্রে। করি ননিং থুংদদুনা নঙনা লাক্তবনো? করিগী তহা তহা মনুং মতম চাদনা চৎলিবনো?

- বাবা ঐবু কপহনবীরনু। মপুগী থৌদা ইনবনি। ঐসু ৱাবনি লাইরমলেনসিদা। ঐনা চিতাথক্তা য়াতাঙেং; অহল ওইরবা বাবা মামা অমদি ইচেমশিংগা লোইননা মিৎলু পিরাং শিন্থনা ঐগীদমক মালেম লৈতঙ্গাই খোত্তুনা থম্মোয় ফৃক্লা তেংথা নাওইবদু উরগা নচাগী আত্মানা খাঙবা কয়াম ৱাখি। পলেম পম্থৌ অনীনা হরি মন্দির ময়ায়দা ইকাই ইকি ৱাংমা লান, কংলবা পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গৎ, মালেম পৃথী খোঙনা থীন ঐবু কৌ কৌদুনা তুবদু য়েংঙমখিদে নচানা! অসিতসু নত্তেদো ঐগী ইচেমশিংদুনা মপামদা লাকপা মতমদা মৌপ্বা ঐবু থিজবা, থিবা মফঙদ্রবদা ঐগী মুর্ত্তিদা কোঞ্জবা, মাঙদা ঙামোক থম্বীবা, ঐনা মচাদ্রবদা ঐগী নৃঙগী খজাই অনীদা হন্না হন্না চুপ্পীবা, ৱাহং কয়া হংবীবা ইচেমশিংদু য়েংঙমদে। মৌপ্বাগী পাওখুম ফংদ্রবদা হন্না হন্না মীৎকী পিনা লাইজ ওই, ধুপ দ্বিপ থানবা ঐগী মুর্ত্তিগী মমাংদা মালেম নিংঙমদনা তৈবদু করম য়েংদুনা খাঙসিগে।

নিংঙমদেদা বাবা ঐ। বাবানা পোলাংপু; ইমানা খুলং য়োন, ঐবু লাইরিক তমহনখিবনি, মীরৈবাক্তা থাদুনা। মহাজন কয়াগী মমাংদা নচাগী পৈশা থানবা লেপখিবনি ইকাই ইকি ৱাংমা কয়ারক লান্না। বাবাগী থৱাই ৱাজবা উজদুনা নচানা পরিক্ষাদা ফংজবা মার্ক পাওখুম চেগা কোন্ননা ওজানা থাগৎপীবা ৱাহৈ কয়া কয়াগা লোয়ননা থাজখিবদুনি বাবাগী পুক্রিং পেন্নবা। পুন্নমক্কী লমন শিংগে হোৎনজবনি অদুবু বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বনা তায়োন্ননা শিনবদা কনানা ককপা ঙমগনি। ঐগী নোংদম্বা অরোইবা মিৎকুপ্না হাপ্তা অমত্তা ঙাইরবা কান্দা, নোংমগী নুমিদাংৱাইরমদা হোষ্টেলগী লোঞ্জ মথক্তা য়ুমগী লৈত-লাইর খন্না খন্না ঙাইহাক উইরোল শারোল তৌরুই। পলেমশকপী ইমানা শয়ং ওইনা শুমাং মতোন্দগী লাওরকখি —

- পারি ইবুংঙো নুংশিবা , ইমা ৱারে থোক্লকউ, ইমাগী কোক্তগী পোৎলুমসে

থারোরাও' ব্রাহৈশিংসিনা ঐবু মিকপ থোকহনখি। লৈনা য়েংই, কনা উদে, করিনো খল্লি মীরমসিদা । খল্লু খল্লুরগা ইশাসি তু চুংখি, শ্বায় শ্বায়, লাওখি, খোঙদগী তোন ফাওবা আশাবা কাখি, মিৎশি তন্দন পায়খি। তুরোই ঙামলোই থীন্দনা কাদা চংলকখি। মীৎকী পিগা লোয়ননা বাবাদা চিঠি ইখিবদুনি। ইমা নাবরা কৈদৌই হংজখিবদুনি। লমদম তান্বনা বাবাগী পাওখুম ফংখিদে। অসুম্না ঐগী চৎকদবা মতম নকশিল্লক নোংঙাল্লমদাই পুংজানা ৪রক য়েরকপদা ঐ ফমুংদগী হৌগৎলগা ইচেমাশিংদ থানবা চিঠি ইরমই অদুবু মপু ইবুংঙো লাকপনা হান্দুনা চিঠিশিংদু টেবন্দা লোইশিল্লমদনা লৈহৌরে। ফনা হায়জে অদুবু মিৎকুপ অমা ফাওবা থেংথবীয়ু য়াদবনা মপু মানা ঐবু পুখি স্বগগী লৈবাকসিদা।

লীররোই বাবা, মখা ব্রারী হায়ঙমদ্রে। থাদোকপীরো নচাবু মপা নুংশিবগী প্রেম্না নচাবু পুনশিনবীরনু। বাবা, মামা, চে-চে পুম্নমক ঐবু কাউবীরো পুন্সি নুংশাংনবা- ঙসিমক ঐগী মুর্ত্তিসি থুগাইবীরো, হৌজিকমক থুগাইবীরো ঐগী মুর্ত্তিসি।

তশেংনা ইচাগী মুর্ত্তিসি নাক-য়েৎ হাইরকপগুম তৌই। মচিন্না থুগাইবীরো ঐবু হন্না হন্না লাওরকপগুমসু তায়।

ঐনা লৈশিন্দুনা মরেংজুমদা পায়খি, কপ্পা কপ্পা লাওখি -

- করম্বা মপা মমানা মচাবু নিংশিংলরোই ঙস্বা? মচা পোকপা তান্নরিবসি নুংশিবা অদুগীদমক্কি। মচাগী মুর্ত্তিবু মপানা করম থুগাইগনি। ঐ থুগাইবা ঙমলোই হায়না ঐনা লাওরম্মী। ঐগী লাওজ-খোংজ পুম্নমক অরেম্বদা তাখ্রে-গোবিন্দগী মঙ্গলআর্তি শরিক খোঞ্জেল মরক্তা, ইচাগী শকফম, নুংশিবা সুর, অসুম অসুম পুখিবগুম খোঞ্জেন্দু নেমথরকখি।

------::::------

# চিংনরুবা

লুহোংঙুবা চহি ওন্দ্রিঙৈদা রাজেন লৈখিদ্রে। ওন্থোকপা বিধাতাগী নোংদম্লী। অৱাববু উরগা খাক্লা খাক্লা নোকচবা, অপোম্বা লৈরাংবু মকা ফন্না শাৎহন্নিংদবা তাইবং শেম্বা মপুসু য়াওবা জাৎনি, খঙদ-উদবগী ৱানি। লাইনি হায়বগী তৌবনি ৱাহং পাওহং কয়া চথনিংবা, থেক থেক্লা ঙাঙননিংবা তাইবং মীওই কয়াসু লৈতবা নত্তে।

নুংঙাইরিব্রা য়েংবীয়ু। রাজেনগী কানি। মমা মপানা নিঙোল মরক্তা মদোম য়াওজবা পিবানি হায়দুনা য়ুমসি শাগৎলকপদগী মচাগীদমক অতম্ন না খাক্লক্লবা কানি। লুহোংলমদাই মোরামোট তৌখিবনি। মচু কোক্তি। রাজেন্না পামজবা আর্টিস কয়ানা য়েকপা ফোটো কয়া মফম চানা চানা থেৎলি। পুন্নমকসিগী মথক্তা মানা হেন্না পামজনা থেৎচরম্বা অমনা পুন্সিগী লৈপুল ওইরিবী থৱাইগী মবেম্মা প্রামোনা কুন্দো পরেং পায়দুনা মঙোন্দা হুক্কদৌবগী নোঙ্গুরকপা ফোটোদুনি। প্রমোগী অওং অউন তন্নকপা অরং অরাক্কী লৈতেং কয়া কয়া কাসিদা মফম চানা চানা লৈরি। ফোটোদা নত্তনা মশা ফাওবা লুহোংদুনা লৌরিবা প্রমোবু রাজেন্না কয়াম পামজনা তৌরম্বগে হায়ববু শংবান্নরবা ফক্লাং অদুদা অমুকসু প্রমো হায়বা মিংসি ঈথক ঈপোম হৌনা অপাম্বা মওংদা ইদুনা লৈরি। ফোটো অসি অহিংবগা চপ মান্নে। ৱাখল চঙনা য়েংঙুরবদি ৱারী শান্নবা য়াই। মশা লৈখিদ্রবা তুংদা অঙৌবা লৈ পরেং অমনা ফ্রেমদুদা য়াম্থরি। ফ্রেমগী ময়াইদা ধুপ দিপ কৎনবা উফম অমা

য়াওরি। নুমিৎ খুদিং প্রমোনা ধুপ কৎচৈ, পুক্লিংনা ৱারী শানৈ, মিৎলু পিরাং শীস্থনা ধুপ্তুগী কারকপা মৈখুনা রাজেনগী মায়থোং লান্না চৎখিবদু য়েংজৈ। মথংগী মিকুপ্তা শ্বর মপী হোনজৈ, ৱাখল ফাদৈ। মখুৎনা পিবুক্লুংগী মচাদু মপানি হায়না শকতাকপগী মওংদা নাম্থৈ।

প্রমো মশক মতৌ ফজৈ। মতম অমদা থাংজম লৈরক ফাওরল্লিবা অসিদি মাগী মশক্লা ওইরম্মে। কায়াৎ অমা উবদা অমদা হোংনিংদে, ৱাখল মরোল লোল্লি; ভাবনা কায়াৎশিংদা চেন চোংদুনা শান্ননিংই। লফু থরোবু লৈয়োম খোক্ল-খোক্লগা ফজবা হেনবগুম প্রমোসি ওন ওন্দুনা য়েংলগা হেন্না হেন্না ফজবকই, হেন্না পেল্লকই। ঙসিদি রাজেন্না থাদোকপীরল্লবা প্রমো লুখ্রা ওইহৌরে লৈকংদা হৌবা থম্বালগুল্লে।

ময়ুম পাঞ্জববসু চহি তরাতরেৎ/তরানিপান চংলকপদা ঙাইরিবা, পুংজা খুদিং ফজবা হেনগৎলক্লিবা প্রমো ৱাখলদি মিৎকুপ খুদিং মমশিল্লকই। অয়ুক নুংথিল ইমুংগী থবক্তা মায় ওনশিল্লরগা, ঙাইহাক শংবদা মাগী কাদা চংশিল্লক্লগা রাজেনগী ফোটো য়েংজবগা-ঐসে কমদৌবা, নঙনা থম্মীবম্মীবনা করিগী, ওইবিবা ফিবমসি য়েংবদা পেল্লব্রা, ননিং থুংলব্রা ? পাওখুম ফংদবা রাহং ১০০/১০০ হংজৈ। অহিংনা চিক্ল চিক্লগা কায়নবগী মৈচাক মৈরী অসুম অসুম ৱাংখৎলকই। মৈরীসিনা ৱাংখৎলক্লিবা অদুক্কী মতিক নুংশিবগী মুর্ত্তিদু ময়েক লাখৎলকই। তাইবংদা থন্থবা ঙমদ্রবা ৱাখল, মংলান্দা মখা তাই। মঙলানগী তাইবংদা অশিবগা ৱারী শান্নবা অঙকপা নত্তে। প্রমো তত্তনা রাজেনগা ৱারী শানৈ।

নোংমা নোংয়াই মতুংদনি। মচাদা আশা পুম্নমক থমজরম্বা রাজেনগী মপা মধু মচা কায়নবগী মৈচাক্লা তুম্বা য়ারমদ্রি। তুমথবা হৌরকপগা মমৌ নুপী প্রমো নোকপা খেবা ৱাবী ৱাতাই শান্নবগী খোঞ্জেল অমা মমি শামি মাগী কাদা তায়। খোঞ্জেল অসিনা মধু পুক্লিং লাংতক্লহল্লি। না থঙ্গত্তুনা তায়। অমুকসু খোঞ্জেল লেপখি। মমং মহা ওইরমাল্লে খল্লিঁডৈদা অমুকসু তায়- খোঞ্জেল অদুমক। থীন্দনা মধু মমি শামি ঙাল্লিবা জিরো বলবকী মঙাল মরক্তা মথং মথং থারিবা ফমুংশিং ফাওদুনা মমৌগী কা তল্লকখি। কাদুদা খোঙ হেক থাংজনবসু হঙ্গোইরম্মী। কাগী পর্দা হাইগৎলগা মনাক্কী সুইচ নম্মি।

কাদু পুমঙাল ঙাল্লি। মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক ওন-থোইনা খাঙলম্বগী ওইবা তাই, প্রমোদু, ঈয়াইদা তাউবা লৈনা চোইরবা থম্বালগুম, চাউরবা ফমুংদুদা ইশাং শাংনা ইশি শিনা তুমদুনা লৈবা উই। মধু ঙকই। খোঞ্জেন্দুদি কদোমদগী? মথংগী মিকুপ্তা অমুকসু তারকই খোঞ্জেলদুমক,প্রমো মমংদা রাজেনগা ব্বারী শানবনি হায়বা মধু ভাব তারকই। মচা রাজেনগী মখোন্দি তাদে, মমৌনা ঙাঙবা খুম্বদা মতায়-

- (......................)
- ব্বাদেদা, য়ুম্বানবা হায়বসিদি খর ব্বাবা তাবনি। ঐবুতদি পুঙ্গি চুপ্পা থাদোকপীগনু
- (......................)
- হোয়, পুঙ্গি তেনবা শাংবা হায়বদুদি ঐখোয়না তম্বা ঙম্বা নত্তে। করিগুম্বা ইরাইবক থীদুনা নঙনা হানবা তারবদি ঐদি লৈহৌবা ঙম্মোয় নতুং ইল্লক্কদৌবনি।
- (......................)
- অস! ইকাইদ্রো । পোক্ত্রিবা অঙাংবু হান্না মিং থোনবা হৌনদে। নংনা পাম্বা অমা হেক থোল্লো (নোকপা)
- (......................)
- হুম! কান্নদে তুম্মসি। নুমিৎসি আ য়ৌরল্লগনি।

শাংখ্রবা ব্বারীনি শান্নরিবা। অসুক য়াম্না মপুরোইবা নিংজবী মমৌ অসিবু থাদোক্কুনা চংখ্রবনিকো মচাদু খল্লুবদা মধু খোঞ্জেল থোক্কনা কপ্লকই। মমৌদু হৌদোকপসু ঙমদরে, মফমদু থাদোক্কুনসু চত্রে। ঙাইহাক লৈরগা মমৌদু য়াওল্লকই, ব্বারীসু লেপখ্রে। মধু মাগী কাদা চংলকই, তুমথবা য়াদে। লোংনা হিপ্পী, মমিৎ উইশিল্লি- উরকই মচাগী শক্তম মথং মথং পুল্সিদা মচাগা হকথেংনখিবা ময়াম মরি মরি।

মমৌগী কাদগী মচাগী ব্বাখন্না মধু কপ্পা কপ্পা অব্বাবগী শ্বর মতেক মতেক্কা লোয়ননা থোক্লকখিবা খোঙথাং উরোল শারোল তুম্মুবা মনেমবোক্কা উহৌবসি ঙসিগা অমুক অনীরক শুরে। মনেমবোক্কু মীয়াই লৈশিল্লবসু

খম্বল মৈচাক্লা মখা তানা তুমথবা য়াখিদে। ব্রাখল মখল-মথেল খল্লি। খল্ল খল্লগা মপুরোইববু চিংনবা অসুম অসুম হেনগৎলকই। মনেমবোক্কী থম্মোয়দা মপুরোইববু চিংনবগী মংখৎলকইবা নোংসি অমুক্তং চুথোক্লিবা ফাওবা মধুগী থম্মোয় ময়েক শেংলরোই।

নোং ঙানবগা প্রামো হান্ন-হান্নগী মতৌগুম মপুরোইবগী ফোটোদা ধুপ থাদুনা মিত্তগী পীগা লোইননা লৈশি লৈথোঞ্জদুনা পিবুক্কুংদা লৈরিবা মচাগী মঙ্গল আশির্বাদ নীজৈ। মতুংদা মকু নাক্তা চঙদুনা য়াম্না নোল্লুক্লা ফিজি ফিনা শউম ফংখিনি মতাগুম মকোক মরু খুম্না চা পী। মথংদা ইকোই কোইদনা মনেমদা —

- ইমাগী চা 'সিদা লৈরে।

ওম্থোকপনি মনেমদু, নোংমা নিনীগী মমাংদা মচাদা মচাদৌনা খঞ্জরম্বা মমৌ নুপীদু ঙসিদি করি ওইনা উরুরবনো খঙদে মীৎয়েংদু মরোল লোনবগুম তৌই- উম, মমিৎ লাওথোক্লকই, শুকথখিবা পিশুম্না থম্মোয়গী কিশি থোকপা হৌরকই। চুম্মীদা, লৈকাইনা ঙাঙনবা "মধুনা মমৌবু থাগৎচবা অসি আ য়ৌবনি" ব্রাহৈসিনা মনেমগী চিংনবগী মৈরিদা খোইজু লংশনবগুম থোক্লরে। প্রমোনা চা থমফাত্রিঙৈদা —

- নপাগীদি।
- পীকরে ইমা।
- নপা লুনা তৌকো।
- হোয়, ইমা ঐ লৈরিমখৈদি তৌজগে।
- করিসু হঙ্গোইরুনু। নঙবু লুনা তৌরিবা নপাবু। হৌজিক্তি নঙনা নকোক নরু খুমদুনা নকুবু কোইবদু পকচদ্রে। অনৌবমকসু নত্ত্রে। কোইবগী মতমসু হেল্লে। নত্রনে ?
- হোয়, ইপা শক্লবা বাবাবু করিগী হঙ্গোইরুনি। মখোঙ পায়দুনা সেবা ফঙজগদৌরিবনি।
- হোয়, হোয়। হৌজিক্তি নপাগী সেবা তৌবীনবা লৈরবনিনা ঐ মতম খর ইপামদা লৈরুখিগে?

- ইমা, ইমা লৈত্রবদি ঐনা য়ুম পুবা ঙমগদবা মান্দে। ঐদি য়ুম্বানলোন করিশু খঙদ্রিবা ঙরাংতগী অঙাংনি। য়ারবদি চৎপিখিনু ইমা।
- ঐবু নঙনা ফাদুদা থম্বা ঙম্বা। নঙনা হায়রগা ঐ হেক্তা লৈগদ্র ?
- ইমাবু ঐনা নুংশিজরুবগী ৱানি। চৎপা চত্তবগী ৱাফমদুদি ইমা বাবাগা তানবীরো।

মনেমদু শ্বায় লাওই। কয়াদা উশিত্ত্রিবনো খল্লি। খর কন্তক্লা-

- বাবাগী ৱাদি নঙনা য়ারগা লোইরে, লৈকায় শিং নান্না খঙলিবসিদি।

প্রমো মখা তাখিদ্রে। মাগী কাদা চঙখ্রে। মনেমগী ঙসিগী 'নঙনা য়ারগা লোয়রে' হায়বা ৱাহৈ অহুমসিনা লৈতাফম খঙহন্দ্রে।

মচা অমা কায়নবা মশু অমা য়েঙলগা ঙাইহাক্তা ওইরবসু অৱা অনা কোকপা ঙম্মী। মপুরোইবা কায়নবদি কনাদা য়েংলগা অৱা পোখাগনি। প্রমো নহা ওইনা মপুরোইবা কায়নরে। ঈবুঙ্গুংদা মচা অমা থনল্লে। য়ুমসিদা মাগী হক্লা করি। ফরে মপাম চৎলো। নুপীনা মপামদা অঙাং উনবা সমাজনা করি হায়ননি, মবুং মৌপ্পানা করম্বা মীৎয়েং য়েংবীগনি। য়ুমসিদা খাংঙো করি মীনোক, লৈকায় লাইরি হৌজিকমক মনেম্মা খল্লক্লিবা ৱাখলসিনা করি। ঐগী করি খোঙথাংদা ইমানা চিঙনরিবনো৷ ঐ ঙকই। অমরোমদা লাঞ্জদ্রবা মকুগী মফমদনা করি দোষ। ৱাখলশিং অসিনা প্রমো থম্মোয়দা ওম্না চাকপা মৈরি ওইরে।

মকু মধু ইচম চমই। ইনখৎলকপগী ঈথক ঈপোম্না থম্মোয় লাংতক্লগদবা মধু ওইদ্রে। মচা কায়ন ৱাখন্না শারেং থোংবদা খুৎ খল্লবা মতমনি। নুপানা হঞ্জিল্লকপদা মচা মশু কৌনরক্লবা চহি মতাংনি। নোংমা হৈজিংপোৎ অমা চৎলুবগী হঞ্জিলকপদা মধুনা-

- প্রমো, প্রমো।
- (ইমুংদগী) পাবুং।
- সে, সে, লৌশিল্লরাও। মখোয়গী নুপা ময়ুমদু লিংমাল্লে য়াম্না পুরকখ্রে। নমাগা চামিন্নৌ সে।

ঙসিদি ইমুংদগী থোক্লক্লিবা প্রমোগী খোঙথাংদু মকা লামদে। প্রমো কৌবগী মহুত্তা মনেম কৌহন্নিংবনি অদুবু ৱাফমদু মকুগী মফমদা করম্না

হায়গনি। মনেম্মা মরৈ কোস্তক হায়খিবা- "ইবেম্মা নঙনা য়ারগা লোইরে" হায়বা ব্রাহৈশিংসি প্রমোনা থম্মোয়দা ফনা কন্না ফুমদুনা থনম্বনি, অদুবু য়াদে হেক্তা হৌগৎলকই। ব্রাহৈশিং অসিগী অর্থ অসুম অসুম পাকথোক্লকই। মকুগী মফি মরোল থুপচনবা ফাওবা চিংনরকই, নুংনাংবা ফাওরকই, মাঙ-তুং য়েংলকই। থুপতি থুপচিল্লে। মনেম্মা য়েংশিল্লে হায়বা মহাক ভাব তাই, অঙাং নত্ত্রে। উচন্দা অহোবা য়েংশনবদি চেৎলি, তুংকোই, অহোবা য়াওদে, য়ুম্বানবদা য়েংশিনবদি থুখ্রে অকাইবা লাকপা।

প্রমো মকুবোক্লা পুরকপা ময়োমদু হাংদোক্লুনা য়েংদে। মনেমগী নাক্তা পুশল্লকই। হরাও হরাও অশাওবা নুংঙাইতবা অমত্তা উহন্দনা অঙাং মচাদৌনা —

- ইমা, ইমা, বাবানা হৈজিংপোৎ চৎলুবগী অচাপোৎনি সে চামিন্নরসি।
- (শাওনা) চারোই, চারোই নঙগীদমক পুরকপা পোৎ ওইরিনি।
- (মবুক ফারগা) অদুদি ঐসু চাররোই ইমা।
- হংদ্রবসু চারো কৈনো। ঐখোয়দি চাবসি ঐগী মীগী য়াম্মা খায়বা জাৎনি। নখোয়দৌনা খৌখাক নাইদবা, অহল লমল খায়দবা, অরোল অথুপ পংচা চাবা জাৎ নত্তে ইবেম্মা।

হন্দক্তি য়ৌরেদনা প্রমো। হরাও হরাও মথং মথং লৌথোকচরম্বা পোত্তু খংলেপ লেপই। মমিত্তগী মপি মরি মরি অচাপোৎ মথক্তা তারকই। খোঞ্জেল নিক্লা থম্মোয় ফুক্লা প্রমোনা —

- ইমা, নচাবু নমৌ ওইনা উবিবা ঙমদবসিমুক লাইবক থীবা নচাগী লৈত্রে। য়ুমশিদা নমৌগী কনাশু লৈত্রে। তামো রাজেন চৎখ্রে। ইমা ববানা অমুক্তা ইম্হোকপিরবদি নমৌদি করি ওইরুরগনি। নমৌগী লমচত্তা করম্বা অকায়বা লৈখ্রবগে নচা ভাব তাবা ঙমদ্রে ইমা। নচাদি ইমা বাবা লৈরি চাউথোকচদুনা ইপং পং ইচম চম্না লৈজবনি। নচাবু ব্রারক ব্রাতেম্বীয়ু। অরানবা য়াওরবসু চুমথোকপীয়ু। ঐগী ইমীৎ ইমায় পাঙবফাওবদদি নরুম থুপচখিগে ইমা।
- তুমদবা মী হৌদোকপা লুই হায়বদু চুমখ্রেদা। নঙনা অমম্বনি কনা খঙলোই খন্দুনা চথরিবা থবক্তো ইমাদি হোদ্রোং হোনা উই। কান্নদে ব্রা য়াম্মা

ঙাঙহনগনু।

- ইমানা চিংনরিবদু ঐ য়াবা ঙমদে। ঐ কনাগী মফমদা ইশাগী মমল য়োম্বোক্লুবসু লৈতে। ইনেম ইকুনা হায়বা ব্রাফম ইন্দুনতা লাকই। মখোয়দা অকায়বা তৌখিবসু লৈতে।
- হো ইল্লো নকুনা হায়বা ইল্লো । ঐঙোন্দদি ঙসিদগী লোইরবনি ইমাসু কৌবিরনু, ইনেমসু হায়বীরনু।
- ঐনা বাবাদা হেন্না লুনা তৌরুবসু লৈতে। ইমা বাবা ঐঙোন্দদি চপ মান্নবা ঈশ্বরনি খঞ্জে। অদুগা ইমানা ঙসি মহু পুরবা ব্রা ঙাক্তা হায়বীরিবসি নমৌ খাংবা ঙমদে।

মনেম শাওরংননা ইমুংদা চংখ্রে। প্রমো মৈচাক হেনগৎলকই। মনেম্না চিংনরিবা অসিগী মরমসু খঙবা ঙমদে। মকুদা ব্রাফমসি করম্না হৌদোক্লুগনি। ইমুংসিগী মীওই কনাগা তান্নকনি। মনেমগীদি অরোইবা ব্রাঙাংনি, কৌবিরক্কনু য়ৌরে। উপায় লৈতে।

মনেমগা মমৌগা খোঙথাং অমমম থাংনবগুম তৌরে হায়বা মধু উই। মধুনা খনবদি মনেমদু অতোনবীনি, মচা পোক্তে, লনগী মিকারম্বসু য়াই অসিতনি। অশেংবা মরমদি খঙদে, হংঙুবসু তৌদে। মপুক্লিংদদি হরাওবা পোকই মধু, মানা নিংবা থুংলগনি হায়না। মরমদি মধু নহাল মমৌদু মাগী কাদা অমুক অনীরক উরুবদগী মবুক ওনবা হৌখ্রবনি। মশু ফংবগা তাম্বোক্কে খনখ্রবনি। মতম ঙাইরিবা মধুনি। করিগী অদুক নুংশিখ্রবা মমৌবু তাম্বোক্কে খল্লিবা। মধু মীতা অমনি মমৌবু তাম্বোক্কে খনবা মিৎকুপ্তা মমিত্তা মপী তাজে, মথন্তা হিক্লা হিক্লা কপচৈ। করি মরালগী তাম্বোক্কদৌরিবা ? মধুগী তোপ তোপ্লা ব্রাখল অমা লৈজে- মচা রাজেন চৎখ্রে অমুক হন্না উবা ফঙলরোই। মচানা চৎখিবা লম্বীদুদা ঐখোয়সু চৎকদবা ঙাক্লি মথন্তগী নত্তে। ইমৌসু চৎকনি অদুবু মচা মাঙখ্রে হায়দুনা মীগী মচা অসুক ফজখ্রবা, মরম ওকখ্রবা ইমৌ অসিবু ইচাগীদমক শাংলবা লম্বী অমা নাম্মা হাংনা মথন্ত চৎহনবা মহাক পামদে। মশক মতৌ ফজে চুং ফিরাল চায়। ইচানা পাম্লম্বগুম পাম্বা মীওই কয়া লৈরমগনি শোয়দনা। মপুরোইবা লৈখিদবগী ব্রাতনি, মাগী ফজবা করিসু ময়েং তাদ্রি। ইমৌনা অনৌবা পুক্সি খোঙচৎ অমা শেমজখিবা,

মানা শেমজরিবা খোংবুরোই অদু ঐনা ইচামক্লি খঞ্জদুনা নাওয়োক নাওকোনবদসু করিসু অকাইবা লৈতেনা। লাক্কদৌরিবা ইশুদুগীদি ঐখোয় মপু মবেন লৈরিনা। ব্রাখলসিনা মধু মমৌ উরে লোন্না কপ্পি, মচা নিংশিংলে কপ্পি মধুগী থম্মোয় লৈতাফম খঙদে।

মরম খঙনদনা মনেম মকু অনীগী তোঙান তোঙান্না হোংলক্লিবা খোংথাং অসিনা প্রমোদা পোৎলুম অমা ওইররে। শিজখ্রগে চপ চানা লেপ্পকই, অদুবু মথংগী মিংকুপ্তা পীবুক্লংগী মচাদুগী খনবদা শিবগী খোঙফম হন্দোকই। ব্রারে, মপুরোইবা লৈখিদ্রে, ইমুংসিদা মনেম্না চিংনরে, মকুনা থওইবীরক্তবগুম উরে। লৈফম লৈতবা নত্তে মবুং মৌপ্পা লৈরি অদুবু পুন্নমকসি খাঙলি মমা অমা ওইবগী ব্রাখলদা। মাগী ব্রাখল, চাক্লিবা মৈচাক করম্বা নিপানা খঙগনি। অসুন্না নোংমা নোংমা থৌখি, পোৎলুমদি থাদবা য়ারোই, নুপী ওইবীগী শিবা চংবা অনীগী লংদাইদা লেপ্পী প্রমো।

ইমুংসিদা লৈবিবা মী ওই পুন্নমক মাগী মাগী মান্নদবা ব্রাখলশিং অসিনা অহিং তঙ্খাই তুম্নদে। অদুবু অতুম্বা জিবনীনা অহিংগী মমৈ ওইরক্লবদা ঙাইহাক ঙাইহাক তুমথনরকই।

তাইবংদা খনবা ব্রাখল মঙ-হাদসু অদুম খনবা, থম্মোয শোক্লা খনখিবা ব্রাখন্না মঙঙাক হংঙাক্লবসু য়াওদবা নত্তে। প্রমো মঙঙাক্লরকই। অকিবগী খোম্থাংদা ইক-আক খোঞ্জেল থোক্লকই, অদুগা খোঞ্জেন্দু অসুম অসুম পিকথরকই। মকু মধু তারকই। মমাঙথক্তা ইতৎ তত্তনা তাখিবা খোঞ্জেলগা মান্নদে। মহৌশাগুম প্রমোগী কাদা ঙসিনা হেন্না খোঙথাং লুম্না থুনা য়াঙনা চেনশিল্লকই। মনেম ইবেম্ম ঙসিদি মধুগী খোঙথাংগী শউম্না মীৎকপ ঙন্না থোক্লই। থীন্দনা হৌগত্তুনা ফমুংদা ফম্মী। খুৎফমদু হুবানবা ফাগে, লৈবাক কুম্মে তৌগে মতানি। অমরোমদা, মধু কাদু য়ৌবগা মহৌশাগুম মখোঙদি থাংজন্দে পর্দা হাইগৎলি, ময়াদা লৈবা সুইচদু নম্মী। কাদু ঙাল্লি। মমৌদু মশা থক থক নীক্লা ইক-আক লাওনা মকোক্তু লৈমায়দা অসুম অসুম লৈথরকই। মধু পাখৎপগা লোয়ননা মাগী নুপী কৌরকই —

- হায়, হায়, তারিব্রা, তারিব্রো। হৌগৎলু থুনা, প্রমোসি মঙঙাক্লরে। মশা

পায়দুনা অমুক্তা হৌদোকউরাও। নহালমখৈ ঐনা থেংনবদি ঐখোয়গী লৈখিদ্রবা রাজেনগা মমঙদা ৱারী হেক হেক শান্নবনি, ঙাইহাক শান্নরগা হেক তোকপনি। য়াম্না তোয়না ঐনা থেংনরবনি, ঐহাক মাবু শেন্নদুনতা লাকপনি। ঙসিদি মওং অমনি মমা। থীল্লে মশা পায়দুনা হৌদোকঅরাও, থূরকও।

মনেমদু মিৎকুপ্তা চিঙনরম্বা পুম্নমক মঙখ্রে। চেনশিল্লকই, মমৌবু মতম্বাক্তা কোনখৎলকই- ইমাগী ইবেম্মা প্রমো, গ্যান তাও, ইনেম লৈরি'সিদি। মিৎকপ থোক্লো। ঐনা লান্না খল্লুবগী ৱাখন্না ইমৌনা ঙসি মঙঙাকনরব্রা। মমৌবু কোন্দুনা কপখ্রে।

প্রমো তপ্না তপ্না গ্যান তারকই। নৌহৌনা মনেমগী তম্পাক ফঙজবদা কয়া হরাওই। মনেমদা- ' ইমা ঐবু ইন্থোকপীগনু' হায়না হিক্রা হিক্রা কপ্লগা মনেমগী মীৎলুগী পীরাং মখুৎনা তৈথোক্লকই। মমৌগী অচম্বা মবুকচেল, মৱাহৈ মপুরোইবগী অচম্বা মবুক অসিনা মনেমগী থম্মোয় জয় তৌখ্রে। মথংগী মীৎকুপ্তা হৌনবগুম পিরাংনা শিন্থরবা মনি মমৌগী মিত্তুনা ফক্লাংদা থেৎলিবা মচাগী ফোটোদা য়েংলকই।

------::::------

# ইম্ফাল নিঙোল সনারৈ

ইঙা ইঙেল চিংজিল থানি। খুঙ্গং লমদমগী থবক য়াম্না চিন্নবা-
'ইমা শিবা ফক্লোংনা কুপ্তুনা থমখো' হায়নবা মতমনি। লৌ লিংবী ময়াম চাবোই চাদবোই ময়ুম ময়ুমদগী থোক্লরক্লগা থোঙ্গাল খুদিং অৰাংপা মী কৌনরগা মরি মরি লাক্লে। মথৌ চিনবনা ঙাইহাক্ত শংজদবা চৎনা চৎনা মফি মরোল শেংপা, কোইরু কোইরু য়েংলগা লম্বীগী মতাইদা মখু কোল্লপ, লেপ্তুক তৌ, মতিন শীংলল্লগা তহা-তহা লম্বীদা হাইগৎলগা লাকপসু য়াওরি। লৈতবনা মহাজন কয়াদগী লৌরিংশেল লৌথোকউবা নোংমা নীনিসিদা লিংদবা য়াদে হায়দুনা থোঙ থীল্লবদগী তুম্বা ফাওবা ফংজদ্রবা কয়া অমসু য়াওরি। তোনখিবা খুল্লং শিংবীদবদগী মমিৎ ঈ কারবা হায়নি হায়রোই খঙদবী সখি, লোইদাং, পেমতোনসু ঙসিগী খুলং পার্টিদা য়াওরে।

কমদৌদৌরি লাইবক থীবী লতা। ঙসি মঙা/তরানিসি মশা ঙমদদুনা লৈরে। মীগী খুলং তোনবনা মখ্বাং কোইরে। মীৰা মীশা লাংগদৌরি। মমৌ ইবেম্মা সনারৈদি মনেমগী সেবা ফজনা হৈ, লৌকুম-শিংকুমদি ইম্ফাল নিঙোলনিদনা। মাঙ্গোন্দা ফক মতৎ অমগী মথক্তা বোড়াগী পোল্লা অমা থারগা লতা হিপ্লি। লুখুমদা মখোং শুদ্রবা চৌক্রি অমদা ফনেক মঞ্জুনবা অমা য়াম্বরগা মায়খল ওইনরি। তাঞ্জাসিদনি খুলংনুপী অমা অনী চঙলক্লগা-

- হো ইবেম্মা লতা ! কমদৌগে হায়রিবনো। নঙনা ঙমদে হায়দুনা তোকপদি

য়ারোইনা। মহুৎ অমা থারক্কে হায়ব্রা। হৌজিকসিদা লিংহৌদ্রবদি পোইনুদা খাওবদি য়ারোইনকো।

- ইচে, ইনে, ইন্দোল কমদৌদৌনো খঙদ্রে। ঐনা ঙমন্দবসিদা তৌবনি। হৌজিকসিনা অচিন থা ওইবনিনা মহুৎসু কদায়দগী থারুগদগেদো। নোংমা নীনীসিদা ঐনা খজিক কনখৎলক্লবদি শিংদবা য়াব্রদো, শিংনিদা।
- হো ইবেম্মা নঙগীদু ব্রা কৌদ্রে। নশা কনখৎলক্কবদি তোক্লেনে। মহুৎ হায়ববু নমৌ সনারৈদু হৈবা হৈতবা হেক থারকউ কৈনো ?
- এ: এ: কদায়দগী কদায়দগী মাঙলে মাঙলে। ইমৌসি ইম্ফাল নিঙোন্নী। ঙরাংতা লুহোংলকপগুম্বনি। মানা হৈনবা থবকসু নত্তে। মবুং মৌপ্বা খুৎকন পাঙ্গনবা অকে অমৌদা তাউজরকপা ইমৌনা লৈখোমদা করম। মদুকা তাহন খোৎহনবা য়াবা নত্তে ইনে।
- অদুদি মহাক লাত্তুনা থম্বা তারেনে। ঐখোয়দি নহান্না হায়জবনি, ইম্ফাল নিঙোল ঐখোয় শ্বায়দা চন্নরোই থাদোকখো হায়দুনা। খুঙ্গং নুপী ওইরবদি নহুৎ নরেং শিল্লোইদ্রদো। হৌজিক্তি মৈশা লাংলেদো মীগী মপোৎ চাথোকউরগা। মৈশা লাংলে তোকপদি য়ারোইনে। খল্লু খল্লু।

চাবা পীবন্নরকপদুদা লতা শ্বর চাওরকই। অদুবু অশাওবা ফাথরগা

- করিনোনে হায়রিবসিবো ইচানা পামদুনা মশানা য়াদুনা পুশল্লকপা ইমৌবু ইম্ফাল নিঙোল লৌকুম শিংকুম হৈতে হায়দুনা করম্মা থাদোকখিনি। নখোয়গীদু ব্রা কৌদ্রে মখা তারক্লনু।
- থাদোকখিবা হায়ববু মবুং থানাগী অচৌবদু চেল্লুবা নোংঙানবদা লাক্লেদনা। নচানা ময়ুমদা লৈশল্লগা মচন পুখিবদু মীগী মমাংদা ইকাই, উশিৎ থওইদবা মাল্লি। মনা মনিল নাইদ্রিঙৈদা মচন পুজখ্রগে। লম লাপ্পবনিনা কনাসু খঙঙোই, ইচনসি খুঙ্গংদসু থম্লিংদে। কয়া ফজনা হায়জরে। থোক পীথোক্লন্নবদি ফরোইদ্রদো। অদুবু নখোয়না শিখাং খাঙলে। ইম্ফালগী মমায় নানবদু উবদা। অদুদদি মবুংনা লুহোংবা য়াওদ্রে। অমুক্তংদি হায়দুনা পুবা থাংবা ঙম্নরোইদবা কয়া অমা ননশল্লক্লে। নরৌ শঙম চৎখ্রে। অদুনস্র

কোন্নদদুনা লৌরিংশেল কোকথোং অমা লৌশল্লে। নশানা থাকচবা লাংদা থুজবনি। ইম্ফাল নিঙোন্না খুঙ্গংসিদা কৈদৌনদৌরি- শিনফম্না চান্নদ্রবদা।

- ইমৌনা মশানা য়াই খুমদুনা ঐখোয় খ্বায় পুন্নমক্কী মায় ঙাকপীরে। অদুদবু লৈতে ছন্দোকপা য়ারিব্রা। লৈজসনু ইমৌ সনানি। ইম্ফাল নিঙোল লৌ লিংবা হৈতবা মখে খুঙ্গংদা ময়ুম পান্দবা তারিব্রা ? ইমৌনা হৈনজবা শিনফম লৈরিনা।
- কাির নুপীনবু হৈনজবা শিন্ফম খনবা য়াব্রা । 'ব্রা নুংশিদুনা লাক্লবদি 'ব্রাদুগী শিন্ফম হৈনবা তাবা। ঐখোয়দি নিংঙাই তৌজরক্তে। ইম্ফাল নিঙোন্নি, মাবু সনা ফাইব্রো? লবুক্তা নৈখাইরগা খঙগদবনি, ঐ নত্তদুনা তৌবনি। মাগী ফজবদু চাবা য়াব্রা। কয়াম কুইনা ফজগনি হায়বগে। খঙদে, খঙদে মৌ কনখৎপদা মপান থোক্কনু ইবেন্মা মৌজনি। মৌদি মচা চেলহল্লু, মনেম্না চেনগনু লৈশাবী শাহনগনু, মনেম ব্রাদনবা।
- ব্রাহৈশিংদু ইচে, ইমৌ তারগা মবুক্লিং ওন্দুনা চেনখি লাকখিদুনা তোক্লরনি তোকপীরো-তোকপিরো।
- করি তোকপা য়ারিব্রা। খুল্লংদু শিংদোকপীরো তোক্লবা হায়রিসিনি।
- ঙসি অনী/অহুমনীসিদা ঐ শিংদোক্লবা তৌজরক্লগে। ইশা ঙুমদবদগী তৌবনি। ঙুমদববু চৈনা শৌবা য়ারিব্রা ?
- ঙুমদবদু নমৌ তৌহল্লু হায়বনি ইবেন্মা। নঙ সু হায়বা নত্তে। লৌ লিংবসি হৌজিক হৌর্জিক্কি ঙসি হয়েং ঙাইবা য়াবা নত্তে ইবেন্মা। ঈশিং চাউরো, কংলো, নোংমা শোইবদা পুম্মাঙ খঙলেদনা। নচা নমৌ কনখৎপদু ঐখোয়দা চঙবা লাকপা পোৎ নত্তে। চৎলে, চৎলে মীসি মশক খর খর খঙনসি হায়রিসিনি।

ব্রাহৈশিংসিনা লত্তাদা অনৌবা লাহওং অমা হাপকৎলকই। নাহেবা নত্তনা মখা তাখিদ্রে। মমৌ সনারৈদু চাকশঙদা মমাদা থারল্লীবা খোনশিংদু তাবদা মপুক্লিং মওন মওন খল্লি। ঐসিবু ইপামদা চৎহৌবনা ফরদ্রা ? মহৌশানা নুপী অয়াম্বাগী ব্রাখল খনফমসি - চাকখুম, য়েনখা, অমদি খোংহামফমদা হেক হেক ওইগল্লি। মফমশিংসি ঙাইহাক্তংদুদা শুই মমৌ সনারৈনা অনৌবা ব্রাখল

খল্লিবা। পল্লেপফম খঙদে। করি তৌরক্কদগে য়েংবা তাই।

মপুরোইবা থোইবা এম: এ: নি। হৌজিক্তবু লায়রবা এম: এ: না কৈদৌনি। প্রাইভেট স্কুল অমদা ওজা ওই। তলবতি মশাদগী হেন্না ইমুং মনুংদা পাথোক্লকপা ঙমদে। ইমুংগী মতেং ওইনবা মীগী থবক শুই। থবক ব্রানা শুরুরগা স্কুল নংনবা হোবে হোবে চেল্লকই। মমা অনাবীগী মনাক্তা চংশন্দুনা করম তৌরি হংজে। চাকখুমদা চংলক্তুনা মাগী থম্মিবা চাক্তু হাথু হাথু চারগা মফি মরোল শেৎলি। নুপানা চৎলমদাইদা নুপীসি খুদোন লৈতাবা ফংদবা য়াওই। ফি-রোল থাংদোক থাংজিল, খোংঙুপ তকথোক তকশিল, মিংশেল-নুংশেল, চন্দন-চরা, কোইথাং-নুংথাং, করি অমুক হায়গনি কনাগুম্বা নিপাদি কুদাম ফাওবা পানহনবা য়াওদবা নত্তে। থোইবদি মনা মনিল নাইহন্দে। মানা থোকপা শেং চারগা স্কুল থোক হেক্তা চৎখি, সেবা চংদবা, নুপীনা চানজবা মীতানি। ঙসিসু চৎলমদাই কনাগী সেবা য়াওদনা স্কুল চৎখ্রে।

নুংথিলগী পুং অহুম মখায় তারে। স্কুল কুপ্লক্লে থোইবা। নুপানা হঞ্জিল্লকপদা য়ুমদা নুপী লৈরমদবসি অয়াম্বা মতমদা খোইরাং খোইশাওনৈ। সনা লৈবা উদবদা মচিন্দি থোক্তে থোইবা, কোয়য়েং য়েংই- য়েনখা লুকখা শঙ্গোই-নুঙ্গোই, ফিশা কানচিংবা। লৈকাইদি কোইরম্মোই, মহাক নৌরি। তঙাইফদনা মমাদা ইকাইরপ হংলকই-

- ইমা, সনারৈদুবু কদোমদা চৎখিবা জাৎনো।
- লৈত্রনে মাগী ফিশাফমদা।
- লৈতেনে ইমা।
- য়েঞ্চাং নাপী থীবা ইঙ্খোন্দকা লৈখ্রবা ?
- লৈতেনে, উদেনে।
- অদুদি কদায়দা। ঐসু খল্লম্বনি নুতিগীদি ইমাগী চা হায়দুনা হেক হেক নুংথিল ফরক্তা পুরকপনি। ঙাইহাকসু ইমাগী নাক্তা ফমদুনা অঙাংদা অঙাংদৌনা ব্রারী ব্রাতাই শাদুনা, খুৎশা নানবী খোৎপীদুনা লৈবনি। ঙসিদি লাক্তেনে। ঐসু ঙসি অয়ুক্তি, সখি, লোইদাং, পেমতোন লাক্কুনা খুলংগী ব্রা অকনবা খর ঙাঙনৈ। অয়াকপা ব্রাহৈশিংদু ইমৌনা তাহৌদুনা, লায়রবা ইমুংসিদা লৈবা

নুংঙাইররোই খন্দুনা মপামদকা চেনখ্রবা জাৎলা। ঐসু ব্রাখল খলহৌদেদা। ওহোকপনিদা, ইমৌদু লম্মীৎ তুমিৎ খঙবসু নত্তি। মপামদা চেল্লো লম্বী লমখাংদা নহানি কমদৌরমগনি। চৎলু নিপামচা মপামদা হংলুচো, শোয়দনা চেল্লম্বা তারে। ব্রারেপশি লৌই মমানা।

- ইমা ঐবু ইমুংদুদা করম্লা হংলুগনি। মবুং অহল পুলিসকী অচৌবনি। ঐবু শাওবনা শীংদুনা লৈবনি, লুহোংবা ফাওবা য়াওখিদবনী। ঐখোয়বু ইহোক্লী, লমন খুমগে শীংলি। মচন কায়নরক্লবা লম্বী কয়া থীরি তায়, অদুদা ঐনা করম্লা চংঙুগনি।
- করিনোনে ইবুঙো, অদুবু লৈথোকপা য়ারিব্রা হায়বা। ও! ইমৌদো কমদৌরমগবা। নঙনা মাবু নুংশিবা ব্রাৎপদগী হঙঙোই নত্রা ? খঙদে খঙদে ইমৌ সনা ফংনবা থীয়ু হায়রিবসিনি। চত্তেনে হৌজিক ফাওবা মসি......।

মমৌগী মৈনা কনবনা শোনখ্রবা লতা হৌগৎলক্লে। ব্রাখন্না শোম্বা হেল্লকই। অপাবা ফনেক্তু মখাংদা চাওশেৎ শেৎলি, মরেংজুমদা খুদৈমতেক অমা য়াম্বে। কংলবা মখুৎনা ফক্লাংদা শৌর শৌরগা য়েনখারোমদা মমৌ সনাৱৈ কৌ কৌদনা কপ্পা কপ্পা থীরকই। চহি য়াম্লা য়ামখিবদি নত্তে লতাদু, মীগী থবক্লা নৈথেক্লম্বা দিহে ওইবগী তৌবনি।

থোইবা ইম্ফাল য়ৌরুরে। নুপীপামদা সনাৱৈ লৈরমদ্রে। পাওদুনা ইমুংগী মী পুম্নমক ইরাং লাংনরকই। মবুং পুলিসকী অচৌবদুদি থোইবগী মরাইবক ফবদগী অফিস কুপ্লক্লমদ্রি। থোইবা তৌফম খঙদে। মমা লতা য়েনখাদা কপ্পা লেপলমদ্রি। মমৌ লৈবমদে তাবদা কপ্পা মখোল থোকখিদ্রে। নুমিৎ তাশিল্লকদৌরে, ইমুং চংসিসু য়াদ্রে। মমৌনা ঙসাই থারম্লা ফক্তুদা হিপ্পুনা তুমিন লৈখ্রে। থোইবা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। লৈকাই কনাগা ব্রাতানসিগে খল্লিঙৈদা, থোঙ্গান্দা গাড়ি খামখিবগী মখোল তায়- লৈদুনা য়েংই। মবুং পুলিস আফিসার খোঙলোই সিফাই ময়ামগা লোয়ননা মরি মরি চংলকই। থোইবা চঙক্লে, করিনো অমদি শোয়দনা তৌরক্কনি হায়বা খঙই।

ইম্ফাল নিঙোল সনাৱৈদু সখি, লোইদাং,পেমতোন্না মনেমদা খুলং তোনবগী ঙাংবীবা অদুদা থম্মোয় পুবা ঙমখিদে। ইনাক কৈরাক খুনবা মচা

ওইজরবসু, অতোন-অতা লায়র-অনংবু নুংশিজবা, থবক্তা চিনহাও থীদবী নুপীনি। হৈ শিংই, মানা ঙমদবা লৈতে, য়াম্না তাঙবা নুপীনী হায়দুনা য়াইফুন্দা অতাঙবী হায়রগা খঙনৈ। অদুমক্তনা মাবু মবুংনা লুনা চান্না তৌজখিবনি। অতাঙবী, মপুরোইবা থোইবসি লৈতে লায়রৈ খঙঙি অদুবু নমদুনা নুংঙাইহনগনি খন্দুনা য়ুম্বালকপনি থথাগী নুপী নত্তে।

শনারৈ মনেমদা অমদি মপুরোইবদা লৌ কুমগে হায়বা য়ারক্লোই খঙদুনা থোকঅ থোকঅবা হায়বদুনি খন্দুনা লৌ লিংফম থিরকপখি। মবুক ইচম চমই থোয়দে। হঙ হঙদুনা লাকপনা লৌফম য়ৌরে। লৌ লিংবী ময়াম ইঙক ঙক্লে। খুঙ্গং নুপীদগী তোপ তোপ্পা তাই - ফিজেৎ চাকচা, নুংশা লাংদ্রিবা লেকচাদ্রিবা শক। খরনা ঙাঙনৈ, লতাগী মমৌনি, নৎলি,নত্তে। ঙাংনরিঙৈদা মফি কৌরপ শেৎনা শেৎনা হায়রকই- ইচে, ইনে, ইন্দোল, ঐ লতাগী খুলং মহুৎ থাদরকপনি। কৈয়া হৈফাত্তে; তন্বীয়ু হায়দুনা, পন্দে, শকখঙনদ্রিবা মৌনৌ প্রমোগী মনাক্তা চোংথখ্রে। প্রমোগা চহি লেংগানি। প্রমোনা লৌহোন্দু শুম পায়য়ু, চুপ্পান্দুনা সুম থাও তন্বীবদা ঙাইরিঙৈদা হৈবনা মাঙ থাখ্রে, মখুৎ চৎলে। ময়াম য়েংনৈ, লৈখোম তৈরবা সনারৈগী মশাদু লফু থরো লৈখোমদা নৈবদু ঙাই, ফজে। মশা নাল্লি, লৈখোম ঈশিং থোইনা পক্তে য়েংনিংই। ঙসাই লতাদা মহুৎ থারক্তবা যাদে হায়দুনা অকনবা ব্রা ঙাংলন্বী সখি, লোইদাং, পেমতোন হৌজিক্তা নিংঙল্লক্রে। ব্রাবদি শিনফম হোংবগী লোইরে সনারৈদু।

নুপী মঙা/তরা পুনখ্রবদি, লোযরে ব্রারীদি, নুপা চংঙুবা য়াবা নত্তে। শান্নরিবা ব্রাবীসু নুপাগীদনি। শানৈ, মাগী মাগীদু পুথোক্লদুনা। লমহাংগা ওইরে অমুক অমুক ব্রা ব্রা লাওনা নোক্লে। ব্রারমদি খঙদে। নুমিদাংব্রাইরম ওইরে। সনা মনেম নিংশিংলকই। ঙসিগী লৌ লিংবসি সনারৈদদি অনৌবা লীলা য়েংবগুম থোকখ্রে। কারমদাই ঙম অমতা ঙাইনরবা কান্দা নুপী অমনা লোইদৌরে প্রার্থনা লৌথরো হায়রকই। অমনা শকথরকই —

"মপোক মপোক খুদিংদা নঙগী থৌজাল ফঙজগে"

ময়াম্না খুম্মী- "থৌজান্দুদা অমুকসু থৌজান্দুদা পীবীয়ু ননাইনা অতৈ অমা পামজদে"

থৌজান্দুদা থৌজান্দুদা হায়না হন্না হন্না থৱাই তানা শকপদুনা করি খঙনবনো খঙদে, ময়ামদু ৱা নোকমিন্নে। ৱাফম খঙবা জাৎ নত্তে, খুলং নুপীশিংসি। অমনা অমুক থম্মোয় শোক্লা কপ্লা কপ্লা শক্লকই —

" হয়েংমুক্কী মপোক্তা অমোম লাবা ওইনা পোকচগে, অদুতদা খঙগনি নঙ, অদুতদা খঙগনি নঙ" মখা তাদ্রে কপখ্রে।

হন্দকমুক্তি, ময়াম তুমিন তুমিন লৈনৈ, খুত্তি লেপ্তে। অচিকপদু থুগাইদুনা সখিনা হংই-

- করিনো বীলাসিনি, নঙনা অমোম লাবা হায়রিবদুবু ?

 বীলাসিনিনা কপ্লা কপ্লা খুম্মী-

- ঐসে, কুঞ্জগী বীলাসিনিনি, অদুবু ঐখোয়গী নিপাসিগী য়ু থকচিল্লগা নুপীদা ওৎপসি হেনমনখ্রবা। অদুনা হয়েংমুক্কী মপোক্তা নুপী ওইনা পোকচরবসু, নুপা ফুবা ঙম্বা নুপী ওইনা পোকচরগা মাবু অমুক্তা ৱারকচবা অসিতদি পীবীয়ু, অদুতদা খঙগনি নঙ হায়জবনিদা।

অদু ওইরে অমোম লাবা হায়রিবদি হায়রগা নোকমিন্নে। ঙাইহাক্কি মতুংদা ময়ামদু খুং চপ মান্ননা লেপখ্রে। লৌ লিংবা লোইখ্রে। ময়ুম মায়কৈ পাংনরক্লে। থোঙ্গাল যৌরকপদা সনা ঙকই। ময়ুম, ইংখ্রোল, শুমাং মাঙ্গোল, সিফাইও করিও পুংয়োম য়োন্নস্বদুদা। মনেম অনাব হেঞ্জিল্লকপা ওইরবদি সিফাই য়াওরোই। খুদক্তা ভাব তারকই সনারৈ। মাগী তাচৌ লাক্লম্বা তারে। অদুদি করিগীনো? মনিং শম্বলদগী ফাওজিল্লি য়েনখাদা চঙই। ইমুং য়ৌই। শুমাংদা মাগী তাচৌনা থোইববু খোঙ্গোইনদুনা ঙাঙবা থোঙজিন্দা তায়

- হে নঙ ইচন্দু কদায়দা হাত্তোক্লুই। লৌৱাই লৌহিং কোক্ত্রিবা নঙনা ঐবু উশিত্ত্রেদনা। নঙনা নিঙথি নুংঙাইনা থম্বীদদুনা ইচন্দু শিরম্লগনি। নঙ ঙসি নীঙনিঙবা নীঙঙো হিংগদবা কুইদ্রবনি খঙনিদনা।কনা কনা লৈ। গাড়ি মনুংদা লংখৎখো। হাত্তি হাত্তোকউহৈনু; ঐ তৌগে।

সনারৈ লৈবা ঙম্লত্ত্রে। থেংনরমদ্রবদি মপুরোইবা কনবা ঙম্লম্লোইদৌবনি খল্লি। হৌজিক্তি মপুরোইবগীদমক্তা মবুংগী মমাংদা পাম্বোম তিংগে খন্দুনা করিসু থুকত্তনা ইমুংদগী লৈখোমও লৈনাংও ফদ্র ফদ্র চেম্থোক্লকই।

মাঙ্গোন্দা হিপ্লিবী মনেম লতাদা- ইমা নমৌ লাক্লে, নচাগীদমক্তা ৱাবীরুরনু হায়র হায়রদুনা মনেমগী মফি মরোল অচেৎ অকোম লোইশিনবীরল্লগা খোংলৈ থুনা মপুরোইবা লংখৎখিবা গাড়ি মনাক্তা চঙলকই। মবুংদু মচলগী মওং উবদা ইঙক ঙকই। সনারৈদু মবুং কৌরমদে, গাড়ি মনুংদগী থোইবা চিংথোল্লকই। মখোয় অনী পুন্না মবুংবু খুরমই। সনারৈনা হায়রকই- তাচৌ, মাগী মরাল করিনো? মাবু করিগী দন্দি পিগদৌরিবনো? ঐ লৌরমদ্রবদি মহাক অসুম্না ৱারোই। ঐনা লৈশিল্লুবদগী মহাক ৱাবনি, লাল্লিবদি ঐনি। তাচৌনা নচন ঐবু ৱাখিনি খনবদু থাদোকপীরো ঐ য়ুম্বাল্লবীনি। মহাকসি হৌজিক্তি নচনগী থৱাইনি। লৌ কুম্মু ইনেম্মা হায়খিবা লৈতে, মানসু হায়দে। ঐতনা মখোয়দা তাল্লমদনা য়ুম্বানবা ঙম্নবা লোন্না কুম্মুবনি। মখোয়বু য়েক্লবা ওইনা লৌবীগনু। নচনবু নুংঙাই য়াইফনা য়ুম্বানবা ঙম্নবা তাচৌ লাক্লিঙৈদা আর্শিব্বাদতুম পীবীরমউ।

মচনগী ৱাহৈনা নূঙগুম্না কল্লম্বা মাগী তাচৌগী থম্মোয় পেৎথরকই। 'হে নুংশিবা' হায়বদু অসি ওইরেকো হায়রগা খুয়াখাদা তুরিবা মশেন মচন অনীবু তপ্না তপ্না চিংখৎপীরকই।

------:::::------

# ফল তাদ্রবা য়েন্নবা অঙ্ক

ইবেথোই মদাও য়ারিবী নুপীনি। মশাসু নহানি মচা অনীতা মঙাইরি। মচা অহলদু চহি অহুম/মরি শুরে, নিপানি। অমদুনা নুপীনি। ইবেথোই মশকনে মতৌনে কুইনা থবক তৌবা নিপা থিরকপদা তান চারুবদগী ওজা কুল্ল থেংনরুবনি। কুল্লসু মাগী লোয়নবীগী মশক মতৌদা পেঞ্জে, মচিন্দি থোক্তে, মপুক্তদি খল্লি- ঐগী নুপীনা লৈকাইসিগী লুহোংবদা অপোকপা পুদনা কনানা পুগনি। কুল্লনা পাম্মুদনা ইবেথোই কৌবদা অমুক্তা মমিং মপুং ফানা কৌদে। নোংমনা 'ইবে' নোংমনা 'থোই' কৌই। অনীমক নুংশু নুংশিনৈ মচা নাওরোল অনী শুরবা ফাওবা ৱারীদি অরোইবা লৈতে, খজিক চিকপদা হেক্তা শানৈ। অমনা অমবু থাসু থাদোক্লদে, চাওশেল শেন্নৈ- স্কুল থেংলকপা য়াদে ইবেথোইনা, লাপ্পা ঈশিং শোকপা য়াদে কুল্লনা। হেক্তা খৎনৈ, লৈত লাইরগী শুকনৎ নত্তে।

ময়াম্বগা মতৈমগা অনীসু মখোয়গী মতৌ য়েংলগা পেঞ্জে, অনৌবা ৱাখল পোকচৈ। লাইরবগী হায়রুরবদি, অনীসি লৌমিনি, লাইরিক লাইশুগী মঙাল ফঙহৌদ্রবা শুজ নোমজবতনা মশিঞ্জাং ওইরগা পাঞ্জরিবনি। মখোয়গী ৱারীদি মরেক মতাও য়াওদ্রবা ৱারী ঙাক্লি। মতৈমনা হংগনি- মা'তামোনা লাইরিক লাইশু তমহৌদ্রিবা করিগীনো'? ননাওনা তন্মীবা অসুম্না তমহৌববদি ঐসু তলব চাবগী নুপীনি হাযদুনা পোত্তা শোৎলবসু লেমগদবা ৱাহংসিগী পাওখুম ময়াম্বনা পাক খুমদে। থম্মোয় শোক্লা কপ্লগা খুল্লক্কনি- ইনাওসিদি মরাইবক

থিরবনি। ইমা ইপা মশক খঙহৌদ্রবনি। শিরমদাইদা ইমা ইপানা নখোয় অনীগী মনুংদা অমত্তা ওইরবসু মীমাঙ থোকপা ঙম্নবা শেমনিংবনি অদুবু ঙমদ্রেকো হায়দুনা বিধিবু নিন্দা তৌরগা সংসারদগী বিদায় লৌখিবনি। ঐসু অঙাং ওইনা ইমা ইপাগী নিংবা থুংহনগে খনখি। ময়াম্বা অমা ওইনা ইনাওসি মীওইনবা শেমগে খন্দুনা ইমান্নবনা লাইরিক তম্বা চৎপা কান্দা ঐনা থরোই খুনখি, কৌখা কাওথুম তানখি অসুম্না ব্রানা লাইরিক তমহনখি, ওজা ওইহনখি। হন্দক অমুক বি:এড: পাস তৌরে, হৌজিক্তি ঐ কয়াদা নুংঙাইরবা।

মতৈমনা হোয়, নুংঙাইববুদি ঐসু য়াওরিবনি। ইনাও নুপীসিগী মশক মতৌ, মীকৌ মীরম কয়াদি ফৈ। মবুকচেলসিনা মরোল অমা ফরিবা নোংমা ফাদোক থবক্কা চৎমিন্নবদা মশকসিনা থেংনবা মখৈনা লৈশাবীরা হংবদা চীনসি খুম্বা ঙম্বা নত্তে। ঐনা ইনাওনি হায়দুনা লেমজরিবনি। মায় তামোবুনা কয়া লুনা কিনা তৌজৈ পোকমিন্নবা মবুংদা মবুংদু ঙাই। নোংমগী হাওবা হাওতবা মতৈগী এপ্পাং মথেল অমত্ত ওইরবসু থিল্লক্তবা য়াওদে। অদুবুদি নুপী, ইনাও কুল্লাসিনা খঙঙি; ঐনা পুম্নমক শেল্লকর্পানি হায়বা অদুনা ওইবন্না য়াই। নুপীসিদি নুপা-নুপাগী মখাসু য়াম্না পোল্লি, চৎলু, লেপ্পু য়োৎচৈ কানবা য়াদে খঙহনবদা অদুম চৎচবসু কোঙ্গাইনি।

নোংমগী অয়ুক্তি, ইবেথোই চাক থোংনবগী মাগী মোজাফুরিং অঙাংবদু লৌথোক্লবা চিংখৎ চিংখৎনা নোকমী নোকমী হায়রকই- মা'তামোখোয় হন্দক বি:এড: পাস তৌখিঙৈদগী মচাকাসি লাইরিক তম্বীবগী ব্রা লৈত্রে। ছাত্র ওইরুরবনিনা ছাত্রি ওজা থেংনবক্লবরা খঙদে স্কুল থরাই য়াওখৎলকইকো, ঙসি ঙরাংসি চাক ঙন্দে, স্কুল থেংলেদা মহায়খ্রে।

মমৈগী কোচি থাংবা ব্রাহৈ খর অসিনা কুল্লগী শাজৎ খঙলকপগুম তৌবসিদা কুল্লা থীনা চৈরগে হায়দুনা খবর পারম্বদগী মমায় খংহাই হাইগৎলকপদা ইবেথোইদু, মোজাফুরিং অঙাংবদু লৌথোকপা লোইরমদ্রি, না তজ্খাই, খজাই ময়াইগী শম্বুদু য়ৌনা চিংখৎলম্বদা মঙাইরি, মচা অতোম্বীদুনা মমাগী ফিজি ফীমাঙদু চিংদুনা নিংঙাই তৌরমই। কুল্ল করি উরু-খল্লুরবনো খঙদে থুনা হনখে শাওবা শৌগৎলকপদা ঈশিং হৈজিনখিবদ মঙাই। নপীদা শাওগে তৌরম্বদু

মচাদা ওন্থরকই। মচা বোচা খোঞ্জেল হৌনা কৌরকই- বোচা, বোচা করি য়েংলিবগে, নঙ লাইরিক তৌরব্রা। লাকও, লাকওনে করি য়েংলিবগে নমা য়েংলিব্রা?।

বোচানা মার্ব্বন্দু থুনা লৌশিল্লগা খুন্নকই – বাবাসু মমা য়েংলিবদুদি। ইবেথোই নোকফেৎ তৌরগা কুল্লদা য়েংলমই। কুল্ল খংশাও শাওরকই-বোচা, বোচা-নঙ চৈ চাবা তারে।

মচা নিপা বোচাদু মপাগী খুকৌদুদা পেহৌ পেহৌ চঙলকই। কুল্লনা- ঐনা চথোকখিঁঙৈদা নমানা লাইরিক তন্বীদ্রা ? বোচানা – তন্বীদে। ফরে বাবানা বি:এড: দা তন্নকপা নিয়মগী মতুংইন্না তাকথরগা মরাইনা খঙজনি। অঙ্ক তিনশিনবদি হৈরব্রা বোচা ?

- হৈতে।
- ফরে তন্বীরগে(মনাক্তগী কাংখুশিংদু লৌশিল্লি) অমম-মমতা ওইনা মশীং থী- অমা, অনী, অহুম। অহুমনিকো। অহুমদু ইরো।
- ইরে বাবা।
- নঙগী কাংগ্রু অতৈ লৈরিব্রা ?
- লৈরি।
- অদুদি পুথোক্লকও

বোচা ফ্রিৎখাওদগী লৌথোক্লগা মপাদা পী। মপানা অনীনিকো। অনীসি অহুমগী মখাদা ইরসি, চৈখৈ অনী চিংলো তিনশিল্লসি। কয়া তারে বোচা ? বোচানা চখৈ মশিং থিরগা

- অমা, অনী, অহুম .... মঙা তারে বাবা।

মপানা বোচা নঙগী লৈজবা কাংগ্রু মঙাখক্তনিকো চুম্মেকো। বোচা ঙাইহাক খল্লগা - বাবা লাল্লি। ঐগী কাংগ্রু লৈরি। মপানা করিগী অঙাংনোনে মসিবো। নঙগী লৈরবদি কদায়।

বোচা চেম্থোর্কখি। মখাথংগী ননাওগী মখুত্তগী কাংগ্রু মুল্লুরে। মমাবোক্লা অঙাংনি পায়জরসনু কোন্না পিরক্কে হায়। বোচানা ঐগীনি বাবানা থিরক্লে লৌরুচো হায়রকই হায়দুনা মুল্লি। ননাও কপহৌই। মুল্লুবা কাংগ্রু অনীদু বোচানা

মপাদা পী। মপাদু কদায়দগী কাংগ্রুনো থিরুদে অক্কদা লুপ্পী। মপানা ঙসাইগী মঙাগী মখাদা অনী অমুক ইরগা বোচাবু তিনশিলহল্লি।

- কয়া তারে বোচা।
- তরেৎ।

মতৈমদু মচা ননাওগী কাংগ্রু বোচানা মুনখিবগী কপ্পা থেম্বোইনা য়েনখাদা লেপ্লে। মপা মচা ঙাঙনবদু তায়।

- বোচা খঙঙোকো, নঙগী মঙা লৈরম্বদগী হৌজিক অনী তিনশিল্লবদি তরেৎ শুই। তিনশিনবা হায়বসিদি য়ামখৎলকই। য়াল্লবদি ফরেদনা। তিনশিনদ্রবদি, হাপচন্দ্রবদি য়ামখৎলোই। মীঙোন্দগী ওইরবসু নঙগীদি তিনশিনলবনিনা য়াম্মীবদুনি।
- উম: বাবা য়াম্বনা ফৈকো। হৌজিক ঐগী য়াল্লে, তরেৎ শুরে।
- হোয় হোয়, ইচাগী তরেৎ শুরে য়াল্লে থমজিল্লুরো। মমা চাক লোইরল্লগনি চাক্রুবো।

অসুল্লা নোংমা নিনী মচাদু কুল্লনা তিনশিনবা তম্বী। ননাওদগী কাংগ্রু হেক হেক মুল্লি। কাংগ্রু তিনশিনবা হৈবদগী বোচা হৌজিক্তি মমাবোকখোয়দা মখোয়গী করিগুম্বা পোৎ অমত্ত লৈবা উবা য়াদ্রে পংলৌদা লৌশিল্লি, মখোযগীনি হায়দুনা পুংতিন্দা তিনশিল্লি।

নোংমা অমুক কুল্লনা মচা বোচা কৌরগা- বোচা হৌজিক্তি তিনশিনবা হৈরবনিনা খাইদোকপা অমুক তম্মীরগে, নঙগী ফুরিৎখাওদগী মার্বলদু কয়ানো ?

- (বোচানা মশিং থিরগা) তরামঙানি।
- (কুল্লনা ১০ লৌথোক্লে) অরেম্বদু কয়ানো ?
- মঙানি।

অঙ্কসি মপানা মচাদা লৈই চিংলগা কক্ কক্লুনা তাকপীবনি। অকোনবদা মপানা মাগী মার্বল মঙাদুগা লৌথোক্লগা হংই-

- হৌজিক নঙগী কয়া লৈহৌরি ? নঙগী অমত্ত লৈহৌদ্রে নত্রা ?
- (বোচা ব্রাখল ঙাইহাক খল্লগা) লৈহৌরি।

- কদাযদগী লৈহৌদৌরিবনো। মসি অঙাংসি অঙ্কদি য়াদৌরিদা। মপানা শাওনা কদায়দা লৈহৌরি বুধু। কদাই য়েংগে থুনা, কদায়নো। পেহৌ পেহৌ হৌগৎলগা চৎখ্রে। কুল্লনা মমাগী মনাক্তা নিংঙাই তৌবা চৎখ্রগুম নীংই।

য়েনখাদা শান্নদুনা লৈরিবা ননাওদগী মানা ঙরাং পীখিবা মাগী মার্বলদু মুল্লুরে। ব্রা ব্রা অমুক কপ্পরে। মমাবোক থোরক্তুনা বোচাদু খান্মী, থেমই। য়াদে বোচা, লোইনা পুখ্রে। ননাওগী অমত্তা থমম্মু বোচা, মমাবোক্কা হন্ন-হন্ন হায়রকই।

- য়ারোই, য়ারোই বাবানা লৌথোক্লকউ হায়রিবনি। খাইদোকপা য়াদে হায়। পীরোই।

বোচা চেল্লক্তুনা মপাদা পীরগা হায়বকই-

- তো লৈরিসিদি।

মপানা অঙ্কসি য়ারোইদৌরি। অমুক পুরকপদু লৌশল্লগা হায়বকই-

- হৌজিক্তি লৈত্রেদনা।
- (মুন্না খল্লগা) লৈরি।

মপা শাওরে, তৌফম খঙদ্রে। কল্লপ্পা কদায়দা লৈরিবা, খুৎপাক্লা শেৎ থারুরে। নমান্নবদগী লৌবসু য়াদে, হৌজিকমক পুথোক্লকউ। বোচা ইমুংদা চেনশিনখ্রে। মপা কুল্লনা খল্লি মমাদা বাবানা ফুই তম্মুদৌগী চংলিবনি হায়না। বোচা চাকশঙ য়ৌরে। মমাদা মার্বল পীয়ু তক্করুরে। নিংঙাই তৌরে। হায়ফম তৌফম খঙদ্রদুনা ইবেথোই মখাথংগী মচে কৌরগা হায়রকই-

- ইচে, ননাওদা নহাল পিখিবা মার্বলদু লোইখ্রবরা ?

মচেদু, হৌজিক্তা বোচানা মচাদগী মার্ব্বল মুনখিবগী মপি কংদ্রিঙৈসিদা অমুক্তা হংজল্লকপদুদা, করিনো মখোয়না তৌ-শারিবসিবু খন্দুনা শাওরপ খুন্নকই-

- হো ইবেম্মা লৈরগা পীরকপা হায়বদুনি হৌজিক্তি লৈতেকো। শিংনি, শিংনি।
- হো শিংঙু শিংঙু। ইচাগী মার্ব্বন শিংদবা য়ারোই।

ইবেথোই ইচম চম্না বোচাদা- তো: তো: মমাবোক্কা লৈরগা

পীগে হায়রিবসিনি, ঐনসু শিংঙু হায়রি হয়েং শান্নরো। বোচা মপাগী মনাক্তা চৎখ্রে। লৈত্রে হায়রুরে। মপানা —

- বোচা, খাইদোকপা হায়বসিদি লৈরম্বদগী লৌথোক্কদবনি। লৌথোক্লবদি ময়েং তাগনি, লৈত্রবদি খাইদোকপা য়াদে। নঙগী লৈজবা মার্বলদু মীঙোন্দা পীথোক্লবদি, খাইদোকখ্রবদি নঙগী ময়েং তারোইদ্রদো বুধু। চৎলো, চৎলো, বাবা স্কুল থেংখ্রে।

মতৈমা নুমিৎ খরনিগী মমাঙ কাংগ্রুদগী খর খর থনুংনা ওমচাক্লরকপদু মার্বল য়ৌরকপদদি মৈরি থোক্লক্লে। নহাল মখৈ মপুরোইবদু থোইনা থৌশারমদে। নুপী মৱা লৌগন্দবা নুপানি। অদুবু নুপীনা তোয়না হায়জিল্লকপা ৱাসিদি শৌজিনবা অমা য়াওরকই। ময়াম্বদু ঙসিদি নুমিৎ মাঙ্গোল ময়াই য়ৌবদা থবক শুফমদগী হল্লকই। ঙন্না হল্লকপদুদা কুল্ল ইবেথোইদি ইম্ফাল চৎকদবা থবক লৈব্রা নিংই, হংদি হংদে।

ময়াম্বদু থীন্দনা শুমাং ময়াইদা উখুল তৌদুনা শম্বল খাবা হৌরকই। ময়াম্বগী মীৎয়েংদু থম্মোযদা লৈরিবা অশাওবগী মমি তাই। কুল্ল ইবেথোই পুমঙক ভুকই, চেম্ভোকবক্লনা য়েংই। ৱা পাক হায়জবা ভুমদে। মথোযবু শাওবিবনি হায়বসিদি শম্বলসিনা তাকই। ভাইহাক্কী তুংদা কুল্ল মযাম্বদা নোল্লুক্লা হায়জরকই —

- কবিনো য়ম্লং, য়াম্লুংনা তৌবীবিবা অসিবু! কবি কবম্না ননাওনা কাযখিবা লৈদুনা তৌবিবিবা অঙ্কনো ?
- তিনশিনবা, খাইদোকপা ইনাওদি বি: এড: নিনা ঠৈবেদো। নযাম্বদি লৌমিনিনা য়েন্নবগী অঙ্কসিদমক খঙই। ইপা ইমানা থম্লম্বা ইস্কোলসি তঙ্খাইমনা নঙগী, সিনা ইয়াম্বগী শরুক। মসি য়েন্নবগী অঙ্কনি। (ইয়াম্বদি চুমদ্রিংনি, শোমদা চংলক্কনু শোয়ননি।)

কুল্ল শ্বর মপী হোল্লি, কদাযদা শোয়খ্রে ঐগী বি: এড: কী নিয়ম। ইবেথোই কৌথোকই। ময়াম্না মতৈমা অনীনা শাওখিবগী লংলা পংজিন পুথোক্লবা ৱা তান্নে। ইবেথোইনা খল্লকই —

- নহাল অঙ্ক তম্বীবদা ননাওদগী বোচানা মার্বল মুল্লুবা মচেনা লৈরগা শিংগে

হায়রকপা ইবেথোইনসু মচা থেম্নবা- শিংঙু শিংঙু হায়রুবদুদা লান্ন খনখিবা ওইরম্বা তারে খল্লে।

কুল্লনা করি তৌসিগে খল্লিঙৈদা ইবেথোইনা- হো ইচে, মার্বল লৈবা লায়রি। ইতৈনা য়ুংলিবা শম্বল উয়ুংসি ফুকসি লাও। মচা কৌর কৌরদুনা শম্বল ফুকপা হৌখ্রে। মতৈনা লান্না লৌরুবা, ইচম চমজবা মনাওনুপীগী মবুক ওইরম্বদুদা মতৈদু দারিদা ফম্লগা ইবেথোই য়েংদুনা লৈখ্রে। বোচা ননাও য়েনখাদা মার্বল শান্নরি।

------:::::------

# তৌরমদ্রবা বর বার্তন

নুংশিতোন্বী অহিংদু তুন্বা য়াখিদে। ঙাইহাক লৈতে- য়াওল্লি, য়েত্তা অমুক অমুক্কা ওইদা। খল্লি ৱাখল মওং মওং, সুম খন্থ-খন্থরুরগা ৱাখল চপ লেপই, মমীৎ মনা ইথক থকই খনফম খঙদে, মস্মি। ঐনা তৌরিবসি করিনো মথন্তা তোয়না হংজে। অনিংবসি ফোঙদোক হায়দোক্লগা ময়েং তাই হায়নৈ, কনাদা হায়রুনি, কনাগা তান্নগনি, তান্নবা য়াবা ৱাকমসু নত্তে, মথন্ত মুরুম মুকম শোল্লি। থংনবা কাদগী য়ৈরকই ঘড়িনা-কাং। লেপখ্রগদবগুম খল্লুই অমুকসু - কাং। করম্নো পুং অনী তাখ্রেদনা, ঐদি তুমদ্রি। মানা ঐবু নংহৌররোই মতাগুম পরপ পরপ তকশিল্লকখি, ঈপাল থাগী ঈশিংনা অশোনবা পলদা থেংলবদু ঙায়খি, ঐ খাঙবা ঙমখিদে ইপঙ পঙনা থৱাই হকচাং য়াওনা নুংশি খুদোল তমখি। মানসু হরাও হরাও লৌখ্রে মানা করি খুদোল পীরম্বনো ঐদি খঙদ্রি; ইশাদা কাওদ্রি, মরোল থোক্তবা থম্মোয়নদি খঙলমগনি হায়দোক্তবগী ৱানি। থম্মোয়না হায়দোকপা ঙমদ্রবসু খুদোন্দু উখোকরক্লবদি কমদৌবা- ঐ লৈশাবীনিকো। খন্থহৌদেদা। তৌবগীদি মা ৱাদি ৱাশক্লম্মীকো। ফরে, ঐদনা লাল্লব্রা ? নত্তেদা মাদি খন্থবা য়াদ্রা, মা ঐ লানমিন্নরিবনি। অসুম্না খল্লিঙৈদা অহিংগী অথেংবা লোইখ্রে, য়াহৌঙনবা উচেক মচাশিং চাকতাফমগী লাঙনরক্লে। নুংশিতোন্বীসু থম্মোয়নুংদা নুংশি মৈচাক পুনা পুনা অয়ুক্কী শিন্থা পায়খরে।

নোংমা নোংমা হৌখি। ঙসি থা অহুম ফারে। কমদৌদৌরি

নুংশিতোম্বী। তুম্বা য়াদনা লেল্লকপা অহিং মশিং য়াল্লক্লে। মৈচাক্তি নোংমা নোংমগী হেল্লক্লি। মচাগী মতৌদা মমা ইবেম্মা লোইদাং পাখৎলকই- করিনো ইচানা তৌরিবা অসিবু। হায়য়ুসু য়াদে- লাইনরা, তিন্নরা ? কুঠি য়েংই, লাই তিন খুরমই। ফত্তে। মসিনা অসুম মফৎত্রবদি কমদৌতারি। মচাগী ফিবম, চেৎনা মুন্না য়েংশনবা হৌরমই। নুপী মশেল ৱাতান্নবা মনুং য়ৌই। মখোয় মশেন্দি থোইনসু কোইনদে, মাইবী মায়য়োক্লবী ওইনৈ অঙাং উনৈ সেবা তৌনৈ, আ ফাওবা, খোংহাম-খৃৎহামদা মমা মচা লেপনৈ। হৌজিক্তি খঙলে লোইদাং মচাগী ফিবম কায়রকপগী মরম।

মচাবু লাকচখিবা নুপাদু খল্লুরগা থম্মোয়দা তক্সি শোল্লি। মচাবু হন্না হন্না চৈবী, নত্তবা ৱা কয়া ঙাঙবী, নোংমসু চৈ পায়দুনা মচাবু হাৎলগে তান্নে, তান্নরিবা মচানা চেনগেদি হায়দনা ওনসিন্দুনা মমাগী মখাং কোন্দুনা কপই- ৱাংনা থাঙ্গৎলুরবা চৈ তাখিবা খঙহৌদে, মচাবু কোন্দুনা কপমিন্নে। অসিরা মমানা মচাবু নুংশিবা? পুন্নমকসি মমা মচাদগী অৱাবনি। নৈকাই খঙহনবসু য়াবা নত্তে। মীনা উশিত্তে থৌওইদে হায়দুনা মপা তাহনবসু য়ারিব্রা ? অমরোমদা মমা মচা অসুম লেনখোকপসু য়াবা নৎত্রি; নোংমদি শোয়দনা অতাক অখোনংক্লনি, অদুনা মৈচাকসি মমা মচাদা পুংজা খুদিং হেনগৎলকই। লাইনাসি অখুক নুংখিন্দদি খর শাফৈ, অহিং-অহিংদদি লাই ওল্লি। মসিবু নিপানা খঙবা মৈচাক্লা? খাঙবা তাই নোংদম ঙাইবা তাউ তৌজকবা কম্মগী ফল।

নুংশিতোম্বী তত্তনা পাওজেঞ্জে মমানবীশিংদা মোহোন্দু অমুত্তং উনবা। লাকপা কৌবা নৈত্রে। ওম্থোকপা পুকচেল হায়বদুদি নুপা ওইবশিংসি, মখোয়গী ওইজরগতা হরাওবা, মখোয়গী চিরোলবু থাজরুবা নুপী ওইবীগী পুন্সিবু শান্নপোৎকুন মখনাবা, ঐগুম্বা থম্মোয় শোনবী কয়া কয়া মখোয়গী লাংদা থুদুনা পুন্সি কয়া অমা পীরোইনবা য়াওরমগনিকো, মসিনি নুংশিতোম্বীদা চাক্লিবা অনুতাপ। ঐ কৈদৌসিগে, শিবনা ফরগদ্রা মথন্তা মাগী থম্মোয়দা ৱাহং ১০০/১০০ হংলকই। কনানা পীগনি পাওখুম মশানা পীজবা নত্তনা।

নোংমা তাখি পাও অমা- মোহোন লুহোংগদবা হুমনিতা ঙায়রে। নুংশি তোম্বীদু ঈরাক্লরিঙৈদা ঈরৈ থুংঙরে। খনফম খঙদে করিনো হৌজিক

তৌগদবা মমিৎ মনা চপ যুংই, ৱাহৈ অমা ফাওবা ঙাঙবা ঙমদে ফুনগৎলি। নহাল মখৈদি ৱাখল্লা তুম্বা য়াদবতনি, কোক্কা মোনগা তাইনবদি য়ারমই। ঙসি অহিংদি হিপ্পা চঙদে, ফমুংদা অমুক ফম, যুময়াইদা অমুক চৎ, ফক্লাংদা মমায় উপশিন্দুনা অমুক কপই। সংসারসিদা মাগী পোত্থাফম লৈতে পুম্নমক য়েংথিনবা ঙাক্তা ওইখ্রে। মমা মপা মবুং মৌপ্পা পুম্নমক ইশি শিনা তুন্নি মানা করিগী অসুক থেংলবা অহিং ফাওবা তুমদনা অৱা- মৈচাক খাঙলি। নুংশি মৈচাক হায়বদু অসিরা ? নত্তে, মসিদি নিংঙমলক্তবগী,কাইরকপগী মৈচাক্নি। মথন্তা মুরুম মুরুম শেল্লি। ঐগী খন্থহৌদবা মীকুপ অমনা পুন্সিসি খাংঙুথক্তা পিখম্লনা লেনবা তাখ্রবা। ঐসি নোক্লা চাউবা সমাজসিদা হিংদুনা লৈবা ঙমখিগদ্রা? অদুদি ঐ শিবা তারবরা ? ফরে, মীওইপোক্নি নোংমদি শোয়দনা শিগনি অদুদা ঐদা নত্তনা মরাল লৈজদ্রিবা মাসু শিবা। মমৈথংদা থৌনা অমা লাকই নুংশিতোম্বীদা।

হয়েং মোহোনগী লুহোংবা নুমিৎনি। নুংথিলগী পুং অনী মখায় তাবা মতমদা নুংশিতোম্বী মথন্ত মোহোনগী যুম হং হংদুনা লাকই। খঙলে, থেংনরে থিরকইবা যুমদু, উরে মাঙদা ইবং লংনা ৱাং চাউনা লেপ্লিবদু। তশেংবনি মোহোন খোয়গী ইমুংসি য়াইমরক ওইনা মচিঞ্জাক চাঙবা শেল থুম পায়খৎলকপগী হৌনবী তাখৎলপ পানবা লৈকাইনদি কয়া নুংশিদবা ইমুংনি। ইমুংসিদা খ্বাইদগী হেন্না তমথিরিবা মীসি অতৈ কনা নত্তে- মোহোনগী মমানি। মমাসিগী অশেংবা মমিং মীয়াম্না খঙনদে। যুমসি মানা শুপই হায়দুনা 'অশুপ্পী' হায়দুনা মিংথোল ফঙলকপা কুইরে।

থম্মোয়গী মৈচাক, হকচাংগী ওইরক্লিবা ফিবম অদুনা নুংশিতোম্বীদা থৌনা অমা হাপলকই। নুপীনি হায়দে মফম তাঙ্গানা য়ারক্লদুনা লাকপা থৌনাদি নুপা মরায় অমদগী হেল্লি। লিন অমোম মমৈ খোঙনা নেৎলগা মরু লুক্লা লৈয়ু য়াদবগুম নুংশিতোম্বী অসুম তৌনি থাজরুদে। যুমদুদা অপনবা লৈতনা চংলকই। মোহোন লৈরমদে। অশুপ্পীগা থেংনৈ। মমানি খঙলকই। অহানবদা নুপী ওইবীগী হৌনবী ইকাই হঙ্গৈই য়াম্না নোল্লুক্লা অশুপ্পীগা ৱারী শানৈ। মথংদা নুংশিতোম্বীনা নুংগী ওইবা ৱাফম কয়াদু পুথোক্লুনা ৱারী শাবা হেক হৌগৎলকপদা অশুপ্পীনা অকাইবা লাক্কদৌরে খঙলদুনা মাগী হৌনবী তুহৎপীবা

হৌরকই —

- হে তৌঙম্বী; নুপা ফাবী, নঙবু লৈশাবীনিকো, নুপা কয়াদি হান্না ফারুরে। ঙসিনা ইচা ফাগদবগী লাক্লিবা। চৎখ্রো, নত্রবদি নশমকা অমত্তা য়াওদনা হনবা তাবনি।
- ব্রাহৈ সিমতংদি তাবিখো। নচা মোহনগা অমুক্তং উনহনবীয়ু। থবকসি ইমাগা মরি লৈনখিবা নতে, নচানুপাগা লৈনখিবা থবক্নি। পুম্নমক মাগী খুৎশেম্মী মাগী মরল ঙাক্লি।

অশুম্বীদু শাওবা হেনগৎলকই। কোরিমুক ঙাংলবা মিৎ অনীদু মিৎফমদগী চোংথোক্লক্লগা পীশুমদা লেপ্লগুম তৌই, খানা য়েংই। মাগী মিৎয়েংদু তূই হৌদোং ফাওবা চেনগদবা মাল্লি, ঙাংথোক্লক্লিবা ব্রাঙাংদুসু ঙংবা অমা য়াওরি।

- করি মোহোন উনগে হায়বা। নঙ শিগদবা ঙাইহাক্তা ঙাইরবনি। তুমিন লৈয়ু ব্রা য়াম্না ঙাঙগনু মী তাখ্রগা হেন্না কায়বা লাক্কনি।

মশা লাক্কুনা ইমুংদা চিংশিনখি, মচিনসু লেপ্তে- নঙ ইমুংদা থবক তৌগে।

হয়েং লুহোংগদবগী লাং খোৎলিবা মীশিং- কা শেল্লিবা, মৈ শেল্লীবা, য়েনখা লুকথা শেংলিবা পুম্নমক চুম্না মচা মশু ব্রারক ব্রাতেল্লীবগুম খনখি, লাওনবসু তায় অদুবু থোইনা খোয়চঙনা তারু- য়েংলুবা তৌখিদে। লৈকাইগী অঙাং করিসু খঙজদবা চোং-ফন্দুনা শান্নজরম্বা খর অশুম্বীগী মায়থোং, শব্দ, মমিৎ অমদি নুংশিতোম্বীবু মশা লাক্কুনা কাদা পুশনখিবা উহৌবশিংদু শ্বর হোন্দনা ময়ুম ময়ুমদা চেনখ্রে অদুগা মমা মপাদা পাওদু নুংশা শ্বব থবেৎ থবেৎ তম্মী-নুপীদু হাৎপীরম্লনি, ফুবীরম্লনিবু, মমা, বাবা, ইচে, ইনে। অমুক্তা য়েংবীরু।

অঙাংদি মীনমদে। ফিশাশঙদা, ইমুং মাঙ্গোন্দা লৈরম্বা নুপী, পোৎয়েং চয়েং পীবগী লাকপা নুপী, পোৎলম চৈরম লাঙবগী লাকপা নুপী পুম্নমক তিল্লরে অশুম্বীগী মাঙ্গোন্দা। অশুম্বী হান্নদগী মশোং কাঙবা নুপীনিনা মাবু কনানসু নুংশিদে। মাগী অচেংবা য়েংদুনা অমুক্তং মমু য়ৈথেক্কে খনবা মৌ চিনগনবী খরসু য়াওররে। পাও তানরগা লাকপনিনা অমগা অমগা মিৎচি খৎনৈ, ভাব তানৈ। তাঞ্জাশিদা কা মনুংদা অব্রাই- অখুম খৎন- চৈনবগী খোঞ্জেল তারকই।

লাক্লিবা মৌশিংদু ইখঙ খঙনবনিনা ইচে, ইনে হায়না কৌ কৌদুনা কা মনুংদা গ্রোঙ গ্রোঙ ইকোই কোইদনা চংশন্নরকই। কাদুদা লৈরন্নীবা নুংশিতোম্বীগী ফিবম পুক্লিং নুংশিনিংঙাইনি। কাওনবদা চেল্লবা পোন্নুংগী য়েন মরিলনা চেল্লরোই খাংবগুম মরু লুক্না মশম মনা ইফা ফানা লৈমাইদা হিকথনা লৈরম্মী। চঙলক্লিবাশিংদু নুংশিতোম্বী কনানো, কদাইদগী লাকপনো করি হায়নবগী খৎনবিবনো অখঙবা অমত্তা য়াওদে। ময়াম্মা হংঙুরে অশুপ্পীনা তাকওইদবগী শুপ্পমনি। নুংশিতোম্বীনা খজিক কাংথোক্লকপদা অশুপ্পীনা চৈহৎপী ধমকা তৌবী। চিনাগনবী মৌ নহা অমনা নুপীমচাদুগী ব্রা তাসি হায়রুবদা, হায়রুবা মীদুদা অশুপ্পীনা ওনসিন্দুনা চাগদৌবগুম য়েংলগা হায়রকই- ময়ামগী দরকার লৈতে। য়ুমশি ময়াম পানবীহৌরগেরা? অসুম্না চিন্দা পাওদানদুনা খৎনখৎলকই। মী ফনা য়ামখৎলক্লে। নিপা কাংবুসু খঙনিংদুনা তিনবা হৌরক্লে। নুপী ময়ামদু অমুক্তোইবা য়ৌ-য়া, য়ৌ-য়া পুমনিল নিলখরে। কৈথেলদা নুপী খৎনবগুম্মে, অমনা ঙাঙবা অমনা তানরক্লে।

নুমিৎসি থেংজল্লক্লে, বর বার্তন লাকপা মতম ওইরক্লে। হায়না--হায়না অহল অমা অঙাংগা য়ৌরক্লে। লাঙনরিবা অদুদা ইঙক ঙকই। হংফম লাকফম খঙদে। অহলদু অঙাংদুগা তৌফম লাকফম খঙদনা চুবি তাফমদা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈরি। অরাকপা নুপী অঙাংশিংদু ইমুংদা পংচংদা চংখি। থোক্লকপা য়াওদে, লাওনবদি তায়। অহন্দু তৌফম খঙদে অদুম লেপ্পু না লৈ। ঙাইহাক লৈরে। মীয়াই চল্লবা নুপা অমনা বর বার্তণ লাক্লিবদুগী ফিদা অমা খাবমই, মাসু হোয় মাই অমত্তা হায়রমদে। য়ুবী অমা কোল্লি, ফি য়েংপা ছুরি অমা পায়রগা থোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্লে। খলহৌই, অরাংফম ওইবা তায়।

নুপী খৎনবদা নুপানা চংঙু লাকউবা য়াবা নত্তে, চোপকেদর্নি। নিপা খর য়াওরম্বদু য়েংবা পেল্লমাল্লে হন্দোক্লরক্লে। তাঞ্জা অসিদা কনানা তাকউবনো খঙদে, ইনে চাওবীমা লৈকাইগী মৈরা পায়বী সেক্রেটরি থুংঙবে। চাওবীমা চাও শাংই কুচু মুই, মবুক তপ্পী, চিং লেম্মী, লাংলম্মীবা ময়ামদু মা লাকপদগী তুমিন তুমিন ব্রা তাগদবগী নেমথনরক্লে।

চাওবীমানা অশুপ্পীগী ব্রা ঙাইহাক তারবা মতুংদা তপ্পা হায়রকই- ময়ামসু তাবীয়ু হৌজিক ইবেম্মা নুংশিতোম্বীগী ব্রা খরসু তাসি, ব্রাহং

পাওখুম খরসু চথ্খসি। নুংশিতোম্বী কৌরগা —

- ইবেম্মা নঙনা লাকপনা করিগী? ইচাগী অপাম্বদু করিনো, হায়য়ু ইমাদা?

নুংশিতোম্বী পোলোইদি খঙদবা লাংদা থুরবা উচেক্লা লাংদগী লৌথোকপদা হরাওজবগুম য়াম্না তপ্না খোঞ্জেল নিক্লা নিক্লা হায়রকই —

- লাকচরিবসিনা মোহোন উনজগে লাকচবনি। ঐগী অপাম্বনা মানা ঐবু করম থম্বীগদৌরিবগে খঙজনিংবনি।
- লৈশাবী নঙনা হয়েং লুহোংগদৌরিবা বর বার্ত্তণনা ঙাইরবা নুপা অসিবু করিগী উননিংলিবনো? নহাল মখৈদি কৈদৌদনা লৈ। নঙসি মীগী কর্ম থুগাইবা ঙম্বী ওক্তবী ওইজবা থিবী লৈশাবীনি হায়রোইদৌবগী মরম লৈব্রা? নঙ লৈশাবী তৌঙম্বীরা?
- নিপাদি ঙাঙথোকখিবা ৱা ঙাক্কদবনি। নুপী নহাদা নমজা নমথেক্লনা ঙম্মী মতাগুম তৌবসি ঐদি পামজদে। নুপাগী কর্মবুনা থুগাইবীগনু মহায়বা নুপীগী কর্ম কায়বদনা করিসু নাচুংদবা সমাজ অসি ঐদি য়াজনিংদে। নুপী ওইবীগী মপোক্তা কৈন্যা অমুক্তং ওইবা হায়বসি পামজদবা কনা লৈরমগদগে ? মমা মপা ওইবা ফাওবা মচাগী কৈন্যা দান ফঙনিংবা ঙাক্লি। ঐগী অদুগুম্বা কৈন্যা ওইগদবদু মোহোন্না থুগাইবীবদা নত্তনা ঐবু পোকপা ইপা-ইমা ফাওবা নরক্কী কোমদা লংথবিরিবসি ঐগী কর্ম থুগাইবীবা নত্রা অমুক্তা খন্থবীয়ু।

চাওবীমা ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা মখা তারকই —

- ইচাগী ৱাসি চুম্মী। তিনবিরিবা খিবিকসু তাবীয়ু ঐখোয় ইচা নিঙোল পোকপা মশেন্নি। ইচা ইচাদা থোক্লবসু ঐখোয় নুংঙাইরোই। ফরে, ইবেম্মা মোহোন্না নঙবু লৌশিনবীদ্রবদি নঙগী অরেপ্পা করিনো ?
- ঐগী ঈশ্বরমক্লা খঞ্জরিবা ইবুংঙো মানা লৌশিনবীদ্রবদি, নিজরিবা বর পীদে হায়দুনা ঈশ্বরদা হঙ্গৎনা ৱাকৎচবা ইতিক নত্তে? ঐ মফমসিদা শিবা তাবনি, অরেপ্পা ৱাখলসিগা লোইননা য়ুমদগী থোকচরক্লবনি।
- হৌজিক ইবেম্মা নমান্নবী অমা চংহাৎ হাৎপা, লুহোংবা কায়বা তাবনি, মদু নুংশিতোম্বী নঙনা ধর্ম্ম অমা য়েংদুনা নমান্নবীশি কনবীরম্মু।

- ঐবুনা মাঙ্গু, মাবুনা কল্লু হায়বা। পুম্নমকসি মোহোনগী ৱাহৈনা থোকহল্লিবা ঙাক্লি। ঐনা মা লৈশাবী অমগা লুহোংগনি থাজখিদে। হয়েং লুহোংগদৌরিবা কৈন্যা অদুদশু ঐগী ৱাশি মানা তাহল্লম্মোই। কৈন্যাদুনশু মাগী মরমদা থিজিললম্লোই। মখা তাখিদ্রে কপ্তুনা লৈখ্রে।

চাওবীনা মখা তারকই —

- ফরে। ঐনা খনবদা থৌদোকসি মোহোন অমদি অশুপ্পীনা খরা কায়রমগদবা মাল্লে। (অশুপ্পীরোমদা ওনশিল্লগা) অশুপ্পী লুহোংদ্রিঙৈদা নচা নুপাগা ৱা তান্নহৌদবরা ? হৌজিক ৱাফমসি নচানুপাগী ৱা তাখিসি হায়বরা নত্রগা নঙনা শুপ্পগে হায়বরা । ঐবু হায়জৌ হায়রবদি নঙগী নচা নুপাসি অফবা ওইরক্লোই, কমিসন য়ৌখ্রবদি য়াম্না পাকথোক চাওথোক্লক্কনি। অদুগা হয়েং লুহোংবা লুহোংদবা হায়বদুদি ঐখোয়গী ইথৌ ওইদ্রে।

ময়াম পুম্নমক চাওবীমাগী বিচার তাবদা খুবাক খুনরকই। মতাংসিদা নুংশিতোম্বী হৌগত্তুনা মকোক খুল্লগা অশুপ্পীগী মখোং শোক্লা মাবু লৌশিনবীয়ু হায়দুনা কপখ্রে। অশুপ্পীগী কাংলম্বা মশোঙ খর মখৈ হন্থবরা হায়ববু হন্থবা উদে, অদুবু ৱাদি মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙখিদ্রে। ময়ামসু মরি মরি কাদুদগী মপান থোক্লরক্লে।

বর বার্ত্তণ লাকপা খুরাদুসু ময়াম থোক্লরকপা অদুদা অঙাংদুগা লোয়ননা হৌগৎলকই। চৎলগে খল্লমাল্লে খোংকাপ মঙা/তরা থাংদোকপা হৌরকপদা —

অশুপ্পীনা চেম্থোরক্তুনা হায়জরকই-

- তাদ বর বার্ত্তন তৌবিগনি হায়দুনা লেঙবীরক্লগা তৌবীরমদ্রিবা করিনো ? তৌবীরমউ।

থোক্লক্লিবা ময়াম পুম্নমক মওং অমনি খন্দুনা ৱা তাগদবগী অমুক চপ চপ লেপনৈ, অহন্দুনা মখা তারকই —

- ইবেম্মা, বার্ত্তণসি কৎচবদা ঐবু ...।
- কৈন্যাগী ইমুংনা বার্ত্তণ তৌবীরু থারক্লগা তৌবীরমদনা হনবীগচৌরিবা অসিবু করিগীনো ?

- হোয়, অচুম্বনি ঐ ইশানা বার্ত্তণ তৌজগে লাকচরবনি অদুদা তৌনরম্লি অসিদা।
- মদু ঐখোয়গী ইথৌনি তৌবীরম্মু তৌবীরম্মু। তৌবীদনা হনবীগনু, লুহোং কায়বা য়ারোই।
- ইবেম্মা পুম্নমক খঙজরে, অমুক লাক্লবসু লাকচগে। অসিমতংদি খঙবীয় কৈণ্যা ওইগদৌরিবা নুপীমচাদু ঐগীদি ইচানুপীনা হেক পোকচবা ইশুনি ব্রাফমসি ইশুগী ব্রা তাদবা য়াদ্রি। ঐগী ওইনদি লুহোংবসি পামজদ্রে।

অপনবা লৈতনা অঙাংদু মখুৎ শম্লগা পরপ পর থোঙ্গাললোমদা থোকখি। অঙাংনা হন্না হন্না অশুপ্পীদা য়েং, মখোঙনা শুপথা শুপথাং থাংলগা মপুগী মতুং ইনখি।

------::::::------

## লান্না উরুবা মৌ

উধব মহৌশাগী লাইনিং পরৈ চেৎচবা অমাং অশেং গৌড়িয়া ফজনা ঙাকচবা হৌজিক্কী মতমগদি চুনদ্রবা অহললি। নোংমগী মনুংদা য়াহৌরকপদগী তুল্লমদাই ফাওবদা শোল্লিবা লাইশোনসি য়ামখ্রে-পৃথি মাতা, সুর্য্য দেব, কালিমাই, হরে কৃষ্ণ, বৃন্দা দেবী, সন্ধ্যা গুরু, লাইনিংথৌ সনামহি, নিদ্রা দেবী, জয় গুরু দেব হায়রগা তুমগনি। লাইতনা য়োম্লবা, থবক থনা চংদ্রবা উধবনি। অসিদসু নত্তে, থাবল ফবা নোং চিং থাংদবা নুমিত্তদি অমুকসু পারি পুবি অপোকপা কৌদুনা থা-থৌৰানমিচাক খুরমগনি। উধবকী লাইবকসি লাই খুরম্বগা চন্দোন থিনবগা তোয়মন্দুনা মতেক খরদুদি পে থোক্লে। চন্দোন থিনবসি অহানবা লাইনিং হৌগৎলকপদদি লাইবক্তা খজিক্তেমক মথিল্লম্বনি, হৌজিক্তি মায়কৈ সলাই খঙলক্লে, কনাগী লেংজুম, পুকনোপ, নঙ্গল, লুশম মখুৎনা হাইবা লাম্বা ফংবা মখৈ থিলগৎলক্লে। মাগী গৌড়দা মথ্বায় যাওজবা উবদা মীযাম্না উধব গৌড় হায়বা মীংথোল অমসু পীবিরে। মপুরোইবনা তত্তনা হায়বদগী ইন্দোনদুসু হৌরক্লে- মশম তেনতক, ফনেক কৌরপ, খুদৈ মতেক অমা লেংজুমদা য়াল্লগা শেকৌ শেকৌ, কাফে কাফে চৎলগা তুলসিবুংদা তুবা কয়াদি পকচৈ। অসুম্না লাইনিং পরৈ চেৎখৎনরকপসিনা মমৌ অনীদুদি মখোয়গী লাইনিংনবা হোৎনবদা খুবৈ অমকা চখোকপা ফংদ্রে।

মচানিপা অহুমনি। অনী মৌ লৈখ্রে। মানা পামজবা ঙাক্তা

থোকই। মঙাই মশেল ধর্ম্ম তিন্নজৈ। উনবদা চপ মান্ননা পাকথমিন্নৈ। অহল ওইরবনিনা অনীমক খুকউ শৌরগা হৌগৎনরকই। ৱারী পাক হৌনদে, শ্বর শাংনা হোন্থনৈ, মমৈদা অমনা অমদা য়েংনরগা-আ: ইবাই/ইশেল অসুম্না কৌনরগা লম্তক লম্তক থেংখাং নাইনা ৱারী শানৈ। মপুং ওইবা ৱারীদি মাগী মাগী মমৌ থাগৎনবা, মখোয়না পামজদবা নুপীগী শাজৎ অসিদা থমই।

- ইশেল ঐনা জগত্তা পামজদবা অসি নুপীনা নুপীগী শাজৎ চত্তদুনা নুপা নুপী মান্নরবনি, নুপানা ঙস্বা থবক ঐখোয়সু ঙম্মী হায়দুনা মীমাঙ থোক্লুনা শান্নবা হেক য়াও, মশম মনা তেন্না কক্, মফি মরোল নুপাগী ফিজেৎ শেৎ, খুবোম খূরাং, ফৈগল-ফৈরু, পুকনোপ-পুরাং, থবাক-নুংবাক উত্তুনা মীমাঙ থোক্লকপসিমুক পামজদবা মরৈত্রে। নুপীনা শান্নবা হায়বসিদি তিংকম লাইকম নুপাবা নুপীরা খঙদবা খরতনা তৌবনি।
- হোয়নে, নুপীনবু কাংজৈ, বোক্সিং, জিম্নাষ্টিক কৈদৌবগী শান্নবা পাল্লিবনো খঙদে। মীমাঙদা উৎথোকনিংবা লৈবা জাৎলা। অসিননিকো ইবাই, হৌজিক লমহেন তুহেল ঙাংন-শরুবা য়াদবা অঙাং ঙাক্তা পোক্লক্লিবসি।
- খঙদ্রেদা ইশেল ,খরং লৈরবদি নিপানা তৌই হায়দুনা উসব নুংশোপকী চাক থোংবসু মখোয়না তৌরক্লনি, ইষ্টদেবগী সেবা আর্রাতিনচিংবা মখোয়না পায়শিল্লক্লে। করি অমুক হায়গনি নুপীনা মোইবুং খোংনরক্লে, পেনা খোংনরক্লে। করিনো।
- হোয়নে ইবাই, নুপীনা শান্নবা পাম্বদগী খোংগ্রাও শেৎলে, কোট লিৎলে। নুপীগী ফজরবা শম মাঙশল্লক্লে। তেন্না কক্লে, অঙাঙবা শংলে।
- হোয় হোয় ইশেল, ফিজেৎ চাকচাগী হায়রুরবদি নুপীনা ফনেক শেৎপদা ফিনুংগী ফিবাল লোনবা (পেতিকোত) খুমিৎথুম্না, ফনেক্লা খুবোমদা হাইহল্লগা ফিনুংফি উৎনরগা শেৎপসু চৎনরক্লি। ফজবা পোৎসি খজিক্তং উহৌরগা হেন্না পামনৈ হায়বসি মখোয় খঙজদে। ফনেক শেৎপসু মহৌশাগী ইমা ইবেলশিংনা শেৎপদি নাকন্দা য়েপখৎনৈ, হৌজিক্তি খোইদৌদা য়েপথনরে। ফুরিৎ ফনেক শমদবা কুইরেদা।

মথক্কীসি নোংমা ফাদোক অহল অনী থেংনবগী ৱারীনি।

উধবকী অহুমশুবা মচা অতোম্বসি ময়াম্বশিংদৌনা থোইনা লাই তিনগী ৱা ইরে লৈতে। খুড়া উধবনা মাগীদমক ৱাজে। করম্না যুম্বালহৌগনি। মহাক এম: এ: নি। মীরৈবাক্তা তম্মুবনি। থবক তৌদ্রি। হৌজিকপু এম: এ: না করি তৌনগদৌরিবা। ময়াম্বা অতৈদি মনা মেংই, হায়ন-তানবা য়াই, চুমদ্রিং চৎলি, মসিমদি ময়ামদগী খর পৈথনা চৎলি। চাককোন নাওকোনগদৌরিবা মচাগী থবক অমদি তৌহন্দবা য়াদে খন্দুনা লৌ লৌরাক অমা লৈজবদু যোনখ্রে। অরৈবা মৌগী সনা লুপা খরগা কায়থোক্লুনা লুপা লাক্ষ অনী শাগৎলে। মন্ত্রী খনবা চাওতোন্দা পীখ্রে। তংদু লৈতাদবা রাজনিতিনিনা মন্ত্রী ফম হোংদোক হোংজিন তৌরিঙৈদা থবক হাপ্পা নঙহৌদ্রে। মথংগী ইলেক্সন ঙাইবকপনি। তাঞ্জা হায়বসি লুখ্রে, হন্দকসু কাদ্রে চাওতোনগী মন্ত্রী। হাৎলুবা য়াদবদগী হৌজিক ফাওবা লাক্ষ অমগী শেন্দোয় পুবদা উধবকী মখ্বাং নোংমা নোংমগী শোকচিল্লক্লে।

পৈশা লৈরিমখৈ নুংশিনৈ, লৈবু লৈত্রবদি ইমুং মনুংগী ৱা লৈতে। শেন্দোয় ৱাহৌদগী মৌ অনীদু তিন্নবা য়াবক্লে ; তোঙান তোঙান চানরে। যুমকা হোংদোক্লগা চানবা জাৎ নত্তে, যুমজাওদুদগী খা-ৱাং হেক্তা তোপথনবনি। অত-তায় য়ৌরক্লবদি হৌজিক কালগী নুপীসি যুম্বানলোন্দদি নুপাদগী হেন্না খঙই। মাগী মাগী নুপাদা যুম্বানলোন লোলশিলরুরমাল্লে, নুপানা মঙক শুফাত্রিঙৈদা করবার চৎথনরম্মে। অমনা যু অমনা ঙ্গারগী খেফম। উনগী মথক্তা পাল্লম্না উধব মৈগী মথক্তা হিপলে। থাগী শেন্দোয় কবম হুর্নসিংগে খনবদা মাগী লাইশোন তিনশোন্দু গ্যান মেন তাদ্রে মহাজন লাক্লনি খনবদা মমিৎ মনাদু হৌদোংদগী নাম্থোক্লক্লবা উচিগুম ইথক থকৎনা খুরম্মে। মফম চানা চানা থিল্লম্না চন্দোন্দু হৌজিক্তি থোকউ থোকউবদা মখুৎনা পুংনমদা নম্লে। শেন্দোয়গী ৱাফমসি মচাশিংগা তান্নবদসু কান্নবা ফংদবনা খনবা মখৈ খল্লগা মাগী ইঙ্খোলদা হেক তারে। ইঙ্খোলসি উধবকী অৱাবসি য়েংহৈদ্রে খল্লমাল্লে অরাং থংগী মহাজনগী মনাক্তা চেনগদৌবগী শেম শাবা হৌরে।

নোংমা অহিং নোংয়াই চবুক লোম্ব মতমদা য়াম্না যাকপা খোঞ্জেন্না-

- খুড়া, খুড়া উধব (মমৈদা) উধব গৌর, উধব গৌর। তোইনা কৌরকই।

য়ান্না উশিত্তনা শকখঙদবা খরনা মপান্দা কৌরকপদু উধব মংওই হা-ওই তায়। খল্লি-চুম্মিদা অহল লমন্না হায়নবা শেন্দোয়দি অহিং নুংথিল তুমদে হায়বদু, নোংঙানবা নংদ্রমাল্লে, লাক্লে শেন্দোয় লৌবা, অসুন্না খল্লিঙৈদা অমুকসু-

- উধব, খুড়া উধব.....
  মনুংদগী উধব য়ান্না তন্না
- কনানো করি হায়বগে ?
- তাবু তারবদি থোঙ হাংদোক্কবসু য়ারে, কয়া কুইনা তুম্বা য়াবগে য়েংসি।
- (অমুকসু উধবনা) করি হায়বগে, করিনো ঐবু গ্যান তাদ্রিনে।
- নচানুপা অতোনবদুনা ঐখোয়গী ইচানুপী পুখ্রে। নোংঙানদ্রিঙৈদা থিল্লকউ। মখা তানগুমসি, ফজনসি , কায়বা হৌরক্লবদি তোইননি, উফুল ওন্দ্রিঙৈদা খম্থবীয়ু। কান্নদে নোংঙান্দ্রিঙৈদা হায়রিবসিনি, হায়র-হায়রগা থোঙ্গাললোমদা থোকখি।

উধব মমিৎ মনা খঙশিং শিংই। শেন্দোয়দগী হেন্না কনবা অমা লাক্লে। চেক্তা চেকশিল্লক্লবদি কনাগা তান্নরুনি, ময়াম্বা অনী তান্নরে, মনাওগী মরি মখোং থিরুরে। চুল্লল্লে, অনীমক পুরক্লে। থিল্লুনবা শেম শারে।

নুপীনা তৌগে খন্না থৱাই য়াওনা হোৎনরবদা ঙমদবা করি লৈ। অহিংদুদা মমৌ অনীনা মৌ থিল্লুনবা পুল্লাং লাংলে-চান থক্লবা, লড়ু-বেড়া, সেম কমলা, লফোই, খজুর পৈরে। মমৌ অনীনা থৱাই য়াওনা লাঙলিবগী মরমদি - মনাওনুপী লাক্লবদি মকুগী সেবা মৈশা লাংলরোই, মীনশু নোক্লররোই, অমরোমদনা শেন্দোয়গী মৈশা খর-খর লাংলম্বদুশু লাংলরোই অসিনি মবুক মবুক্তা খল্লিবা। অহিংদুদা হায়রম্বা ৱাগী তুংইন্না মৌ থিল্লুরে।

চৎনবীনি; নোং ঙাল্লগা পাওহনবা চৎপা। উধব মাগী মরুপ কালা, চাওবা মখোয় অহুমসি পাওহনবা চৎলি। শুমাং য়ৌরকপদগী উধবতু খংতন তনথবা ফাওই- মানা পামজবদি ধৰ্ম্ম তিন্নবা, লাইনিং লাইশোন মান্নবা পামজবনি; অদুবু ওন্ন-তৈনরে হায়বসি তুলসি থারমদবদগী খঙলে, মৈতৈ ধৰ্ম চৎপনি, অমরোমদনা নুপী মপাদু উধবকী লাইবক্কী চন্দন উবদা তিনবী হৌরে। হন্দক্কীসিদি

নুংশিনদৌরি।

মাঙ্গোন্দা নুপী মপা, মখুরা, মাগী মাম্মশিং ইকোই কোইনা ফম্লি। উধব ঙসিদি নোঙ্ঝবা তাবনি খন্দুনা নহা অহল খাক্তনা লৈরম্বা পুম্নমক খুরমজে। ধর্ম তিন্নদবনা মঙাই মশেন্দু অমনা অমবু থোইনা থৌশানবা উদে। অনীগী মবুক খঙলবা কালানা ব্রা হৌদোক্লকই-

- ননাই ঐখোয়গী ইচানা পামজদুনা সোমগী ইচানুপীদু পুদুনা লাক্লে। নিংববুদি থুংলল্লরোই, অদুবু পুম্নমক ঙাকপীরগা লুহোংবীয়ু খুরুমজগে লাকচবনি। উধবতা ওনশিল্লগা - মরুপ ভক্তি অমুক্তা।

উধবনা ঐখোয়না কায়খিবা খিবিক ঙাকপীয়ু খুরমই। নুপী মপাদু থৌ-ব্রা ইশা শাদে খুরম্বদুদি তঙাই ফদনা ওকই। মাগী মাগী ধর্ম্মদা তোংনদুনা অচাওরম কান্নবা মাল্লি; ব্রারীদি অদুম মশান্নে। পাওহনবা লাকপা চিনফেল ফবা কালাদু হূই লৈবা ইমুংদা হূই পুবগা কোইরকপগা চপ মান্নখ্রে থৌজনবা য়াদবতা মঙাইরে।

ব্রারী শমজীন্নে। ব্রাকোই ঙাংনদে। নুপী মপানা শাওনা নমহাই ওইনা হায়রকই-

- লুহোংবা পাম্লা ?
- হোংবীয়ু হায়জরির্বনি।
- কর্রি নুমিৎ পামই ?
- ইযাদা য়াই ঐখোয়দি।
- অদুদি চৎলো, কয়াম লৈ হায়দুনা ঐঙোন্দা শীংনবদৌনা, হয়েং হেক্তা হোংগনি।

কালানা মরুপা উধব, হোংসি হায়বিরো। য়ারিঙৈদা ভক্তি অমুক্তগা তৌবীয়ু হায়রিঙৈদা নুপী মপাদুদি হৌগৎখ্রগা যেনখাদা মচাশিংগা থাং-নুং থুনা পুথোরকউ লাওনৈ। নুপী অঙাংশিংনা খুৎশু খুলাই গ্রোং গ্রোং থিবগী খোঞ্জেল তায়।

মফম মরাং ইখঙ খঙদনা তহা তহা থাং-নুং পুংথিদা থিনরকপদুদা পাওহনবা লাকপা অহল অহুমদু ব্রা ঙাংনদে, ফুক ফুক হৌগৎনৈ।

চৎননবা শেম শানে। ভক্তি তৌনবা মীশু মনাক্তা অমত্তা লৈরমদ্রে অদুনা থুখ্রে মানা মানা থোকপা খোংঙুপ খুৎলৈ থুনা উপশন্নরগা ফৈজোম শেমজিন খোমজিন থোক্লরকই। লৈরক মচিন যৌরকপদা শ্বর চনিং খজিক তাই, খোংথাংদি হন্দ্রি খরা অদুম মথুরি। মবুক মবুক্তা খন্নরিবা অদুদি চপ মমান্নে, চিনদি থোক্লদে, অকিবসু, মালহন্দে। কালানা হন্না য়েংঙুববু নুপী মপাদুদি মচাশিংগা লোয়ননা শুমাংদা উখুল তৌবা উই। কালা হৌজিক্তি গ্যান তারে। মপাদু মরে তৎপদা নত্তনা ফিংবা অমসু য়াওবা জাৎনি। মানা হন্না য়েংলিঙৈদা উধব অমদি চংগীদমক পুরকপা চাওবা ফনা শাংনা চৎলম্লে। কালানা-

- মরুপ মাধব ঙাইখো। অনীদু খঙলেপ লেপই। ব্রারী পুন্নমক তম্লে; অহুমমক্ নে তামিন্নরে। উধবনা উম: ঐগী ঙাই ওইনগদৌরিবা মৈতৈসি খরদি ফিংবা জাৎনি, য়াম্না ফত্তবদি মান্দে, ঙরাংগী থোঙ খুথিন্দু নিঙশিঙলকই।

হল্লকপা লম্বীদু কালা চাওবগীদি ঙান্না উই। উধবকীদি তৌগদৌবিবা থবক, চংগদৌরিবা পৈশা ময়ামদু খল্লুবদা মমিত্তু সরাম শিনখরে চৎপদা মঙম ইশান শান্দে। য়ুম যৌরে, পাও পুন্নমক তম্লে। হয়েং লুহোংবা য়াখোক্লমলে তাবদা, ময়াম পুন্নমক করমনো-করমনো খন্নে। উধব মচা অনীগা নমৌশিংগা ব্রা তান্নে। পুন্নমক উপায় লৈতে খুম্লে। অত-তাই ওইরে উধব, লাংদবদি য়াদবনিনা লাংলে।

লুহোংলে, মচাদি হরাওরমগনি। শেলগী থোইনা খল্লম্মোই। মপা উধবতি মৈগী মথক্তা হিপ্লে। মপা মপুনা থল্লম্বা লৌ যোল্লে; ইঙ্খোল বঙ্কান চৎলে কয়াদা থম্মোই কায়খ্রবা। অহিংদু তুম্বা য়াদে, নোং ঙান্দ্রিঙৈদা হৌগৎলি, থোঙ্গান্দা ফমই, মথন্তা মওন মওন খল্লি, করম্না য়ুন্বালগনি। ব্রাখন্না মশাদু খোঙদগী তোন ফাওবা শজিং হৌই। য়ুমদা চঙহৌবনা ফরগদৌ মাল্লে খন্দুনা খোংথাং মঙা তরা থাংবা হৌরকপদা শুমাং মতোন্দগী দারি ফাওবা শা যন চেনবদৌনা মুর্ত্তি অমা কোইচেন চেনবা উই। উধব মতু চুংই মমিৎ কুপ্তে, উরিবদুসু চেনবা চোংবা লেপ্তে। হঙ্গৎ হন্দা থুখ্রপোৎনি। অহন্নি হায়দে উধবকী কিবসু শরুক অনী হেনগৎলকই। খঙহৌদনা চোংলম্বদু মাংখিরমই। অকিবনা মাগী কয়াৎ পুন্নমক থক থক নীক্লক্লনা লৈমায়দা হাইথখি।

অয়ুক অঙনবদা ৱাকিং চৎপা পাখঙ মচাশিংনা থোঙাঙ্গন্দা উধব তুদুনা লৈবা উরুরমাল্লে, ইমুংদা পুশল্লক্কুনা মচা মমৌশিংদা শিন্নরমই। মচা মমৌশিংনা মপাবু সেবা তৌজৈ খুয়া লুখুম য়োমজৈ। ঙরাংতা লুহোংলকপা যামীনী, মকু মতৈ কোয়জৈ, থাপুক্লা ময়ামগী ফিদা নুংদা চা-নুং সেবা লাংজৈ । লৈতে মপাবু লায়য়েংদবা য়াত্রা, হোয়নি মায়নি খঙদ্রবা অনাববু মাইবা কৌদবা হৌনব্রা। মাইবা মখল শুরে। মায় পাক্লীংবা মাইবা অমনা মন্ত্র শোল্লি, অমনা লাই খুরমই, অমনা হিদাক পীথকই। মানা মানা খঙজবা পুন্নমক তৌরি। পুং অনীরোমগী মতুংদা উধব গ্যান খরা খবা তারকই। মাইবা পুন্নমক ঐননি ঐননি য়েৎনরিঙৈদা উধবনা ঙসাই গ্যান মাঙলমদাইদা উখিবদু তন্নকই। ময়াম পুন্নমক ইঙক ঙকনৈ। ৱারীদুদা কিনবা অমসু ফাওরকই। লাই খূরম্বা মাইবনা নোং ঙাল্লমদাই যোগিনি ওক্লবনি হায়। মানা মানা থোকপা ঙাংনরিঙৈদা, উধবকী ৱারীদু ঙরাংতা লুহোংলকপা যামীনি তাহৌরমাল্লে, মকোক খুমতক লৌথুপ লৌকোই লৈতনা ইচম চম্না নোকমী নোকমী হাযরকই- পাবুং যৌগীনি ওইরম্মোই ঐদুম ওইরমগনি। ঐ শান্নরোই অমনি, ঙসি অয়ুক অঙনবদা ঐ লমমিৎ তুমিৎ খঙদ্রিবনা চেনফম খঙদদুনা পাবুংনা উরিবা জগাদুদা ঐগী শাজেন শান্নজবমই। শাজেল লোইদ্রিঙৈদা মানা মীনা নোক্লরগনি হায়দুনা ইখুৎ পাযদুনা ইমুংদা চিংশিনখিবা অদুদুম ওইরমগদবা মাল্লে-হায়রম্লগা ইমুংদা চংখ্রে।

মীযাম পুন্নমক হরাওনৈ, উধবকী মমৌ যামিনী অফাওবা শান্নরোইনি খঙনবকপদা। উধবতি কমদৌরি ধর্ম্মা তিন্নদবগী হু তরেৎ খাদুনা লৈরিঙৈদা অমুক্লা খ্বাইদগী পামজদবা শান্নরোই ওইরম্বদুদা নোংমাংখা মহি পিশনবগা চপ মান্নখ্রে, লৈয়েং ফাইখ্রে। হন্দক্তি লৈবাক মাইবা খুৎথাবে। হোষ্টপিতালদা পুখৎখ্রে। নৌনা লাকচবী মৌ অতোনবী মমায় ফিরুক খুমখ্রে।

হোস্পিতালদা অনাবনা কুইনা লৈশল্লক্লবদা কনানা মনাঙো মী লৈনিংগনি। নোংম নোংমগী চাননবা হোংনবদা খুবৈ অমা নাম্থোকচবা ঙমদ্রবা মৌ অনীদু মকুগী সেবা ৱাৎশিলক্লে। মনাওনুপী যামীনীদা নোংমা ফাদোক হায়গদবসু মপাবুংনা (মকুনা) যাদে, মখুৎ চাদে, অদুগীসু মথক্তা শান্নবা চৎপদা য়ু চৎপদা যুমদা ইরৈ লৈতে। শান্নরোই ওইজরবসু য়ুম্বাল্লোন ফজনা খঙবী নুপীনি

হায়বসি মচেম অনীদি খঙজে। যামিনী মপাবুং (মকু) না য়াদ্রবসু নোংমদি য়াবীরকখিনি ব্রাখন্দা নুংতিগী চান-থক্লবা কয়া অমা লাঙজে। যামিনিগী ব্রাখলদি মানা মানা পামজবা ঈশ্বর নিঙবদা কায়দে তোঙান তোঙানবা ধর্ম চংচরবসু মীনুংশিদি চপ মান্ননা লৈগদবনি, ধর্ম্মনা ইশাবু মীগী সেবাদগী নাম্থোকহনবদি পামদে হায়জে। অদুম ওইনমক যামীনীগী মপাওদি উধবনা ইম্থোকপীরম্বনা নোংমা ফাওবা মচেমশিংনা মকুদা তাহনবা লৈখিদে।

মতম কুইনা হোস্পিতালদা লৈরুরবা মতুংদা ঙসি উধব য়ুমদা হল্লকপা নুমিৎনি। শঙ্গোয়-নুঙ্গোই, য়ুম-কৈ নৌনা লোইনা শারম্বা উবদা উধব অঙকপা অমা পোকখ্রে। মচা অহলগী, য়াইমগী অমদি অতোম্বগী য়ুম পরেং শানা শারমই। মৌ অহল, য়াইমা অমদি যামীনি পুন্না থোঙ্গালদা ওক্লমই। উধব গ্যান তাদে অঙকপগা লোইননা মমৌশিংদা হংই- ইমৌশা, কমদৌনা তৌরল্লিবনো ঐখোয়গী য়ুম কৈসিবু।

যামীনি তঙক তঙক মপাবু য়েংদুনা লৈ। মনাক্তা চংশিনবসু ঙমদে, চখোকপসু তৌদে। মচেম অনীনা য়াম্না হরাও তয়াম্বগা লোয়ননা হায়রকই- পাবুং, পুম্নমকসি ঐখোয়গী পাঙ্গন্না তৌবা নত্তে। পাবুংনা ইম্থোকপীরবা ঐখোয়গী ইনাও অতোম্বীগী মপান্ননি। মহাক্তি অচম্বা শান্নরোই ওইরমদ্রে। হন্দক এসিয়ান গেম্স চৎলুবদা মথন্তনা গোল্ড মেডল তরুক লৌরক্লুনা মণিপুরগী মিংচৎ হেনগৎহল্লে। লুপা লাক্ষ কয়ানা খুজিং ওইদুনা ফংলে। কনাগী লৌ ইঙ্খোল য়োনখিবা, বন্ধান থমখিবা পুম্নমক লোয়না হন্দোকপীরে। নহাল মখৈ পাবুংগী অনাবগী খরচ পুম্নমকসু মহাক্লা পুরিবনি অদুদসু নত্তনা ঐখোয়গী য়ুম-কৈসু মহাক্লা শারিবনি। পাবুং য়ানবা হোৎনবীয়ু হায়দুনা ঐখোয়গী খোঙ কোন্দুনা নুতিগী হায়জে। পাবুংনা ইম্থোকপীবদুদা ইনাও যামীনীগী ব্রা পাবুংদা তমজদবনি। হৌজিকসু পাবুংগী নাক চঙজবা ঙমদদুদা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরিবসিনি, পাবুং মাবু লৌশিনবীয়ু।

উধব হৌজিক্তা মমৌবু লান্ন উরুবদু নিংঙমলক্রে খোঞ্জেল থোক্লা মমৌবু কৌরকই —

- ইপাগী ইবেম্মা ইপা য়াম্না লানখ্রে। ধর্ম মান্নদবগী অখুবা মীৎয়েং, নুপীবুনা

নিপানা শান্নগদবা মশান্না শান্নে খল্লুবা পুন্নমক ঐগী ইরাল ওইরম্লে। নহাক্তী ইম্ফোক্কদবা ইমৌ নত্তে ইচানি শাগৈগী লক্ষ্মিনি। নহাক্কুম্না কয়া লৈরবদা মণিপুর ইমানা করিগী চাওথোকচরোইদগে। নহাক্কী নতিক নগুন, মীনুংশি পুন্নমকসি উরু-তারুবদা ইপা শিরবসু পেল্লে। লাও ইপাগী নাক্তা চঙলকউ।

------:::::------

# নুংশি পন্থুং

যুমজাওদুগী মখা থংবা য়েনখাদা শঙতপ অমা তারগা ঐখোয়গী যুম ওই। ঐগী বাবাদি মমান্নবগা খৎন-চৈনবদা লৈকাইদা নত্তনা খুঙ্গং লান্না মমিং চৎলি, খৎনগনখ্রবা। মশা মউ ফৈ, মরিল লৈ, খুফু থী, মীনা লাকচবা য়াদে। মঙোন্দা খৎনবা হৌরুরবদি লোইরে, খামদোক লাকথোকপা য়াবা নত্তে শিমিন্নরসি মতানি, মওং চাদে। খৎনববু য়াওরুরবদি থাখায় অমা চাক ঈশিং চংদে; মথন্ত মুরুম মুরুম শোন্দুনতা লৈ। মসিদনি ইমানা মথ্বায় চাক্লিবা।

ঐগী ইমাসিসু নুপী পীদা অমনি, বাবাগী অশোক অপন য়েংবীবগী মহুত্তা য়াম্না থীনা চৈবী- 'নপাং পাংদদুনা তৌবিবনি। কনানা নঙগী লীন্দাদুনদি নচা নশু মীনা উশিৎকনি, মমলসু য়াওররোই, নচাশিংসি মীনসু পাম্বীররোই, ময়ুম পানবসু অমত্তা খঙলরোই। ইচা শোয়রবদা নঙ ঐ যুম্বানমিন্নবগী করি অর্থ লৈরি। নুংশিনরকপগী যুম্বালমীন্নরে হৌজিক্তি নচা ইচাগী ফনবা শীনবা তাবনি' মসিনি ইমাগী ৱাঙাং শঙাং। অদুবু বাবাদি শাউদে। ঐদি তাবদা ওন্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে, নুপীমক ওইরবসু ইমাদৌনা ঐগীদুদা অসুম্না হায়জবা ঙমজরোই।

যুমজাওদুগী অহন্দুনা ঐখোয়বু য়েংশিনবীবা ঙাক্লি। বাবানা মমান্নবগা হেক খৎনরুবগা অহন্দুনা ইমাগী নাক্তা বাবাকা পুশনবা য়াদে, খৎন-লাওনরক্কনি হায়দুনা লোন্না ইমা খঙহন্দনা তোঙানবা কা অমদা হেক হেক

থম্বী। উন-লাক্লহনবা নত্তে। বাবানা থবক শুদ্রবদা অহন্দুনা ঐখোয়বু থাকই। করিশু হায়দে। মাদি খৎন-চৈনবা, বাবাগী লীচৎ শাজৎসি ওঙ্খোক্লা পামজখ্রে। করি অমুক হায়গনি নোংমতা তোক্লবা ৱা হায়দে। মাগী হায়ববু বাবাগী সেবা তৌগনি, লাইয়েংবীগনি, অফবা চিঞাক পীজগনি। মশা হেক ফবগা অমুক খৎনহনগনি। খৎনরগা খামদোকওই, ৱাকাই ঙাঙগনি, হরাওগনি, নোকখেগনি মীঙোন্দা কেংশিনগনি। অহন্দুগী মচাশিংসু অদু মঙাই, লৈকাইদুগী মী ফাওবা থৌওইনা মখোয়দা খৎননবা মী পুরগা লাকহনগনি, বাবাগা খৎনবা হৌনহনগনি, ফুনহল্লগা মখোয় কুম্মে য়েংগনি মসিদনি মমানা অহন্দুবু তাথিরিবসু। অহন্দুগী মরুম থুপ্তুনা ঐখোয়না হিংবনিনা নোংমতা ৱাহৈ অমতা হায়জবা ঙমদনা ইমা ইচা ঐখোয় লেনবা তাথি অহন্দুগী শঙতপ্তুদা।

ঐনা পুক্কক চাওরক্লবা মতম, লৈকাই লান্না শান্ন-খোৎনবা চৎপা ঙম্লক্লবা কান্দা, নোংমা ইমাগী মতুং ইন্দুনা অৱাংথংবগী য়ুমদা কোইরুই। মখোয়দা পাখং মচা অমা লৈরমই। ইমানা হায়ববু শাগৈ জাৎ মপা মপু কৈরাক থারকপা মচানি হায়। ফীভম মুর্ত্তি ফজে। মপাঙ্গল মরৌশিং লৈগদবা মাল্লি। লৈশাবী কাংবুনা কল্লক্কদবা মিৎয়েং নায়েংনি, ঈয়াইদা চাবা ঙা লুপহননিংদবগুম য়েংদুনতা লৈনিংই, খঙদে মাগী মীৎয়েংদুনা ঐগী কয়াৎশিং মরোল লোনহল্লি। মশক্তি থী মুশিল মুই, য়েংবদা নেগ্রো মাল্লি। ইমানা হায়ববু মুই ক্বাক মাল্লি হায়দুনা মমিং 'ক্বাকলৈ' কৌই হায়। মমিংদুদা ঐ হাইফেত্তি নোকখি, অদুবু নুংশিবদি ঙৌবা মুবা খাইরমদ্রে পংনুংদা নুংশিখ্রে। ইমাগী মমাঙদা হায়জবদি ঙমদ নাকন্দা মানা চেপ্লা চেপ্লা য়েংহৌবা মুর্ত্তিদো য়ুম য়ৌর ফাওবা তুং ইল্লকপা মাল্লে কাউবা ঙমখিদে।

মথংগী নুমিত্তগী ঐ মখোয়দা ইথন্ত হেক হেক লোন্না লোন্না চৎপা হৌই। য়ুমলোন্নরবনিনা অয়াম্বা মতমদা তিন্নে। অহানবদা ঐনা তাচৌ ক্বাকলৈ কৌরমই। হৌজিক্তি তাচৌদা মকৌরে। ৱাখল হোংলকপদগী ক্বাকলৈ মুৎখিবা মাল্লি। মানসু ঐবু হৌজিক হৌজিকমক্তি মচন্দা মচনদৌনা খল্লি, মদুনি ঐনা য়াম্না শাওনিংলিবা। মচনদৌনা খনবসি করম্বা কান্দা মুৎখিদৌরিনো খঙদে। মা ঐ চামিন্নে, থকমিন্নে, শান্নমিন্নে। মমান্নবা অমত্তা ঐগী নাক্তা লৈবা য়াদে,

খম্বনজে, মীকাজে, ঐবু অশোয় অঙাম কয়াদগীসু ঙাকপী শেনবী। ঐতনা মখোয়দা হেক হেক চৎপনি। মাদি ঐখোয়দা লাকপা বাবা কি হায়, ঐনদুম নোক্লে- নিপানবু। মখোয়গী য়েনখাদা, শঙ্গোই মচিদা, করিগুম্বা কান্দনা চরু ইকু নত্রগা ব্রাপল মখোংদা নিংঙাইদনা শান্নদুনা চামিন থকমিন্নদুনা লৈথোকই।

ঐগী মতৌসি উবদা ঐগী ইমানা লৈশাবী ফারক্লগা লৈকাইদা চৎপদু তৌগনু হায়দুনা কয়ারক চৈবী অদুবু হে নুংশিবা, ঐ চত্তবা ঙমদেকো। চৎলি তোয়না তোয়না। মীৎকুপ অমা ফাওবা মাবু থাদোকনিংদে। মসিরা খঙদে মখোয়গী নুংশিবা হায়বদু, অসুক ইকাইবা খঙদবা, ঐনা চাওরক্লবা মতমদতা খঙলকই।

ঐ নোংমা নোংমগী মথোৎ কারকই। ঐগী লৈকাই কোয়বগী হৈনবী শাজৎ অসিনা য়ুমজাওসিগী অহল অমদি মচাশিংনা তমথিবা মীৎয়েংনা য়েংবা হৌরক্লে। ঐনা হায়জখিবদুনি ঐখোয় ইমা ইচাশি মখোয়গী থৌজানগী মখাদা হিংজরিবনি। মখোয়না য়াদবা নুমিত্তা লোইরে ঐখোয়গী পুন্সি। নোংমদি অহলসিনা লৈকাই কোয় হায়দুনা ঐবু তান তান্দুনা ফুই- ঐ চেল্লি। নহানা চেনবা অহন্না করম্নদি ফংগনি। অহন্দু মকন্থি জাৎ অমনি, ফুবা ফংদ্রবদা অপায়বা চৈদুনা লংলকই- পান্দ্রে; অমুক লৈতুম ফক্কুনা হুল্লকই। ইমুংদা চেনশিন্দ্রিবা ফাওবা তানবা জাৎনি। চুম্না লৈকাই মমাঙদা তানবদা নত্তে লাউবা অমসু য়াওরিয়ে, ঐনা য়াম্না ইকাইজরিবা - লৈশাবী ফারগা লৈকাই কোয়রবদি ফরনি, নঙনা থিরিবদু খঙলে... 'ব্রানি। নশা মাঙলনি হায়বীবনি, য়াদ্রগা হাৎতোক্লগা লোইরে। মচিং অমনি।

মসিনা ঐখোয় ইমুংগী ব্রানি। ক্লাকলৈখোয়গী ইমুংদনা মরোল অমা মানা ঐবু তোয়না কৌই, নুংশিবগী হৌনশা ঐ উদ্রবদি লৈবা ঙমদ্রমাল্লে। অমরোমদনা ঐনা মখোইদা তোয়না চৎপসিদা মমা-মপানা অশাউবা অমা পোক্লে। মমানা প্রমান পাম্থে তৌদুনা ঙাঙই - লৈশাবী মীঙম্বীনা ইচা মাঙহন্দৌরি। লৈশাবীনবু পাখঙ ময়ুমদা চঙ চঙদুনা কাইহৌরিবসিবু ইহাকথক্তা থেংনজরক্তি হায়বনি। মমা মপানা ব্রারক্রবা জাৎলা নত্রগা ইচাসি কয়ামুক পামজখ্রবা জাৎনো খঙদ্রে। ইখোল শম্বল কাসি পুমতেক তেক্লে মখোয়না

কাম্থোক কানশিন তৌবদা। ইস মরোই মপাংকাসি লোইনা নেৎখায়রেদনা হরে হরে। য়েনখা লুকখা, লুখাক চগুম ফাওবা তাবা য়াবা নত্তে চাগদৌবগী কোইথি থিরিবা, হূইগী মথক্লি। খর লৈরবদি ইচা ইশুকাসি চাথোকখিদ্রা হায়বগী মীপায়বা অমবু ফাওরে। অসুম্না ঐসে ইকাই শঙ্গোয় হাংলে, মমানা চৈবদা।

ঐ চৎপা তোক্কে কয়ারক খনখ্রবনি, অদুবু ঙমদে হৈনখ্রবা শাজৎ ফাখ্রবা ঈশৈ থাদোকপা ঙমদে হায়নবদুনি। মসিদবু মী কনানা ঐবু নুংশিবীগনি। ঐগী হাক্তকতগী ইমুং অনীগী মীওইশিং চোংথোক্লরক্তুনা খৎনরে, চিন্দা পাওদানরে। ঐ নিঙোল যুমগাইবী হায়বদু ওইরে। শম্বল খানরে-কৃক কৃক। ঐসু লিৎশিনবা চন্দ্রে, মাসু লিৎথোক্লকপা ঙমদ্রে। নুংশিববু শম্বন্না থিংবা ঙম্বা ? শম্বল ৱাংমা ৱাংমা মা-ঐ কৌনৈ, ৱারী শানৈ। মীৎকী পী শীস্থনৈ, মৈচাক ৱানা খাঙনৈ। অচাপোৎ অমা লৈবদা কৌনৈ অমনা অমবু, অদুবু চঙনবা য়াদনবা খাখ্রবা শম্বলনিনা করি উপায়দি লৈ, কপমিন্নবা নত্তনা। 'কপ্পা কপ্পা ৱাশক্লে- নঙ-ঐ শম্বলগী ৱাংমদা অমুক্তং উনবা কান্দা নুংশি পম্বুং ওইমিন্নসি'।

মতম খর লৈরগদি মাগী মশক উখিদরে, মখোল মৱাসু তাখিদ্রে। করম তৌখ্রবগে হায়বদুসু খঙখিদ্রে। ঐ তৌফম খঙদে, কায়না মৈশা লাংহৌরে। হে নুংশিবা, থুংনদ্রবসু করি করম তৌরিবগে হায়বা ফাওবর্তদি খঙনিংবনি, অদুবু করমদি তৌনি, মীমাঙ থোক্লা কপ্পসু য়াদ, হংবসু কদায়, ঐগী থম্মোয় কয়াদা ৱাহল্লল্লবা।

কৈনা তোকপা পোকপরা? য়ুমজাওসিগী অহলগী মচাশিংসি কয়া ওক্কে। মহৈ মশিং অমত্তা তমদে। নোংমা ঐগী বাবা নুংশিবদু অহলসিগী মচাশিংনা অথাপ্পদা পুরগা খৎনবা য়াওহল্লুমাল্লে, ইহং নাইহং তারদুনা ময়াম চংদুনা পুরকই। বাবাদু মাঙ্গোল য়ৌশিল্লকপা নংখিদে, শুমাং মতোন্দা ময়াম য়োমশন্দুনা কপনরকই। ইপা পাখৎনা ইমাগা ঐগা চংশন্দুনা য়েংঙুবদা বাবাদু ৱা ঙাংবা ঙল্লমদ্রে। মকোক্তু থিনা কায়রে। মমিত্তু ঈখেং হাথরে। পাঙলিবা মিৎতু কু পশন্নবগী পাঙ্গল বাবাদা য়াওদ্রে, মিত্তুনা মচা ঐবু মশক খঙদ্রে। ঐনা কৌবা খোঞ্জেন্দু বৈত্যরনি থোঙয়াইদা নাশোল পিক্লা তামাল্লে মচিন্দু খুমগদবগী

খজিক খজিক লেংলকই। ঐঙোন্দগী শকক চাম্মা হেন্না রাজরিবী ইমানা তেংথা নাওইরকই। ঙাইহাক্কী তুংদা বাবাদু অরোইবা শ্বর হোনখ্রে, অহল খরনা নুপী অঙাং নখোয় থোকখ্রো তাম্থোক্লক্লে।

বাবা লৈখিদ্রবা তুংদা ঐখোয়গী ইমুংদা অচৌবা অহোবা অমা লাকই। লুখ্রানা য়ুম্বানববু কনানা ঊশিংপীগনি-নোক্লগেদনি। য়ুমজাওসিগী অহন্দসু হৌজিক্তি ঐখোয়বু য়েংশিনবীনা রাৎলক্লে। বাবাগী মথৌনা মরিংজেল অদুতবু পামজবনা য়েংশিনবীবা ওইরম্লে। মরক মরক্তা বাবাবুদি শোল্লি- 'ইবেম' পা, নঙ লৈতবসিদ্দি ঐ ঙাওদৌবি। নঙগী নপালদগী ঐ ক্রোবপতি অমুক্তং ওইগে খল্লম্বনি। পুম্নমক অরেম্বদা তাবেদো। কাওঙমদেদা, অমম অঙাল শিন্নরকপদগী নঙনা ঐবু হৌদোক্লম্বনি, ঐতা নত্তে লৈকাই পুম্না থবক শুরসি লাওজরম্বনি। অফবা মীসি লাইনা পামই চুমখ্রেদা। লৈহৌরিবা মমা মচাসিদি ঐগী কবি কান্নগনি। মখোয়দি চারগেতনি।

বাবা লৈখিদবগী নুঙাইতবনে, চাবা পল্লগা ঙাঙবগী শাওনিংবনে ইমা ইচা তত্তনা কপম্মিন্নবা তৌবক্লে। অহন্না ওল্লকইবা মবুক অসিদা ঐ অমসুং ইমা কয়া কুইনা ইমুংসিদা লৈখিগনি। ইমাসু নহানি চাম্মরক য়ুম্বানবা যারি, ঐসু য়ুম্বানবা মতম ওইরক্লে। ঐখোয় শাগে জাৎকী ইপা ইপু হাকতক্তগী চৎনবী মীনা খঙদবা অমা লৈবি, মদুদি নিপা নুপী য়ুম্বানবা হায়বসি অহলশিংনা অপাম্বা মতুংইন্না শীনগনি। ঐখোয়গী হক থমদে অদুনা ঐখোয় ইমা ইচাগী লাইবক য়ুমজাওগী অহলসিদা লৈরে।

লিল্লোংদা ইনাক খুল্লিবসি তোম্বনি। য়ুম্জাওসিগী অহলসিগদি, অহল লমন হাকতক্তগী মরুপ মপাং ওইনা তিন্নরকই। তোম্বা লল্লোনবদা মপা লৈতনা হৈ। ময়ুম মকৈ নান্না পাল্লি। নাপী মকা অমা ফাওবা শুমাং মাঙ্গোন্দা তাদে। মপোৎ লিকই, ইমুং মনুং য়েনখা লুকখাদা বেড়ি মতেক অমা ফাওবা তাহন্দে, অরোইবা ফাওবা চিংবা ঙম্মী, অদুনা মখুত্তু বেড়ি চপ্লগী ঙাংশং ঙাংনা থাগৎলি। খুৎপায় চেৎলি, মানা পায়খ্রবা শা-ঙা অয়োগী মতম ফঙদে।

হন্দক মরক তোম্না ঐখোয়দা য়াম্না তোয়না লাকপা উই।

তোইশিল্লক্লবদি করিনো অমদি শোয়দনা লৈরম্লগনি। মওন মওন খল্লি- ইমা লুখ্রাসি য়ুম পালহনগদবগীরা? নত্তে, নোংমা ঐখোয়গী অহলসিনা হায়খিবা অমা তায়- তোম্বা, নঙনা মমা লুখ্রাসি পামদে মচাসিতা হঞ্জল হঞ্জল পামই পামইতা হায়রবনিনা নোংমা হেক পুজখ্রো অহল লমন হাকতক্তগী তিন্নরকপনি ইবো। নুপী ঐখোয়সি কয়াদা লায়না খনখ্রবা। ব্রাহৈশিংসি তোম্বগী মফমদা অমৃত ওইরবসু ঐগী ইফমদদি হৃগী পাংখক্লি। লৈতোন লেকখিদ্রিঙৈদা হুইদি চান্নহৌদবা ফৈ, তোম্বা তিন্নরুরবদি নোংমদি শোয়দনা তিন শিৎকনি হায়বা ঐ খঙই। তোম্বদগী লাপথোক্লবা হোৎনবা অমদি মা উদনবা লোৎপনা ঐগী থবক ওইরে। মানা মরোল অমা ঐবু থেম্বা ঐগী অচেংবা য়েংলগা ফাবা অসিনা মাগী লাইনিং ওইরে। ঐসে হৌজ কয়ানি মাগী মখূত্তগী নাম্থোকপা।

নোংদম্বনা তম্ববু কনানা নাম্থোকপা ঙমগনি। নোংমদি ঐগী লাইবক থীবা নুমিত্তু লাক্লে। ঐসে মাগী মখুত্তা তাখ্রে। ওন্থোকপা দশানি। মানা ফাগদবগী ঐগা ইন্নবদা ইফি ইরোল মফম মরাং খঙখিদে, লৈবাক কুম্মৈ ওইনা য়েংনখি। নহাল মখৈ ঐনা য়াদদুনা চেনবদুনা মঙোন্দা অশাওবগী মৈরিদা ইকং লংশনবগুম থোকখ্রমাল্লে। মখা চিকই, ইশা লাক্লুনা চিংলগা পুই, অদুগা মাগী গাড়ি মনুংদা ঐসে গ্রোঙ লাউনা লংশল্লগা গাড়ি স্টার্ট খংতৌ তৌখি। মানা পুরকপা নিপা কয়া অমসু গাড়ি মনুংদা য়াওরম্মী। ঐনা গাড়ি মনুংদা তারকপদুদা ময়াম পুন্নমক শ্বায় লাওনবা জাৎনি, ইপা পাখৎনৈ, পুন্নাং লাংনৈ। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংনরকই! করিনো ঙসিগীসিবু মঙলা তাইবংলা খল্লি। ঙাইহাক্তু গ্যান মান তাদে। মাগী শারংগা মান্নরবা গাড়িদুদা কোইচেল চেল্লি, কোইরাঙ লাঙই। মিৎ-না তন্দন পাই। ঐনা ফনা লাওজৈ, কনানা ঐবু কনবীগনি, ধর্ম্ম লৈত্রবা যুগসিদা। তাচৌদু উরবদি ঐগীদমক পাম্বোম তিংলক্কদবা অদুবু কদায়দগী কৌরুনি। মমৈথংদা মফম অমদা গ্যান তাদনা ঐসে তুদুনা লৈ। গাড়ি খোংজেল য়াংখৎলকই। ময়ুম য়ৌরগা ঐঙোন্দা তৌরক্কদবা শাজৎ খল্লুবদা ইপা পাখৎলি, তু মান চুংই।

ঐনা গ্যান খরা খরা তারকপদা মংওই হাওই নিংঙমদ্রবা খোঞ্জেল অমা ময়াম মরক্তগী তারকখি। খোঞ্জেলদু মতম কুইনদগী তাবা

ফংলকখিদ্রবা ঐগী থম্মোয়গী তাচৌ ক্লাকলৈগী খোঞ্জেলনি। খোঞ্জেল অসিনা ঐগী মিৎ পাংহল্লি, অনৌবা থৌনা অমা হাপ্পগুম তৌরকই, লৈদুনা য়েংই-কাচিন অমদা মহাক ঈহং নাইহং শানা তুরগা চৈনাখোল খাংদুনা লৈবা উই। মনাক্তা চংশিল্লি। কোকচাওবী কায়, কদায়দা খৎনরুরীবা, খঙহৌদনা কৌখি-তাচৌ। বাবাগী অরোইবা পুংফমদা তৌখিবদু নিংশিংই। নুপীদি থম্মোয় শোনগল্লি, ঈ-নাই তাবা উবা য়াদে, মীপায় থিগল্লি, মখা তানা ব্রা ঙাংবা ঙমখিদে। ঐগী খোঞ্জেল তাবদা মহাক উইশিল্লম্বা মমিৎ অনীদু তপ্পা তপ্পা পাংথোক্লকই। কায়রবা মীৎনি, ঈখেং তপ্পা তপ্পা তারকপা উই। মহাক ঐবু উরমগদবা মান্দ্রে। অদুবু ঐগী খোঞ্জেলনা মাগী মপাঙ্গল হাপ্পগুম তৌই। মশাগী কয়াৎ পুম্নমক মীনুংশি খঙবগুম লেং ওৎলকই। ঈ তৈরবা মচিন্দুনা লৈবাক্তা অমুক অমুকসু শুদুনা লৈ। লাকচৈদকো খনবা মাল্লি। মকোক হাইগৎচবা ঙমদ্রবা, চুবানা লৈমায়দা য়াতাজরিবা তাচৌদু ঐনা তপ্পা তপ্পা ইতম্বাক্তা মকোক্তু য়াতাহল্লগা খুৎনা মমায়দু নাম্থ নাম্থ কপ্পা কপ্পা হংখি —

- করি করম্বা নোংদমখোন্নো·তৌরিবসিবু তাচৌ।

তাচৌদু হায়নিংবা ব্রানদি য়াম, হায়দোক্লবা পাঙ্গন্দি য়াওদ, ব্রানা ঐগীদমক হোনগৎচরুবা শ্বরদু লোইদ্রিঙৈদা নিংঙমদনা হায়রকই-

- ই-বে-স্মা! পুন্সি হায়বদু অসিনিদনা। ঐসু নঙগী বাবাগী ব্রা পুম্বা তারে। দশাদুমক্লি ঐনা তারিবা অসিসু। ঐখোযগীদি খৎনবা, ফুনবা মমৈদা থব্রাই থাবা অসিনিদনা। ফরে, চৎলিবা খোঙচৎসি কদায়দনো, করিনো হায়বদুদি নঙ খঙলব্রা?
- খঙদে, তাচৌ।
- উম, খঙলোই। নুপীদি মপান থোক্তবনিনা। ঐ হায়গে তাও- ঐখোয়না চৎলিবসি নঙগী ঐগী পম্বুং শিফমদনি খঙ্ঙু।
- য়ারোই, য়ারোই, শিবনা পম্বুং ওইবা ঐ য়াবা ঙম্মোই। নঙ ঐ শম্বলগী ব্রাংমদা নুংশি পম্বুং ওইমিন্নসি ব্রাশকখিবদু ঙসি ফাওবা নচনগী থম্মোয়দা কাওবা ঙমদ্রি। অসি হায়দুনা ঐনা মাবু কোনশিল্লি।

ঐগী ব্রাহৈশিনা মাগী পুন্সি তেনশিনখিবগুম থোক্লে। হান্নদগী

হেন্না শোঞ্জনখ্রে। নিক্লা নিক্লা মমিৎতি উবোই উদবোই মখুৎ অনীনা ঐবু কোনশিল্লকই, মখোঙনা মালংদা চৎপগুম তৌরগা হায়রকই-

- ঐনা ঙসি কোল্লিবা অসিনা হন্দক মপোক্কী অরোইবা নুংশি পম্বুং হায়বদু ওইনরসি। শক্লখিবা ব্লাশক পরৈ হন্নরসি। মসিদগী হেনবা ঐনা ইচনগীদমক পীজনবা শক্তি লৈত্রে।

অসি হায়রগা হান্নদগী হেন্না ঐবু অমুক চেৎনা কোনশিনবীরগা মখা তারকখি -

- মসিনা পেল্লোকো। নঙসু শিরমদাইসিদা ঙাইহাক্তং অত্মাদু পোৎথাবা য়াব্রা য়েংঙু। ঐখোয়গী শিফম নকশিলক্লে। কায়ন-রসিগবা।

মীৎকুপ অমতং থম্মোয় থম্মোয়গী অপেনবগা লোয়ননা মা ঐ তুমিন তুমিন লৈনখি। মথংগী মিৎকুপ্তা তোম্বগী গাড়িগী খোংজেল হন্থরকখি। য়াম্না ব্লানা তাচৌনা অরোইবা ওইনা মখা অমুক তারকখি-

- অসি য়ৌরক্লবদি নঙ ঐগী লম্বী অমুক তিন্নররোই। নঙনা খঙদ্রে গাড়ি থৌরিবা তোম্বসি 'তোম্বা মিয়া' হায়বদুনি। হৌজিক মুর্গি বজার য়ৌরে। ঐখোয় কনাগী মখুত্তা তাগদৌরিবনো খঙদ্রে। ঐখোয়না থব্লায় থাদ্রিঙৈদা মফমসি য়ৌনবা থৌরল্লিবা গাড়িনি। বজারসিদা ঐখোয়না ইকোন কোনবা পোৎশিৎ ওইগনি, মরমদি- ঐখোয়গী ইজাৎ কাওন-যেন হায়বসে ফুনবদা ঐখোয়না ঙল্লিবা মখৈ হিংগনি, নঙগী বাবাসু অদু মঙাই। মাযথীবা নুমিত্তা লোইরে, মপুনা হোঙনা য়োনবা নত্রগা লংথোকপীবা অসিনি। ঐখোয়গী ফুন চৈনবগী ঈরিলসিনা মীনা চাবদা পাওথোকপা অমসু লৈরিবনি। ঐহাক ঙসি মায়থীবা ফংই অদুনা ঐসে হোঙনা য়োম্থোক্লকপনি। ঐখোয়গী মপোকসি থীখ্রেদা, পুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মাচারী চৎহনবনি। মরাইবক ফবা খরতনি যুম্বালনহনবা। নঙগী বাবাসু অহন্দুনা মমাগী নাক্তা থমদনবা হোৎনরম্মীবদু।

ব্লারী শানবা লোইফাত্রিঙৈদা সৌরজগৎকী মী মান্দবা শমখাক থীবা, কমফোটি কোক্তা পুনবা, নাতোন্দা আনোক উপ্পা, মমিৎ য়ুংনা পাঙবা, থবাক কুদাম পান্দবা, থৈনবদা নাতোন মেনবা পাখঙ অনী/অহুম

লাক্লগা তাচৌদু মশা লৈথেকখি, মখোঙ অনী কিশি থারগা হেন্দন্দা য়ানখি। মমিত্তু ঈখেং চেন, মঙক হাইগৎচবদি ঙমদ মচন ঐবু চিংনা চিংনা য়েংলগা চৎখিবদু উরুরগা ঐগী থম্মোয় মচেৎ মচেৎ কায়খি। ঐনা লাউখি- অদুম্না তাচৌবু পুবীগনু। ঐখোয়বু য়েক্লবা ওইনা লৌবীগনু। ঐখোয়না মীওইবা নখোয়দা করিসু হায়জবা ঙমদ্রবনি। শিবা ফাওবা ফুনহনবা য়েংলগা নখোয়গী পেঞ্জবনি, তৌজিকসু নখোয়গী অপাম্বা থুংহনগদৌরিবনি, নপাঙ্গল হাপকদৌরিবনি, শিবমদাইসিদদি ঐখোয়বু তাথিনা তৌবীনু। লাওজৈ হায়বদু মঙাই জগৎসিদা ঐখোয়গী ইৱা লৌবীগদবা, মীনুংশি খঙবীবা ইপা ইপু কনাবু লৈরি। তাচৌ চৎখ্রে। ঐনা থম্মোয়নুংদা তাচৌবু চেৎনা কোল্লগা ঙাইরি কৈথেলসিদা ঐগী পাল্লি।

------:::::------





| | |
|---|---|
| Name | : **Maibam Nabakishore** |
| Birth | : December, 1940 |
| Father's Name | : Maibam Amu Singh |
| Mother's Name | : Wahengbam Ningol Thanil Devi |
| Address | : Hiyanglam, Thoubal Dist, Manipur. |
| Designation | : Retd. Headmaster (1998) |

***Cotribution in the field of Literature:***

i. Short Story Reader to A.I.R. (Since 1979)

ii. Editor 'Chumthang' a journal of Literature published by Sahitya Seva Samitee, Kakching.

iii. Contributed Short Stories to different Newspapers and Journals etc.

***Associated Organisations:***

i. Life Member, Manipur Sahitya Parisad, Imphal.

ii. Executive Member, Sahitya Seva Samittee, Kakching.

iii. President, Iramdam Khorjei Apunba Lup, Hiyanglam-Wabagai.

iv. Executive Member, Pensioners' Assn. Kakching Division.

v. Member, Writers Association, Kakching.

vi. Patron Member, Manipur Sahitya Samiti, Thoubal, Manipur.

***Books Published:***

i. Ayuki Shingarei (1979)

ii. Mantrigi Nupi Sanajaobee (1982)

iii. Thong Lonkhraba Pan Dukan (199[illegible])

iv. Pangal Sonbi Aeise Adomgini (2001)

} Short Story

***Awards:***

i. Manipuri State Kala Akademi Award (Literature) 2003.

ii. Yambem Mani Sahitya Mana, 2005.

iii. Sahitya Akademi Award, New Delhi, 2006.
(মনা ফংখিবা লাইরিক: পাঙ্গল শোনবী ঐসে অদোমগীনি)

iv. Chandrashakhi Laishram Chumthang Sahitya Mana (Short Story) 2008.